Running water never disapointed
Crossing water always further something
Stepping stones are stations of souls

***Seamus Heaney,***
***"CROSSING'S"***

# তুরেলগী ৱারি



শগোলশেম হেমন্ত

শগোলশেম হেমন্ত পাউমী অমনি। ওল মণিপুব ৱাকিং জবনেলিষ্ট ইউনিয়নগী জেনেবেল সেক্রেটবি, ভাইস প্রসিদেন্ট অমদি প্রসিদেন্ট ওইবম্মী। মহাক মণিপুবগী তোঙান তোঙানবা পাউচেশিংদা থবক তৌবম্মী। থাগী, থাখাযগী অমদি চয়োলগী জবনেলশিংদা এদিটব ওইবম্মী। নহাবোলগী থৌদাং পাউচেগী মেগাজিন বাইটব অমনি। মহাক্রা মণিপুবগী মনুং হঞ্জিন্না লৈবা মফম, অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিং, বঙ্গলাদেশ, ম্যানমা, নেপাল, ভুটাননচিংবা মফমদা কোয়না চৎতুনা মফম মফমদুগী ওইবা পাউদম কযা চেফোংশিংদা ফোংখি। মহাক্কী লাইবিক লেন্দ ওফ জেদ (হন্দোকপা), খেংজোই চীংশাংদা অমদি Far Beyond in the Misty Hills (an unforgettable trip to meet a rebel leader) মায়পাক্লা মীযামদা ফংহনখ্রবা তুংদা, 'তুবেলগী ৱাবি' মাগী অনৌবা লাইবিক্লি।

# মাই তাবা

মণিপুব, মমাংঙৈদা তোঙান তোঙনাবা মমিং কযা লৈবম্মী। নিংথৌ পানবা, মশাগী লৈঙাকলোন লৈজবা লৈবাক ওইবম্মী। মাগী মিংচৎ, তৌবা ওস্বা, অৱাবা অমদি থৌদোক ৱাথোক কয়াগা শাগোন্নদুনা চৎমীন্নবা ৱাবি লিশং কযা লৈজে। মশাগী তোঙান্বা, মীওইবগী চাউখৎলমজেলগী তৌবা ওস্বা কয়া লৈবনা, লৈমীন্নবিবা য়েলহৌমীশিংগী তোঙান তোঙান্বা চৎনলোনচৎ, নাৎ কযা অসি অমগা অমগা পুনশিন্নদুনা মীওইবগী অথোই অহেন তান্নবদা তোপ তোপ্পা মশক অমা মালেমদা উৎপা ওম্মী। ওসিদি মণিপুব, খা নোংপোক এসিযাগী চৎথোক চৎশিনগী থোঙ্গাল অমা ওইবি, মণিপুবগী লম্মীৎ তুমীৎ চীং অমসুং তম হাযনা খাযদোকই । মণিপুব তম্পাক, মীওইবা জাতিগী চাউখৎ খোংথাংগী হৌবকফমনি। তম্পাক লম অসি য়েকম মওং মাল্লি। সমুদ্র ইমাযদগী মীটব ৭৯০ ৱাংবা মফমদা লৈ । চীংনা কোযশিনবা লম অসিগী ১০ থোকপগী শকক অমাখক্তনি তম্পাক্কী লম ওইবিবসি। লৈবাক লৈহাও ফবা, মী লৈবা নুংঙাইবা অমদি শেল থুমগী খুদোংচাবা লৈবনা মফম অসিদা মী কুংনা তাই। মমাংঙৈদগী হৌনা লমদম অসিগী মীওইশিং অসি মীখা থাবা পামদবা, মবোমদোম লেপচবা ওস্বা জাতি অমা ওইনা লাকখি। মদুনা লমদম অসিগী নাৎ চৎনলোনচৎ, থকশি, খাশি, থাক-ৱাংনা লৈবা ওম্মী।

মণিপুবগী তোপ তোপ্পা মখলগী মশান্ন *শগোল কাংজৈ* নুপা নুপী পুন্না শান্নমীন্নবা যাবা ইন্দোব গেম *কাঙপনবা* যাই । শগোল কাংজৈ মণিপুবনা মালেমদা

খুদোল তম্বা মশান্ন অমনি হায়না মালেম শিনবা থুংনা খংনবে। লমদম অসিদা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোক মীহাৎ, মীপুন অমদি মাংখ্রবা নিংতম্বা হঞ্জিন্নবা শোক্ল বিবা লানফম কয়া অসিদি মালেম শিনবা থুংনা খংদ্রি । মপুক তম্রী, ইম্ফাল তুবেলদি লমদম অসিগী লেপ্পা নাইদবা থৌদোক ব্রাথোক কয়া পুদুনা লিশাং শিংনা লোইনাইদনা চেল্হবি ।

ইম্ফাল তুবেল মণিপুবগী মকওইবা তুবেলশিংগী মনুংদা অমনি। তুবেল অসিনা মণিপুব তম্পাক্কী মযাই চবুক ফাওদুনা চেল্লি । মৈহৌবোলদগী শাগোন্নবক্লবা, থৌদোক ব্রাথোক অব্রা নুংঙাই কয়া পুদুনা মতমগা ইবোইননা চেল্হখ্রি। তুবেল অসিদা মায়কৈ কয়াদগী চেনশিল্লক্লিবা, ইবিল তুবেল, থৌবাল তুবে, কোংবা চকপী খুগা, শেকমাইনচিংবা কযাগা ঈতিন্নদুনা বর্ম্মাগী চিন ষ্টেট লান্না চেল্হখি ।

লাইবিক অসিগী মমীং অসিনা তুবেলগী মতাংদা ইবনি হাযবসিদি অমুক সুগাইনা হায়দ্রবসু খংনববা অমদি ওইবে। লাইবিক অসিদা লিবিবা ব্রাবিশিং অসি থোকখিবা থৌদোকশিং অদু মতেক মতেক খোমজিন্দুনা ইম্ফাল তুবেলগা লোযননা চেল্হমীন্নবনি। মসিনা মপুং ফাবে হায়বদি নচদে। মসিনা হৌগৎলক্লিবা মীওইশিংদা খংনিংবা উনিংবগী ঈথিল অমদি পীবা ঙমগদ্রা হাযদুনা খুৎ থাজবনি। অব্রাৎ অপা কযা য়াওববসু মপুং ফাবা মবিক চুম্বা অমা ওইহনবা হায়বসি পাবীবিবশিংগী খুত্তা থমজবি ।

ইম্ফাল তুবেল, তুবেল অসিদগী ঐখোযনা ঈবোইবা, ঈকপ্পা মখল কযাগী ঈশিংগী মশান্না কয়া শান্নবা ফংজবকই। অঙাং ওইবিঙৈদা, ছুতিগী মতমদা ইমান্নবা মযাম হৌদুনা তুবেল অসিদা শান্নবা অমদি তোর্ব্বানগী লৈঙোই থক্তা নুংঙাইনা মতম লেল্লকখি । হৌখিবা মতমদো ঙসিদি নিংশিংবা খক্তনি।

তুবেলগী ঈচেলদি অহিং নুংথিল নুমীদাং নাইদনা লোয়নায়দবা ঈচেল অমগা লোযননা, খংলবসু উববসু কনাদসু হায়দোক্তনা লেপতনা চেল্হবি, চেল্হখিগনি ।

# ইম্ফাল

ঙসিদগী চহি ১৫০ বোমগী মমাংগী মতমদুদা লৈবন্বা ইম্ফালদা অমুক্তং পুননা চৎমিন্নসি . । ফেব্রুরাবি থা, মনা মশিং উহৈ রাহৈ কযা নৌনা যেন্নিং হুল্লকপা বসন্ত ঋতুগী নুংঙাইববা মতমনি। ইম্ফাল তুবেলসু নিংথমথাগী মতম লোইশিল্লকপা, নোংজুথাগী মতম খব খজিক রাৎপনা মবম ওইদুনা মযাং কংথবকপা, ঈচেল তৎলক্লবা মতমনি। তুবেলগী তোর্ব্বান্দা নেমতক তৌবা অঙৌবা মালিকা, লৈবাং লৈখন কযানা পোন্নকপা অমদি শাৎকায়বকপনা মযেক থোকপা ফিবাংজি থাবদৌনা ফজহন্দুনা পুক্লিং নুংনাংহনবা মতমনি। ঈচেল কংলবা তুবেল, লাইজ লৈত্রবা পুখ্রি, খোংবান, লৌ খাউদৎখ্রবা লবুকশিংনা নোংজু থা লাকপদা শান্নগদবা কুমহৈদু ঙাইহিবি। ইঙা ইঙেন যৌবকপা মতমদদি কুমগী নোংনা ফুদিং ফুনা লেপতনা চুথবকপা মতমদদি লৈক্রক চৎলন্নবা লবুক লমহাং, উযুল রা-রা হৌবন্নবা লম্বী শবক পুম্নমক লৈখোম্না খুজেং যৌনা থোক্তুনা অচৎ অওক্তা নুঙাইহন্দবা থোকহল্লি। নোং হাংখিবগা নাপীনা লেপ লেপমুক রাংনা হৌবক্তুনা তিল কাংগী শান্নফম ওইখি।

ইম্ফাল, মনিপুরি রাহৈদা য়ুম হায়বা অমগা ফাল পুননা (য়ুম + ফাল) হায়বা রাহৈ অনিগী চুংশিন্নবা রাহৈদগী *য়ুম্ফাল* হায়নবম্নদগী লোম্ছে লাক্তুনা ইম্ফাল হায়না খংনখিবনি হায়নৈ। মৈতৈগী অশেংবা লাযবিক পুযাগী রাফমদা

'পোইবৈ তোননা মণিপুবগী নিংথৌ লৈতে হাযবা খঙলদুনা নিংথৌ ওইবগে খন্দুনা কংলাগী সনা ফম্বাল কাকুবদা ইখঙ খংহৌদনা ইম্বুবকপগী মতৌগুম্না সনা ফম্বালগী ফানখোঙ তাননা ইম্বুবকই। মতৌ অদু উবদা খ্বায় মীযাম্না পোইবৈতোনবু মবাইবক লৈতে নিংথৌ ওইবা যাদে হাযনখি। মবম অদুদগী কংলা কোনুংবু *ইম্বুফাল* কৌনখি। অতোপ্পা অমনা গুরুনা পুবৈবোম্বুবু তাইবঙ খোঙদাকখো হাযদুনা লৱাই পায়দুনা ইম্বুকুবগা গুকদি লেঙদনা নুংফালথক্তা ফমদুনা তাইবঙ মালেম্বু ঙাক শেনখি। ইম্বুবদা গুরুগী নুংফলদি লেঙদে হায়দুনা নুংফান লৈবা মফম অদুবু ইম্ফাল (যুম্ফাল) কৌনখি।

ঙল্লিঙৈ মতমদদি ইম্ফালগী যুম খুদিংমক্কী ইংখোলদা লফু পাম্বী, পুখ্রি, রাপল, মমাং শঙ্গোই লৈবম্মী। যুমসু তুমনৌ ইনা কুপতুনা মৈতৈ যুমজাও হাযদুনা শান্নবম্মী। মতমগী অওন্বা মতুংইন্না মদুগী ফজবা শক্তমশিংদু ঙসিদি মাংখ্রে। খুঙ্গংগী লমদমদা ফাওবা অহোংবা কযা লাক্লে।

ইম্ফাল অমসুং অকোয়বগী ঈশিং নুংশি, অইং অশাগী ফিভম যাম্না ফবা, লৈবাং লৈখনসুনা হৌবা মফমনি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও হৌবমদাই, বৃটিশ বোযেল ইঞ্জিনিযাবশিংনা লম্বী থোং কননা শেমগৎলকখি। দিমাপুবদগী মণিপুব তাবা লম্বী শেমখি। লম্বী অসিবু *মণিপুব বোদ* হায়না খংনখি। লম্বী অসি ত্রেক অমাখক্কী লম্বীনি। ইঞ্জিন পানবা গাবি যাম্না লৈবমদবনা শগোল তোংদুনা চৎনবম্মী। পোৎচৈনা ষনগাবিনচিংবদা হোন্নবম্মী।

কাংপোকপী যাম্না ফজবা মফম অমনি হাযনা বৃটিসনা শিংথাবম্মী। মফম অসিগী ফজবা, চীংশাং পবেংশিং অমদি মনা পুংলবা ফজববা উপাল কয়ানা লম্বীগী নাক যেৎতা লৈতেংলি। লাপনা তামনা শন্দোকখ্রিবা অশংবা লমহাংশিং যেংবদা পুক্লিং হুনা ফজবম্মী। মফম অসি স্কোটলেন্দগী মফম অমগা য়াম্না মান্নে হাযনা বৃটিশ ওফিসাবশিংনা ইবম্মী। লম্বীগী মতাইদা হৌবিবা উজাওশিংবু মফম চানা চানা কনাগুম্বা অমগী খৃৎশেমদা থাবদৌনা লৈবি। উজাওশিং অদুগী মবক্তা ইম্ফালগী মাযকৈ তম্না চংশিল্লকপদা লৈতেম মান্নবা মফম যৌখিবা খংহৌদে।

ইং কুমজা ১৯৪২ গী মতমদা, মণিপুব লোমদগী কোহিমাবোমদা চৎপা মীওইশিং বৃটিস বোয়েল ইঞ্জিনিয়াবশিংনা কষ্টমবি ত্রাফিক হোল্ট নিচুগাবদা তৌই। লৈবমলিবশিং অদুনা লম্বী অদুদা লাকপা মীপুম খুদিংমক্তা অহানবা হংবা ৱাহংসি *নঙ কদাযদগী লাকপনো?* ৱাহৈ অসিনি।

নোংমা নুপী অমা ত্রাফিক হোল্ট অসিদা থুংলখি। নুপী অসি আর্ম্মী মেত্রোননি। মাগী ছুতি লৈবা মতমদা ইম্ফালদা লৈবা মবি-মতাগী য়ুমদা কোয়কবনি। ছুতি লোয়ববনিনা ইম্ফাল থাদোক্তুনা ইন্দিযাবোমদা হনবদা । মঙোন্দা ৱাহং অসিমক হংখি।

*ঐ ইম্ফালদগী লাকপনি।* মহাক্না খুমখি।

*ও, ইম্ফাল কদাযদা লৈ? ঐখোযসু মফমদুদা চৎকদবনি। কযাম লাপ্পী? ঐখোয বেঙ্গলোবদগী লাকপা নুমীৎ তবানি ফাদ্রি। পংলাপ লাপত্রে। নখোযগী মাঙদা লৈবে।*

*যাম্না নুংঙাই, ঐখোয মফমদু তাননা চৎকদবনি। মফমদু যৌববদি ঐখোয অৱাবা কোক্লগনি। মফমদু কবম তৌই। মফমদু যৌববা কান্দা কবি কবি উবা ফংগনি?*

*পৃথিবীদা অপীকপা পেবেদাইজ অমা নঙনা উবা ফংগনি।*

*মণিপুব ঃ* তিল কাং, মহ্‌ পানবা জিব অদুগীসু মথক্তা কবোকৈনচিংবা মীশা চাবা শা কযাসু লৈবা লমদমনি। মীশিং যাম্নমদবা, মী কুংনা তাবমদবা, উমং ৱামং মবাং কাযনা লৈবা মফম ওইবনা শা ঙা, তিল কাং কল্লি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুংদগীদি বোম তোপকী মখোলনা শা কৈনচিংবা শা ঙাশিং নাথৈদুনা চৎনখিবদগী খবমখৈ শাফবকখি। লাল মমাঙদা, শিল্লংদা লৈবা বৃটিস ওফিসাবশিংনা মণিপুবগী ৱাবি তৌবদা কবোকৈ থেংনবকপা, কবোকৈ হাৎপা, ফাবগী ৱাবিদা তৌনৈ হায়। সাব জেমস জোনষ্টোনগী মচানুপা অনিসু মণিপুবদা চৎলুবগা হল্লকপদা নখোয়দি মণিপুবদা কবি কবি তৌবকই হাযনা হংবদা মচানুপা অহলদুনা *কবোকৈ অনি ফাবকই* হাযনা ফাগী তৌনবগী ৱাবিসু লৈ।

নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুংতিগী মী পুনফম হাযববদি কংলা কোনুংগী নোংচুপ পাংনা লৈবিবা সনা কৈথেলনি। নুপীশিংনা মকোক্তা থুম্মোক

অমদা, মনা মশিং মখল কযা কযা পুদুনা সনা কৈথেলদা কাবকখি। ফনেক ফিদোন চিংখৎতুনা তুংগী শমলাংনা শম্নুল পুনশিন্দুনা অঙাং পোবগা লাকপসু য়াওবি। নুপীশিংগী হোৎনবা কনবা, নোংমগী চাবা নোংখন্নবা হোৎনবকপা, সুবা নোম্না কনবা অদু মশাদা লোযনজবকপা গুন অমনি।

নুপাশিংদি নেমতক তৌবদুনা মশা ফুলৈনে। অঙৌবা ফৈজোম ফুবিৎ নিংথিনা নাননা শেৎ চাই। অইংবা মতমদদি অকম্বা ফিনা ইনশিল্লি। নোংজু থাগী মতমদদি ছাতিন অমদি ইথা থাদোক্তে। নুপা অযাম্বনা ছতিন পাযনৈ। খুদাং ঘবি শিবা, সাইকল তোংদুনা লাকপা মীওইশিং, শেল পাযবা ইনাক খুনবা মীওইনি হাযনা খন্নে। কনা অমত্তগী অনিংবা অপাম্বগী মখা পোননা লৈতে। থকসি খাসি, তৌফম থোকপা, নুপী অঙাং মথক থোংবা, মখা থাবদা, থৌগনলোন ফজনা উৎনৈ। নুপাশিং জুব্রাবদা যাম্না ঙাওজৈ। শান্ন খোৎনবদা থরাই য়াওই। তুবেল মপান্দগী হিদেন তাফমদা নুপীশিংনা পুল্লপ পুল্লপ থোবক্লগা ফিসু-ফিজাম তৌদুনা লুনা নাননা লৈনবা হোৎনৈ।

সনা কৈথেল, পোৎ-চৈ যোনবদা নত্তনা মণিপুবগী কাচিন কোযাদা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোকশিংগী পাউ তাফম, ফংফমনি। লোযা লমদগী লাকপা নুপী চাম্মা চাম্মনা মফম অসিদা লম লমগী অনৌ অপেন কযা পুবকপদা নত্তনা লৈবাক অসিগী লৈঙাকলোন্দা অনৌবা মাযওন চুম্বদা কৈথেলনা মক ওইবা থৌদাং লৌদুনা লাকই।

মৈতৈ পাঙল অমদি চীংগী মীওইশিংনা যেন, ঙানু কৈথেলগী নাকনগী মফম অমদা য়োল্লি। মৈতৈ নুপীশিংনা লোইজি লোযা শিনবা থুংনা কৈথেলদা যোয়নবা মনা মশিং, কুম অমগী পোৎথোক, অনৌ-অপেন খোম্বা চৎলি।

কৈথেলদা নুংতিগী হুই যোনবা মফম অমসু লৈ। যোল্লিবা হুইশিংদু অযাম্বনা চাননবনি। হুইশিং অসি মঙক্তা থৌবি থুবগা ফিট অহুম মবি শাংবা উতোং অমদা থৌবীদু ফাওদোকহল্লগা চীংদুনা পুবকই। ব্রাগী উতোং শিজিন্নবিবদু হুই পুবিবা মীওই অদুদা হাযগৎলগা চিকপা ঙমদনবা অমদি থৌবিদু চিকথৎতনবনি। মসিবু হুইগং থাংবা হাযনা খংনৈ। মতমদুদা মৈতৈশিংদি হুই চানবমদে।

কৈথেলগী নাকন্দা চৎলিবা লম্বীদুগী মতাইদা অঙৌবা মচু তৈবা বিলদিং অমা লৈ। বীলদিংদুদা ফিবোলগী দুকান, বেঙ্ক, ইন্দিযাগী ফুবিৎ তুবশিং, অমদি ইন্দিযান বেস্তোবা অমসু লৈ। অদুঙেগী মতমদা উবিবা ইম্ফালগী শক্তম অসি যাম্না নুংঙাইবা অমদি অঙকপা মখলগী সংসাব অমনি। লমদম অসিগী ৱায়েল কাংলোনসু তোপ তোগ্না মখল অমনি। বৃটিস লাকপদগী অহোংবা খবদি লাকখি। মীহাৎ মীপুনগী থবক্তা চেন্নবশিং থৌবি যান্দুনা হাৎপগী থৌওং অসি বৃটিসনা হৌদোক্লম্বনি। বৃটিস লাকত্রিঙৈ মমাঙদদি মীহাৎপা মীওইশিং শিবগী চৈবাক পীববসু মখল অমনি। নুপীশিংদদি শিবগী চৈবাক পীনবমদে। মীহাৎ মীপুনগী থৌদোক ৱাথোক্তা চেন্নবা নুপীশিংদা পীবা চৈবাক্তি, মবাল লৈববা নুপী অদু মীযাম তিনবা কৈথেলগী মফম অমদা মীযাম উনবা ফম্পাক অমা শাদুনা থম্মী। ফম্পাক অদুগী মথক্তা মবাল লৈববী নুপী অদু পুখৎতুনা মফি মবোল লৌথোক্লগা খ্বাংদগী খব চোম্থবপ তৌনা ফি অমনা পুনশিল্লি। থবাক্কী শকক্লা অঙাংবা মচুগী পিতা অমনা কুপশিল্লি। অযুক অঙনবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবা লেপহন্দুনা থমলগা মনাক্তা লেপলিবা নিংথৌগী মীওই অদুনা নুপী অদুগী মবালশিং অদু অচৎ অওক অমদি তিল্লিবশিংদা খংনবা তানবা লাউথোকই। অচৎ-অওকশিংনা মতিন শিংচিল্লম্বা অমদি ফত্তবা পোৎনা থাজিনলম্বা তৌই।

মীহাৎপা নুপাশিংদা পীবিবা শিবগী চৈবাক অসি অৱাবগী মশক্নি। মী হাৎলুবে হাযবগী মতিক চাবা প্রমান ফংলবা, ইম্ফালগী খাবোমদা মাইল ৪০ বোম লাপনা লৈবা শু গনু ফাওবা মখোংনা চেলহল্লি। শুগনু হাযবা ৱাহৈসি মৈতৈ ৱাহৈদা 'শোক্ননু' হাযবা ৱাহৈদগী লোনথৈ লাক্লুনা শুগনু হাযখিবনি হাযনৈ। 'শোক্ননু' হাযবগী মবমদি মফম অসিদা শিবগী চৈবাক পীবা অমদি মীওইশিং অদু অৱাফমদা তাবদগী মফম অসি শোক্ননু মবাল লৈবা থবক তৌগনু হাযবনি। মবাল লৈববা, শিবগী চৈবাক ফংলবা নুপা অদুনা সনা কৈথেলদগী সুগনু ফাওবা নিংথৌগী মনাইশিংনা শেন্নদুনা চেলহল্লি। নিংথৌগী মনাই শগোল তোংবশিং অদুনা চেল্লিবা নুপাদুগী মবালশিং মীয়াম তানবা লাউ লাউদুনা চৎলি। লম্বীদা লৈবিবা খুল খুলশিংগী মীওইশিং থোবকলগা নুঙনা থাবা ফুবনচিংবা তৌই। অসুম তৌদুনা শুগনু যৌবা ফাওবা চেলহল্লি। শুগনু যৌববা মতমদা হাননা

তৌদুনা থমলবা কোম অমদা কুমথহল্লগা মবেংবান ফাওবা ফুমজিল্লি। লিখৎলিবা মকোক্তুদা নিংথৌগী মীহাৎপা (শগুলিংবা) অদুনা উতুপনা থোমলগা হাৎলি। মীহাৎপগী চৈবাক অসি মতৌ অসুম্না পীবম্মী। মীহাৎপা অদুনা মাইল নিফু চেল্লগা লৈবিবা মফম অদু শোক্কনু হায়না খংনবম্বদগী হৌজিক্লা মফম অসি শুগনু হায়না কৌনখিবনি হায।

নিংথৌগী মাইচৌ শকনাইববা গোনোক থেঙ্গ্রা হাযনা খংনবা অমা লৈবম্মী হায। মাইচৌ থেঙ্গ্রানা কোনুংদা যত্রা হুনবদা পুংফম চুন্নবদি সনাগী থম্বাল শাৎকনি হাযনা লাউথোকখি। নিংথৌনসু থাজদুনা যত্রা হুলহনখি। পুংফম খবা শোয়বদগী সনাগী থম্বাল শাৎলকতবদগী সুগনুদা লোয় থাখি হায়বগী থৌদোক অমসু থোকখি।

মণিপুবদা ইহান হানবা মীকোক থিবা অসি ইং ১৮৮১ দগী পাংথোকপা হৌখি। মীকোক থিবা অদুদা লৈখিবা মণিপুবিশিংগী মশিং অসি ২,২১,০৭০ নি। মথংগী মীকোক থীবা ইং ১৮৯১ দা পাগুথোকখি। লাযবক থিবদি মদুগী ঈ-পাউ, বেকোর্দ চে চাং পুম্নমক লালনা মবম ওইদুনা মাগু তাকখিবদগী ফংবা ঙমখিদ্রে। ইং ১৯০১ দা মীকোক থিবদদি ২,৮৪,৪৬৫ ওইখি। চহি ২০ গী মতুংদা চাদা ২৮ ৬১ খক হেনগৎখি। মতম অদুদদি মণিপুব, পৃথিবীগী মফম অমত্তগা শমনদবা তোঙানবা লম অমা ওইবম্মী। মতমদুগী মীকোক থিবদা লৈখিবা মীশিং অসি লমদম অসিগী লৈহাওদা পোকচবা যানশিন্নদ্রিবা ঈপাচাশিংনি। মীকোক থিবা অদুদা জৈন ৮ (ললোন ইতিক তৌবা) বুদ্ধিষ্ট ১৪৫ (নেপালিনা অযাম্বা) খৃষ্টিযান ৪৫ খক লৈবমখি।

মণিপুবিশিং অসি মশা নানবা, থবক্তা হৈথোই শিংথোইবা মীওইনি। লৌউ-শিংউবনা মকওইবা শিনফম ওইববসু তোঙান তোঙানবা খুৎশা হৈবগী অমদি ফিশা লোনশাগী থবকসু তৌবম্মী। শাবিবা ফিশিং অদু লমদম অসিগা চানবা মওংদা শাই। ফি শানবা লংশিং মপান্দগী নৌবমদে অকোযবদা লৈববা চীংশিংদা লশিং পাম্বী থাদুনা মদুদগী লংনাইবগা ফিশা লোনশাগী থবক তৌই। লশিং থাবা অমদি ফিশা লোনশাগী থবক তৌবম্বা অদু মযাং কববাববালাশিংনা

মপান্দগী অনম্বা, ফজ ফজববা মখল কযাগী ফিবোলশিং পুশিল্লকখি। মসিনা মণিপুরগী ফিশা লোনশাগী থবক্তা থমাইশিল্লকপদগী মুৎনবগী মবম ওইবকখি। মতম অদুদগী হৌনা কপত্রেংগী মখোল মমী শাম্বা হৌবকখ্রে। লৈবক খুদিং, যুমথোং খুদিং তাবম্বা কপত্রেংগী খোঞ্জেল নাথৈখ্রে। কপত্রেং কবিনো হাযবা নহা ওইবিবশিংনা হৌজিক্তি খংনদ্রে।

মমাংঙৈগী মতমদসু মুগা তিল মহুম অসি হঞ্জিনবী অমদি লৈমবেল হাযদুনা অনি থোক্লা মণিপুরদসু ফংলম্মী। মৈতৈশিংনা মুগা ফি ফজনা নাননা শাবা ঙম্মী। অসামগী ইবি অমদি বেঙ্গলগী টসব সিল্ক অদুগা মান্নে। লৈমবেল হাযবিবা অসিনা হঞ্জিনবীদগী য়াম্না হেননা ফৈ। অসিগুম্বা মমল যামলবা ফিবোলশিং অসি নিংথৌনা শাদা লান্দা হৈথোই শিংথোইবা, মতিং মথৌনা লৈবা ওফিসাবশিংদা মনা নৎত্রগা খুদোল ওইনা পীনবম্মী। ফিবোল শাবদা নত্তনা, সনা শাবা, যোৎসুবা, ফক, থুমোক, উ সুবা মখল কযাগী লৈতেংগী পোৎ-চৈশিং শেম শাদুনা মশানা মশাবু শেন্থোক লম্বীদা মবোমদোম লেপচনবা হোৎনবম্মী।

মণিপুরিশিং অসি মপুকচেল শেংবা, থাজবা যাবা মীওইশিংনি। জেলদা মীযাৎ তাদুনা লৈববা মীওইশিং, তিল-কাং, লাযনা তিনা কযা ঙাকথোক্লবা, অমোৎ অকায ফত্তা হাওদি শেংদোক শেংজিন তৌহল্লি। জেলগী সিফাই অমনা মীওয তবাবোম খোংবাল লুকলাং শেংদোক্লবা পুবকখি। মখোয তবাবোম শেন্নবিবসি নোংমৈ পাযবা শিফাই অমখক্তননি। বন্দিশিং অদুনা অমোৎ অকায শেংদোকপা লোইবগা হল্লকপদা সিফাই অদুগী নোংমৈ অদু বন্দি অমদা পাইহল্লি। সিফাই অদুনা ষনগাবি অমদা তোংলগা জেল যৌনবা চৎখি। জেলগী থোঙ্গালদা সিফাই অদুনা বন্দিশিং অদু লাকপা ঙাইদুনা লৈখি।

মণিপুরগা বর্ম্মাগা ঙমখৈগী চযেৎনবসি ঙল্লিঙৈ মতমদগী লাক্লে। চযেৎনবা অসি লোযশিন্নবা বৃটিস সবকাবনা ইং ১৮৮১-৮২ দা কম্মীসন অমা শেমদুনা লৈখায তাথোক্লবা হোৎনখি। কম্মীসন অসিগী কম্মিসনাবনা পোলিটিকেল এজেন্ট কর্নেল জোনষ্টোনবু হাপখি। বর্ম্মাগী মাযকৈদনা আব

কাযবে কৌবা অমনা বৃটিস বর্ম্মাগী কম্মীসনগী লুচিংবা ওইখি। কম্মীসন অসিদা দাক্তব, বোটানিস অমদি লম কযাদা হৈথোই শিংথোইববা কয়াসু শরুক য়াখি। টিম অসিবু ঙাকশেন্নবা ১২শুবা খেনাট-ই-ঘিলজা বেজিমেন্টকী সিফাই ২০০ লেফটনেন্ট এনজেলেসগী কমান্দ মখাদা লোযনখি। মণিপুবগী মাযকৈদসু নিংথৌনা মাগী মীনিষ্টব মেজব বলবামসু কম্মীসন অদুদা যাওহনখি।

ঙমখৈ পবিং খংদোক্লবগী থিজিন হুমজিনবা অসি মপুং ফাবা অমা ওইনবা চেকশিননা হোৎনখি। কাংবু অমনা অৱাং থংবা মায়কৈ লোমদা চৎলগা নোংপোক পাংনা চত্রিক থানা ফাওদুনা চৎপা, অমনা কোংখাং থানাদগী হৌবগা মখোবোমদা সর্ভে তৌবা অসিনি। অকোনবগী পার্টি অসিনা কর্নেল জোনষ্টোননা লুচিংদুনা ইং ১৮৮১ গী দিশেম্বব ১০ থাংজ নুমিত্তগী হৌদুনা মণিপুবগী ঙমখৈগী মতাংদা চপ চাবা অমা খংদোক্লবা হোৎনখি। সর্ভেগী বিপোর্ট  অদুদা চয়েৎনবা কযামরুম থোকখি। বর্ম্মাগী অথবিতিগা কর্নেল জোনষ্টোনগা হঞ্জিন হঞ্জিন ফম্মীন্নববা মতুংদা মণিপুব অমদি বর্ম্মাগী লম খাযদোক্লবা অসিগী মতাংদা সমআপ অমা তৌখি।

ভাবনা শাবা 'পেম্ববটন লাইন' হাযনা খণ্ডনবিবা অসি মেপতা লাননা যেক্লে। মদুদি ইং ১৮৩৪ দা তৌনখিবা বর্ম্মা অমদি মণিপুবগী চুক্তি অদুগী মতুংইন্না কবো তম্পাক মণিপুবদা শিন্নবা অসি যাওবগা মণিপুবগী ঙমখৈ ওইবা হাযনা কম্মিসননা যান্নবা অমা পুবকখি। ঙমখৈ অসি নোংপোক্তা মালাই চীংশাং কোংখাং থনাদগী মাইল খবগী অবাপ্পদা লৈবিবা নমাই তুবেলদগী তনাই তুবেল ফাওবা লৈবিবা জগাদা ঙমখৈগী উচুক যুংদুনা ঙমখৈগী লম্বী শেম্না ফাওবা যান্নখি।

ঙমখৈ যাখোকপা অসি বর্ম্মাগী অথবিতিনদি যানিংদে। যাৎথোকখিবা অসিনা অফবা মাযকৈ অমবোমদদি মায ওনশিনখি। বর্ম্মাগীনি মণিপুবগীনি খংদনা লৈবম্বা, বর্ম্মানসু ঙাইহাক লৈতনা য়েখায থিনগায়বা, ওৎপী নৈবীবম্বা চছাদ খুন ঙমখৈ যাৎথোকখিবা মতুংদদি নুংঙাইনা তুম্বা ফংদুনা মণিপুবগী প্রজা ওইনা চনিং তানা লৈখি।

পাক চাউনা লৈবম্না মণিপুব ঙসিদি স্কাযাব কিলোমিটব ২২,৩২৭ কী পাকচাউবদা ঙাইবে। মসিসু য়ং য়ং লাওনা স্কায়াব কিলোমিটব ২৯ মাংখ্রবা মতুং দনি। মসি কনানসু কবিসু হায়নদে। মতাং অসিদা নুংঙাইবা ৱাবি হাযগদ্রা, থৌদোক হাযগদ্রা, অশেংবা থোকখিবা অমদি লৈবে। বর্ম্মাগা মণিপুবগা তাযনবা ঙমখৈ পবিংদা, মণিপুববোম থংবা মাযকৈদা লৈবা মোলচাম খুলগী মনাক্তা ফৈসেঞ্জাং কৌবা খুল অমা লৈ। খুল অসিগী লুচিংবা যামখুথাং হাওকিপ মযাম্নদি য়ামথং হায়না কৌনৈ। বর্ম্মাগী সিফাইনা ফানবা কোযতান তান্নবিবা মীশক্লি। মহাক ফৈশেঞ্জাং খুলগী চিফনি (১৯৯১)। মণিপুবগী লম বর্ম্মানা লৌশিনখিগদৌবা অমদি ঙমখৈগী উচুক মাঙখিবগী মতাংদা বর্ম্মাগা যাম্না মুক্লখিবা মীশক্লি। মসিনা মবম ওইবগা মহাক মবমদম ফৈশেঞ্জাংদা লৈবা ঙমখিদে।

মণিপুবগী ঙমখৈগী উচুক ৬৬শুবা অসি তুইবাং খুলগী মনাক্তা যুংলম্মী। ইং ১৯৬৬-৬৭ তা ইন্দিযা সবকাবগী সর্ভে টিম অমা লাক্কুনা ঙমখৈগী লম ওনবদা তুইবাং খুল অসি মণিপুববোমদা যাওখি। তুইবাং খুলগী মীওইশিংনদি বর্ম্মানি হাযদুনা খুন্দাবগা ইন্দিযা ওইবম্বদগী ঙমখৈগী উচুক ৬৬ অসি মাংহনখি। তুইবাং খুলদা খুন্দাবিবা কুকিশিং অসি মণিপুবদগী চেল্লক্লগা খুন্দাখিবনি।

তেংনৌপলগী জিবোদগী নিউ সোমতাল তাবা লম্বীগী মতাইদা শেলকোন হাযবা খুল অমা লৈ। খুল অসিদা বাইতে কাংলুপনা নম্না খুন্দাবম্মী। অতোপ্পা মফমদগী লাকপা কুকি কাংলুপ (যুম্নাক মান্নদবা) অমসু লাক্কুনা লমদাংচাবা য়েংলগা শেলকোন্দা নৌনা খুন্দাবখি। লমগী মতাংদা হাননা লৈবম্না বাইতে কাঙবুগা নৌনা লাকপশিংগা ইং ১৯৫৩ অদুৱাইদা খূৎ থোক্লখি। খুৎ থোক্লবা অদুদা মীশি মীনা যাওবকপদগী বাইতে কাংবু অদু খুল থাদোক্কুনা বর্ম্মাদা খুন্দাজকবগে হাযদুনা তুইবাং তুবেলগী মনাক্তা তুবেলগী মমীং লৌদুনা তুইবাং হায়না খুল শেমখি। খুল অসি বর্ম্মাগী ঙমখৈ মনুংলা, ইন্দিযাগীবা হাযবদু খুন্দাবিবশিংনা খংজবমদে। ইন্দিয়াগী সর্ভে টিমনা তুইবাং ইন্দিযাগী মনুং চনবা খুলনি। ঙমখৈ উচুক ৬৬শুবা লৈবিবা অসিনা লেংদ্রবা শক্ষিনি হাযনা পুথোকখি। বর্ম্মানি হায়না খুন্দাকুবা বাইতে কাংবুনা ইন্দিযা ওইবম্বদগী ঙমখৈগী উচুক ৬৬শুবা অসি মাংহনখি। মণিপুবগী ঙমখৈ মনুংদা লৈববসু তুইবাং খুলগী

খুলমীশিংনা বর্ম্মাগী সিতিজন অমা ওইবগী চপ চাবা থৌদাং অদু ইং ১৯৯০ দা পাংথোকখিবা বর্ম্মাগী জেনেবেল মীখলদা ভোট থাদবা য়াহনখিবা অদুনা ওইখি। মণিপুবগী লম পুদুনা মীবমদা তিনখি। ঙসিদি লম মচেৎ মচেৎ মাঙখিদুনা মণিপুবগী লম স্কাযাব কিলোমিটব ২২,৩২৭ খক্তা ঙাইহৌবে।

# উমোরোক

টৈবলদগী হেননা পাকপা মণিপুর মেপ অদু ফাক্তোক্তুনা ঐখোয় পুননা য়েংমীন্নৈ। সূর্যমনি (মেগনিফাইযিং) গলাসতু পায়দুনা অকুপ অকুপ্পা থাবিবা ময়ামদু উনবা হোৎনখি। কবিগুম্বা অমা কুপনা য়েংনিংবদা যাওদবনা উবা ফংখিদে। মসি ঐখোযগী অশোনবা, থিজিনবা অমদি খংবা ৱাৎপনা ওইবম্বা যাই। অখং অহৈদি যাম্না লৈবে। কুপনা হেক থিগৎলুবদা অশোযবা অহোবা মযাম্না পীক থল্লি। মসি কৈদৌরুগবনো, খংলবসিমক্তদা ইদুনা থমলুদুনা হাযবগী ৱাখল্লোনসু ওইবমগদ্রা? মেপ অমদি লাইবিক্তা মপুং ফানা থিবা ফংলকত্রবদা অখংবা মী থিবা হাযবসি মযেক্লা তাবনি। ঐখোয, তিন্নবা মকুপ মপাং অমা অনি পুনশিল্লগা ইম্ফাল তুবেলগী হৌবকফম কদাযদগীনো? মসি চৎলুবা কনা কনা লৈ হাযদুনা উপনা লৈবা উনা লোংথোক্তুনা, লোংনা লৈবা উনা উপশিন্দুনা থিখি। মকুপ অমনা, মণিপুর মাউন্টেনিয়াবিং অমদি ট্রেকিং এসোসিযেসনগী মকুপ অমা লৈ মদু হৌবগ্যা তান্নবসি, মখোযদি এক্সপীদিসন চৎলুববনি। মদুনা ফবে, মখোয়দি খংলমগনি।

এসোসিএসনগী মকুপ অনি ঐখোয় মবি পুননা তকক ফম্মীন্নবে। ৱাবি ৱাতাই শামিন্নবে। নুংঙাইবা ঙাক্তনি, ৱাবি ফজবে, হৱাওবে, ঙাওবে, নুমীৎ লেপলে। নোংমা নিনিতা ঙাযশিল্লক্লে। অসুক চিববা তঞ্জা অসিদা মকুপ অনি অমদি হোযনি মাযনি হাযবকখিদ্রে। উন্নবসু ফংখিদ্রে। অসুমনা হৎ-ফেৎ তৌখিনি হায়বদি কনানা খঙলুনি। হৌজিক্তি ঐখোয মবিদা ঙাযবে। শোযদনা চৎলগনি।

ইম্ফাল তুবেলগী হৌবকফম উবা ফংলগনি। ব্রাখলদা নুংঙাইবা পোকখি। নুংঙাইবা ব্রাখলগী মংলান কয়া শাগৎখি ।

ইম্ফাল তুবেল মণিপুবগী মকওইবা তুবেলশিংগী মনুংদা অমনি। তুবেল অসি ঐঙোন্দা যাম্না খংনিংবা উনিংবা অমা ফাওবকখি। তুবেল অসিগী হৌবকফমদগী মমৈ ফাওবা চৎপা হায়বসি অবায়বা থবক অমদি নত্তে। খোংবু অমদি শেম্বা তাবনি। হৌজিক্কী ওইবিবা মণিপুবগী ইবাং মতাসিদা লম চৎথোকনিংবা, মকওইনা মণিপুব মনুংদা কনাসু লৈতে। চৎত্রিঙৈগী মমাংদদি যাম্না চৎনিংবগী মতৌ উৎলদুনা চৎশি চৎশি হায়না হৌ হৌ চোংলমলগা চৎলমদাইদা হোযনি মাইনি হাযদনা তুমীননা মরা মপাউ ফাওবা তাদনা লৈখিবসু কোঙ্গাযনি। মসিদনি শাগৎলুবা ব্রাখল ময়াম অমা মাংখিদুনা বি পি হায়গৎলিবসি। উচিন নাচিননা, ঐ ইশামক, মঙ্গি, প্রিতম, ভক্তা ঐখোয মবি শোয়দবী হাযদুনা লেপনবে।

ইং কুমজা ২০০৯ গী ফেব্রুব্রাবি ১৩ ইবাই নুমীৎনি। ঐখোয মবি, ইম্ফাল তুবেলগী *হৌবকফম বোলেন পাৎ* যৌনবা চৎপগী লম্মীৎ তুমীৎ খংবা অমদি লমজিং লমতাকপীনবা খুলগী মী থিকখিসি হাযদুনা ঐখোয মবি কাংপোকপী সবদিভিজনগী মনুং চনবা চঙৌবুং তাননা চৎখি। খুলাকপা যুমদা চংলগা ইম্ফাল তুবেলগী হৌবকফম বোলেন পাৎ চৎপগী ব্রাবি শান্নখি। ঐখোযগী ব্রাদু তাবগা খুল্লাকপনা হায়বকই -

> *এ মদুদি বোলেন হঙ্গৎ হন্দা চৎপা মী লৈ, মদু কৌবীগে মাগা ব্রাবি শাউ।*
>
> খুল্লাকপনা মী থাদুনা নুপাদু কৌকনবা হায়খি।
>
> *ইচাশিংদি কবি মফমদগীনো?* -খুলাকপনা হংলকখি।
>
> *ইম্ফালদগীনি ইপা।* -ঐখোযগী পাউখুমনি।
>
> *বোলেনপাৎ চৎলগা কবি তৌগনি?*
>
> *ইম্ফাল তুবেলগী হৌবকফম পাৎ অদু যেংনিংবগীনিদা।*

*ও, অদু ওইববদি কৌখ্রিবা নুপাদু লাক্লগা লোযনা খঙলগনি।*

*মাগী খুলসু বোলেন্দগীনি, চঙৌবুংদা হোংলক্লগা লৈবনি। মাদি তোযনা বোলেন্দা চৎপনি।*

ঐখোয নুংঙাইবা ফাওইখি। বোলেন পাৎ য়ৌনবগী তাঞ্জা অমা লাইনা পীবীগদৌবে।

তাঞ্জাসিদা খুল্লাকপনা কৌহনখিবা মীওইদু ঐখোযগী নাক্তা থুংলবে। মাবু উবদা খুল্লাকপনা হায।

*মহাক্লি, মাগা ব্রাবি শান্নবো।*

চংলক্লিবা মীওইদু মবেপ ব্রাংই। মযাং কংতক তৌই, মীযাই চল্লে। মবেংবান্দা নাৎকী ফি অমা য়াল্লি, মদুনা মখোযগী ফুকপকী শক্তম ঙাকই। শেৎলি চাবিবা ফিবোলদুদি, নিংথমথা ওইবগা, ঈশিং মাযশিংগী অব্রাবা লৈবনা কবি থাদগী শুবক্তবনো খংদ্রে। ফিশিংদুগী অশেংবা মচু ঐখোয হাযবা ঙমলবোই। মাবু মুননা যেংলগা ঐনা ব্রা হৌদোকই।

*ঐখোয বোলেন পাৎ চৎলগা মফমদু যেংনিংবনি। কমদৌবগা মফমদু যৌবা ঙমগদগে?*

*এ, মদুদি গাবিনা চৎপা যাইনা। চীংথক ফাওবা গাবি লম্বী লৈবে। ব্রানিংঙাই ওইদ্রেদা।*

*ঐখোযবু লমজিংবীবা ঙমগনিকো?*

*ঙমগনি, ঐসু চৎনিংদুনা লৈবা কুইববনি। কুইখ্রে চৎখিদবা।*

*যাম্না নুংঙাইবে, ঐখোয নোংমাইজিং ফেব্রুৱাবি ১৫ সিদা লাক্লগেকো। যাইনে।* মাগী হবাওবা পাউখুমনি।

গাবিনা চৎপা যাই হাযবদুদা, অঙম্বা চীং কাবগা চৎকনি খল্লম্বা, চীংগী অকা অকুমদা ব্রাগদৌবশিংদু স্বাই মাংখি। খোঙনা চৎপদগীদি গাবিনা চৎপনা খ্বাইদগী হেননা ফবে। মহৌশা সুন্দ্রংগী পাউদা (ফাগী কসেট) হাযখিবা *খোঙনা হিমালয কাগদৌবগী শকক হেলিকোপটবনা মীনিট মঙাদা যৌবনা হেন্না ফৈ।*

হায়বদু নিংশিংলকই। অকুম্বা অৱাবশিংদু পুমকোক কোকখি। ঐখোয় চৎমীন্নবিবশিংদু গাবিনা চৎপা য়াই হাযবদুদা নুংঙাইবা ফাওনখি। ইপা খুল্লাকপদুগা নুপা অদুগা লেপনবিবা নুমীৎ অদুদা ঙন্তানা লাক্লগে হায়না ব্রা তুপথোক্লবগা মোন্দা নুংঙাইনা হল্লক্লে। খোংচৎ অসিগী মায় পাক্কদবগী মমী উবকপা হাযবসিসু খুৎনুংঙাই অমনি। গাবিনা চৎকনি হাযবদুদা খ্বাইদগী হ্বাউবিবসি ভক্তনি। মহাক চীংদি লাযবদুনা লৈপুং অচৌবা ফাওবা উবদা হ্মাং কাংবা মীশক্লি। অযুক্কী পুং ১১ বোম তাবে। চঙৌবুংদগী কাংপোকপী য়ৌবকপদা। সিদগী খবা থেংজিনখ্রবদি চাক ঈশিংগী ফবক তাগদবা মাল্লি, অদুনা কাংপোকপীদা চাক চাথোকখিবনা ফগদবা মাল্লি, ঐনা খনখি।

*স্বাইদা চাক চাথোকখ্রসিনা'*

*যাম্না ফবা ব্রানিনে, ওম্বোক্রা জ্ঞান তাইদা* । মঙ্গিনা ফাগী তৌবদুনা হাযবকখি।

*প্রসাদিনা পহেলে, হাযনবিবনিদনা*

কাংপোকপী বজাবগী শবক্কী নোংপোক থংবদা লৈবিবা *বাইস বিবি* হোতেলদা কাখৎলে। মী হাযফেৎ যাম্না চাক চাবম্মী। ঐনা খল্লি, মনম খবা লৈবা চাক হোতেল ওইবা তাই। ইম্ফালদা হাযবগনা পোলোগ্রাউন্দ মনিংগী *ঐজ্ঞা যাইমগী হোটেল*, পবেং লেপলগা ঙাইনবদু নিংশিংলকই। ঙাইহাক ঙাইবগা ঐখোয মঙা গাবি ড্রাইভবগা পুননা অহাংবা টেবল অমদা ফমথবে। চৎমীন্নবিবা প্রিতম থাদৌ মবোল খংই। ঙাংবা ফজনা ঙম্মী। কবি স্কুলদা তমলকপনো, ওজানা কনানো হাযবা মদুমদি খংদ্রে। কুকিশিংনা ঙাংনবিবা অদুগুম্না খপলগা ঙাংদ্রবসু মওং মাননা, ঙাংবদু তাবদদি নুংঙাইবে। কবি হাযনবিবনো হাযবদুদি খংদে। প্রিতমনা থাদৌ মবোলদু ফেৎ ফেৎ মঙা তবাদং লৈশিনখি। ঐখোযদি চাক পুথোবকউ হাযবিবোই খল্লুই - অদুগদি হোতেল ফম্লিবী নুপীদু থোবক্লগা থোঙনাও মযাদা লেপলগা মখুৎ থিন্দুনা কবি কবিনো খবা ঙাংনখি। হৌনকবা তৌদনা ঐখোয মবিনা চপ মান্ননা হাযদোকখি,

*কবিনো হাযনবিদুবো?*

*হো, খংদ্রদি তুমীন লৈবো, অখঙবা ঐ ঙাংনবগে।* প্রিতমনা মুকলপ হাযবকখি ।

*মীগী মচাদি নুংঙাইবিনিদা, পৃথিবীগী লোল সুনা খংবনিনা।*

*অঙাং ওইবিৱৈদদি, লাইবিক তম্মু হাযনা থাখ্রগা থ্রি কাপ্পী শান্নদুনা, খোংবান লুকলাংদা ইশিত্নুনা লৈদো, অদুনা কদাইদগী খংগনি।'* প্রিতমনা ফাগি তৌবকই।

ঐখোয পুননা অমুক্তদা হৌনা নোকথোকখি। হোতেলগী নুপীদুনা খোন খবা ৱাংলপনা হায়বকই,

*যাবে যাবে চাক চাবো।*

চাক থাংদোবকপদা মোবোক অতেকপা খবা হাপলগা পীবকই।

*মোবোক অতেকপসিনা যাবোই, উ মোবোক অহুম মবি পীবকউ।* প্রিতমনা থৱাই তানা হাযখি।

উমোবোক খবা শোযবগা পীবকখি।

*মসিনা যাবোইনে।*

প্রিতম উ-মোবোক চাবদা হালেংদবা মীনি। উ মোবোক্না ইকাইবা শাবান্নি। অযুক্কী তল চাবদা উ মোবোক মবি মঙা চাবদা শি লাউদবা মীনি। মোবোক অতেকপগী ৱাদি তেক্কোট অনিনা কৈদৌকনি। মোবোকসিদা ওহোক্না পামজনা চাখ্রবা, অদুনা মাগী মমীং উ-মোবোক হাযবগনা ঐখোযগী মবক্তা হেন্ননা খংনবা হেল্লি। মহাক ফুট মবি মখাযবোমতমক ৱাংই। মশা পাই। নুংশিং অকনবা লাকপদা মীগী মকমদা লৈশিল্লগা থাংই। নেমজববসু মশা খবা ফবা মান্নবা ফুবিৎ খোংগ্রাউ অমা নৎত্রগা অনি যেপলগা শেৎলি। নিংথৌ মনাই পীবকপ্রা চাউৱা যেংউ হাযবদু ইতাউ উমোবোক্তা চপচানা থোকই । মহাক্না

উশিংপা মী লৈতে। মবিলসু ফব্বা মকপ মপাংগীদমক্তা মাংজিল থাদুনা হোংচিনবা, মবিল লৈবা মীদানি। মানা হৈনদে, হাউতে হায়বা চিঞ্জাক লৈতে। পীবিমখৈ তকশিল্লি, কালৈসু ফজনা অদুমক লৌখৎলি। ঙমলবোই খাক্লসি হায়ববসু, অঙম্বদা হৈথববু অদুম চেহ্নজগ্রগদবনি হাযদুনা ফাগি তৌগনবা মীদানি। মী পীকপগী মতিক কোকসু লৈ। তিন্নখিবা মোট চান্নখিবা মীগীদমক্তদি চেন্দবা মীওইনি।

প্রিতম ঐখোযগী মবক্তা ঙসিদি লৈত্রে। মপুগী শিহ্না পাংথোকপা লোযবমদনা, নোংদমখিবা নুমীৎ অমনা মাগা মতম কুইনা লোযনৌ হাযবদু তমলমদ্রে। অদুবু মানা লিবম্বা যাম্না নোক্লিংবা ব্রাবি অমদি মীযাম খংনা তমথোকলগে।

*নোংমা প্রিতম পুলিসনা ফাবা লাকপদা কদাইদা লোৎসিগে হাযনা হোৎনবিঙৈদা পুলিস যৌশিল্লকপনা হাঞ্জিলকখি। মসিদি কান্নববোই হাযদুনা মাগী নুপীগী নঙ্গন্দা নাহোং শাবগা পোবগা অঙাং শাদুনা লোৎখিবদা নাহ্লোকহৌবগী ব্রাবি লিবমখি।* মহাক হাযনবা শোয়গন্দবা, থবক খুদিংমক শোযবা যাদে হাযদুনা চেকশিন্না লৌগনবা মীওইনি। হাযনখিবা পুংফম হেক শোযববা, হুই য়াওববসু থিবা খঙবগী ব্রা লৈতে।

*কবি অরাৎ অপা হাপখোগে'?* হোতেলগী নুপীদুনা হংলকখি।

*যাবে যাবে, পেল্লে, হাউবে।* প্রিতমনা খুমখি।

চাক ফোঙ ফোঙ শাবদু যেন থোংবদুগা ফনা যাম্নবু কৎশিন্নখি। হাউসু হাউই। মসিননি মী যাম্না চংলিবসি। হাউসু হাউত্রবা, মীকৌ মীবমসু ফজদ্রবা হোতেল খালি। ঐখোযনা উবিবা মযামদুনি।

হন্দক্কী ইম্ফাল তুবেলগী হৌবকফম বোলেন পাংকী খোংবু অসিদি নুংঙাইদৌবি। ব্রাবি লেপ্তুবা, উ মোবোক যাওদ্রবদি যাদবা, খজিক্তং চংলগা ব্রাবে ঙমলবোই হাযনা তুখিবা, মী সুবে। মাগী মাগী অপাম্না হাযবদুনি। অমবোমদনা, ঐখোযগা চৎমীন্নবিবা গাবিদ্রাইভব অদুনা শাযাম থেংনবকপগী হৌনবী মী কোইদে। মবক মবক্তা ফাগি জুগাই তৌদুনা ব্রা-ব্রা নোকমীন্নে। মহাক

চাউবাক্লা চহি ২৫ / ২৬ গী লেঙ্গা ওইগনি। মীওই মীতৌ যেংবা নুংঙাই। চুংফিবাল চাবা হাযগদ্রা। অদুনবু ঙনতানা মচা অনিগী মপা ওইবিবনি। মাগী শিবপ তৌবা মখোল, গাবি থৌনা থৌনা রাবি অমা হৌদোবক্লম্মী।

*পাঙল লৈকাই অমদা খঙহৌদনা মৈ চাকখৎলকখি। খুল হৌদুনা মৈ কন্নবা হোৎনখি। মৈ চাক্লিবা যুম মপুদনা মচানুপাদুদা পাখৎলপ তৌনা*

> *হে, নহা নংগী মোবাইলদুদা ফাযব বৃগেদকী মীশিংদু অমুক্তা থুনা কৌজিল্লকউ, মৈনা তুমখিবা তাবে নহা।*

*কননা চাকখৎলক্লিবা মৈদুনা রাযবক্তুনা থংনবিবা য়ুমশিং রাইশিলক্তুনা তুম্না চাকখ্রে। যুমদা লৈবা পোৎচৈ অমত্তা কনবা ঙমহৌদ্রে। বীভুলা চুববা মপাদুনা মকোক পাযদুনা মচা নুপাদা ওনশিল্লকলগা,*

> *হায নহা, নঙ ফাযব বৃগেদ কৌ হাযবদু কৈদৌজল্লে? লোইবে, লোইবে পুম্নমক মাঙ তাকলে-*

*খঙদে আবা, মিস কোল অহুম্লক্লি পীখ্রিবা, হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবসিনি। মচানুপাদুনা শাউবপ খুমলকখি।*



*উমোবোক, শিংজু চাবদা উমোবোক নম্লাগা চাবা*

# ব্রিকেৎ অমা তুখিবা

ফেব্রুৱারি ১৫ নোংমাইজিং নুমীৎনি থেঙলবদা অয়ুক্কী পুং ৭ তাবদা চঙৌবুং য়ৌশি হায়না শীন্দোক্লবে। অয়ুক পুং ৫ তাবদা ময়ামসু পাউ পীনবে। গাবিসু পাউ পীখ্রে। লাক্লনি লম্বেলদা লৈবে মোবাইল ফোনগী পাউখুম্নি। খ্বাইদগী ৱাবসি মী ঙাইবনি হায়বদু ঐঙোন্দা থোক্লে। পুক্লিংদা লাংতকনবকই, তৌগে খনবা থবক্তা অপন-অয়েৎ থোকলকপসিদি, থজিন শাউগৎলকই। তৌফম ফংখিদে। থবক অমা তৌসি হায়ববদি গবং গবং চাকশিন্না থবক তৌবসি ঐগী অপাম্বনি। অলেজালে তৌবা অসি ঐগী খ্বাইগী হৈনদবনি ।

হায়নখিবা মতম পুংফম শোয়গনবা, থওই ৱাওইন্দবা অসি মীওইবগী লোনচৎনি হায়বা য়াই। মীওইবদৌনা পুংশিং মতম শোয়নবা চৎলবদি শৌবজগৎ অসিদা লৈবিবা প্লানেটশিং অসি অমগা অমগা থেংজিন্নদুনা কায়বমগনি। প্লানেটশিং অসিগী খোংচৎ অসি অমগা অমগা ঙাক্লা চৎনবনা শৌবজগৎ অসিগী মপুং ফাবা শক্তম উবা ফংলিবনি। মীওইবা ঐখোয়সি ইস্বোকপা তায়শিন্নবা হৈনবী অমা লৈ। মীওয়বনি শোয়দবা য়াব্রা? মসিদা অদুম লোয়বে। তৌগদবা থবক ময়ামদু মতম খবা খবা থেংথ থেংথনা মতম হৌহনখিবা য়াই। অশিবা হায়বা অদুদি মতম চপ চানা শিগদৌবিবনি।

অমগা অমগা খোমনবিঙৈদা অয়ুক্কী পুং ৫ হায়নবদু পুং ৭.৩০ চপ চানা তাবে। পুং অনি মখায় চপ চানা থেংথবে। চঙৌবুংগীদমক্তা খোংশাল্লক্লে।

কাংপোকপী যৌবদা মযাংগী হোতেল অমদা চংশিল্লগা তল খবা চাশিল্লে। তল চাবদুদা ঐনা প্রিতমদা উ মোবোক অঙাংবা অচৌবা অমা পীশিল্লি।

*ব্রাও, কম্যা যাওবি*, প্রিতম হবাওবদা লোযবে।

*ঙসিদি ব্রাংলিডৈ পীগদৌবিবনি।* ঐনা খাওদা হুমজিল্লগা হাযখি। ঙাইহাক্তুংদুদা উমোবোক অহুম শেংচিনখি। মশাদু খংতেক তেকখৎপগুম তৌবকই।

*কুইথবগুমসি থেংলবদি নুংঙাইববোই চংলসি।* হাযদুনা ফুক ফুক হৌগৎনবদুনা চঙৌবুং যৌনবা থৌগৎলকখি। ঐ খংই চীংদা চৎপা হাযবসি অবায়বদি নত্তে। ঙল্লিডৈ নুংশা হাযগৎলক্লিডৈদা যৌহৌবনা ফৈ। গাবিনা চৎলবসু চৎকদৌবিবা মফমদু কোইলাস থাবা অনানবা লম্বীদি ওইবমলোই। থেংনগদৌবিবা অব্রাবদু মাংজৌননা ইশাদা ফাওখি।

চঙৌবুং যৌবদা অযুক্কী পুং ১১ তাবে। খুল্লাকপগী যুমদা চংশিল্লগা বোলেন পাৎ যৌনবা ঐখোযবু লমজিং লমতাকপীগদৌবিবা মীওইদু কৌনবা হাযখি।

*এ, মাদি, ঙসাই কুইনা ঙাইবমলবনি, নখোয লাকলবোইদ্রা হাযদুনা ঐঙোন্দা হাযবল্লগা চৎখ্রে।* খুলাকপনা হাযবকই।

ইতোমতা ব্রাবৌজে। খবা ঙল্লমলবদি ফগদবনিকো' কবিদি উপায লৈ। চিত্রগুপতনা *ভবীস বানি* দা ইদুনা থনমলবনি।

*হৌজিক চৎপা যাবা মী লৈব্রা*, থিবীনবা হাযখি।

ঐখোযগী নাক্তা ঙসাই মখৈ ফমদুনা ব্রাবি তাবস্মা মীওই অনি মশানা যানা *চৎসিনে* হাযনা চোংথোবকখি।

পাউলম খোংজাই অমদি গৌপু থেক (মাব) মখোয অনিনা বোলেন পাৎ চৎপগী অনৌবা ব্রাবি অমমুক লিখি।

*বোলেন পাৎ তাননা গাবিনা চৎপা যাই হাযবিবসি কনাননো'*
*হৌজিক্তি যাম্না থেংলে। নখোয চৎপা ঙমলবোই। নখোযদি শেকমাইগী*
*ওককুম্বনি। ফোপচাউনবনি, অশ্নাই যৌবদা পৎথখ্রগনি।*

পাউলমনা কবেমননা হায়বকখি।

গাবিনা চৎপা যাবোই হায়বদুদা চৎমীন্নবিবশিংদুগী মবক্তা খবদি মাযথোং মকা লামখিদ্রে। ৱাবা হেঞ্জিলকখ্রে ' বোলেন পাৎ যৌবা হাযবসি ঐগীদি ৱাখলনি।

*যৌবকলবনিনা মফমদু যৌশিল্লসি; থোক্লবা অমা লাক্লিগীনি মথংগী নুমিৎ তোক্লো '* উমোবোক্লা ইনোৎ হাপলকখি।

অয়ুক্কী চাক্তি চাবকত্রিবনি। চীংথক্তা চান থক্লবা, ঈশিং মাযশিং খবা লৈশিলে। গাবি থৌগৎপা য়াবা মফম ফাওবদি থৌগৎলসি, য়াদবা মফমদগী খোংনা চৎপা তাবে। খুল্লাকপগী য়ুমদা গৌপুনা বোলেন পাৎকী ফোতো খবা পুথোক্লগা উৎলকখি। মদুনা অমুক্কা হেন্না মফমদুদা চৎনিংবগী থৌনা হাপকৎলকখি। নুংশানা কোকথক্তা চপ যুংনা যৈবা মতমনি। থৌগৎলসি হাযনা বোলেন পাৎ তমনা থৌগৎলকখি। ইম্ফাল তুবেলগী চেম্বুবক্লিবা ঈচেলদু চীং কাখৎলকপদা থেংনখি। খুলগী নুপীশিংনা ঈচেলদুদা ইক মাইথজদুনা, ফিসু ফিজামদুনা অমদি অঙাংশিংনা ঈচেলদুদা শান্নবি। খবা থৌগৎলকলবা তুংদা নেপালি খুল অমা থেংনখি। খুলগী মীওইশিং অদুনা চৎনবিবা লম্বী অদু তৌখাযদুনা কুম অমগী মক মবাং লোক্লবা থৌবাং তৌবম্মী। তৌখাযবিবা মবক অদুদা ঐখোযগী গাবি অদু থৌজিল্লকখি। খবা থৌগৎলক্লবা তুংদা লম্বী ময়াইদা নুংজাও অমা লৈবম্বা থেংনখি। মসিদগীদি থৌগৎপা যাববোই। মফমসিদগী খোংনা চৎপা তাবে হায়না খনখি। পাউলমনা পুবকপা থাংজৌ অদুনা খবা তৌখায়বগা নুং মচা মচা খবা খোমলগা থাজিন্দুনা থৌগৎপা যাত্রা যেংশি হায়খি। ঐখোয়গী সুমো ড্রাইভব অদুসু য়াবোই ঙম্মবোই হাযবা লৈতে। লাইবক য়েংশি ঙাক্তনি। থৌগৎনবা ত্রাই তৌবদা উচিন নাচিননা অহুমলক সুবদা যাদুনা গাবিদু থৌগৎলকখি। খবা থৌগৎলকপদগীদি নোংজুথাদা অহোম্বা লৈবাকশিং ঈশিংনা চেম্থুখিবদগী লম্বী ময়াইদা অচৌ অচৌবা খোংবালগুমনা লৈবা থেংনখি। মসিদগীদি গাবি থৌজিনবসু যাববোই কমদৌবা '

ঐখোয তকুক পাউলম অমদি গৌপু যাওবগা গাবিদগী কুমথবে। ঐখোযনা পুগদবা পোৎ-চৈ লৌথবে। ভক্ত কেমেবা থাদে। পাউলম অমদি গৌপুনা পুবা যাবা পোৎলমশিং মখোয়গী খাউদা হাপচিল্লে। নুংশাসু অতৈ মতমদা শাগদৌবগী শকুক ঙশিসি শাহৌবগে মতাগুম ফুগাইনা শাগৎলকই। মিনা কবাং

লোনবা মতমনি। গাবি দ্রাইভবদা মফম চাবা অমা যেংলগা খামলম্মু লাক্লিবা অসি খুলগী মীনি মঙোন্দা হায়নগে হায়দুনা পাউলমনা হাযখি।

ঐখোয তরুক কাখৎলক্লে। অহানবদদি ঐনা মাং থাদুনা গপ গপ কাখৎলকখি। লম্বীদা অচৌ অচৌবা উ বীম মঙা তরুকলোম শাদোক্লগা লৈবমখি। মদুদা ঙাইহাক ফমলগা যেংবদা, চীংগী অকোযবা শরুক অদু উজাউ অমত্তা হৌবা উদ্রে। পাম্বী মচা মচা খবা হৌবি। উ-রা হৌদবনা চীংগী লৈমায অদুসু ফ্রোং ফ্রোং নিংখাযদুনা উফুল রা রা হৌবি।

পাউলমনা নুংঙাইতনা হাযবকখি,

*ঐখোযনা অঙাং ওইবিঁঙৈদা ইপাগা লোযননা চীংসিদা শিংচনবা, যেঞ্জাং নাপী থীবা চৎখি। মদুদা অচৌ অচৌবা উ-রা কযা মবাং কাযনা হৌবম্মী। উনিংথৌ, লৈহাও অমদি মরুওইবা উজাউ কযা লৈবম্মী। মণিপুব সবকাবনা চীংদা হননা যেংবীদবদগী উজাউশিং ককলগা যোম্থোকপদগী চীংমাইশিং অসি কোক্লিবনি। উজাউশিং হৌবিঙৈ, জঙ্গল ওইবিঙৈদদি মখল কযাগী উচেক কযা পাইবকলম্মী। উচেক লাংমৈদোং ফাওবা ঐখোয উবম্মী। হৌজিক্তি অমত্তা পাইবকখিদ্রে। হৌজিক্কী অঙাংশিং অসি ওম্প্লোক্লা মবাইবক থিশ্রে। চেদা যেকপা নত্তনা অহিংবা উবা ফংদ্রে।*

হননা যেংলুবদা ভক্তা কাবা ঙম্বোই ঙমদবোই লাপতক্লা শোৎ শোৎ লাক্লি।

> *মাগী খুচৎ অসিদি ঙসি যৌগদবা মান্দে' হৌবদা ঙাইবি, মাগীসি কবি লাযনানো ? ঐনা ঙসাইনা হাযবদুনি নখোযদি শেকমাইগী ওকনি হাযদুনা* - পাউলমনা শাওনিংবোই ফাগীওই হাযবকখি।
>
> *দাদা' ঐ ঙমলবোই দম লোযবে'* ভক্তনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকলগা রানা হাযবকখি।

ঐ খংই, ভক্তগী অবোইবী থাক যৌবে। চীং কাবা মাগী হৈনবা শিনফম নত্তে। মীওই মীতৌ নেমতক তৌববসু পুক্লা ঙম্না, খোংগ্রাউ তুবদা খ্বাং কোনবগা চোনবগা মান্নবম্বদগী দর্জিনা তুবমদবা কযানি। অদুবু মাগী হৈনজবী অমদি থোং

থাকপনি। মথেল লুকোই ফজনা পুথোবকউ হায়ববদি কন্তিনেন্টেল হোতেল কচা, মচু তানা শিনথ্রবা, চাদ্রবসু উবদা টিন য়োৎলিবনি। টি এল সিগী নাইজেলা কচা। ইম্ফালদসু নোংমতা মখোংনা চৎতবনি। মখোং লৈবাক তাবা য়াদবা মহাদেবাগী বব ফংলবা মীওইনি, অদুনা মাগী মমীং *ভক্তা* হায়না কৌনবিবনি। বোলেন পাৎ, গাবিনা চৎকনি হাযবদুদা থব্রাই যাওনা লাকপনি। অদু নৎলমদ্রবা মফমসি যৌবকপগী ব্রা লৈতে। গাবিনা কাবা যাবা কাখৎলগা খোংনা হৌবকপদ্গীদি মাগী লব্রাই লুতোন শাগ্রবজাৎনি।

*তপনা তপনা কাসি য়ৌনিদা।* ঐগী থৌগৎ ব্রাহৈনি।

*মফমদু যৌববদি ফজবা সোট খবদি ফংবা ঙমগনিদা*, মফমদুদা ঐনা পুনিংবগী ব্রাহৈনি।

*ঐ যৌবা ঙমলবোই, ঐ খংই* ভক্তগী অবোইবা ব্রাহৈনি।

ঐখোযনা খোংনা কাকৎলকপা হৌবগী ব্রানি। গাবিনা হাযফেৎ শাংনা থৌগৎলকলবনি। অদুগী মথক্তা গাবি থনমলগা হাযফেৎ শাংনসু অমুক কাখৎলকলবনি। থম্লমলসি কদায চৎমীন্নসি কদায, মৈতৈ ব্রাহৈদা কাল্লে ফুই কান্দ্রে ফুই হাযবদু চপ চানা থোক্লে।

*মা খ্বাইদা থম্লমলসি বোলেন যৌবা ঙমলবোই!*

*কাখৎসি লাউ;* পাউলমনা হাযবকখি।

*ঙমলবোই হাযবগা* - ভক্তনা শাওনা হায়বকখি।

*লাওনে, নেপালি খুল অমা লৈ মদু ফাওবদি চৎপা তাবনি। চীংলক, লমলক অসিদা নতোমতা কবম্না লৈহৌগনি, চুবাম্থাবা চৎপনি।*

*এ, কাবা হৌবদা ঙাযবি, ঐগী তুং ইল্লকউ; নংগীদু কবি লাযনানো ঐ খংদ্রে।* পাউলমনা শাওনা হাযবকই।

খবা কাখৎলগা নেপালি যুম লৈবা উবে।

*খুল লৈবেহে ভক্তা;* ঐনা লাউখি।

খুলদা লৈহৌবগনি খল্লুবদা ভক্তা খোংকাপ লাউবপ থাংলকখি।

নেপালি নহা অমা চীংদগী য়েঙ্গাং নাপী হেকলুবগা কুমথবকখি।

*মাসি ঐখোয়গী মীনি, মা পোত্থাহল্লম্মু, শঙ্গোম লৈববদি পীথকউ।*

*ঐখোয বোলেন পাং চংকদবনি মাদি ঙমদ্রে।* পাউলমনা হায়বমখি।

ক্রিকেট অমা তুখ্রে। মহাক্রা তুখ্রিবদুসু দক চাবগনি। ক্রিকেটকীদি পুন্নমক বেকোর্দনি। বন য়াম্না লৌবগীসু, ক্রিকেট যাম্না লৌবগীসু অদুগা শান্নবিবা খুদিংগী জিবো ঙাক্ত লৌবগীসু বেকোর্দ ঙাক্তনি। ভক্ত বোলেন যৌবগী খোংচং লমখাংদা তুহৌবে। ক্রিকেট অহুমদা ঙাযবে। মাং থানা চংলম্বা ঐসু খবা খবা শোত্থা, খবা খবা শোত্থা মনিংদা হাযথবক্লে।

*ঙসিদি যৌববোই '*, পাউলমগী খোইদৌ শাওগংপা ব্রাহৈনি।

পাউলম গৌপু অমদি উমোবোক কাখংখি।

*নখোয হাননা কাখংলম্মো, তুং ইন্নবক্লগে।* ঐনা হাযখি।

মঙ্গি ইবানি মীথি তাবে। ‑নখংপা ঙমগদৌবা মান্দে। মখোয অহুম কাখংখিবদু উন্নদ্রে। মবক মবক্তা উমোবোক্লা লাউবকই। অদুবু কাযনথংদদি মব্রা মখোল অমত্তা তান্নখিদ্রে। মঙ্গি ইবানিসু অমুক পোত্থা, অমুক কাখং হাযফেং শাংনদি কাখংলকখি। উকম খবা লৈবা মফমদা ঙাইহাক ফমথৈ। ঙশাইদগী মঙ্গিনা যাল্লকপা খাউদু হাংদোক্তুনা যাওবকপা খুদৈ অশেংবা অমা লৌথোক্লগা হাননা শেংলম্বা ফিবোলদু হোংদোক্লেল। খাউদগী কেন্দল কমলা, ধুপ পুথোক্তুনা চুখংলগা ইবুধৌ চীংউ পাঙ্গলবদা থৌনিদুনা খুবমখ্রে।

মানা লাই খুবম্বগী জনজং তৌবিঙৈদা উকমদা ফন্নগা ঙাইহাক উইবদা কযাগী মতিক নুংঙাইবা . . . ।

*লাই খুবম্মবো -* মঙ্গিনা হাযবকখি।

ঐসু ফুক হৌগংতুনা মাই মীৎ তাথোক্লে,

*কবি হাযনা থৌনিবগে?* ঐনা হংখি

*হেক্তা যাবে, নিংনিংবা অমা নিংঙো,* মঙ্গিগী মোমোন মীনোক অমগা লোযননা হাযবকখি।

*মসিদি থৌনি হৌবনা ফগদবা মাল্লি, তুংদা নিঙমলক্তবা যাই - ঐগী* ব্রাখলনি।

ঐদি ফি হোংদোক্তে। হোংদোক্লবসু য়াওদে। উপ্রাক্লা হিপলগা খুকল্লে।

মঙ্গি, ব্রা তপনা তপনা ঙাংবা, থবক তৌবদা মোঙহাদবা শাথিবক্লবদি মন অতেবনা ব্রাইবগা শক ফংই হায়বদুনি। ইবানিদি পাস খবা চান্নে। মাগী তোপ তোপ্পা অমমম হেক হেক তৌবকই। মদুসু থিংলুবা যাবা নত্তে। মসি মাগী হৈনবীনি। থবক অমা পাংথোক্লবা হোৎনবদা ঙমনবা হোৎনবা মীদানি। ব্রা ঙাংথোবকপদা মীনা তানীংবা গুন অমদি লোযনৈ। মসি মাগী পীথোবকপনি, অদুবু মাইক্রোফোন উববদি শায়বগে হাযবা মীদানি। মী মঙা, তবা পুল্লবদি মীটিং হৌবসি হাযদুনা ঐখোযনসু ফাগী তৌনৈ।

চীংগীদি হুৎ লৈথোকখিবদা উন্নবা হেক্তা ফংদে। খোঞ্জেলনা লাউনদুনা নকনবিব্রা লাপনবিব্রা হাযবদুদি খংবা ঙম্মী। মঙ্গি ইবানি খবা কাখৎলগা হেক পোত্থা পোত্থা চৎপনা উমোবোক্তা হাযফেৎ লাপনখ্রে। লাউনবা তান্নখিদ্রে। চীংসিদা উজাউদি লাযবদুনা শিং ওইবা য়াবা পাম্বী ফাওবা অমত্তা হৌদ্রে। শিং ওইনবা পাক্তকননা যানখ্রে। অদুনা উকম হাযবদু লৈত্রে। নুংশাগী মৈশানা ফুবদগী চীংমাযশিং অদু উফুল ব্রং ব্রং হৌবগা ফ্রোং ফোং নিংখাযবে। কংলবা পাম্বীশিং অমদি নাপীশিং অদু মৈ থাদোকলম্বনা অকোযবশিং অদু তাঙ্গোই তানা চাক্লি। অসুম্না পোত্থা পোত্থানা বোলেন পাৎ যৌনবা হাযগৎলকখি। কযাম ব্রাৎলিবা, কয়াম নক্লবা খংবা ঙম্বা নত্তে। মফমসি হান্নসু অমুক্তা যৌখিদ্রি। অখংবা অহুম্মক মমাং থাবগা কাখৎখ্রবনি।

নুমীৎকী মঙালনা কোকথক্তা চপ চানা যৈথবম্বা অদুদি নৎত্রে। নুমীৎনা *নোংচুপ থংবা চীংমাযবোমদা খবা খবা লৈশিনখিবদগী মমাং থংবা মাযকৈ* অদোমদি মকম খবা খবা লাকপা হৌবে। অযুক্কী চাকসু চাবক্তে। লাম্বনা মতা অমা তৌবে। চাক যাওদবসিনসু ব্রাবা হেনগৎলকপা মাল্লি। চান থক্লবা খবা পুবকপদুসু মাং থাত্রিবা উমোবোক অমদি লমজিংলিবা অনিদুগী পাইতুদা খোৎ খোৎপা য়াওখ্রে। ঐখোযদা যাওবিবা হাযববু ঈশিং লিটব অমগী বোটল অদুখক মঙাযবে। মদুসু পীৎ পীৎ থক্পদা য়াওশিল্লক্ত্রে। মঙ্গিদি চীংঙু পাঙ্গলবা

থৌনিবকপদুনবা খংদে, খোংলৈ খবা থুজিল্লকই। নত্রগনা ষ্টেবোইদ চাবা জাৎলা। ঐদি শোল্লুবে ৱাবে। চীংয়াংশিদা ইবানিদা ঙাযববনি মাসু পংলাপ লাপনা চৎতে। ঙাইব ঙাইবগা চৎমীন্নবি।

অঙস্বা কাবস্বদগী লোইবোই লোইবোই হাযথবকপা শরুক লাক্লে। চীংদবু কযাম কুইনা কুমথবা শরুক লৈবমগদৌবিবনো? হায়ফেৎ লৈতেম মান্নবা শরুক ঈশিং তুংবনা পেৎ পেৎ লাউবা মফম অমা থেংনখি। শ্বাইদসু কীকসেন্দ লৈববনে? মফমদু চৎপা যানবা চীং অসিদা অকা অকুম তৌবিবশিংনা নাকন্দা ঈ ককলগা থানা থাদুনা থম্মী। ঈশিং তুংবা মফমদুগী অকোয়বদা উজাউশিং অদু কোযনা তুদুনা লৈ। মতম কুইনা লৈবকপনা লৈবাক লৈখোম মনুংদা ফুমজিনবসু যাওবে, যাম্না কুইনা লৈবকলবা মালি।

*ঐ তুবে* - মঙ্গি তানবা লাউখি।

*তুবো মখোয কদোমদা চৎখিবগে যেংগে, লম্বী যাম্না ফাংই* -

মঙ্গীগী পাউখুমনি।

লম্বী চৎনবা থাবিবা ঈ দুগী মথক্তা ঐনা টাব্রেলদু তিংথোক্লগা ঙাইহাক মীৎ উইশিল্লগা হিপ্লবু নুংঙাইবগী তবং অমদা তাউখি। মতাং অদুদদি তেবা মোনপাক্তা হিপ্লনগাক হেনবা নত্তে।

*যাবে কাখৎলক্লো*

*কযাবক লাওবকপদা তাখিবনো খংহৌদে। অহৌব. খোঞ্জেলদুদা ফুক হৌগৎলগা*

*লাক্লে, লাক্লে।*

মীনিট তবাবোমদি শেথকববা মাল্লি, সিনেমা যেংলিঙৈদা মতেক অমা ব্রেক পীবগুম্বনি। হাযফেৎ তেখৎপগুম তৌই। টব্রেলদু লেংবান্দা যানশিল্লগা অঙম্বা চীংমাইবোমদা কাখৎলকখি। চীংমায়দুদা লেপ লেপমুক ৱাংবা ৱা পাম্বীশিং হৌবি। মদুদগী থোইনসু ৱাংদে। খোংলম্বী লৈবিবা মফম অদুদি ৱাশিংদু ককন্নখিবগী হুইদেম শাবা মখোকশিং লৈ। চেকশিলহৌদবদা থিনগদৌবিবনি। মকপ অমনা লিখিবা ৱাবি নিংশিংলকই।

মণিপুরদা লৈবিবা জঙ্গলশিংদা টাবজান চংবা ঙমদে। টার্জাননা উবি পান্দোং হায়বগা চংলকখি। টার্জাননা চংলকপদা যোংমুশিং য়াম্না শাওখি। মখোয পুল্লগা ব্রা তান্নদুনা থিংনবা হোৎনখি। কায়নথংদা যোংমুশিংনা, চীংদা হৌবিবা হুইদেম শানা ককপ্রবা ব্রা মখোকশিং অদুগী মথক্তা উ অমাগা উ অমগা হাযবক্কদবা উবি পান্দোংশিং অদুদা যোংমুশিংনা গ্রস তৈশিন্দুনা থমখি। মদুদা টার্জাননা উ-উ-ব্রা হাযনা উবি পান্দোংদু যাল্লগা হায়বকপদা নাম্বুদুনা তাবদা থিনা শোকখি। মদুদগী টার্জান মণিপুরদা চংলক্তবনি। মদুদগী ইদগব বিস বুরোগী মণিপুর টার্জানসু শেম্না ঙমখিদবনি হাযনৈ।

ব্রাবক অদুদা ফজববা চৈসু ওইবা যাবা চপ চাবা ব্রা অমা তাবম্মী। মদু খুল্লগা চৈসু ওইদুনা কাখৎলকপদা  কযাদা মতেং ওইবিবা। চীংদা চৎপদা চৈসু অমা যাওবা অসিসু যাম্না কান্নে। ব্রা মচা মচা কুংনা হৌবা জঙ্গল অদু হেক লোইবগা খংঙম ঙম্না চীংদুম অমা মাংদা খিন্দুনা লৈবম্মী। *'হে চীং ইমা ইবেম্মা'* লোইবা খম্না নাইদেদকো, পুক্রিংদা খল্লি।

পঙব্রাং বাংবা চীংদুম নত্তে। কাবগী লোয়বা খম্না নাইদবগী ব্রানি। চীংদুম অদুদা যেংখৎখিবদা উফুল ব্রা ব্রা হৌবদুনা যাম্না নিলবা মখোল অমা তাখি।

উ থাদবক্লিববা; কবিনো? মশক্তি উবা ফংদে। খবা নকশিল্লকলবা কাং দা নেপালি মযাম্না ব্রা মচা মচাশিং অদু ককলগা মবেংবান্দা মখোক্তু থাঙ্গৎলগা মতোন্দু চীংলগা লাকপা ওইবম্মী। ঐখোয উবদা মখোযসু ঙাইহাক লেপলে।

*মী অহুম কাখিবা থেংনব্রা?* ঐখোযনা হংখি।

*মখোযদি পাৎ যৌবমলগনি* মখোযগী পাউখুমনি।

*কযাম ব্রাংলি।*

*চীংশি লাম্থোকলগা লৈববনি।*

যৌদ হেক যৌগদবা মাল্লি। চীংদা চৎপসি য়ৌবে য়ৌবে হাযবগা যৌবা খম্না সুকনাই নাইদে। ঙাইহাক ব্রাবি শান্নবগা নেপালিশিং অদু কুমথক্রে। ঐখোয়সু চৈসু সুব সুবদুনা অঙম্না চীংলম্বী অদুদা কাখৎলখি। চীংদুম অদুগী মতোনা হেক যৌবদগীদি অঙম্না শকক অমত্তা উদ্রে। লোইবোই লোইবোই হায়থখিবা চীংগী

শকক উবা ফংখি। মফম অসিগী, চীংদুম অসিনা খাইদগী রাংবা মফম ওইবমগনি। চীংদোল অসিদগী যেংথখিবদা অসুকপা উমং কযা পাক শননা শন্দোকপ্রি। চীংগী ফজবদু নিংথিনা উবা ফংখি। ফজবা উগে হায়ববদি লাপনা যেংউ হাযনবা লৈ।

মাংদা চৎখিবা উমোবোক, গৌপু, পাউলম কদায়দা লৈবগে খংনবা লাউখি। চীংগী নাপোম অমদগী অমদা খোম্থাং য়েনা চৎপ্রি। মখোযগীদি পাউখুম খোম্থাং হল্লকখিদ্রে। চীংদোং অদুদগী অরাং পাংনা লোইবোই কুমথবদা অঙম্বা কাবকপগী অরাবদু মাংখ্রে।

অচৌ অচৌবা উপাল কযা চীং লম্বীদুগী মতাইদা কক কক্নুনা তাদুনা লৈবি। অনৌবা ককলম্বদি নত্তে। মতম খবা কুইববা মাল্লি। মকুশিং অদু নুংশিৎ নুংশানা যৈবদা চেখাযদুনা হিগৎ গিৎতুনা লৈবি। লম্বীদুগী মতুং ইননা চংশিলবা মতুংদা চীংগী থেম অমা লৈবম্মী। থেম অদু মৈনা কোগোক কোক্লা থাদোকখিবদগী উ-রা নাপী শিংবী অমত্তা হৌদ্রে। ফ্রোং ফ্রোং লাওবা লৈচ্রেংগুম্বা লৈমায ওইবে। লৈমায অদুদা তাশিন তাশিন্দুনা মৈখু কাদুনা মৈগী চীংগী মওংদা লৈবা থেংনখি। অকোযবদা পাকখন মচা মচা খন্দুনা ঙাইহাক পোখাবা যাবা মফম শেমদুনা লৈবি। থোং থাকপা চাবা থকপা তৌবগী কোল লিক কযাসু উচুকশিংদা থেৎ থেৎতুনা থমলি। মীদি অমত্তা লৈবা উদে। লৈবগী মখোলসু তাদে। উজাউ কযাসু মৈ থাবম্বগী মৈখাক ওইনা তাবসু যাওবি।

*কবিনো তৌবিসিদি* - খঞ্জানখি।

শঙ মচা মচা খল্লগা লৈবিবা অদুদা মঙ্গি ইবানি চংশিল্লগা কবি কবি চাব্য য়াবা লৈবগে হাযনা থিখি। ফংদে। প্লাষ্টিকী লিটব মঙা চনবা গেলোন অমদা ঈশিং খবা যাওবা থেংনখি। মখুম হাংদোক্লগা কবিনো হাযনা মনম নমলগা য়েংখি। লোযবে মনিং অদুদি মোৎপনা ঈশং কাবে। সুকলৈ লৈতবদগী খবা ফংলিবসি ফবে খন্দুনা ঐনা লিৎলিবা ফুবিৎ অদুনা গেলোন মঙক অদু যেৎশিল্লগা প্লাষ্টিক বোটল অদুদা চিথোক্লে। যৌগংনববা তঞ্জা অদু লাইজ ঈশিং খবা ফংবদুদি

. ।

ঈশিংগী মহুৎ শিনবীনবা অতোপ্পা অমা লৈতে। ঈশিং কল্লু হাযনৈ। ঐগী মকপ অমনা তোয়না হায় *সেভ বাটব, দিঙ্ক বাইন*।

মঙ্গি ইবানি ৱাবি শানা শানা বোলেন পাৎ তমনা চংশিল্লকখি। কযাম ৱাৎলিবা, কযাম লাপলিবা মথোং খংদে। চৎন-চৎনা মীগী মখোল খবা তাখি। শোযদ্রে। উমোবোক হোযনি। ঐখোয়না 'উ-উ লাউখি। মখোযসু খুমলকখি। চীংগী গোলাই অমা অনি চৎলবা মতুংদা থেংনখি।

*ঐখোযদি যৌকবে* হায়দুনা দিজিটেল কেমেবা, ভিদিও বেকোর্দিং যেংহনখি।

*কযাম ৱাৎলি?* ঐখোযগী ৱাহংনি।

*যৌবেনা।* মখোযগী পাউখুমনি।

মখোযনা পুখিবা অচাপোৎশিংদু পুথোবক্লগা

*নখোযদি কবিমতা চাবমলবোই?*

*অচাপোৎনা নখোযনা পুবগা ঐখোযদি কবি চাগদৌবিবা?*

পাউলমনা নোকলকখি।

*শেকমাইগী ওক হাযবদু চপ হেক চানৈ।*

*মফমসি যৌবগা বোলেন পাৎ হাযবদু য়েংহননিংঙি। পাৎ মপাল যৌবগা হনবদি নুংঙাইতে।* পাউলমনা লাংতকননা হায়বকখি।

*হৌগৎলো চৎসি থেংলনি।* পাউলমনা তকশিল্লকখি।

ঐখোযসু ফুক ফুক হৌগৎতুনা পাৎ তমনা লাকমিন্নখি। পাৎ মপান্দা হৌবমলিবা ৱা অসিদি মখল অমনি। পংচাউ চাউদে। অযাম্বনা খুৎনা পাযবদা চপ চাই। মতাং তেল্লি। মবিল ফুল্লি। মতাং খুদিংমক্তা তিংখং, যীশু খৃষ্টগী মকোক্তা যোম্বদৌনা যোম্মী। ৱাশিং অদু পাৎ অদুগী মপান্দা কোইনা হৌই। নুমীৎকী মঙাল চংবা ঙমদে। লৈমাযদু চোৎ চোৎ লাওই। নাম্বুগদৌবে হাযদুনা ৱাদা পাযকবদা তিংখংশিং অদুনা থিল্লকখি। খবা চংশিল্লগা পাৎ অদু উবা ফংলে। কয়াদা নুংঙাইখিবা, যৌগে খনবা মফম যৌবা ফংলে খনবদা।

ৱাবক অদুদদি নুংশা মঙালনা ফাওজিনবা ঙমদবনা নুমীৎ তাববগুম খনখি। পাত্তুদা যেংথখিবদা পাৎকী ঈশিং মথক্তা হৌবিবা ফুমদি অকংবা অদুগী

মথক্তা নুংশা মণ্ডালনা যৈবদা চাউববা ঈশিংগী ঈপাক ওইনা খনখি।

*ঈশিংদি ফজনা লৈবেদনা* - ঐনা শোনখি।

ব্রাগী মশাশিংদু পায়ব পাযবগা কুমথবকপদা পাৎ য়ৌখিবা খংহৌদে। ঈশিংগী ঈপাক্লি খল্লম্বদু ঈশিং মথক্তা হৌবা অকংবা ফুমদি ওইবমখি। ফুমদিদু থানা কুংনা লৈখ্রবনা মথক্তুদা চৎপদা পুখ্রবগী চাং ব্রাৎলি। ঐখোযনা লৈবিবা মাযকৈ অদোমদগী নোম্বদা ফুমদিশিং অদু ঈথক ঈপোম নাইনা অবোইবা মতাই ফাওবা নোমলগা চৎখ্রি। ব্রাবম্বা লাংতক্লবম্বা পুম্বা পুমকাউ কাউখিবগুম তৌখি। কুইববগী মমাংদা নিংলম্বা খল্লম্বদু ফংবগুম ফাওখি।



মং ক   খোঙ্গনঙ পাৎকী ঈশিং লৈবা শক্ক।

মং খ   বোঙ্গলন পাৎকী লাইরেম্বীগী খুভম





মথক- বোলেন পাৎ যৌবমদাইদগী মৈতাল লোকফম
মখা - বোলেন পাৎ চৎমিন্নবব্বা খোংবৃ



# বোলেন পাৎ

বোলেন পাৎ, কুকি লোন্দা বোলেন হাযবসি অচৌবা হাযনা খংনৈ। কৌব্রু চীংশাংগী অৱাং থংবা শকুক্তা লৈবা অচৌবা পাৎনি। পাৎ অসিগী পাকচাউবা একব ১০ বোমনি। সমুদ্র ঈমাযদগী ফিট ৭,২১৭ ৱাংবা কাংপোকপীদগী কিলোমিটব ১৫ বোম লাপ্পা মফমদা লৈ। বোলেন পাৎ অসিদগী চেন্থবকপা ঈচেল অদুগা চীংগী লোক কযাগা তিন্নদুনা ইম্ফাল তুবেলগী ঈচেল তম্পাক তাননা চেন্থখ্রি। বোলেনপাৎ ইম্ফাল তুবেলগী হৌবকফমনি। ইম্ফাল তুবেল অৱাংলোমদগী মখা পাংনা ইম্ফাল সহবগী মযাই চবুক্তা ফাওনা চেন্থখ্রি। মফম মফমগী ওইনা তুবেল অসিগী মমিং তোঙান তোঙাননা কৌনৈ। ইম্ফাল তুবেল, তুবেল অচৌবা, মণিপুব তুবেল হাযবসিনা মযাম্না খঙনবা মমীংনি।

ইম্ফাল তুবেল (৫২৯ বর্ম্মগী মাযকৈদা ৭৯১ পুননা ১৩০৬ কিলোমীটবগী অশাংবনি) মণিপুবগী মকওইবা তুবেলশিংগী মনুংদা অমনি। ইবিল তুবেল, থৌবাল কোংবা, চকপী, খুগা শেকমাই তুবেলনচিংবা কয়াগী ঈতিনফম ওইদুনা চেনছখ্রি। ইবিল তুবেল (১০৩ কিলোমীটব) মণিপুবগী অৱাং নোংপোক থংবদা লৈবিবা সেনাপতি জিলাগী টদুবীদগী হৌবকই। লিলোংগী থোং মনাক্তা ইম্ফাল তুবেলদা তাদুনা চেন্থমীন্নখ্রি। ইম্ফাল তুবেলনা ইবিলদগী শকক মঙাবোম শাংবা হেল্লি। ইবিল তুবেল মণিপুবগী মকওইবা তুবেলশিংগী মনুংদা মকওইবা পুৱাবিগা শাগোন্নবকলবা তুবেলনি। থৌবাল তুবেলনা উখ্রুলগী হুইমী চীংদগী

হৌবক্তুনা চেন্থবক্লগা মযাং ইম্ফালগী ইবোঙ চিবাইদা ইম্ফাল তুবেলগা শম্লখি। ঈতিনফম অসিবু ইবোঙ লৈমা হাযনা খংনৈ। কুম অমগী ঈশিং ইনৌ তাবকপদা ঈবোং লৈমা হবাওদুনা অচৌবা কুম্ফে অমসু পাংথোকই।

চঙৌবুংদগী বোলেন পাৎ তমনা কাখৎলকপদা লৈবিবা খুলশিং অযাম্বনা নেপালি ঙাক্তনি। নেপালিশিং অসি কুকিশিংনা লম পীবগা, থবক শুহনবা অমদি লৈবগী ভবাসু লৌবনি হাযনা পাউলমনা ৱাবি মখা চত্থবকখি।

শেম্ঠোক লন্বী লৈতবনা চীংদা হৌবিবা উশিং অসি যাল্লগা যেম্থোকই। যানবগী থবক নেপালিশিংনা তৌই। অমা যাল্লু হাযবদা নেপালিশিংনা অহুম যাল্লি। মপুগী অমা যাল্লিবশিংগীনা লোননা অনি অনি যাম্থৎলগা যোনবদগী ঙসিদি কাংপোকপী মাযকৈগী কৌব্রু চীংশাং পবেংসি পুংকোক কোকলিবসিনি হাযনা পাউলমনা নুংঙাইতনা ৱাবি লিখি।

বোলেন পাৎকী ফুমদি মথক্তা খোং থাবদা ববেবদা চৎপদৌনা নোম্মী। মতাই অসিদগী ঐখোযনা নোম্বদা ইথক নাইনা মাযকৈশিনবা থুংনা নোমলগা শন্দোকখ্রি। পাৎ অদুগী মমাংলোম থংবা শকক্তী মতাইদা লৈপুং অমা লৈ। লৈপুং অসিগী মথক্তা থেকোই নাকোই তৌবা উ পাম্বী অমা লৈমায অদুগা হাযবপ মান্ননা নেমথবগা হৌবি। উ অদুদা খোঙ্গুন মেলৈ মচু মচু শাৎলি। লৈপুং অসিগী মথক্তা খবা তোংলপ তৌবা লৈতোং অমসু লৈ। লৈতোং অসি নাপীনা কুংনা হৌজিন্দুনা লৈ। লৈতোং অসি কনানসু শোক্লদে। মসি পাৎ অসিগী লাইবেন্থীগী খুভমনি হাযনা পাউলমনা তাকখি।

মঙ্গিনা মাগী খাউদা যাওবকপা মোমবর্টি ধুপ মচৈ অদু চুম্থৎলগা খুবমখি। ঐখোযসু লমদম অসিবু কোল্লিবা লাইবেন্থী লাইবেম্বদা খুবমখি। ঐখোযগী মতৌদুদা পাউলম অমসুং গৌপুসু যাওশিল্লকখি।

লৈমাযগা মান্ননা হাইথবগা হৌবিবা উ অদুদা খোং যাম্থদুনা ফমলগা পাৎ অসিগী মতাংদা মানা খংবা লিবকখি।

নোংজুথাগী মতমদা পাৎ অসিগী ঈমায ৱাংখৎলকপদা লৈপুং অসি অমুক্তা থুমদ্রি। পাৎ অসিগী লাইবেন্থীশিংগী শান্নফমনি হায। পাৎ অসি ঈশিংদা হৌবা পাম্বীশিংনা পুংকুপ কুপশিন্দুনা লৈ। অৱাং নোংপোক থংবা মাযকৈবোমদা

ঈশিংগী শকক খবদি পান্নীশিং অসিনা হৌজিনবা কুপশিনবা ঙমদনা লৈ। ঈশিং লৈবিবা মযা অদুদা উমোবোক্লা ঙকযান ফি লৈকুম অদু ব্রা মতোন অমদা কিবগা যুংলন্নদু উবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওখি। মফম অসি ঐখোযনা জয তৌববা।

ঐখোযসু ঈশিং লৈবিবা শকক অদুদা চৎসি হাযদুনা লৈপৃং অদুদগী কুমথবগা চংশিল্লকখি। ঈশিংগী শকক অদুদা তিন কাং মচা মচা কযা শার্নবি। তিল কংশিং অদুগী মবক্তা খুনাওবীমুক চাউবা ইঞ্চি অনি অহুমলোম শাংবা তিল অমনা তিল মচাশিং অদু তান্নদুনা চাবি। তিল মখল অসি গুমভিবগী মওং মানবা *সলামন্দবনি* হাযনা গৌপুনা হাযবকখি। সলামন্দব ঈশিং অমসুং কংফালদা লৈবা জিবনি। পাৎ অসিগী মথক্তা হৌবিবা ঈশিংগী পান্নীশিং অসি চহি কযাগী মমাংদগী হৌবকপনা মথক্তা মী চৎপদা পুথদ্রে। হৌবিবা ঈশিংগী পান্নীশিং অসি কংবা মাল্লবসু মাগী ষ্টেমশিং অদু মপোপ চাউবদুনা ঈশিং ফজনা চুপশিল্লগা যাওবি। খুদাপ অমা পার্যাশিল্লগা সুন্নদা ঈশিং ফজনা থোকই। বোটনিস্ট নত্তর্বাননা খংবদা ব্রাবে। পাৎ অসিগী নোংপোক থংবা শকক্তা ঈশিং চিথখিবগী মফম অমা চাউনা লৈবি। চিথখিবা ঈশিং অসিদগী ইম্ফাল তবেল ওইখ্রিবনি। কনাগুম্বা, নেসনেল জিওগ্রাফি, দিস্কোভরীগা মাওইশিং ওইলবদি ফজবা দোকুমেন্টরি অমা শেমলমগনি।

পাৎ অসিগী অকোইবদা উ-বা কযানা মবাং কাযনা হৌবি। উচেক ব্রাযা কযানা নিংঙাইদনা শাগযম জগানি। হৌবিবা উ বাশিং অসি পাৎকী লাইবেন্নীগীনি, হাযদুনা চংবা কীনবদগী যান্নৎতবা ওইবন্ন যাই। অব্রাং অর্মাদি মনিং থংবা পাৎকী অকোযবা শকক্তা ঈশং কাববা, কোনবা থুংদবা উজাও কযানা কুংনা হৌবি। উবি ব্রাবি কযানা যেৎশিনবনা ইশুক শুকই।

*যাবে হল্লসি, থেংলনি* - পাউলমনা ফিংনা হাযবকখি।

ঐখোযনা ফংনিংলিবা যেংনিংলিবা মফম অসি উবর্বাননা হল্লসি হাযদুনা ঐখোয মঙা মবি মবি হান্না কুথবকপা ব্রা তিংখং পানবা কুংনা হৌবা অদোমদা কাখৎলকখি। নুংথিলগী পুং ৪ ৩০ খবা হেল্লে। চীংর্দাদি নুমীৎ হেক লৈর্থাখিবদা মমবা হেক্তা হৌই। অমমবদা চীংদা চৎপা হাযনাববনি নুংঙাইবদা' বোলেন পাত্তগী হল্লকপগী শকক অসিদি কাবা যাওদ্রে কুমথবনা নমলে। ব্রেক ফত্তর্বাদি শিৎ-নানথখিগদৌবিবনি। অদুসু অমম্বদা।

বোলেন পাৎ তুংওইনবমলে। হল্লকপগী খোংথোং অসিদি হান্নদগী খবা যাংখৎপগুম তৌই। মঙালদি খবা লৈবি। ঐনা পাউলমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা বোলেন পাৎকী মতাংদা ৱাবি হৌখি। পাউলম ৱবি লিবদা মবিক চুম্মী। পংৱাং ৱাংদবা মশা ফুলৈনবা, চহি পংয়াম য়াম্না মীওইদি নত্তে। চহি ৩৫ বোমগী লেঙ্গা ওইগনি। শুবা নোম্বনা অহল মাল্লি। অদুবু মাগী মশাদা য়াওবিবা মশলশিং অদু মাগী মাগী লৈফম থোকপা মফমদা নিয়ম চুমনা পোপ পোপ অনা লৈ। মৈতৈলোন ঙাংবদা তাবা নুংঙাই। গৌপুদি নহানি, মশা পাতক তৌনা মবেপ ৱাংই ৱা ঙাংগন্দে।

বোলেন হায়বদি কুকি লোন্দা অচৌবা হাযবনি। বোলেন পাৎ অসি কৌব্রু চীংশাং পবেংদা লৈ। সমুদ্র ইমায়দগী ফুট ৭,২১৭ ৱাংবা মফমদা লৈ। পাৎ অসিগী পাকচাউবনা একব ১০ বোমগী চাংনি। মণিপুবগী মনুংদা বোলেন পাৎতগী মণিপুবগী ঙমখৈ ফাওবদা ইম্ফাল তুবেলনা চেল্লিবসি ৫২৯ অদুগা বর্ম্ম মনুংদনা ৭৯১ কিলোমীটব শাংই। পাৎ অসিগী নোংপোক থংবা শকক্তা ঈশিং চীথখ্রিবা অসিদগী ইম্ফাল তুবেলগী ঈচেল হৌপ্রবনি। ঐখোয়না অঙাং ওইবিঙৈদা অহল লমনশিংনা পুবীবা মতমদা পাৎ অসিদা উচেক মখল কযা চাকতাবা লাকলম্মী। চাউব চাউববা উপাল কযা কুংনা হৌবম্মী হৌজিক্তি কুকিনা নেপালিগা মান্নবগা পংযান্দা যানবদগী পাম্বী অমা ফাওবা উদ্রে। উপাল হৌদ্রবনিনা নাপীসু হৌদ্রে। মথক থংবা চীংগী লৈবাক লৈহাওসু নুংশিৎ অমসুং নুংশাগী মৈশানা যৈবদা ফোং ফোং কাযদুনা উফুল হৌবে। নোংজু থাদনা মথক থংবা লৈহাওশিং অসি চেম্থুখিদুনা লম্বী মযাইদা খোংবালগুম লৈবিবসিনি। মসি কনাদসু ৱাবৌনিঙাই লৈতে ইশানা থোকহঞ্জবনি। পাউলমনা নুংঙাইতনা তমখি

*পাৎকী অকোযবদা হৌবিবা উপালশিং অসিদি যান্দববা?*

*এ! পাৎ অসিগী বাবি অমা লৈ;*

পাৎ অসিদা শা-উচেক কয়া মবাং কায়না লৈ। ঈশিং অসি জিবা পানবশিংদা যাম্না দবকাব লৈ। শা উচেকশিং অসি কুকি খোংজাইশিংনা কাপ্পা চৎলি। কবিগুম্বা মতমদা উ ফাওবা যাল্লম্মী। নুমীদাং যাবেক্রবা অমদি শা কাপনবা শগাই শাবগা ফাওবা থনম্মী। শা থোবকপা ঙাইবগা কাপ্পদা পাৎ অসিদা শা অমত্তা পান্দুনা শিবা থেংনখিদে।

***কবিগুম্বা থাবল ফবা নুমীদাংদা শা কাপনবা লুমদুনা লৈবিঙৈদা কদোমদগীনো খংদবা খোন বেঙ্গুন খোংবদগী মখোলসু তাবা য়াওই হায়না অহল লমনশিংনা হায় মদু থেংনবব্বা, তাকব্বদু হানপ্রগা হান্নগা মান্নদবা মওংদা চোইদ্রং পাদ্রং তৌই। নুমীদাং য়াবেক্তুনা শা কাপ্পা চৎলুবা মীওই অমদি ঙাওদুনা লৈ হায়না পাউলমনা তম্মী।***

পাওলমগী ব্রাবিসি তাবদা তু চুংই; স্বাই স্বাই লাওই। অদুবু খংনিংবগী ময়াইনা হংবদি লেপতে।

পাৎকী লৈপুং অদু *লাইবেন্থীগীনি*। শাদানবশিংনা উবদা লৈপুং অদুদা নুপী তবেৎ থোবক্লগা শান্নবা অমদি চেঙহি লুদুনা ঈকজবগী মওং উবসু চৎমীন্নবিবশিংগী মবক্তগী উবা যাওই হায। মদু উকবদগী মেন তাদনা ঙাওদুনা লৈবা মী লৈ হায়না পাউলমনা ব্রাবি লিখি।

*লাইবেন্থী তবেৎ হাযবদি মদু হেল্লোই ওইবমগনি'?*

*অঙ, মৈতৈশিংনা হেল্লোই হাযব্রা? মফম অসিদা মৈতৈ মাইবা মাইবিশিংসু লাই খুবম্বা লাকপসু যাওইনে।*

পাউলমগী নুংঙাইববা ব্রাবিসি কনাদসু লিথোক্তনা ঙসি ফাওবা থমলম্বনি। ঙসিদি মীপুম খুদিংমক খংবদা নুংঙাইগনি খন্দুনা অমুক হননা লিথোক্লে।

*ঐখোয* মঙা চৎমীন্নবদু মানা মানা থোকপা মমদ্রিঙৈদা *ঐখোযগী* গাবি খামফম, অমদি ব্রিকেট অমা তুহৌবা মফমদু যৌহৌসি হাযদুনা চীংগী ঙমথবিবা লম্বী অদুদা হাযফেৎ য়াংনা চৎনৈ। অঙানবা অদু তান্ন তান্নদুনা চৎপনা ফাবা ঙমহৌদে, মমশিল্লকই। অমম্বদু ঙাকথোক্লবা টোর্চ লাইট ফাওবা যাওবক্তে। ঐদি পাউলমগী ব্রাবিদু তানবা মাগী মনাক্তগী হেন্দোক্তে। চৎন-চৎনা পাউলমনা ব্রাবি মখা চত্থবকখি।

চীংশাং পবেং অসিদা থুমগী ইফুৎ অমা লৈবম্মী। হৌজিক্তি উব্রা য়ানথৎখিবগা লোয়ননা ইফুৎ অদুসু কংখ্রে। থুমগী ইফুৎ লৈবা মফম অসি খোংজাইনা *চিখুলাঙ* হায়না খংনবম্মী। (চি-থুম, খুলাঙ - মহি) মফম অসিদা নেপালিশিংনা খুল তাশিনখিবদগী চিখুলাঙ হাযবম্বদু *নুন পানি* হাযনা খংনখ্রে।

মফম অসিদা নেপালি য়ুম তবামগুবোম লৈ। নেপালিশিংনা খোংজাইগী লম, যেংশিনবগা লোয়ননা লৈবগী শেনফমসু পী। নোপলিশিংনা শেল থিবা কোন্নবা অমদি শেন্থোক লম্বী ওইনবা চীংদা হৌবিবা উপাল, উজাউশিং অসি য়াল্লগা যোনবগী থবকসু চৈখে। মসিনা মবম ওইবগা চীং মক কোকপগী চাং হেনগৎলক্লি।

*চীংদা উ হৌদবসি কোক্তা শম হৌদবগা মান্নবমগদ্রা?*

পাউলমগী ব্রাসি তাবদা হৌনা নোকথোকখি।

*কবি তৌববগে মাংদা - ইপোমগী বাবু, চাউবা থোবকপ্রা?*

মঙ্গিনা ফাগী তৌবকই।

পাউলমগী বাবিসি যাম্না নুংঙাইবা মীৎনা শিংবা পুক মথক মখা ওনবা ব্রাফমনি। মমশিলক্কে, লম্বী উবা ব্রাশিল্লক্কে। কদায়দা কবি লৈবগে হাযদুনা মীৎসি ফাক ফাক্কুনা কুমথবকখি। খুদি খিবদা থবো মাল্লো ওল্লগা তুদুনা শোক্কদৌবিবনি। মমশিল্লকলবা মতমসিদা মঙ্গিগী পাইটুদগী চিনানা শাবা চার্জব লেম্প অমা পুথোবক্লগা থানগৎলকখি।

ওন্থোক্লা তান চাথ্রে, মঙ্গি বাবুনা তৌবিবসি। যাম্না চেকশিননা লাকই খুৎলাই অমত্তা চিখদে, কাওদে, শঙ্কা তৌবা মী হাযবসি তোপ তোপ্পী।

মঙ্গিগী মৈ উবদা পাউলম গৌপুসু টোর্চ লাইট অমমম পুথোবকখি। ঐঙোন্দা পাউলমনা অমা পীবকখি।

পাউলম ব্রাবি লোয়দে। অহল লমন মনাক ফমদুনা, হৌখিবা থৌদোক কযাবু নিংশিংদুনা মীঙোন্দা খংহনবা হায়বসিসু আর্ট মখল অমনি। চিখুলাঙগী ব্রাবি মখা চত্থবকখি।

ইফুৎ অসিদা ফাওবক্লিবা ঈশিং অসি যাকপনা শিজিন্নবা যাবমদে। অনকপদা খুন্দাবিবা খোংজাইশিংনা শোক্লগা য়েঙ্গাং থোংবনচিংবদা শিজিন্নে। থুম (চি) লৈতবগী অবাবা লৈবমদে। থুমহি চেনবা ঈশিং অসি পংকন্দা কন্থোক্লবদি নোংমা শোযদনা কংখ্রগনি খনবদগী খুল্লাকপনা নাক যেত্তা তাবিবা খুঞ্জাশিং কৌখৎলগা ব্রা তান্নবম্মী। নুংতিগী মফম মতম নাইদনা থুমহি শোকপগী মহুত্তা চযোল অমদা অমুবক শোক্লশি হাযবা ব্রাফম খুঞ্জাশিংনা য়ান্নবম্মী। শোক্লিবা থুমহি চেনবা ঈশিং অদু খুল্লাকপগী যুমদা অচৌবা পাত্র অমদা হৈজিন্দুনা থম্মী। নোং

ঙাল্লগা খুল্লাকপনা য়ুমথোংগী মী অমমম কৌবগা থুমহিদু য়েম্ছোকলম্মী। কনা লৈজদ্রবা লুপ্রাবীশিংদদি খুল্লাকপনা মী থাদুনা মখোয়দা হান্না পীবম্মী। মথংদা অহল ওইববা মীগী য়ুমদা অমদি য়ুমথোং খুদিংদা মান্নবা চাকথুংদা চয়োল খুদিংগী পীবম্মী। হৌজিক্তি চীংদা উ-রা পাক্তক্লনা য়ানথংখিবদগী থুমখোংদা থুমহি লৈত্রে। চীংসু উফুল হৌবে।

মখা তানা ঐনা পাউলমদা য়াম্না খংনিংনা হংখি। ঐখোয়না লাকপদা উজাও ময়াম কোয়না, মীনা শেম্বদৌনা লৈহৌবা ঈশিং তুংবা লৈখোম মথক্তা ঈ থাবগা চংপা মফমদু কবিনো?

এ! মদুদি মতম অমদা শামুশিং লাক্লগা লৈওনফম ওইবম্বনি হায়না অহলশিংনা তম্মী। উজাউশিং অদু শামুশিং অদুনা ইম্বুবগা অতোপ্পা চংলক্তনবা কোয়না খাজিল্লগা থম্বনি। মতম কুইববনিনা উজাউশিং অদু লৈনুংদা ফুম্বসু যাওববনি। মতম অমদদি মফমসিদা শামু য়াম্না লাকলম্মী হায়।

. ঐসু খনখি, এনিমেল প্লানেট চেনেলদা শামু মচা পোকফমদা উ ময়াম শামুশিং অদুনা পুবক্লগা খাজিন্দুনা কোয়না থল্লগা শামু ময়াম্না অকোয়বদা শংলগা লৈবদু নিংশিংলকখি। পাউলমনা হায়বদা ঐনা স্তান পোপ তাবিবসি এনিমেল প্লানেট চেনেলদুননি ।

বোলেন পাং তমনা কাখংলকপদা ঐনা লোংনা শেখখিবা যাম্না নুংঙাইবা মীকুপতু খল্লুবদা থবাক্কী মীহুনসি মপান্দা পুথোক্লগা হুনবগুম নিংখি।

রাবি শানা শানা কুমথবকপনা অহানবা ব্রিকেট দগতা তুহৌবা মফমদু যৌশিল্লক্লে। ঐখোয়না পায়বিবা, অমম্ববু ঙাকথোক্লবা টোর্চ লাইটকী মঙালদু উবদা ভক্তনা লাউবকই। খোঞ্জেলদু তাবদা মশাদু তেখংপা মাল্লি। পাউলমনা ঐখোয়গী মীনি শঙ্গোম পীথকউ হায়বম্বদু শোয়দনা থকলল্লগনি।

মফম অসি নেপালিশিংনা নমনা খুন্দাই। নেপালি ইমুং ৫০ বোম লৈ। খুল অসিগী মমিং মৌহলিঙ কৌই। নুমীৎ তাখিবা কুইবে। পুং ৭ খবা হেল্লে। অয়ুক্কী চাকসু চাবক্তে, ফুট ৭,২১৭ মফমদু হঙ্গৎ হন্দা ঈশিং খবগা বিস্কুট খবগনা কাকবনি। ফনবু কল্লি, ইতোমতা খঞ্জখি।

লালটেন অমা পায়বগা ভক্ত যুমদুগী থোঙ্গাল ফাওবা থোবকখি।

চাক থোংবগাক লোয়ববনি। ঙায়বসিমুক রাবা ঙসিদি ফজনা খংলে। নখোয় লাকব্রা য়েংই সুকলাক লাক্তে। নখোয়গী মায়কৈদা কেমেবা অসি জুমীং তৌবগা য়েংবদা মীৎসি নাববনি।

ভক্তনা নোকমী নোকমী তৌবগা হায়বকই।

- 'ফনবু ঙম্মীনে, অযুক্কী চাকসু চাদনা নংনা হৌজিক ফাওবা ঙাইবম্মীসে?' ঐনা ফাগী তৌবগা হায়খি ।

*রাবি কোননা - প্রসাদিনা পহেলে। চাক চাউ মাং থাউ?*

ফজপ্রবা বাহৈনি। মীৎ তন্দন পায়বকান্দা রাবিনা মাবিবা য়াপোৎ নত্তে।

*মঙ্গিনা রাবি কোন্না তৌবসি হায়বকখি ।*

পাউলম গৌপুসু চাক লামলবা জাৎনি, মখোযসু অযুক পুং ৬ তা চাবনি। ঐখোযদি ঙসিগী চাক হায়বদু উদ্রিবনি।

চাক পল্লকপদা লাম্বা খংহেন হেঞ্জিল্লকখি। ভক্তনা চাক থিবা চংখ্রিভৈদা, ঐখোযনা যুমগী মপান্দা লৈবিবা উ বীম মযাই হুৎতোক্লগা ঈশিং য়োক্তুনা থমলিবা অদুদা মায মীৎ তাথোকখি। অইংবা ঈশিংনা থেংবদা পত্থকববা হকচাংদু তেকখৎলকখি। কয়াদা নুংঙাইখিবা মীকুপতো, খুলদুগী অকোযবদা লৈবিবা ফজবশিং অদুদি অমম্বগী মতেং লৌদুনা ঐখোয়বু উহনখিদ্রে।

যেন থোংবা অমগা ইবোনবা অমগা ফজনা শিল্লম্মী। য়েঙ্গাং কোন অমদি চাক চফু উবদা উসব মচা অমগী মওংনি। থোংবা থাকপগীদি ভক্তগী তোপ তোপ্পা অমা লৈবনি। হাওব্রিবা ফাওবা হেক থোংবা। মচল অমত্তা চিত্থদে। চৎমীন্নবিবশিং অদুসু পুখম হেক শৎতোক্লিবা মখৈ হৌগৎতবা ঙাক্তনি। ইবোনবা কোৎনবা থনমলিবা অদুনা চীংদা হৌবা তগৎ তগৎ তেকপা মনা মশিং; মসি থিবদা ভক্তা থবক ফজনা চিল্লমগনি।

নেপালি ইমুং অসিগী মীশিং তক্ক, ঐখোয় তক্ক, পুবা *দার্টি দজন*। দিল বাম ইমুং অদুগী মকোক্লি। বুদিষ্ট ওইবম্নদগী নৌনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মদা লাইমীং লৌবকপদগী নেপাল্লি লোলগী বাইবল অমা ফাক্তোক ফাক্তোক্তুনা পাবগা

ঐখোয়দা যীসুগী নাম য়েনখি। অনৌবা হৌবকপগী থরাই য়াম্না য়াওবদুনি। চাক চাফম লাকফম খংদে। ওস্থোকপগী থৌদৌনি। মপাগী মওংদুদা মচানুপা কেসব শাওনিংবগী মওং মাগী মায়থোংদা উবা ফংখি। মমৌনুপী বিনা শাওনিংলবসু ব্রা ঙাংথোকপা ঙমদে। ঐখোয়গী অরাৎ অপা হাপনবা চাকখুমদা ফমলগা লৈ।

*তোয়ো তপায়া চুপাইবাহ, ইনহাক অলিক অবামগবেবা, খানা খিলাওনু কো তয়াব গবনু হোস।* কেসবনা মপাদা ওনশিল্লগা হায়খি।

মপাদু তুমীননা মুকম মুকম শোল্লগা ঐখোয় ময়ামগী মবক্তা চাক চাবা য়াওখি।

মহাও লৈ। মৈতৈ খুৎথোংনি। থোংবা থাকপদা হৈশিংবদু ভক্তনা চপ চানা উংলি। য়েনবা-লাবদু য়াম্নসু চাউদবা য়াম্নসু পীক্তবা শাবাননি। মতোংনা শাখিনি। মীওই তবানিথোইগী লাংবদু মহি খবা নমতক, মোবোক খবা শাতক অল্লু ইবোনবগা ফনবু চান্নবি।

ঐনা পুবকপা উ-মোবোক অদু ইতাও উমোবোক্তা অহুম শৎ লানশিল্লি।

*কদায়দগীনো ওজা হেমন্ত। পাখৎপোই থক্কৎপোই*

*সি ঙাক্তনিনে, চিববা তানফমদা শ্বব শংলি হায়বদুনিনে।*

মদুনসু কোন্নদে-অকংবা উমোবোক অহুম মবি অমগা লৌশিল্লি। কোন্নফাত্তবা মাল্লি। মাগী মাগী পামজবদা লাললি হাযবদুনি।

ফনা ফজনা তকখৎনখি। তুংদা চাহৌগদবশিংগীদি মানা মানা থোকপা হায়বদুনি। পুক থল্লকলবনিনা মীগী খনবা হৌবক্লে।

*ভক্তা, গাবি ড্রাইভবগীদি ?*

*খবা যোমলে।*

চাবা লোযবে। দিল বামগী বাইবল পাবা হৌবকখি। হায়কবদি য়াদে তানিংদবনা লোযবে। ইতাউ উমোবোক্কী দি ফনবু চান্নবি, ওনশিন্নবগা নোকমীন্নখি। নেপালি মবোল খংব্রা, কবিনো?

*হুম, চাশিল্লবনিনা চংলশি; থেংথ্রগনি।*

# ইম্ফাল তুরেল

টি গমফাজোল খুলগী চীংশাং লৈবিবা অদুদগীদি ঈশিংগী ঈচেল লৈবে। খুল অসিদা তাবিবা মীওইশিংনা ঈচেল অসিদা ফিসু ফিজাম্বা, লৌউশিংউগী থবক্তা ফজনা শিজিন্নবে। ঈচেল অসিনি ইম্ফাল তুবেল হায়না খংনবিবসি। কাংপোকপীদগী লবান সানগোব হায়বা কুকি খুল অদু ফাওবদি গুন বদুং হায়নসু খংনৈ । গুন বদুং হায়বদি ঈশিং চেনফম হায়বনি। লবান সানগোব, কাংলাতোম্বী মনাক্তা লৈবা খুল অমনি। কংলাতোম্বীদগী ইম্ফাল লোমদা হায়থবক্লগা থঙ্গাল জাতিনা নমনা খুন্দাবা য়াইকোংপাউ খুল লৈবি। মফম অসিদনা ইম্ফাল তুবেলবু নাবোদ হায়না খংনৈ । য়াইকোংপাউ খুল অসি ইম্ফাল তুবেলগী নোংচুপতা চংলিবা নেসনেল হায়বে ৩৯গী মনিং থংবা শকক্তগীনা কৌব্রু চীংশাংগী চীংখোং ফাওবা তাবি। য়ুম ১০০ বোম হেন্না তাই । খুল অসিগী মীওইশিং অসি লাইবিক লাইসু নিংথিনা তমদুনা লৈবাক্কী থৌশিল থৌবাংদা শকক য়াই ।

নোংজুথা য়ৌবকপদদি ইম্ফাল তুবেল অসি নেসনেল হায়বে চংলিবা অসিগী ঙকয়া ফাওবা চেনবনা মমাংথংবা চীংখোং ফাওবা ঈচেল অদু শন্দোকখি। নোংজুথা লোয়ববা মতমদা তুবেল মপালগী লবুক লমহাংশিংবু মহৈ মবোং থাদুনা ঈশং শংনা মমাংগী চীংয়া ফাওবা শন্দোকখি । নবেম্বর থাদগী এপ্রিল ফাওবদি ইম্ফাল তুবেলগী ঈচেল মফম অসিদদি লৈতবগা মান্নবে। খুলগী মীওইশিংনা ঈশিং শিজিন্নবা তুবেল খোকনুংদা লৈবিবা নুংশিং পেকথোক্লগা কোম শেম শাদুনা ঈশিং যোক্তুনা থম্মী। ঈচেল লৈত্রবা ইম্ফাল তুবেলগী খোকনুংদা লৈবিবা নুঙমচা

*মচাশিং অদুগী মখাদা লোৎতুনা ঈচাউ লাকপা ঙাইবিবা ঙা মচা মচাশিং অমদি* থঙ্গাল লোন্দা *কা-মহুম* হায়না খংনবা তিলশিং ফায়। য়াইকোংপাউদগী কৈথেল মানবী হায়না খংনবা মফম অসি য়ৌবে ।

কৈথেল মানবী, মণিপুবগী মায়কৈ মবিদা লৈ। চীংগী শকক্লা লোয়শিল্লকপা তম্পাক্কী শকক্লা হৌগৎলকপা অনিগী তাইনফম ফিজিন ওইবা মফমদা লৈ । মফম অসি চীং অমসুং তমগী নুংতিগী উন্নফমনি। মতম অমদদি চীংদগী পুথোবকপা মনা মশিং হৈবা, তম্পাক্তগী পুশিল্লকপা ফিবোল, থুম-থাও, পোৎকা পোৎকা ওম্থোক ওনশিন তৌন্দুনা অমগা অমগা হিংন্নবগী উপায় থিনফমনি। পোৎ-চৈ ওম্থোক ওনশিন তৌবা লৈথোক লৈশিন তৌবা মফম অসিবু কৈথেল মাল্লি হায়দুনা কৈথেল মানবী হায়না ঙসি ফাওবা খংনবি । খুলদা লৈবম্বা অহল লমনাংনা ঐখোযবু উবগা *নখোযদি কদায়দগী নো?, কবি তৌবা লাকপনো?* হংলকখি ।

*ঐখোযনা ইম্ফালদগীনি তুবেল মবিল যেংবা লাকপনি।*
*ও! ফাইপী, লাও-লাও ফম্মো।*

ফাইপী হায়বসি খোংজাই লোন্দা তম্পাক্কী অচৌবা সহব *ইম্ফাল* অসিবু খংনৈ। ইম্ফাল অসি পোকপদগী চৎত্রিবা অহল কযা অমসু লৈ । ফাইপী যৌদ্রবসু নখোায় উবসি য়াম্না নুংঙাই ।

ঐখোয়গী মীনা ইম্ফাল চৎলি হাযববসু হামু হামুনি। অশেংবা ইম্ফালগী মী লাকপদুদা নুংঙাইজবনি ।

*হৌজিক্তি চীংসু তমসু চপ মান্নবে। নোংমৈ পাযবা মীওইশিং অমদি শিফাইশিংগী মবক্তা মীচম হিংবসি ব্লাবে। মসিনা কবিবু কান্নগদৌবিবনো ?*

*মফম মফমদা হাৎনস্তুনবা থোকপদগী ঐখোযগী খুলদসু মফম মফমদগী মীযাম্না চেল্লক্তুনা লৈবে। হান্নদি খুলশিং অসি মী অমদি যুম যাল্লমদবনি। হৌজিক্তি মী যামখৎলকপা, যুম যামখৎলকপনা কনানা কনানো হাযবা খংবদা ব্লাবে।*

ইং কুমজা ১৯৯২ গী জুন থানি। নাগা লালহৌবশিংনা চীংদা লৈবিবা যুম যুমদগী লৌবিবা খজনা অসি লুপা ১০০/১০০ লৌবগনি। খুল অমদনা লুপা ১০০০ পীগদবনি হায়না লাওথোকখি । মসি খুদক্তগী চৎনবা হৌগনি

হায়নসু খংহনখি। ব্রাফম অসিনা চীংদা খুন্দামীন্নবিবা নাগা অমদি কুকি অনিগী মবক্তা থকম হৌবকখি । ইং ১৯৯২ গী মমাংদদি চীংদা লৈবিবা যুম অমদা লুপা ১০ খক্তা লৌবম্মী। মদু ফাওবদি ঙম্নবা য়ুমথোং খুদিংনা পীনবম্মী। ঙমনবসু হোংনবম্মী। মব্রা মনিল নাইবমদে ।

অচৌবা শেনফম অমা হেনগৎলকপদগী কুকিশিংনা য়ানিংখিদে। মণিপুরগী শেম্হোক মবাং কায়না লৈবা চান্দেল জিলাগী ঙমখৈ তাউন মোরে নাগা লালহৌবশিংগী খুবামনুংদা থম্না পামখি । তাউন অসি শেম্হোক লৈবা মফমনি। নোংমদা লুপা ক্রোব ক্রোবগী মথক্তা পীথোক পীশিন, লৈথোক লৈশিন তৌই । মসিগী মপু নাগা লালহৌবনা ওইনিংখি। মসি কুকি নেসনেল আর্মীনসু খংই। কুকিশিংনা চহি কয়া নাগা লালহৌবশিংদা খজনা থিদুনা লাক্লি। মসি থিদনবা কুকিশিং ব্রা তান্নবা হৌখি । মফম মতমগী মতুং ইন্না কুকিশিংসু থবক পাযখৎপা হৌবকখি। কুকি নহাবোলশিংনা খজনা খোম্না লাকপা নাগাশিং থিংনবা খুল খুলদা ঙাক্তুনা লৈখি ।

চহি অসি জুন তাং ৩ দা মোরে পুলিসকী মনুংচনবা বোলজাং খুলদা ওনখোলেং হাওকীপ ২১, কৌবা মীওই অমা নাগা খুৎলাই পাযবা মীওই খবনা নোংমৈনা কাপতুনা হাৎখি । মী হাৎতোক হাৎচিনগী লাযনা অসি তোয়না থোকপনা পুলিসনা থোইনা লুম্না লৌখিদে ।

ওনখোলেং শিব্রবা মতুংদগীদি, মোরেদা চংলকপা নাগাশিং ফুবগা থাদোবকখি । থৌদোক অসিদগী কাংলুপ অনিগী মবক্তা মৈবিক্তগী মৈজাও ওল্লকখি। ঈশিংগা থাউগা পুনবা যাদবগুম নাগা কুকি অনিগী মবক্তা উন্নবা যাদবা অউ-অউ হাৎতোক্লবগী ফিভম ফাওবা য়ৌবকখি। কাংলুপ অনিগী মীওইশিং উন্নবা মফমদা দ্রো তৌবা হানবা তান্নবদুনি। ব্রেষ্টবন এদভেনচবগী অউ অউবা কাপথৎনবা হাৎতোকম্বদু চহি তবেৎকী ময়াদা চত্থখি। নাগা কুকি ইবাংদা শিখিবা, শোকখিবা, যুম মৈ থাদোকখিবগী মণিপুব সবকাবগী বিপোর্ট মতুং ইন্না ১৯৯২ দগী ১৯৯৯ ফাওবদা ঃ কুকিগী শিখিবা শোকখিবা অমদি যুম মৈ থাদোকখিবা মশিং মথংশিংনা ৫৩৪,২৫৭ অমদি ৩১১০ নি। নাগাগী শিখিবা শোকখিবা অমদি যুম মৈ থাখিবগী মশিংনা মথংশিংনা ২৬৬,২২৩ অমদি ২৬১৪ নি।

নাগা কুকি অনিগী মবক্তা হাৎনসুম্বা থোবকপা অসিনা মবম ওইবগা কুকিশিংনা মখোয়গী শাফগদবা কুকিশিংনা নমনা তাবা মফমশিংদা লাঞ্জেন্নবকখি। লৈবাক লৈহাও ফবা ইম্ফাল তুবেলগী মপান্দা লৈবা কৈথেল মানবী, তযাং ভেঙ, লৈকোৎ, মোববুংনচিংবা মফমদা কুকি কাংবুশিং লৈখি। থৌদোক অসিদগী কুকিগী পুৱাবিদা মাযওন অমা লাক্নুনা খুৎলাই পাইবা সংস্থান কয়া থোবকখি।

কুকি মকপ অমনা নুংঙাইতনা হাযখি ।

*ঐখোয কুকিগীদি শাগৈ খুদিংগী লালহৌবা থোবক্লে। চৎথোক চৎশিং দা যাম্না নুংঙাইত্রে । অমসু অমসু লালহৌবা ওইবমগদ্রা হাযনা পংচিংদা চীংনবদগী চৎথোকদবা কীনবে। পুক্নিংদা লৈতাফম খংদ্রে ।*

অমবোমদসু কুকি চিন মীজো কাংলুপকী মনুং চল্লিবা কুকি পাইতে ইং ১৯৯৭ কী জুন তাং ২৪ দা চুবাচান্দপুব জিলাদা হাৎনবা হৌবকখি। মসি মতম কুইনা ওমখৎন্দুনা লাকপা অমদি নাগা কুকিগী ইবাংদা চুবাচান্দপুবদা চেনশিল্লকপশিং অদু পাইতে জৌ কাংলুপকী মীওইশিংনা যানিংখিদে । অমবোমদনা নাগা কুকি হাৎনবিঙৈ মনুংদা পাইটে অমদি জৌনা নাগাদা মতেং পাংখিবা অমদি নাগাদা লোয়পোৎ কাখিবদু কুকিনা হাযদোকপদি ঙমদনা শাওনিংবগী মলোম অমা থমখি। কুকি নেসনেল ফ্রন্টকী মীওইশিংনা পাইতে খুলদা লান্দাশিন্দুনা মীওই তবা হাৎখি। মদুদগী কুকি পাইতে উনবা যাদনা হাৎনবকপা অসি ইং ১৯৯৮ গী ওক্তোবব তাং ১ ফাওবা চথখি। নুমীৎ অসিদগী সান্তিগী ৱাবি শান্নদুনা কাংলুপ অনিগী মীওইশিং মতমদুগী মণিপুবগী চিফ মীনিষ্টব নিপামচা যাওনা চুক্তি অমা সোই তৌনবদগী খৎন চৈনবা মীহাৎ মীপুন লেপখি।

কুকি লালহৌবশিংগা সবকাবগা সু চৎনখিবদগী যুম্নাক খুদিংগী লালহৌবা লৈবম্বদু দিজিগনেটেদ কেম্পতা থমখিবদগী ইবাং খবা মখৈদি নেমথখ্রে। লাঞ্জেনবকপা কয়াসু ইম্ফাল তুবেলদা কুমথবক্লগা নোংমগী চাবা নোংখন্নবা হোৎনখি। তুবেল মবিল অসিদা, সপবমৈনা, কৌব্রু লাইখাগী মফম কযাদা ঙা ফাবা অমদি তুবেলগী নুং লৈঙোই পেক্লগা মাগী মাগী কাবি শেমদুনা যোনবগী থবকসু তৌবি। নুং পেক্লগা যোনবা অসিনসু লৈত লাযবগী মতেং চাউনা পাংই। থবক শুবা যাবা মতমদা, নোংমদা লুপা ৫০০দগী ৭০০ ফাওবা

মী অমনা তানবা ঙন্মী। তুবেল ইমায়না ব্বাংখৎপ্রবা মতমদদি নুঙ লৈঙোই পেক্তুনা শেল তানবগী থবক অসি অব্বাবগী মশক্লি।

শেকমাই ফাওদুনা চেল্লিবা ইম্ফাল তুবেল অসিনা লমদম অসিগী মীয়ামবু শেম্বোক লম্বী চাউনা লৈহল্লি। তুবেল অসিগী নুঙ লৈঙোই, মণিপুব শিনবা থুংনা শন্দোকখিদুনা অচৌ অচৌবা বিল্ডিং শাবদা শিজিন্নবি। কুম অমগী অবি অনৌ শিন্নবা মতমদা শেকমাই তুবেল ময়াদা নহা অহল খাক্তুনা লমচাক চাফমগী নুংঙাইবা মফম অমনি। মমীং চৎলবা শেকমাই কাল্লে পনবা য়াই। শেকমাই কাল্লে, যু ফৰগী মমীং লৈ । মণিপুবগী মফম কয়াদা যু শুংই । শেকমাইগী য়ুনি হায়ববদি ব্বা ঙাংনদ্রে। মসি থাদববদি মীওই অদু মণ্ডল ফংলে । থৌনা হাপকৎলকই। মী খৎননিংলকই। ব্বা ঙাংলমদবা কয়া হৌন হৌনা ঙাংখৎলকই। লাংবা য়াদে য়াদে হাযবম্বদগী অমনা হাযববা অমনা তান্নদবদগী কৈথেলগা চপ মান্নবকই। কাল্লে, যু মতম অমদদি থকপা শম্নবা ফাওবা যাম্না হঙ্গোইনা তৌনবম্মী। মীওই খবা নত্তনা যু থকই হায়বা ফাওবা খংহন্নবমদে ।

ইং কুমজা ১৯৯০, মণিপুবদা মপুং ফানা যু য়োনবা থকপগী অথিংবা থমখি। সবকাবনা হুকুম অদু থোকখিবা মতুংদগী য়াম্না চেকশিন্না তুমীন তুমীন থকপা যোনবা হেনগৎলকখি । থৌদোক ব্বাথোক থোকপাদা যু নৎত্রগা কালৈ অসি য়াওদবা যাদবগী চৎনবী অমদি ওইবক্লি ।

শেকমাইগী কাল্লে অসিগী তোপ তোপ্পা মহাও অতৈ মফমদা শুংলিবশিংগা মান্নদবা অমা লৈ হায়নৈ। মসি মফম অসিগী ঈশিং নুংশিৎ অমদি জিওলোজিননি। মণিপুবগী মীযাম্না অমদি থংনবিবা ষ্টেটশিংনা গ্রেদ বান পাবমীট তৌববা কালৈ, মতম কুইববগী মমাংদগী শুংদুনা লাক্লে। হৌজিক ফাওবা থায়না মমাংঙৈগী মওং অদুদা চখবি। ওল্লিবা হাযববু য়ু পুথোকপদা শিজিন্নবিবা কোল লিক অদু হান্নগীনা চফু, হৌজিক্কীনা এলুমীনিয়ম অসি খক্তনি।

শেকমাই চৎলুগে হায়ববদি যু থকপা নত্রগা থক্তবা ওইববসু চিংনবদি অদুম লৈবে। মকুপ-মপাংশিংনা মযোম অমা অনি পাইবকউ... । ইম্ফাল তুবেলগী ঈশিং মপুক তপনা চেম্বুখিবগুম শেকমাই কালৈ, য়ু মণিপুবগী মফম শিনবা থুংনা চাইথখি ।

শেকমাই শেকমাই

শেকমাই চমেলৈ

......... ।

য়াম্না পাম্নবা মতম অমগী ঈশৈনি।

নোংমা শেকমাইগী মকপ অমগীদা চৎপদা মাঙ্গোলদা অহল অমা ফমদুনা লৈবশ্মী। অহল অদুনা ফম্মু ফম্মু, নখোয়গী মকপসু লাক্লগনি ।

*নখোয় কদাযদা চৎলুবনো ?*

*থবক অমা চৎলুবদগী চংলকপনি ।*

ঐখোয় ইমান্নবদু চংলকখি।

*এ য়াম্না থাজদনা, কদায় কদায যৌকবে ?*

হায়ঙম তৌঙমদবা ইমান্নবা অমনা নখোয়গী য়ু অফবা লৈববা খবা থকসি। ব্রাফমদু তাবদা মাঙ্গোলদা ফমলম্বা অহল অদুনা অব্রাংলোমগী অফবা য়ুদ্র খবা লৌকনবা অঙাং অমা থাখি। *ঐনা হাযবকপনি হাযয়ু* অঙাং অদুনা য়ুদ্র পুবকলবা তুংদা গলাস্টা হৈবগা ঈশিং য়ানশিল্লগা থকনখি। মদু উবদা অহল অদুনা শাওবগা, হোইবোংগু মানি অদুগুম্বা ঈশিং য়ানবা য়ুদি ঐখোযগীদসু ভাবিদা লৈনা (মবোল খোইবগা)।

ইম্ফাল তুবেল তম্পাক্কী মযাই চবুক্তা ফাওবগা চেন্থখি। তুবেল অসিগী নোংপোক অমদি নোংচুপ অমত্তা ওইবা লিচিংদা শাগৎলি। লৈবাক্কী ব্রাযেল থৌদাংদা নুংঙাইনবা তোঙান তোঙানবা ইম্ফাল ইষ্ট অমদি ইম্ফাল ৱেষ্ট হায়না ১৯৯৭ তা খায়দোকখি । তুবেল অসিনা মৈহৌবোম্দগী ঙসি ফাওবা ব্রাবি অমদি লোয়নাইদনা লিদুনা চেন্থবি।

ঐঙোম্দদি তুবেল অসি য়োৎচাবীগুম্বনি। চেন্থবিবা ঈচেল অসি যেংদুনা পুং কযা ফমদুনা লৈবা ঙশ্মী। তুবেলনা থৌদোক কয়াবু যাম্না মমুৎ তানা খংবা, কনাদসু ফৈ নত্রগা ফত্তে হাযদোক্তে। মীপুম খুদিংমক্রা তৌবিবদু হোয মাযনি হাযদনা তুমীন্না খাংদুনা লৈবা ঙশ্মী। মখোযনা হৌত্নবা অমদি হৌজিক ওইবিবা মীৎমাংদা থোক্লিবা থৌদোক ব্রাথোক, ব্রাবিশিংবুলশিং অসিগা লোয়ননা তাউথমীন্নখি। কনাদসু ফৈ, ফত্তে হায়দনা নিঙাইদনা চেন্থবি । জাতি অসিগী

তোঙান তোঙানবা লোল, চৎনবী, ধর্ম্ম কয়াবু অমত্তা ওইবা লিচিংদা পুদুনা চৎলি। লোল-লি মান্নদবা কয়া, ফুকপ কয়াবু মণিপুরিনা শমজিন্নহনবগুম ইম্ফাল তুবেলনা লমদম অসিগী ঙাকলৌ পীদুনা চীং অমসুং তমগী শক্তম কল্লি।

খুলগী মনুং হঞ্জিননা, লৈবা, মপাল থোংগী ঈশিং নুংশিৎ ফংদবা মফমদদি অমগা অমগা মুক্লবা য়াওদে। নুংঙাইনা নুংশিনা হিংমীন্নে। কৈথেল মানবীদগী তুবেলগী মবিলদা হায়থবকপদা, তুবেলদগী খুল্লকপা নুঙ অচৌবশিংদু মাগী মা মফম খংনবা পবেং পবেং লোনশিল্লগা থল্লি । য়ুমশিং অদু কাংথক হাবগা ফকলাং লৈবাক্লা তৈবগা জিঙ্খনা কুপতুনা নাননা শাই। উপাক্লা কাংথক হাবিবসি লৈবাক্তা ব্রাই তৈবা হৈত্তবগীনি হায়নৈ। য়ুমগী অকোয়বদু লৈসু ফজনা থাদুনা মখল মখা কযাগী লৈসু শাৎপা য়াওবি। য়েঞ্জাং নাপী থাবিবদুসু মফম চানা চানা থাবি। মফমদুগী ফজববা শক্তমদু গৃতিং কার্দতা নমলকপা ফোটোশিং অদুগী মওংনি। য়ুম অয়াম্বা মী লৈবা উদে। মাগী মাগী থপক ইনখাং চৎথোকনখিবা মতম ওইবমগনি, নুংশাসু ফজনা শাগৎলক্লে। মতমসু থেংজিল্লক্লবনিনা লাম্বসু হেঙ্গৎলকই। ঐখোয়গী গাবিদু তপনা তপনা থৌদুনা মী লৈবা য়ুম অমদা চংশি হায়দুনা য়েংল য়েংলগা লাকখি।

চৎন চৎনা য়ুমগী সুমাংদা, থুমোক, য়াংকোক শাবগী ব্রাচেৎ থাং অমদি পোৎচৈ কযা চাইদুনা লৈবা উই। মদু উবদা মসিদা মী লৈবমগনি চংসি হাযদুনা কোম্থোংদুদা খামখি। অঙাং শঙ্গু অমসু কদোমদগীনো খংহৌদে যৌ, য়োমশিল্লকখি। য়ুমদু মীদি উদে। থোং হাংলিবদুনদি মী লৈবগী মওংনি। য়ুমসিদি কাংথক হাবগা শাদে, লৈবাক্লা থোল্লগা শাই। কোয়না য়ুম অহুমলোম লৈ । ঐখোযনা চংলকপদু উবদগী মীয়াই হায়ফৎ চল্লবা নুপা অমা থোবকখি ।

*কবি হাযবনো ইচাশিংনা লাকপদি ।*

*কোয়বা লাকপনি, মফম অসিব্রাইগী তুবেলসি কমদৌবগে । ঈশিং লৈবিব্রা ?* মঙ্গিনা হাযখি ।

*এ, ইকং থা অসিদি ঈশিং ব্রাইদা, তুবেলগী ঈশিংসু আ মনুংদা লৈপ্রে। উ-ব্রাসু নিংথি নুংঙাইনা হৌদ্রবনিনা শাবসু হেনগৎলক্লে ।*

ঐনা মাঙ্গোলদা ফমথবা উবদা

*এ! এ! অদুদা কবিগী ফম্মীবনো ? সিদা ফম্মোনে হায়দুনা উগী চৌক্রি* অশাংবদু থাংদোবকই। অঙাংশিং অদুসু ঐখোয়গী নাক্তগী হেন্দোক্তে। মঙ্গিনা মাগী ফুবিৎখাউদা য়াওবকপা মীথাইদু অমমম য়েল্লি। অঙাংশিংদুনা কুকি মবোলদা কবিনো খবদি হায়খি । কবিনো খংদ্রে, ইতাউ উমোবোকসু ৱাবববা মকোক্তু লুকথবগা তুমীন্না ফমদুনা লৈগ্রে। ঐখোয়না খুমদবদুদা মখোয় মশেল ওনশিন্নবগা নোকমীন্নখি ।

নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং অমবোম হেল্লে। নুংশাসু অয়ৌবী থাদুনা চাকথেক্লগে মতাগুম শাবি। খুলদুগী চৎনবিবা লম্বী অদুদি কোয়লাস থাদে। তুবেলদগী পেকখৎলকপা নুংগা লৈঙোইগা য়ান্নবদু থাবি । মদুসু নুংশিৎ অমদি নুংশানা স্রুং স্রুং কংদুনা অমগা অমগা শমজিন্নহন্দে। অকোয়বগী মওংদি ইকং কংই। উ-ৱাদি লায়বদুনা নাপী ফাওবা হৌদ্রে। ঈপান থা মতুংদদি খবা ফগদ্রা ?

*কবি চানি ঐগীদা লাকপদি।* য়ুম্নুদুগী ফজবা ৱাহৈনি।

*ইপা ঐখোয ওসিগী চাক চাবকত্রি। চাবা যাবা কবি লৈবগে । অনকপসু হোতেল অমত্তা লৈতে ।*

*স্বাইদদি কদাযদগী হোতেলনোদা, ঐখোযদি চাক ঙনতানা চাবনি কবিসু লৈবমলবোই। নখোয লাকপগী চানবা শেমহনবীগে ।*

*অনেঙ, অনেঙ*

ইমুংদগী নুপী মচা অমনা খুমলকই,

*চানবা কবি কবি লৈবগে যেংউ। মখোয চাক চাবকত্রি।*

ওই ।

মাঙ্গোলদুদা তাৱেল তিংথোক্লগা লোংনা শেখবে ঐদি। অতৈদি কবি কবিনো য়েংনবি। ভক্তদি কেমেবাদু পাযবগা মান্নদবা এঙ্গল মযাম অমা লৌবি। মঙ্গিনা অহল অদুগা ওনশিন্নখ্রে । অঙাংশিং অদুনা ঐখোয়না পুবকপা গাবিদা ওমশিনখ্রে, খোংখিগদ্রা হাযনা কীজবদগী অঙাংশিং অদুগা লোযননা ড্রাইভবদু ফম্মীন্নদুনা লৈখ্রে। লমশাং চৎলুবগী অৱাবদু কোক্লবা ঐদি ফানশাং অদুদা তাৱেলনা মোন শাদুনা তুথবে। হায়ফেৎ উইবোন তৌক্ববানে ।

*চানবা তৌসি, শোমদা চংলসি।* নুপী অমনা কৌবকখি ।

ঐদি তুমথকবদুদা মঙদা ওইনা থোবকখি। ঐ হৌগৎলক্তবদুদা ইতাউ উমোবোক্না হকচাং নোমলগা হৌদোবকখি ।

*কবিনো তৌবিদুবা, শোমদদি চাবা লোয়নখ্রে।*

চাবা পল্লকপদুদা ফুক হৌগৎলি। চাবগী ৱাদি মাঙদা লৈবমলিবা পোত্তু অমত্তা লেমহনবা নত্তে। চৎমীন্নবিবা ঐখোয় লোয়নমক চাবা ফৈ। থোংবা থাকপসু লোযনা হৈনৈ ।

ফনবু নুংঙাই ঙাইহাক চাকচা মাংদা শেখবদুদি, হৌগৎলে মায় মীৎ তাথোক্লে । অপীকপা কানি। ময়াইদা অনেম্বা টেবল, মোবা ফম্বদা লাম্বা ঙম্বা অমা থাবি। টেবলদুগী মথক্তা চাক খবগা যেঙ্গাং হাপ্পা চিনা ক্লেগী তেংকোট অহুম মবিগা লৈ । ঐনা ইহান হান্না যেংবসি উমোবেকনি। উমোবোক য়াওবা উদে। উমোবোককী দিমান্দি শোযদ্রে। মোবা মচা তককসু টেবলদুগী অকোযবদা থবি। ইমুংসি মীওই মঙা তকক্তগী হেন্না লৈতবা মাল্লি। অতৈদি উদে, মখোয অনিখক্তনি। ফকলাংদা থেৎলিবা পোষ্টবশিং অদুদি সুবে । হেবী মেটেল বেন্দ, হোল্লিব্রুদ, বোলিব্রুদ ষ্টাব মখল কযানি । নুপী মচাদুসু নাক্তা লেপ্তুনা ঐখোযগী অৱাৎ অপা হাপনবা ঙাইদুনা লৈ ।

ফজে, ফজবা হায়বসিদি পুম্নমক্কীনি, ঈ থাংনা ভৌববা কুচুদুদা মুববা তুংগী শম্বুল, খোংজাইগী ফনেক, মিকি মাউস যেকপা হঙ্গামপাল সিথবীগী টি সার্ট কযাদা চান্নবিবা। ফজবনা তৌথোবকপা অসিদি পংফদা ফজৈ । শবান মুর্ত্তি অদুসু লৈফম থোকপা মফমদা চপ চপ চানা লৈ । পংৱাং ৱাংবা মীওইদি নত্তে। চহি ২০ লোমগী লেঙ্গা ওইগনি ।

ইতাউ উমোবোক্না, ফমথবগা উমোবোক খবা পীবকউ। নুপী মচাদুনা মোবোক্তি হাপলিবা অদুদগী হেন্না লৈত্রে। নিংবা কায়নিঙাইনি। শা ঙাগী মথেল মবক্তুদা লৈবমলিবা চাক্তু ঐখোয মঙাদা খবা খবা যেন্নবদা লেমদ্রে। হোতেলসু নত্তনা খবা খবা চফম ওইনবা চাবা হায়বদুনি। ওক্কি লিভব মানবা পানা ইংলগা তাউবা, মদুমা যেংলুদ্রে । অথোংবা মদুনা ওক ওইবমগদ্রা খন্দুনা কোৎলুদ্রে। অমনা অলু মেৎপনি। অমেৎপা অদু কোৎলগা খবা চাশিল্লি । মযামগী মতৌ অদু

উবদা নুপী মচা অনেঙনা, শা নত্তে, মঙ্গ্রানি । সিনা ফুৎপা থোংবা, অতাউবা,অমেৎপনি মখুৎনা থিল্লগা তাকলকখি। লোয়বেদনা ঐখোয়না খল্লুবিবসিদি। অপংনা অহুমলক নোকই হায়বদুনি। ইতাউ উমোবোকী খল্লুবদা, চৎমীন্নবিবা খুদিংগী উমোবোক লৈব লৈবগা পুবি । হোত্তেলদা খংদে অমদা খংদে মানা দিমান্দ তৌবক্কদবদুগী খল্লুবদা উমোবোক হাপলক্তে হায়দুনা থওইনা খৎনবিবনি। অদুবু উমোবোক পামগ্রবা মানা লৈবগা চৎপা অদুদি অমুক্তা উখিদে।

মঙ্গ্রাগী মথেল অসি ফনা ফৈ। ঐখোয়দি লৌবগা চাবা নত্তনা মথেল ময়াম অমা থোক্লগা চাবসি থেংনদ্রি। মখল মখলনি লম লমগী চৎনবী, চানবা শিল্লিবা মথেলশিং অসি হৈনদবা অমত্তা য়াওদে। কুমগা লাইগা পাবগুম ফজনা কৎশিন্নে। ঐনা তুমীন্না উমোবোক অঙাংবা অহুমখক মথক্তগী থাদখি মখোয মবিমক চপ মান্ননা যেংখৎলগা *হাই, হাই* চপ মান্নবা খোঞ্জেলনি। নুপী মচা অনেঙসু ঐখোয়গী মতৌদু উবদা

*ইপা খোযগীসিদি যাম্না নুংঙাইবনিনে* । মসু নোকখি।

*লোযবমদাইদা নোংলাওবকপসিদি পেন্দেহে ।*

ইতাউ উমোবোক্লা ফাগী তৌবকই ।

মঙ্গ্রাগী থুমপেৎ থুমপেৎ লাউবা অদুগা উমোবোক্কী অশাবদুগা ফনবু তান চান্নবি। কাউবোই ফিল্মদা শেলুন য়াওবগুম্বনি ।

*কমদৌই, ঐনা ওসাইনা হাযদ্রা ?*

ভক্তদা ওনশিন্দুনা ফাগী তৌই ।

*দাদা, মসিদি ফৈনে । ঐদি* অমুক্তা থেংনদ্রি।

ইতাউ উমোবোক্তি লেপতে । মঙ্গ্রা অতাউবদু অমুক উমোবোক মচেৎ অমুক চাবি। মঙ্গিনা মঙ্গ্রা অফুৎপদু ফোকনা থিল্লগা থাঙ্গৎতুনা ফোতো হায়দুনা পোজ তৌবি । নমলুদবগা য়াবা নত্তে ।

চাবা লোয়বে । মঙ্গ্রাগী মথেলনি । পুক থনগৎলি। লম লমগী চান-থক্লবা মওংনি । লাম্বগা ব্রাবগা পাবদুদা অদুম চানখি । চাবা থকপা লোযবে। ঙাইহাক মপান্দা ফমদুনা যুম্বুগা ব্রাবি ব্রাতাই তৌনবে। চৎলগে হায়নবে। তঞ্জাদুদা

নুপীমচা অনেঙসু থোবকখি। মদুগী খুদোংচাবা লৌবগা লুপা ৩০০ খক পীখি। লৌবোই হাযদুনা খাংখি। নমদুনা কবিনো অমা চাউ, মথংদা অমুক লাক্কে হায়বগা পীশিনখি ।

কৌব্রু লাইখাদগীদি তম্পাক্কী শকক যৌবে। ঈশিংগী ঈচেল খবসু অদুম লৈবে। তুবেল অসিদগী শেম্থোক লম্বী কয়া অমা শেমদুনা লৈত-লাইবগী অৱাবা কোকনবি ।

খোংহামপৎ খুন্নৌ, ৱাবগাই, পোৎশঙবম খুঞ্জাও পোৎশংবম খুন্নৌ, হাযবিবা মফমশিং অসিগী তোর্বানশিংদা ঈশিং ইচাউনা পুখৎলকপা ফোল্লিশিং হাজিন্দুনা লৈ । ফোল্লিশিং অসি মাগী মাগী মপাশিং অদু ক্বাবিগী মওংদা থম্মী। অতোপ্পা মীনা লাকলগা পেকপা যাবা নত্তে। কৈকোল হাযবিবা মফম অসিদদি তোর্বানগী শকক অসি হঙ্গাম যেল্লা ফজনা থাই। মফম অসিগী য়েল্লা অসি মমীং চৎলি। তুবেল মপান্দা হৌবা উ-ৱা কযাদি লৈপাক পেকথোকখিবদগী তু তুদুনা লৈবি। নোংচুপ থংবা তুবেল মপাল, হৈগ্ৰাংগী শককশিং অদুদি লফুগী ফার্ম অমদি হৈবা কযাগী হৈকোল শেমদুনা শেম্থোক লম্বী শেমদুনা হিংনবা হোৎনবি। মফম অসিৱাইদসু ঈশিং মনুংদা ফংবা *নুঙশম* ফজনা ফংই। খুলগী নুপীশিংনা ঈশিং মনুংদগী *নুঙশম* থিদুনা খোমজিল্লি। *নুঙশম*শিং কৈথেলদা মমল কানা যোল্লি।

অহল্লুপ ফাওদুনা চেল্লিবা তুবেলগী নোংপোক থংবা শকক্তা কাইবং পাঙলশিংনা খুন্দাবি। খুল অসিগী মীওইশিংনা তুবেল অসিগী ঈশিং শিজিন্নদুনা হিংলি। তুবেলগী নোংচুপথংবা তোর্বানগী শকক্তা যাত্ৰোফা, অৱা ক্বেগে থাদুনা বাইও দিজলগী ৱাখল্লোন মায পাক্লবা হোৎনবি। পৃথিবীদা মমীং লৈববা কুঞ্জবানি চনুগী হৌবকফমনি। তুবেল অসিদা শান্নবম্বদু ঙসিদি পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্লা শক খংবী অমা ওইবি । মসি মাগী হোৎনজমনি ।

থাবল ফববা নুমীদাংদা তুবেলগী তোর্বন্দা মযাম পুন্না ফম্মীন্নদুনা তুবেলগী মবমদা শৈথাদুনা ঈশৈ শকীমন্নে ।

হে, ইম্ফাল তুবেল পুকতম্বী

অৱাংবা চীংদোলদগী চেম্থবকপী,

মীপুম খুদিংবু অবাম-খৌবাং কোকহনবী
কয়াদা নপুকচেল তপলিবা,
জাৎ বীজাৎ খাযদবী,
মচু কয়াগী ঈতিনফম ওইবিবী।
নংনা ঐখোযগী মঙালনি
লাযববশিংগী পাঙ্গলনি,
নংনা পুন্নমক সুপ্পনি
মীপুম খুদিংগী থৌনানি ।

ইম্ফাল যৌবকপদদি তোঙান তোঙানবা ৱাবি শিংবুন্না ইম্ফাল তুবেলদা তিনখ্রি। লোযনাইদ্রবা ৱাবি, থৌদোক কযানা পুৱাবি শেমখ্রি ।

ইং কুমজা ১৮৯১ এপ্রালগী তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিত্তগী মণিপুব বৃটিশকী মখাদা লৈখ্রে। বৃটিসকী লৈঙাক শাসন পাযবিবা অদুনা মীলিটবি পুলিসকী ইউনিট অমা লিংখৎখি । চহি অনিগী মতুংদা সিভিল পুলিস ফোর্স ওহোকখি । বৃটিসনা মণিপুব লৌশিনবদা লোযনবকখিবা ওত্রাম বাইফলসন্না ইম্ফালগী কংলা কোনুংদা লৈশিনখি । বাইফল অসিনা ইং ১৯১৫ ফাওবা চহি ২৪ বৃটিস লৈঙাক শাসন্না মণিপুবদা চলাইবদা মতেং পাংখি ।

বৃটিসনা মণিপুবগী চংনবম্বা লৈঙাক পথাপ কযা শেমদোকলম্মী। নমদুনা খুৎসুমন পীদনা থবক সুহনবা অমদি নমফু হাফুগী থবক থিংজিনখি । অসামগী লৈঙাক শাসনগী মকোক থোংবা ওফিসিয়েলশিং লাক্নুনা মণিপুবগী মওং যেংশিনখি । মখোযনা লাকপগী মবম অনি লৈ । লমদম অসিদা লৈবিবা মখল মখলগী ইন্সটিটুাটশিং ইন্সপেকসন তৌব, অমনা মফম অসিগী ঈশিং, নুংশিৎ অমদি *বিগ গেম* শাদানবা অমদি উচেক কাপ্পনি, অসিগুম্বা খোংচৎ অসিদা অসামগী গভনব হিজ এক্সিলেন্সি সাব সিনলাই মবিসসু মাগী ওফিসিয়েলশিংগা লোযননা ইং ১৯২১ গী জনুৱাবি থাদা লাক্নুনা নুমিৎ হুমনিবোম লৈথোকখি ।

মণিপুরগী নিংথৌনা গভনর অসি লাকপগী ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা লোক্তাক পাত্তা উচেক কাপ্পা চৎলি। মফমদুদা নুমিৎ হুমনি কেম্প তৌদুনা লৈথরগা নুংঙাইবা স্পোর্টস অমা ওইহনখি। মদুদা লমদমসিগী উচেক মখল চামঙাবোম হেন্না হাৎখি। উচেকশিং অমদি লোক্তাক মপান্দগী পুখৎলকপা পোৎলমশিং অদু লৈকায় অমদগী লৈকায় অমদা থাং থাংদুনা লৈকায়গী মীওইশিংনা শিন শিন্দুনা পুহল্লি। মসিবু পোত্থাং পুবা হায়না খংন্নে। মথং মথং পুরক্তুনা পোৎশিং অদু কোনুং নত্রগা বৃটিস বিজার্ড যৌহল্লকই।

ইং ১৯২১ গী ডিসেম্বর থাদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিদেন্ট মিষ্টর সি এম মুল্লয়, নিংথৌ চুরাচান্দগা লোয়ননা কলকতাদা প্রিন্স ওপ ৱেলস, ইদরার্দ উন্নবা চৎখি। প্রিন্সনা মণিপুরগী শগোল কাংজৈদা থৱাই তাজবা অদুদা নিংথৌবু কৌরক্তুনা উন্নবা চৎপনি। মণিপুরগী নিংথৌনা চহি খরা অসি মপান্দা তোয়না চৎপা অমদি লাযফম কযাদা কুইনা কুইনা লৈথোকখি। নিংথৌ যাওদনা দরবারদা ৱারেপ অমত্তা লৌবা ঙমদরদগী অৱাবা কয়া ময়োক্লখি। কবিগুম্বা নিংথৌ যাওনা দরবারদা ৱারেপ লৌবরসু পোলিটিকেল এজেন্টনা ভেতো তৌবা ঙম্মী। নিংথৌনা চহি অমদা নুমিৎ ২২৭ নিরোম মপান লমদা কোযদুনা লৈথোকপনা লৈঙাক সাসন্দ পুক্লিং চংবা ৱাৎলকখি। মপানদা কুইনা লৈখিবনা হিন্দু লাইনিং লাযশোনগী থবক থৌরম হেনগৎনবা হোৎনবিবা মহাসভাগী অহুমশুবা সেসন মন্দলেদা ফম্বদু যাওবা ঙমখিদে। মহাসভানা লৌখিবা পোলিতিকেল বিজোলুসন অদু ইং ১৯৩৭ কী মার্চ ১ দা মহাসভাগী ৱাকিং কম্মীটিনা অযাবা পীখি।

১। বর্ম্মাদা লৈরিবা মণিপুরিশিংগী খুদোংচানবা মন্দলে টাউনগী ঙনরেবি ম্যুনিসিপাল কম্মীসনার হাপ্পীনবা মখোয়গী সরকারদা হায়জবা।

২। ইন্দিয়া অমদি বর্ম্মা সরকারনা, মণিপুর অমদি বর্ম্মাগী লৈনরিবা শেলথুম অমদি ললোন ইতিক্কী থবক থৌরমশিং অসি মখা তানা চৎনহনবা।

৩। এম. ই স্কুল অমদা মণিপুরি অঙাংশিংগী মণিপুরি তমন্বা ইন্সটিট্যুত অমা হাংদোকহন্নবা মন্দলেগী লোকেল অথরিতিদা হায়জদুনা মতেং পাংনবা হোৎনবা।

৪। মহাসভাগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইনা ললিট মাধ চাট্টরজিনা থৌবা পুবা।

মণিপুব বামোনশিংগী ওইবা ব্রহ্মসভা হাযবা অমসু নিংথৌ খংনা লিংখৎখি। মসিগী মকওইবা মবমদি সমাজগী ফত্তবা তৌবা খুদিংমক ষ্টেটতা পুখৎতুনা খন্নবনি। ইং ১৯২০ গী মবব্রাবি এক্সপ্লোইটবশিংগী মাযোক্তা বজাব বন্দ তৌখি। মদুদা নুপী খবনা কৈথেল কাখি। কৈথেল কাব্বীশিং অদু ব্রহ্মসভানা ইন্থোক্লবা হোৎনখি। ব্রহ্মসভাগী মওং অদু সেনাপতি দুম্ববসিংনা থিংখি। ব্রহ্মসভাগী থৌসিল মখাদা মাংবা শেংবগী লোনচৎ অমসু কন্না লাকখি। মসিগী চৎনবী অসি মীওই কয়ানা য়ানিংদবা পেন্দবা ফাওনখি। ইং ১৯৩৮ দা মাংবা শেংবগী ব্রাফম অসি অচৌবা সোসিযেল ইসু অমনি। লৈকায লৈকাযদা খুল খুলদা ব্রহ্মসভাগী মীৎতোঙবা মযাম থাদোক্লুনা কন্না কবি তৌবি হাযবা কুপ্রা যেংশিন্দুনা ব্রহ্মসভাদা পাউ পীখি। মদুনা খুল অমা মাংলে, ইন্থোক্লে হাযদুনা লাওথোকখি। মাংলে নত্রগা ইন্থোক্লে হাযবদুদা ইকাইবদুনা ব্রহ্মসভাদা শেল পীবগা শেংদোকহন্ববগী থবকসু চঠবম্মী। শেল পীবা ঙমদবশিং অদুনা ষণনচিংবা লৌশিল্লম্মী। ব্রহ্মসভাগী মীহুৎ ওই ·বা বামোনশিংস্নু মখোযগী লনাই শেল তান্নবা হাযদোক হাযজিন তৌদুনা অথবিতি তাহন্দনা নাবোন্দা শেল তানবগী থবকসু চঠখি। অসিগুম্বা কয়া অসিদগী লৈবাক্কী থৌসিল থৌদাদা থাজবা মাংহল্লকখি। দববাবদসু মীযামগী থাজবা মাংশিল্লকখি।

গ্রহন তৌবা মতমদা মাংই হাযদুনা লাই খুবম্বা ফাওবা তৌনবমদে। ঙাওশিন্নবা নত্রগা ব্রহ্মসভাগী মীওইনা লোন্না লাইগী কাংসি খিংলকখি। মদু তাহৌবা মীওইনা ব্রহ্মসভাদা গ্রহন্দা কাংশি খিংলে হাযনা তমখি। কাংশি মখোল তাবা যুমথোং খুদিং মাংলে হাযদুনা ব্রহ্মসভানা লাউথোকখি। নিংথৌগী পোক্লফম লৈবিবা যুম অদুসু কাংশি মখোল তাবনা কোনবদগী লৈকায মযাম্ন নিংথৌসু মাংলে, ইন্থোক্লে হাযনা ব্রা ব্রা লাউনবকখি। লৈবাক নিংথৌনা ব্রহ্মসভাগী মকোকনিনা মদুগী ব্রাফমদু চৎনবা যাহল্লমদে।

ইং কুমজা ১৯৩৮ গী হৌগৎলকপা অদুব্রাইদা মাংবা শেংবগী ব্রাফম অসি মণিপুব পুম্না শন্দোকখি। মসিনা ওইদবা নমথাক্কী কববাব অমদা চঠবকখি। মবাল লৈজদবা মীচম, কযাদগী অচৌবা শেনফম কয়া খোমগৎখি। সোসাইতি অসিদগী নমদুনা ওইজবা তানবগী লাইচৎ অমা চঠবকখি।

এ অব ঐচ মেকদোনাল (আই সি এস) না মণিপুব ষ্টেট দববাবগী প্রসিদেন্ট ওইনা ইং ১৯৩৮ গী ফেব্রুৱাবি থাদগী থবক পুবকপা মতমদা নমথাক তৌবা অমদি ব্লেক মেল্লিংগী থবক অসি যাম্না হকচিনা লৌদুনা চেক তৌখি। লোযননা চহিসিগী এপ্রিল ২ দা নিংথৌগী অযাবা লৌবগা ব্রহ্মসভা অমদি দববাবগী মেম্বব পুন্না ফম্মীন্নদুনা অপুনবা নোর্টিস অমা থোকখি। নোর্টিস অদুগী ৱাবোলদি, ধম্মগী মীংদা মীযামবু ইম্বোকপা, মাংই- শেংই হাযদুনা লান্না শেল খোমগৎপা অমদি নমথাক তৌবা অসি ক্রিমীনেলনি। মীওইশিং অসি সবকাবগী ওফিসিএল নত্রগা খুঙ্গংদা লবিবা চৌকিদাব অমসুং নমবোবশিংনসু মখোযনা তৌবিবা মবাল অদুগী ফাবা যাই। মীযাম্নাসু অদুগুম্না মীওই অদু খুদক্তা সবকাবগী মবী লৈনবা অমদি পুলিসতা পাউ পীগদবনি। মথোং মবম খংদনা শেল অমদি পোৎ-চৈ পীববদুসু মীথিঙ্গাইনি হাযনা নোর্টিস অদুদা পল্লি।

মাংবা শেংবগী ৱাফম অসি পাকথোক চাউথোবকপদগী জুন ৮ দা দববাব মেম্বব অমদি ব্রহ্মসভাগী মেম্ববশিং যাওনা পুন্না ৱাবেপ অমমুক লৌখি। মদুদসু নিংথৌগী অপাম্বা অনিংবগী মাযকৈদা অমদি ব্রহ্মসভানা নিংথৌদা শিকচিন্দুনা ৱাবেপ অদু কান্নহনখিদে। মতমদুগী মীযামগী লুচিংবা হিজম ইবাবোটনা মাংবা শেংবগী মাযোক্তা ফোংনা লেপখি। মী শিবা যাওবকপদা মাংই হাযদুনা পোৎলোইহন্দে। মাংবদগী শেংগৎনবা ফি অদু পিনিংঙাই লৈতবদগী অশিবা হকচাংদু পোৎলোইদনা থম্মী। মীযামগী লুচিংবা ইবাবোটনা হোৎচিন্দুনা পোৎলোইখি।

মণিপুবদা চেংগী মমল হেনগৎলকপগী ৱাথোক অমসু লাকখি। মবৱাবি ললোনবশিংনা লোয়জি লোযদা কোযনা চৎতুনা চেংশিং মমল হেন্না পীদুনা লৈশিনখি। লৌমীশিংনসু মমল হেন্না পীবদুদা যোম্বোকখি। পোইনু থাদদি উচি ফাওবা তু লোন্নে হাযনবিবা মতমনি। মতম অসিদা কৈথেলদা তুমাই ফৌ ঙাক্ত ফংখি। মণিপুবগী নুপীশিং অসি তুংগী উবা অমদি ৱাখল থৌবা মীওইনি। পোইনুদা তুমাই ফংলবদ চহিসি ফৌ, চেং শোযদনা তাংলগনি হাযবসি খংই। মণিপুবগী অফবা ফৌশিং মবৱাবিশিংনা খোমগৎলগা চেং ওম্বোক্তুনা মপান্দা থাবে হাযবসি খংবদগী নুপীশিংগী ইহৌ অমা অকনবা মওংদা হৌবকখি। মসিবু মণিপুব ইতিহাসতা নুপী লাল হাযনা খংর্নবি।



তম্পাক লমদা লৈবিবা ইম্ফাল তুরেলগী শক্তম



মণিপুরগী নুপীশিংনা হৌবক্লিবা *'নুপী লাল'* অসি নমথনবা মতমদুগী মরিসুবা অসাম রাইফলসকী কমান্দেন্ট মেজর জি এফ এক্স বুলফিলনা লুচিংখি। মেজর বুলফিল মণিপুরশিংগী মওং মতৌ ফজনা খংবা মীওইনি। অমরোমদসু ইবাং ইহৌ নমথরগী হৈশিংলবা মীওই অমনি। বুলফিলনা চিতাগোং অমদি কলকত্তাদা লৈরিঙৈদা ইহৌ, ইবাং কয়া নমথদুনা লাকখ্রবা মীওইনি। অদুরু মণিপুর নুপীশিংগী ইহৌ অসিদি যাম্না খুদোং থিনিংঙাইনি, মসি অমুক্তা থেংনবক্ত্রি হায়খি।

মরিশুবা অসাম রাইফলসনা ইম্ফালগী কংলাদা লাকখিবশি ইং ১৯১৭ কী সেপতেম্বর থাদগীনি। বৃটিসকা লোয়নবকপা ওত্রাম রাইফলসনা ইং ১৮৯১ দগী ১৯১৬ ফাওবা কংলাদা লৈরমখি। ১৯১৫ দগী ১৯১৭ ফাওবা দরং বটালিয়ন্না মহুৎ শিনখি। অসাম রাইফলসনা মণিপুরদা লাকপদা থৌদোক রাথোক কয়াগা লোয়নবকখি। কংলাদগী অসাম রাইফলস হোংদোকখিগদবনি হায়বগী অকনবা খোল্লাও কযাগা লোয়ন্না ইং ১৯৫১ দগী হৌনা অকনবা খোংজং চংশিল্লকখি। কংলা, মৈতৈশিংগী মকওইবা লাইনিং লাইশোন তৌনবিবা মফমনি। মফম অসি চংবদা অথিংবা পীবকপা, মৈতৈগী মকওইবা নুমিৎশিংগী ইবাৎ থৌনি তৌগদবা ফাওবা যাশিল্লক্তবা কয়া অসিদগী মৈতৈশিংগী পুক্লিং খোইবাং খোযশাওনবা ফাওখি। রাফম অসি মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্দা ওইনা মীখলদা ফাওবা শিজিন্নবকখি।

ইং ১৯৭৩, মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবা চহি অমগী মতুংদা কংলাদগী অসাম রাইফলস হোংদোকখিনবা ইম্ফালদগী অরাংলোমদা নেসনেল হায়রে ৩৯ দা কিলোমীটর ৫ রোম চৎলগা লুরাংশংবমদা লম একর ২৩১ ৬৩ গী মফম অমা পীখি। মসিদা মচাক মথুম কয়া শেমগৎখি। ইং ১৯৮৮ দা অসাম রাইফলস হোংদোকখি। কুন্থ্রাসুবা অসাম রাইফলস কংলদা অমুক হোংজিল্লকখি।

ইং ১৯৯০ দা মণিপুরগী পোলিটিকেল পার্টি ময়াম্না পুনশিল্লগা শেম্বা ইউনাইটেদ দেমোক্রেটিক ফ্রন্ট (ইউ দি এফ) না সরকার পায়খি। সরকার অসি মফম চাদবদা থম্বা পুনগুম্বনি। সরকার থুগাইন্নবা কংগ্রেসনা লাল লুম্বা হৌবকখি। ইং ১৯৯২ গী জনুৱারি তরেৎতা ইউ দি.এফ সরকার তুরে। এনিমেটেদ সসপেন্সন থমদুনা প্রসিদেন্টনা যেংশিল্লি। কংগ্রেসকী মাযকৈদগী রাজকুমার দবেন্দ্রনা লুচিংবা সরকার অমা থম্নবা কেম্প তৌরি। আগষ্ট ১৩ দা পাংথোকপা

অথৌবশিংগী নুমিত্তা ইউনিযন মিনিষ্টব ওফ ষ্টেট (হোম) এম. এম জাকোবন অথোইবা মীথুংলেন ওইনা পাংথোকখি । থৌবম অসি কংলা উত্রাদা প্রসিদেন্ট রুল লৈববসু কংগ্রেস এম এল.এ সিভিল অমদি পুলিসকী মকোক থোংব অমদি অসাম বাইফলসকী ওফিসাবশিংসু যাওখি ।

- ইম্ফাল কংলা মণিপুব মীয়ামদা শিন্নবগনি। ঙসি অসাম বাইফলসকী শকক অমা হোংদোকপা হৌবগনি। হোংদোকদৌবিবা অসি তাঙ্কক অহুমলক্ত লোযগনি। হায়বদি চহি অহুম চংলবা যাই ।

ব্রাফম অসি ইউনিযন মীনিষ্টবনা নুমিৎ অসিদা লাউথোকখি ।

কাংলদা লৈবা অসাম বাইফলসকী অহুম থোকপগী শকক অমা মিনিষ্টবনা ফ্লেগ ওফ তৌদুনা কংলা থাদোকখি।

কাংলগী পাকচাউবা একব ২৩৬.৮৫ গী মফম অসি ইং ১৯৯১ গী ওক্তোবব ২৩ দা সবকাবগী এক্সত্রা ওর্দিনাবি গেজেট নোটিফিকেসন নম্বব ৫১৫ থোক্তুনা *'মণিপুব এনসেন্ট এন্দ হিষ্টোবিকেল মোনুমেন্ট এদ অবকিওলোজিকেল সাইট এন্দ দি বিমেন্স এক্টকী মখাদা প্রোটেক্তেদ এবিযানি* হাযনা লাউথোকখি ।

অমবোমদনা কংলাদগী অসাম বাইফলস হোংদোকখিনবা ইম্ফাল জিবিবাম লম্বীগী নেসনেল হায়ব্রে ৫১ গী মনাক্তা লৈবিবা মহা কোইবেংগী মফম অমদা একব ১৭০ ১৯ গী পাক চাউবা অমা পীদুনা ইং ১৯৯০ দগী শেমগৎ শাগৎপা হৌখি । মদু ফাওবদা অসাম বাইফস হোংদোকউ যাখিদে। ইং ২০০৪গী জুলাই ১১ দা অসাম বাইফলসনা মনোবমা কৌবী নুপী অমা ইজৎ মাংহল্লবা মতুংদা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। মদুগী ব্রাহৌদগী মণিপুবদগী অসাম বাইফল চৎখিনবা জুলাই ১৫ দা নুপী মযাম্না কংলদা লৈবিবা অসাম বাইফসকী নোংচুপ থাংবা থোঙ্গালদা ফি থোংদনা প্রোটেষ্ট তৌখি । থৌদোক অসি ইন্দিয়াদা নত্তনা মালেমগী মফম খুদিংমক্তা ইন্দিয়ানা অর্মীগী মীওৎ মীনৈ অসি শন্দোকখি । অসিগুম্না কযা অসিদগী ইন্দিযাগী লুচিংবশিংনা কংলাদগী অসাম বাইফলস ইং ২০০৪ গী নবেম্বব ২০ দা হোংদোকহনখি ।

# অশংবা ভুট

থাযনা মৈতৈ অহল লমনশিংনা লিবম্বা ৱাবিশিং অসি থোক্লিবা মতমগা চান্নবা থৌদোক ৱাথোক মযামগা লোযননা যাম্না মান্ননা চৎলি । কনাগুম্বা খবনদি পুযাদা যাওই হেক্তা হাযগদৌবিবনি । অকনবনা অচুম্বা শকপা, সিফাই, পুলিসনা তৌবিবা মওং অসিগা মান্নবা শ্বাই শ্বাই লাউবা ৱাবি অমসু মৈতৈশিংনা লিনবম্মী।

হামেং অমসুং কৈশাল চীংগী হাযথবকপা তম্পাক লম যৌবমদাইগী থেম অমদা লৈ। কৈশালনা মাগী সেক্যুবিতিগী খল্লগা মীনা চংবদসু খুদোং চাবোইদৌবা মফম খল্লগা লৈ । হামেংনা তম্পাক লমগা শমননিং তৌবা মফমদা লৈ । মনাক অদুৱাইদা ঈশিং খোং অমসু ঈচেল নাইনা চীংদগী চেম্থবকই। কৈশাল অদু অঙম্বা উমং মোংশোং খবা লৈবা মফম অদুদা নুংতিগী থোবক্তুনা মাগী মচিঞ্জাক যেংলৈ। হামেংনা লৈবিবা মফমদু যাম্না লাপ্পা নত্তে । মবানি নুংতিগী মচিঞ্জাক থিবা থোবকপদা লাপ্ন লাপ্পা উন্নে।  মানা মানা তৌবিবা থবক অদুদগী হেন্না মমীৎ মনা চোইথোক্লদে। কৈশালনা হামেং মচাসি মতৌ কবম্না ফজবা মওংদা চাশিগে হাযবগী পোবম হামেং অসি উবদগী যাৎপা হৌগ্রে। মবালগী মতুং ইন্না হামেং অসি চাবা তাবনি। অদুনা মবাল অমদি শীদবা যাদে। মবালগী মতুং ইন্না চাগে খনখ্রে ।

নোংমা হামেংনা চেম্থবিবা ঈচেলদুদা ঈশিং থক্তুনা লৈবদু কৈশালনা মথকলোমদগী উবে। কৈশালনা তঞ্জা চাবে ঙসিদি নৈবগে হাযদুনা হামেংদুদা ওনশিল্লগা .

হামেং মচা নংনা ঈশিং নৈখাযবদা, ঐ ঈশিং থকপা যাদ্রে। কৈশালদি ঈশিং অনৈবা থক্তে হাযবসি নং খংদ্রা ? মীনাই মচাসিদি। কৈশলনা ঙংলদুনা শাওনা হায়বকপনি ।

ঈশিংদি মখা?বেমদা চেম্থখিবনি। মথকলোমদা চেনখৎতে । মোং হাদনা হামেংনা খুমলকখি ।

হে হামেং মচা ঙাইখো ! নং মমাং চহিদসু ঐঙোন্দা ফজদবা ৱা ঙাংদুনা চৈ থাংবা তৌখি ।

মমাং চহিদদি ঐ পোকত্রি । হামেংগী পাউখুমনি ।

হায়রুবা খুদিংমক অবেন্বা তাবকপদগী, মতৌ কবম্না ওনখৎসিগে হাযদুনা মথবাক্কী মীহুন্দু দং দং হল্লদুনা মখোল নিকনা হাযবকখি ।

'নঙ নত্রবদি নযান্বনা নত্রগা নচে ওইবন্বা যাই ।'

হামেং মচাদুনা কবিসু খন্দনা, অমুক হন্না চপ চাবা খোইদৌ শাউগৎপা পাউখুম অমা কৈশলদা লংশিল্লকখি ।

ঐগীদি ইচিল ইনাও অমত্তা লৈতে ।

অদু নত্রবদি নমা নত্রগা নপা শোযদনা ওইগনি ।

অযৌবী সবদদা অচৌবা ময়াদু খিগৎলগা ঙংলদুনা হাযবকখি ।

কবি তৌবা ঙমগনি । শোঞ্জববা মবাল লৈজদবা হামেংদু । নাম্থোকপগী খুদোংচাবা লৈতে ।

চানিংবনা মতিল যোৎলবা কৈশালদুনা চাখিবা তাবনি ।

অকনবা, খুৎলাই পাইবশিংনা মবাল লৈজদবশিংবু তুহৎপা, ঙাংবা শকপা যাদবগী থৌওং অসি মণিপুব জাতিগী মীৎমাংদা থোক্লিবা থৌদোক্লি। মী অমা শিবন্বা, মী অমা হাৎলম্বগী কবিসু চীংনবা হঙ্গোইবা লৈনদ্রে ।

মণিপুব বৃটিসনা থাদোক্লম্বা (১৯৪৭) মতুংদা, নিংতম্বা মশাগী লৈঙাকলোয়শিং মীখল তৌদুনা খল্লগা লৈঙাক সাসন পুবা মতমনি । ইন্দিযানসু মণিপুব লৌশিন্নবা হোৎনবদা খুবক্কী ঈনা লাই শাবা মতমনি । ইং ১৯৪৯ দা

মণিপুবগী নিংথৌ শিল্লংদা কৌদুনা নমলৌ লৌশিন্নবা সোই তৌহনখি । ইন্দিয়াগী ফীবাননুংদা মণিপুব যাওখ্রে । লালহৌবগী ইবাং অমদি কমুনিষ্ট এজেন্ত থিংনবা মণিপুবদা ইন্দিযান বিগুলব অর্ম্মী থম্বা হৌখি । মসিনা মপান্দগী কিহল্লকপা, লালহৌবশিং ঙাকথোক্লবা থমখিবনি ।

মণিপুবগী অৱাং নোংপোক থংবা শকক্তা নাগা লালহৌবগী ইবাং ইং ১৯৫০ দা হৌবকপদগী মীলিটবি অমদি পেবা মীলিটবি ফোর্স থাজিন্দুনা থেংননবা থৌবাং হৌখি ।

মণিপুব তম্পাক্তসু লালহৌবগী ঈবাং কন্না হেনগৎলকখি । মদু লকশিন্নবা ইন্দিয়ান অর্ম্মী অমদি পেবা মীলিটবি মযাম থোমজিল্লকখি । মণিপুব বাইফলস, মণিপুব পুলিস কমান্দো অমদি ইন্দিযান বিজার্ভ বটালিয়নশিংসু কাউন্টব ইন্সবজেন্সি ওপবেসন্দা শিজিন্নখি ।

লালহৌবগী ঈবাং মণিপুবগী তম্পাক অমদি চীংদা কনশিল্লকপদগী ইং কুমজা ১৯৮০ সেপতেম্বব থাদা মণিপুব পুম্বা দিষ্টর্ব এবিযানি হাযনা লাওথোকখি। দিষ্টর্ব এবিযা লাউথোকপসি চীংগী জিলা, মকওইনা উখ্রুল সেনাপতি তমেংলোংনচিংবদা ইং ১৯৭০, ১৯৭৫, ১৯৭৮ দা মথং মথং লেপতনা মতম শাংদোক শাংদোক্তুনা থমলকখি। তম্পাক্তা দিষ্টর্ব এবিযা লাউথোকপগা লোয়ননা অর্মদ ফোর্সেস (স্পীসিযেল পৱাব) এক্ত ১৯৫৮ (অফসপা) চৎনবা হৌখি। চৎনবা হৌবকপদগী চহি অমগী মথংদা অমা শাংদোক শাংদোক্তুনা মখা চত্থবকখি।

২০শুবা চহি চাগী তংখায অমবোমদি মণিপুব জাতি অসি হাৎনা শুনবা, খুৎলাই পাইবশিংনা মবাল লৈজদবা মীচম কয়া হাৎপগী মীকপ মীবাউখোল মচা কাযনববা মমাগী তেংথাখোল, মপুবোইবা কাযনবগী অৱা মৈচাকনা নিন খোংবা মতমনি। মণিপুব মীযাম্না অমুবা আইন হাযবগা খংনবা অফসপা ১৯৫৮ গী মখাদা সিফাইশিংনা মীওৎ মীনৈ চত্থবকখি। এক্ত অসিগী মখাদা নুপী অঙাংশিংদা নত্তবা লমচৎ চৎলবা মতুংদা হাৎতোকপা ফাওবা যাওবকখি। চহি লিববা অহলশিং ফাওবদা পবেং লেপহল্লগা কাপতুনা হাৎখি।

ইং কুমজা ১৯৮১, মে থাগী তাং অমা ইবাই নুমীৎনি। কালেন থাগী

মতম, নুমীদাংগী পুং ৭ ৩০ তাবসি পংথেং থেংবা মতম নৎত্রি। লালহৌবগী ইবাং কনশিল্লকপা, মণিপুব পুম্নবদা দিষ্টর্ব এবিয়া লাউথোক্নুনা অফসপা থমখিবা চহি অমবোম ফাবকপা মতমনি। লালহৌবগী ঈবাং লৈববসু মীচমশিং মাগী মাগী তৌগদবা থবক থৌবমশিংদা মায ওনশিন্নে। সেক্যুবিতি ফোর্সশিংদি মথৌদা পুক্রিং চংদুনা কনানা লালহৌবনো, কনানা হৌদবনো, অহলনা কদায নহানা কদায খণ্ডদনা, পুম্নমক লালহৌবা ঙাক্তা ওইনা উবা মতমনি।

নুমীদাং পুং ৭.৩০ বোম তাবে। লম্বী অচৎ অওক লৎপগুম তৌবে। মতম অমদদি কালেনগী মতমদা হকচিক লাংবা মপান্দা থোক্লবম্বদু ইবাং অসিনা ঙনতা ঙনতানা যুমদা হঞ্জিন্নবা মতমনি। সোসাইতি থিযেটবগী দ্রমা শান্নবোই মবি মতমসি ইবাং অমনি যুমদা ঙননা হল্লসি হাযদুনা হৌনবগা হল্লকখি। মযুম যৌবমদাইদা অহানবা মণিপুব বাইফলসকী জৱানশিংনা অচৎ অওক্তা চেক তৌদুনা কন্না কবিনো খংদোক্লবা হোৎনবম্মী। তাঞাদুদা দ্রামা ঔবাইবগা হল্লকপা ইঙুদম মঙ্গি ৫৪, পেবম জুগীন্দ্রো (জুগীন্দ্রো পেবীযা) ৪৪, মোইবাংথেম অঙোবী ২৮, অমসুং নামৈবাকপম ইমো ২৩ মখোয মবিসু লেপহল্লগা ব্রাহং পাউহং তৌদুনা ঙাইহাক লৈহনখি। কবি নিঙাই শংদানবগীনো খংদে নোংমৈনা কাপতুনা হাৎখি।

পুলিসকী ব্রাবোলদা, মখোয মবিনা লাকপদা লেপ্পু যাদবদগী নোংমৈনা কাপ্পদগী পন্দুনা শিবনি হাযনা ফোংদোকখি।

থৌদোক অসিবু পেন্দবদগী মৈবা পাইবীশিংগী জোইন্ট এক্সন কন্মীতি শেমদুনা ব্রাকৎ খোংচৎ অমা মে থাগী ১১ দা চৎতুনা ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসন্দা কমপ্লেন অমা থাঙ্গৎখি। কাযনথংদা শিবিবা মীওইশিং অদুগী খেতিপুবন লুপা লিশিং ১০/১০ পীখি।

লালহৌবগী ইবাং লেপ্পা লৈতনা কনখৎলকপা, নোংমা খবা ফগদবা খন হেঞ্জিলকপা অসিনা লৈবিবা মীওইশিং হাৎপা তুপ্পগী ব্রাখল্লোন্দা চুশিনখি। পুলিসনসু অখন্নবা ফোর্স অমা শেমগৎখি। মসিবু বেপিদ এক্সন পুলিস ফোর্স (আব এ পি এফ) হাযনা খংনখি। পুলিসকী মপাঙ্গল শোনথনা লৈবম্বদু কনখৎলকখি। সৎপগা কাপ্পগা কাপ্পনা হানবা মযাম অমা থোবকপদগী মীশি

মীনা ময়াম অমসু হেনগৎলকখি। আব এ পি এফ অসি মতমগী মতুংইন্না পুলিস কমান্দো হায়না নহা অহল খাক্তনা খংনবি।

অসিগুম্বা মখলগী পুলিস ফোর্স অসি ইং ১৯২০ অমদি ১৯৩০ গী মতমদা জর্মনিদসু লিংখৎখি। মসিবু *ব্রাউন্দ সার্ট* হায়না খংনৈ। ব্রাউন্দ সার্ট হায়না খংনবিবগী মবমদি মখোয়গী ফুৰিৎ মচু অদুননি। ব্রাওন্দ মচু অসি পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও লোয়শিল্লকপা মতমদুদা য়াম্না হোংনা ফংখি। অদুনা মচু অসি মখোয়গী ইউনিফোর্ম ওইনা শিজিন্নখি। মদুদগী ব্রাউন্দ সার্ট হায়না খংনখি। মসিনা হিটলববু থাংগৎনবা হোৎনখি, লোয়ননা হিটলবগী হেক মীৎয়েং মখাদা থবক তৌহনখি। হিটলবগী মায়োক্তা লৈবা মীওইশিং ব্রাউন্দ সার্টশিংনা হাৎপা তুপ্পগী থবক তুমীন তুমীননা চখবম্মী। মসিগী মতম অসিবু *নাইট ওফ দি লোঙ নাইভস* হায়নসু খংনৈ। ব্রাউন্দ সার্টনা মীহাৎ মীপুনগী থবক চখবদা কবিগুম্বা মখলগী কেস অমত্তা সবকাবনা লৌখৎতে। মবাল অমা পীশিল্লগা থওইনা তৌখিদে। মখোযগী কুসি তৌখি।

ব্রাউন্দ সার্ট (Sturmabteilung-SA) গী শক্তি অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপদগী জর্মন অর্মীগী মহুৎশিনবা ফাওবা ঙমগনি হায়না খঞ্জখি। জর্মনগী পার্টি লিদবশিংগী মবক্তা নুংশাথিবা হেনগৎনবকখি। মশেল মবক্তা নুংঙাইনদবা অমদি উংখৎনবগী চাং ৱাংখৎলকখি। ব্রাউন্দ সার্টকী মেম্বরশিং অসি অযাম্বনা থবক ফংদবা সুবা নোম্বগী থাক্তা লৈবা মীওইশিংনা অযাম্বনি। মখোযগী মেম্বর মশিং অসি যাম্মনখিবনা কয়া সুবগে হায়বা ফাওনদা খংবা ৱাখি। ব্রাউন্দ সার্টকী চিফ বোহমগী শক্তি অসি হেনগৎলকপদগী অর্মীগী জেনেৰেল ফাওবনা কিবকখি। অসিনা মবম ওইবগা বোহম লৌথোক্লবা হিটলবনা কননা হোৎনখি। মখোযগী মশিং অসি মীলিয়ন অহুমবোম সুবম্বা য়াই হায়না থাজনৈ। মখোয়গী শক্তি অসি হেনমনখিবনা মখোয়গী মথক্তা আইনগী ওইবা থবক থৌবম অমত্তা পায়খৎপা ঙমখিদে। মখোয়না তৌনিংবা থবক তৌখি। এলাইদ ফোর্সনা লৈবাক অযাম্বা খুদুম চনশিল্লকপদগী মতমগী মতুংইননা মবাই চাইথখি।

মণিপুরদসু অসিগুম্বা তু চুংলবা ব্রাবিশিং অসি থোকই। কবিসু থৌশাদনা মবাল লৈতবা কযাবু বিচাব তৌদনা হাৎতোকপা অমদি কা হেনবা মীওৎ মীনৈ চথখি। মসিনা মণিপুব সোসাইতিদা যাম্না হৈনদবা অমা ফাওহন্দবদি নত্তে। অমবোমদনা অফস্পাগী শক্তিনা মীওই অমত্তা ফোংনা ব্রা ঙাংবা ফাওবা ঙমখিদে। থিঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিখোংদা তাইনবগী থবক অর্ম্মীনা চথখি ।

ইং ১৯৮৭ গী জুলাই ১১ থাংজ নুমীৎনি। সেনাপতি জিলাগী মনুং চন্না লৈবা ওইনাম খুল মহৌশাগী মতৌগুম অঙাংশিংনা লম্বীদা অমদি লমমপাক্তা থোক্তুনা শান্ন খোৎনবা, অহলশিংনা মাগী মাগী মথৌ তৌদুনা লৈনবি। স্কুলনচিংবদসু লাইবিক লাযসু তম্বীবি। নুমীৎ যুংগদৌবা মীনিট খবদমক ঙাযবে, খংহৌদনা ওতোমেটিক বাইফলস কাপ্পগী মখোল মবক্তা মোবটব অমদি বোকেট সেল পোকখায়বগী মখোলনা পুমনিল নিনখি। খুঞ্জাশিং মাযকৈ খংদনা চেন্নখি। মনাক নকপদা লৈবা লৈকুৎ লৈবাইদা থব্রাই হিংনবা পাকথনখি। খবনা ইমুংদগী মপান থোক্লখিদে। এন এস সি এন (আই এম) গী গেবিলাশিংনা ওইনাম খুলগী প্লেগ্রাউন্দগা থংনবা লমদোংদা লৈবা ২১শুবা অসাম বাইফলসকী কেম্পতা এটেক তৌবনি হাযবা খংখি। অসাম বাইফলস কম্পনি অসিগী মীওই খুদিংমক এন এস সি এননা হাৎলবা মতুংদা নোংমৈ, মক বোমনচিংবা খুসু খুৎলাই পুমনমক তক্সা পুখি। বেদিওদা *এটেক* হাযবা মেসেজ অমা হায়বিঙৈদা নোংমৈনা পান্দুনা ওপবেটবদু শিখি। ২১শুবা অসাম বাইফলসকী অহেনবা ফোর্স থোমজিল্লক্তুনা ওইনাম খুলদা লৈবা নুপী অঙাং অহল খাক্তনা খুলগী লম্পাক্তা কৌথোকখি। নোংসু লেপতনা থিৎলি থিৎলি চুবি। মীযাম মবক্তুদা থা সুববী কোলা ৩৮, কৌবী অমসু যাওখি। অঙাং উন্নবগী মতমদু যৌবকপদা যুমদা চংলগে যাদবদগী মীযাম মবক্তুদা, অসাম বাইফলস পার্সোনেল মবক্তা অঙাং উন্নখি। মীওই কযা অমনা মীযাম মবক্তগী খন্দোকলগা কাপ্তুনা হাৎখি। মসিগী ওপবেসন অসি অসাম বাইফলসনা *ওপবেসন ব্লু বার্দ* হাযনা থোনখি।

লাল মবক অসিদা মৈতৈ অহুম মফম অসিদা লৈবি। নোংমৈ মখোল লেপখ্রে। এন এস সি এন (আই এম) গী কাদবশিং অদুনা খুন্দা লৈবিবা মীওইশিং কৌথোকপা হৌবকখি। কিবনা তৌফম খংদ্রবা মীকুপ অদুদা থোক্লে কদায থোকত্রে কদায খনফম খংখিদে। শাওববা কাদব অমনা থুনা থোবক্তে হাযবগীদমক

অথিবা খোনফম শিজিন্নবকখি। মখোয়না হানননা হোন্দোক্তুনা থনমলবা নোংমৈ অমদি মক পুম্নমক খুলগী মীওইশিং, ছাত্রশিং অমদি ওজাদা পুহনখি। কবন্বা লম্বীনো কদাযদনো কবি লমদনো খংদনা মখোযগী মতুং ইন্দুনা পংচৎতা চৎলি। পাখৎপগী মীহুন, চাক চাবক্তবগী ৱাবনে অনি যানশিন্নখ্রে।

নুংথিল পুং অহুমুক তাবা মতমদদি চৎনা চৎনা চাক যাম্না লাম্লকখি।

*চাক যাওব্রা? মখোযদা হংখি।*

ফিনা যোম্বা চাক খবা পীবকখি। যেঞ্চাংসু য়াওদে। মদু চৎন চৎনা ঙমোককুম খুৎনা পাযদুনা চাশিল্লি। নাক যেক্তা যাল্লিবা নোংমৈ অনিদু পুবদা শদৌ থোংলম্মী। ৱাবনা হাযফম খংদ্রবা মতম অদুদা ঈশিং খৌবাংবনা খাংবা ঙমদবদগী খোংনা নেৎতুনা চৎলিবা ঈশিং লৈনাংগুম্বদু খুজোক খুজোক কল্লগা থখচিল্লে। মমলি মমলি তৌবকপদা নোংসু থিৎলি থিৎলি লেপতনা তাবকখি। মী অমমমদগী হেননা চাৎপা যাদ্রবা চীংযাং। তিংখং পানবা ৱা, মম্বনা খোং থাযম খংদ্রবা মফম অদুদা গেবিলা ৪০ মুক্কী মবক্তা তুবোই ঙমলোই চৎলি। মখোযগী মবক্তা টোর্চলাইট অমা শিজিন্নদুনা মফম খংদ্রবা মঙগী মতৌগুম্না চৎপা অদু ঙসি ফাওবা নিংশিংলুবদা থবাক্কী মীহুনসি দং দং হুল্লি।

পুম্নিগী অৱাবা পনখৈ হাযবদু ওইবমাল্লে। নুমীদাংগী পুং ১০ মুক তাবা অদুৱাইদা প্লাষ্টিকনা কুপ্পা ঙাইহাক পোখানবা মফম অনিখক লৈবম্মী। ঙাইহাক্কী শেম্বা মাল্লি। লাক্লিবা মযামদুগী চান থক্রবা শেম শাদুনা লৈবম্মী। এনামেল প্লেট অমমমদা চাক খাবৈ অনি অনি, অফুৎপা যেঞ্চাং যেল্লকখি। হৈনবা হৈনদবা থিদনা অবাম্বদু কোকনবা চাশিনখি। চাক চাবা লোযবগা পোত্থাবদি লাযবদুনা নোংমৈ মকুগী উপু অমা নাহোং শাবগা পুহনখি। ঙমলবা চীং লৈখোম থোকপা মবক্তুদা মতম কুইনা তোংলকলবা খোংউপ অদু মতোল শেগাইদুনা লৈখোম মযাম অমা খোংলক্তা চংলকখি। ঐনা পোবিবা পোৎলুম অদুগা লোযননা চীংদোল তমনা খুউ শৌব শৌবদুনা ওম্হোক্রা ৱানা কাবকখি। চীংদোল লোমলবা তুংদা ঈনা খুউমুক ৱাংনা হৌবা উ-ৱা হৌদবা পুমকোক কোকপা অদু যৌবা মতমদদি থাবলসু ফুগাযনা, ককচেং চৎপা উবদৌনা থোকলকখি। হাযনবা লৈ, নোং চুম্রবা মতুংদদি অতিযাসি ইশেং শেংই। পোত্থাবা যাওদনা উইবগা চৎলিবা মবক্তুদা

উবিবা ফজববা থাবল মণ্ডালগী শক্তমদু কনানসু পুক্লিং হুগনি থাজদে। মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা অহিংনি। কযাম থেংলবনো খংদে। চংনা চংনা অমম্বগী মতম লোয়খিদুনা অঙানবগী শকক থুংবা হৌবক্লে। ঙবাংগী নুমীৎ য়ুংবা মতুংদগী লেপতনা মীৎ ককলা অমাফাওবা উইশিন্দনা নোংঙানবা ফাওবা খোং থাংদুনা লাক্লি। ফজনা ঙাম্বোবকপা মতমদদি লৌবুক উবকখি। তম্পাক্কী শকক্তি যৌবক্লে। কবি কবম্বা লমদমবু ওইবিগবা? নুমীৎ থোবকপদুনা তাকপদি ঐগী মায়সি মনিং ওল্লগা চংলি হায়বা ফাওবদি খংই। তুবোই ঙমলোই খোংথাংদু, অউবা অমনদি তৌবিসি ঙনতানা খাওজিল্লুবব্রা হায়নগনি। খবা চংশিল্লবা মতুংদা অসাম বাইফলস লৈবে হাযবগী পাউ হাযবকখি। চীংদা অমুক কাখংখি। ঙবাংদগী পোবক্লিবা উপুদুনা মোন খাংলগা লোংনা হিপথখি। ঐগী অব্রাবদু উবদা, ঐবু নুংশিনা তৌবীবা কাদব অদুনা নঙ মখাদা কুমথখ্রো। নহা অনিখক শিং থিবগী লৈহৌবনি।ঐ অব্রাবা খংদনা, তঞ্জা ফংলিঙৈদা মীৎ-না উইশিল্লগা নানথোবকখি। অব্রাবা পুঙমদ্রবা পোৎলুম অমা থাংথখিবগা চপ মান্নখি। খবা কুমথবগা নহা অনিদু থেংনবে। মখোযগা লোযননা খোংদৈদা চংখি। লবুক লমহাং পুংশং শংনা ফজবা মতমনি। লবুক্তুগী মতাইদা তুবেল মচা অমা চেল্লি। তুবেল মচাদু লাম্বোকলগা খোংদৈ খুলগী চীং কাখংখি। চংমীন্নবিবা নহা অনিদুদা খুলসিদা মৈতৈ লৈব্র? লৈবনি, চর্চ শাবা উ সুবশিং। মদু খংবদগী খুলদু যৌনবা প্রপ প্রপ চংনিংলকখি। নহাশিং অদুনা ঐগী মতেং পাংনিংখিদে। অমনা লৌতাং শঙ অমদা চংহৌখি; অমনা চংমীন্নবিঙৈদা মফম খংদনা মাংখি। ওকচাক থিবা মীওই অমা লাকপদা হাযজখি। খুলসিদা মৈতৈ উসুবা লৈবদুগী মনাক্তা অমুক্তা থিনবীযু। অঙাং অমনা থিনবীখি। মখোযগী মনাক্তা যৌবে।ওইনামদগী লাকপনি হাযদোক্তে। অদু খংনবক্লবদি নুংঙাইনববোই খনবদগী ঐগী ব্রাবি ব্রাখোং নুমীৎ নিনিবোম লৈববা তুংদা ব্রাবা ফববা কান্দা লিথোকখি। মদু তাবদা উসুবা অহল অমদি পাখংপনা খোং হাম্বা ফাওবা ইমুংদা হাম্মু হাযবকখি। মপাল থোক্তনা নুমীৎ ৪৫, থা অমা মখায কাদুগী মনুংদা তুম চা তৌদুনা লেনখি।

জুলাই ১২ গী অযুক পুং ৮ ৩০ বোম তাবদা খোংদৈ খুলদা থুংখি। মপান থোক্তনা নুমীৎ নিফুমঙানিবোম লৈবদুদা অসাম বাইফলসসু লাক্তুনা খুলদুগী

নুপী অঙাংশিং কৌথোক্তুনা তোঙান তোঙাননা থমদুনা ৱাহং পাউহং তৌই হায়না পাউ তাখি। ওইনামগা থংনবদা খুল তবাবোমগী মথক্তা লৈ। খুলশিং অসিদগী নিংথৌ ওইবা, সেক্রেটবি ওইবা কয়া কৌথোক্তুনা জঙ্গলদা পুদুনা নোংমৈনা কাপ্পী হায়বগী ৱাবি লৈমীন্নবিবশিং অদুনা লিখি। মদু তাবদা মীহ্নসি মপান থোক্লগা হুনবগুম খনখি। খোংদৈ খুলগী মীওই অনিসু কাপতুনা হাৎখি হায়। নুমীৎ ৪৫ নিবোমগী মতুংদা অসাম বাইফলসনা মৈতে উসুবা লৈ হায়বদু থিবকখি। মদু তাবদা অমুক্ক হেননা চীংনবা পোকখি। মখোয় অতৈদি কবিসু খল্লমদবা যাই। উসুবা শাদুনা মখোযগী মবক্তা যাওশিনখি। অসাম বাইফলসনা, ঐখোয় মবি লৈবগী মনুংদা অনি অনি খাযদোক্তুনা কিলোমীটব অমামুক লাপ্পা খুল অমদা চৎলি। খুল অদুদা যাম্না চাউববা মতোল তুমখৎপী যাওবা চর্চকী ক্রোস যুংনবদু শিথহনখি। অতোপ্পা অনিদুনা খোংদৈগী পোষ্ট অদুগী কেপটেনগী কাংথোল কোক ঙাথবী, লেত্রিন, উগী লৈমায় অমদি অতৈ অতৈ থবক সুহনখি হায়। পুন্সিগী অমুক্তা তৌবকত্রিবা থবক চর্চ শিদোকহনবদুদা অশোক অপন কযামকম থোকখি। মসিগী দাকফমসি উবগা কাউথোকলুববা থৌদোক অদু অমুক মুক নিংশিংলকই। মদুদা শিবমলবদি . . । চর্চ অদু শিথবদা নুমীৎ ১৫ নিবোম চংখি। খুঞ্জাশিং যাওনা শিবা লোইবগা মদুগী মচাক মথুম মযামদুনা অসাম বাইফলসকী এল শেপকী যুম অনিখক্কী মখোং যুংলমখি। খোংদৈদা লৈবা চপ চানা নুমীৎ ৩৫ নি সুবে। যুমদা চৎনিংবা নোংমা নোংমগী হেঞ্জিলকখি। মতৌ কবম্না নাম্থোকসিগে মসিগী ৱাখল খনবদা ফুমবংনৈ। কদোমদা কদাযদা চৎলগা যুম তাগদগে, মদুসু অমনি।

খোংদৈগী মীযাম, থবকসুবা যাওবিবা অমদি ঐখোয় পুননা অসাম বাইফলকী কেপটেন অদুদা হাযজখি। মানসু যাবীবদগী মহাক্রা চেজম অমদা পাস অমা ইবগা পীবক্সী। পাস অদু পাযদুনা অযুক্কী পুং ৭ মুক তবা অদুৱাইদা নুমীদাংগী অবেম্বা চাক চজিক খবা চাবগা খোংদৈ হন্না যেংলমদনা থাদোবকখি। মথং মথং খুল কয়া লাল্লগা লাকখি। নুংথিলগী পুং অনি অদুৱাইদা তোলোই কৈথেলদা থুংখি। নুমীৎ অদুমা তোলোইগী চাক যাওবা হোতেল অমদা লেক্রে। অহিংদু তুমফম খংখিদে। অযুক পুং ৫ অদুৱাইদা হোতেলদু থাদোকলমগা ঐখোয় মবী অৱা অনা থিদনা চীংগী লিক্লা মবক্তা হাগৎলকখি। অযুক্কী পুং ৮ লোম

তাবা অদুৱাইদা কোইলাস লম্বী অমা ফংখি। লম্বী অদুগী মতুংইন্না কদোমদনো খংদনা হায়ফেৎ শাংনা চৎলবা তুংদা লম্বীদা মীওই খাবা থেংনখি। মখোযদা উখুল বজাব হংখি। মপা হেন্দোবক্লে, মখোযসু উখুল চৎকদবনি মখোযগা চৎমীন্নসি হায়দুনা মতুং ইল্লকখি। অঙম্বা চীং অমা যাম্না ৱানা কাববা কান্দা অযুক্কী পুং ১১ তাবা অদুৱাইদা উচিন নাচিন্না উখুল যৌখি। মফমসি যৌববদি মীৎ উইশিল্লগা চৎলবসু যুম যৌবগনি খঞ্জখি। হোতেল অমদা চা থকপা ফাওবা লোইবম লোযফাভনা ইম্ফাল য়ৌগদবা বস অমদা কাখৎলকখি। লম্বীদা সেক্যুবিতি চেক পোষ্ট অনিবোম লৈবক্সী মদুদা পেশেঞ্জব লোযনা কুমথহল্লগা চেক তৌখি।

ইম্ফাল যৌবে, কয়াদা নুংঙাইখিবা মীকুপতো। ঐ ইতোমতনি খংজখিবা। নুমীৎ ৮০ নি মৱা মপাউ তাদ্রবা কদাযদা লৈ হায়বা ফাওবা খংদ্রবা মতমদুদা যুমদা তৌবমগদবা মতৌদু। হিংলমখিগনি হাযবা কনানসু থাজবমলোই। লৈকাইনা ঐ শিবমলগনি হায়না খনবদগী শোবাৎ শোন্নবা থৌবাং তৌবম্লে। যুমদা খংহৌদনা চংবদা যুমদা লৈবমলিবা ময়ামদুনা অশিবা থৱাইগী ভুৎলা হাযদুনা থকৎনবদু ঐসু খংই। ঐবু নুংশিবীবা কযানা কোন্দুনা কপখি। ঐসু কপখি। অদুবু চীং অমদি অশংবা শেৎপা উবা যাদবগী মীহুন অমদি লোযনদুনা লৈবি। পাক কোকউ যাগদবা মান্দে।

ৱাবি মতেক অসি ওইনাম খুলদা ওজা ওইবম্বা অমনা লিবদগী মযামগী মফমদা অমুক হন্না ইথোক্তুনা লিজবনি।

মণিপুব পীকচববসু পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক পুম্নমক থোকই। মফম অমদনা হাৎনসুনবা, অমদনা ঈশৈ নোংমাই. অমদনা নোকখেবা লাংবা, নুংঙাইতবা লেপতনা চত্থবি। লালহৌবগী ইবাং অসি ইং ১৯৭৮ গী জুল'ই থাদগী খংকন কনখৎলকখি। সবকাবনা হুননা থৌৱা শাদনা লৈবম্বদু ⁿ'ই অসিদা লালহৌবশিংনা মণিপুব পুলিসকী ইন্সপেক্তব অমগা কন্সটেবল অমগা হাৎখি। মসিগী থংনবা চহি ১৯৭৯ দা লালহৌবা অমদি সেক্যুবিতিগা নোংমৈ কাপনবদা মীওই ১৪ শিখি। ইং ১৯৮০ দা লাল হৌবগা মবি লৈনবা থৌদোক ৭৭ থোকখি। থংনবা চহি ১৯৮১ দা ১১৮ দা

হেনগৎলকখি। লালহৌবগা মবি লৈনবা ইবাং চহি খুদিংগী হেনগৎলকখি। সবকাবনা-অফসপা থমজিল্লক্তুনা অশংবা ভুটকী মকোল ওইবকখি।

অফসপাগী মাযোক্তা নুপী কাংলুপ অমনা আইন অসি লৌথোকখিনবা মণিপুবগী কাচিন কোযা শিনবা থুংনা অচৌবা খোংচৎ অমা ইং ১৯৮১ গী মে থাগী তাং ২৩ দা নুপী ১০,০০০ গী মথক্তা চৎখি। *মণিপুবদা সিফাই থম্বা যাবোই; মীচম প্রজা ওৎকনু, নুপীগী ইজৎ কল্লু; অফসপা মণিপুবদা চলাইবা য়াবোই।* খোংচৎ অসিদা য়াওবী কয়া পুলিসনা ফাদুনা ইম্ফালগী অব্রাংলোমদা খবা চৎলগা লৈবা খুবাই সলাম্থোংদা থাদোকখি। পুলিসকী গাবিদগী চিংথবদা চহি ২০ দা ঙাইবিবী থা মণ্ডাগী নাওপুবিবী সিনাম ওংবী পিয়াবি তাদুনা শিখি।

ইং ১৯৮১ গী ওক্তোবব তাং ২৬ তা ইউনিযন মীনিস্ত্রি (হোম) না পিপলস লিববেসন আর্ম্মী (পি এল এ), পিপলস লিভোলুসনবি পার্তি ওফ কংলৈপাক (প্রীপাক), কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্তি (কে সি পি) অমদি ফিঙাং লাম্মী আইননা যাদবা লুপশিংনি হাযনা লাওথোকখি। চেবোল অদুনা মখা তানা, *লুপশিং অসিনা ফোংনা মণিপুববু নিংখা তম্বা লৈবাক অমা ওইগদবনি হাযদুনা হিংশাগী থবক চথবে। লুপশিং অসিনা মপান লৈবাকশিংদগী মতেং অমসুং খুৎলাইনচিংবা লৌনবা হোংনৈ।* চেবোল অসি থোকখ্রবা মতুংদা সিফাই অমদি পুলিসশিংনা মণিপুবগী কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা ফাগৎনবা লোংউপ তানবা অমদি শমজেৎ হাৎথদুনা অমমতা খংদোক্লবা হোৎনবকখি। খুমাং চাউশিল্লম্বা, লালহৌবগী থবক তপথখি। অহেনবা সিফাই থাজিল্লকপদগী মীচম কযা নুংঙাইনা মনিংতমনা চৎথোক চৎশিন তৌবম্বদু ঙমখিদে।

নুপী কযা থোবক্তুনা শিফাইগী কাহেনবা থবক থৌবমশিং থিংখি। *সিফাইগী কা হেনবা থবক থৌওং কযানা মীপুম খুদিংগী পুক্নিংদা নুংনাংবা অকিবা* শাওনিংবা ফাওহনখি।

অসিগুম্বা নে না তাদবা পুন্সি মহিং অমদা লৈবিঙে মতম অসিদা সবকাবগীসু থবক অমা চংবা মতমদা অচৌবা শেনফম অমা পীদবা যাবমদে। মীচং সঙ্গন লৈতবা মীওইশিংগী খোংদাফম লৈবমদে। অমবোমদনা লমহেন তুহেনবা কয়ানা অমোৎপা অবানবা অহেনবা থবক কয়ামকম চথবম্মী। নিশা

চাবা থকপা য়োনবা নমফু হাফুদা নুপী অঙাং কযাগী ইজৎ মাংহনবা কযা থোবকখি। অসিগুম্বা সমাজগী মাংনবা তৌবশিংগী মথক্তা লালহৌবশিংনা অহকপা চৈব্যাক পীবগী থবক চথবকখি। আইননা যাদবা লুপনি হায়না লাওথোকখ্রবা লুপশিংগী মীওইশিং ফানবা অমদি নমথনবা সবকাবনা লেপ্পা লৈতনা হোৎনখি।

ইং ১৯৮৫ গী নবেম্বর মতুংদগীদি মণিপুর নিংতম্বা হঞ্জিলহন্নবা লালহৌ অসি খোংজেল খবা তপথবপ তৌবা মপানথোংদা মানখি।

ইং ১৯৬৪ গী নবেম্বর ২৪ দা শেমখিবা ইউনাইটেদ নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্ট (ইউ এন এল এফ) মণিপুর মীয়ামদা ফোংদোক্তনা লৈবম্বদু খুৎলাইগী প্রোপেগন্দা চথবা হৌনবা দিশেম্বর ১৯৮৬ কী জেনেরেল এসেম্বলি মীফমদা অমর্দ ব্রিং অসি অমুক হিংগৎনবা ৱারেপ লৌখি। মসিনা মরম ওইবগা ১৯৮৭ কী ফেব্রুৱারি ৯দগী খুৎলাইগী থবক হৌবকখি।

নিংতম্বা হঞ্জিন্নবা লালহৌ অসিগী লাম্লোং কযা লেপতনা মখা চথবকখি। ইং কুমজা ১৯৯৯ দা মণিপুরগী লালহৌ লুপ অহুম ইউ এন এল এফ, পি এল এ অমদি প্রীপাক পুনশিন্দুনা মণিপুর পীপলস লিবরেসন ফ্রন্ট (এম পি এল এফ) অপুনবগী লিংজেল অমা শাগৎখি।

এম পি এল এফকী কেম্প অমা চান্দেল জিলাগী শজিক তম্পাক্তা লৈরে হায়বসি সবকাবগী ইন্টেলিজেন্সকী রিপোর্ট মতম কুইনা চংনা লৌববা মতুংদা খংবা ঙমখি। ইন্দিয়ান আর্মী অমদি সেক্যুরিতি ফোর্সশিং মখোয়না খংলবসু থবক খুদিংমক হাথু হাথু পাংথোক্তে। ককচেং ময়াম মকোক মকোক ৱাইশিন্নদুনা চৎপগুম্ম কদাযদা কবি লৈবগে হায়বগী চপ চাবা পাউ ফংলবা অমদি মখোয়গী ফিভম শেমলবা মতুংদা য়াবনি হায়বা মতমদা চথবকই।

শজিক তম্পাক চান্দেল জিলাগী মনুংচননা ইম্ফালদগী কিলোমিটর ৯০ বোম চৎলগা লৈ। লমদম অসি মহৌশাগা য়াম্না নকন্নন লৈবা যেংবদা পুক্রিং হুনা ফজববা মফম অমনি। তম্পাক অসি মায়ব কিলোমিটর ৩০ বোমগী পাক চাউবা মফমনি। তম্পাক অসি কনা তুবেলনা অৱাং অমসুং মখা হায়না খাযদোকই। খা থংবদা লৈবিবা শজিক খুঞ্জাও অসি বোর্দর এরিয়া দিভেলপমেন্ট প্রোগ্রামগী মখাদা

ঈং ২০০২ দা শাখিবা থোং অহাইবী অমনা শমনহল্লি। শজিক লমদম অসি চীংনা কোযশিননা লৈববসু চীং অমা কাখৎলিবা খুদিংগী ফজববা তম্পাক অমমম লৈ। তম্পাকশিং অসিদা কনা তুবেলনা ফাও ফাওদুনা চেহ্নবক্লি। তুবেল অসিদা ঙা অমদি ৱাইখু ফাদুনা খুলমীশিংগী হিংনবা হোৎনবি। চীংগী তম্পাকশিংদা লৈবিবা খুলশিংদি টি শৈজাঙ (গেলমোন), খুমুমোন, বুংপীজাং, মোলফৈ, বালচাঙ, অযাঙ, কে বেথেল, য়াঙম নোম, কাথোন, মোলনোম অসিনচিংবনি।

মণিপুবগী লালহৌবা মকুওইনা এম পি এল এফকী লাম্মীশিং তকথোকখিনবা ইন্দিযাগী বোর্দব সেক্যুবিতি ফোর্স (বি এস এফ) না শজিক তম্পাক চংশিল্লকখি। এম পি এল এফকী লাম্মীশিংনা পল্লোন নায়না লৈবনা ইন্দযাগী ফোর্সনা আ মনুং তাননা চংশিনবা ঙমলমদে। বি এস এফনা চংশিল্লক্লিবা অদু খুৎ থানবা এম পি এল এফনা মফম চাবা য়েংদুনা লৈখি।

ইং কুমজা ২০০৩ গী জনুৱাবি থাগী তাং ৮ যুমশকৈশা নুমীত্তগী থাংজ তাং ১১ নুমীৎ মবিনি লালহৌবা অমদি সবকাবগী লাম্মীগা শজিক তম্পাক্তা নোংমৈ কাপনখি। নুমীৎ মবিনি নোংমৈ কাপনগনি হাযবসি কন্নানসু থাজখিদে। মদু অপুনবা খুৎপু এম পি এল এফকী থৌনানি। কাপনবা অদুদা বি এস এফকী এসিষ্টেন্ট কমান্দেন্ট অমগা হেদ কন্সটেবল অমগা শিখি।

শজিক তম্পাক্কী থৌদোক অসি ইন্দিযা অমদি মণিপুব সবকাবনা তবাইনা খনখিদে। সবকাব অমদি সেক্যুবিতিগী মাযকৈদা খন্নবগী লোয়বা নাইখিদে। নিংথিনা খন্নববা মতুংদা লালহৌবগী কেম্প লৈবা মফমশিং তকথোকখিনবা *ওপবেসন ওল ক্লিয়াব* চখনবা শেম শাখি। ইং ২০০৪ গী সেপতেম্বব থাদা সেক্যুবিতিগী অপুনবা খুৎপু অমগী মখাদা ওপরেসন অসি চখখি। মসিগী মায়ওন পীবা, কোচ অমদি মেনেজবনা মণিপুবগী চিফ সেক্রেটৈবি অমদি থ্রি কোবগী টোপ ব্রাসনা ওইখি। চান্দেল চুবাচান্দপুব অমদি চীংগী মনুং হুঞ্জিনা লৈবা মফমশিংদা চখখি। শিজিন্নগদবা পোৎলম খুদিংমক পুশিল্লগা মফম চাবা যেং যেংদুনা সেক্যুবিতিগী কেম্প শাজিনখি। যাওল্লোইশিংনসু খুদোংচাবা যেংলগা মবক মবক্তা লান্দাবকপসু যাওখি। সবকাবগী লাম্মীশিংসু চান্দেল জিলাগী দিংপি, জৌপী, খেংজোই, হেংসি লয়াংনচিংবা মফমশিং য়ৌশিনখি। ইউ এন

এল এফকী লাম্মী শংলুপ এম পি এনা মাযকৈ কযাদগী লান্দাবকপদগী সবকাবগী লাম্মীশিং অশোক অপন নংবগী পাউ সবকাবগী মায়কৈদা ফংখি। লাল হাযবসি মায়কৈ অনিমক্তা অশোক অপন অশি অনা নংনবা হায়বসি য়াওই। সিনেমাগী হেবোগী মায়কৈনা পুংঙমদা ঙম্না অদুদি নত্তে। সবকাবগী মাযকৈদগী অমদি য়াওল্লোইশিংগী মাযকৈদগী হায়দোক হায়জিন হাযবসি, মাযকৈ অনিমক্কী পুক্লিং থৌগৎনবা হন্দোক হুঞ্জিন তৌবা অসি চৎনবীনি।

সবকাবগী লাম্মীশিংগা য়াওল্লোইশিংগা মতম শাংনা খুৎ থোক্লবদা শোম্বগদৌবিবসি য়াওল্লোইশিংদনি।

*যেক্লবনা খুমাং চাউশিল্লকলবদি ঐখোয হন্দোক্কনি; যেক্লবনা মফম অমদা কেম্প তৌদুনা লৈববদি মদুগী খুদোংচাবা লৌবগা এটেক তৌদুনা অৱাবা পীগনি। যেক্লবনা চোকথবক্লবা মতমদা অকনবা মওংদা লান্দা শিনগনি। যেক্লবনা হন্দোকখিবদা, ঐখোযনা মখোযগী মতুংইন্ননি।* মাও সেতুং (মাও জেদোং) গী ৱাহৈ অদু য়াওল্লোইশিংনা চত্থবিবা এটেক অদুগা মান্নে।



মথক- খোদাক ইচিন, লোক্তাক্তাগী চিথবকপা ঈশিংনা ইম্ফাল তুবেলদা তাৰিবা ।

মখা   ঙল্লিৈ মতমগী কৈবুন লমজাও ৱাইলাইফ সেঙ্কচুযাবি





# জগোই শাবী শজি

মতম কুইববগী ৱাবিনি। ৱাবি অসি ঙসি ফাওবদা কনানসু কাওনদ্রি। অশেংবা নুংশি ৱাবি অসি ইম্ফাল তুবেলনা ৱাঙ্গোই য়ৌবকপদা নিংশিহল্লি। তুবেল মপাল অসিদা হৌবিবা হৈবোং পাম্বীশিং অসিনা মতম অমগী থোক্তা থোকখিবা মানবা য়াইবিপোক থম্বালনুগী থম্মোই কাইখিবা নুংশি ৱাবি লিবি। মসিনা তৌবা ঙম্বা যাইতোং খমদোংবা কযানা মতুশোনবা কযাবু ঙম্মী হাযবা মওং অদু কুইববা মতমদগী চৎনবকই হায়বদু খংহল্লি। অচৌ অশাং, মন্ত্রিগী মচানা ফত্তবা, মীহাৎ মীপুনগী থবক চত্থবক্লবসু শক মাই য়েংনদুনা আইননা কবিসু তৌবা ঙমদে। মসি মণিপুবিশিংগী ঈদা লোযনবক্লবা লমচৎ অমনি।

ইম্ফাল তুবেলনা মখা পাংনা চেম্থখিদুনা ময়াং ইম্ফালদা থৌবাল তুবেলগা শমনখি। মসিবু ইবোঙ চীবাই, নৎত্রগা ইকোং লৈমা হায়নসু খংনৈ। ইকোপ নিংথৌ অমদি ইবোং লৈমগী খুভম লৈ। মসিদা ঈশিং ইনৌ তাবকপা অমদি ঈমায থনগৎলকপা মতমদা ইকোপনিংথৌ অমদি ইবোং লৈমা অনি হবাওবগী থৌবম পাংথোক্লুনা ইবাৎ থৌনি তৌনৈ। থৌবাল তুবেল, উখ্রুল জিলাগী হুইমী চীংশাং পবেংদগী হৌবকই। কীলোমীটব চামাপল চেম্থবক্লুনা ময়াং ইম্ফালদা, ইম্ফাল তুবেলগী ঈচেলদা তিনখি।

কোংবা মকুদগী হৌবকপা কোংবা তুবেলনা, কোংবা মৈলোম্বী হাযবা মফমদা ইম্ফাল তুবেলদা তাখি। চকপী তুবেলসু ইম্ফাল তুবেলদা শুগনুদা ঈতিনখি। খুগা তুবেলনা চুবাচান্দপুবগী সিংহাৎ চীংশাংদগী হৌবকলগা ইথাই

মযাদা ইম্ফাল তুবেলদা ঈতিনখি। মণিপুবগী তুবেল অযাম্বা ইম্ফাল তুবেলদা তিল্লবসু তুবেল অসি লোক্তাক পাত্তা তাদে। লোক্তাক পাত্তগী ইম্ফাল তুবেলগী ঈমায অসিনা নেম্বা হেল্লি। লোক্তাক পাৎকী ঈশিং অসি ইম্ফাল তুবেলদা খোবদাক ইচিলদা চিথবকখি। লোক্তাক অমসুং ইম্ফাল তুবেলগী ঈচেল অসি থিংনবা ইথাইদা পন অমা শেমখি। পন অসিনা লোক্তাক অমদি ইম্ফাল তুবেলগী ঈশিংগী ঈমায অসি থিঙ্গৎতুনা থমখি। থিঙ্গৎখিবা অসিনা মবম ওইবগা লোক্তাক খোংবান্দা ঈশিং মৌখৎলকপদগী হাননা লৈবম্বা লৌফম কয়া ঈশিং থুমজিনখি।

ইম্ফাল তুবেল অসি খোবদাক ইচিলদগী মণিপুব তুবেল হাযনা মমীং কৌনখ্রে। তুবেল অসিনা লোক্তাক্কী ইমায হেনগৎ হেঞ্জিনগী থবক থৌবমদা অচৌবা খুৎলাই অমা ওইবি। লোক্তাক পাত্তা নম্বুল তুবেল, থোঙজাউবোক, নাবাক খোং, হেন্টাক খোং, ইকন্বী, লমঙানবী অমদি মণিপুবগী তুবেল অযাম্বগী তুংনফমনি। নোংজুথা অমদি ঈকং থাগী মতমদা মহৌশা লাযবেম্বীগী খুৎশেমদা যাওজবক্লবা খল ওনথাং ওনশিনগী মেকানিজম অমা লোযনবি । মসি ইম্ফাল তুবেলনা শান্নবি । লোক্তাক পাৎকী হেনগৎলপা ঈশিং পুন্না ইথাই মাযকৈদা ইম্ফাল তুবেলদা চিথখি। মসিনা মণিপুব তম্পাক্কী ঈশিং নুংশিৎকী খল ঙাক্লা থম্মী।

লোক্তাক পাৎকী শকক অহুম থোকপগী অনিবোমদি ঈশিংগী পান্নীশিংনা কুপশিল্লি হাযবা যাই । শিংউৎ শিংনাংশিং অসিসু মখল মখা যাম্মী। অমবোমদসু লোক্তাক্কী খোংবালশিং অসিদসু মহৌশাগী ওইবা উমং ব্রামং কযানা কোযশিল্লি। মসিনা অইং অশাগী চাং অমদি পাৎ অসিগী সোসিও ইকোনোমীদা মকওইবা থৌদাং লৌবি । সব-ট্রোপীকেল মুনসুনগী অইং অশাগী মবক্তা, অশাবা অমদি চোৎপা কালেন, ইংবা অমদি কংবা নিংথমথা মায়োক্লবি ।

লোক্তাক পাৎ অসি চাওবাক্লা স্কায়াব কিলোমীটব ৬৪.৭৫ গী পাক চাওবনি। মসিগী মথক্তা পাৎ মচা মচা খবসু লৈ । পাৎশিং অসি ঈকং থাদা ঈশিং লৈতে। লোক্তাক পাৎকী মনুংদা স্কাযব কিলোমীটব ২৬ কী পাকচাউবা কৈবুল লমজাউ শেঙ্কচুঅবি লৈ । মসি ফুমদি হাওদিনা কুপশিল্লি । ফুম অসি ইচম চম্বা নত্তে । অতাউবা, মথক্তা শা-ঙা মী ফাওবা চৎপা যাবা ফুমনি। ফুম মথক

অসি শিংউৎ শিংনাং অমদি অতোপ্পা পাম্বী কয়াসু হৌবি । পাম্বীশিং অসিনা শিবকপা অমদি পুমথবকপদগী চহি যামলক্কবা মতমদদি অথাবা চৎপা যাবা অমা ওইবকখি । ফুম অসি ঈশিং মথক্তা শকক মঙা থোকপগী অমা তাউই। মখাদনা মঙা থোকপগী মবি লুপতুনা লৈ। লেফটনেন্ট কোলোনেল এচ এস বুদ (১৯৩৪) না ফোংদোকখি, অসিগুম্বা অতাউবা ফুমদি অসিদা শজি মখল অমা যাম্না নুংঙাইনা লৈ। শজি মখল অসি পাৎ অসিগী মখাবোম থংবা তোববান মযা, শিংউৎ অমদি নাপীনা কুংনা হৌবা মফমদা লৈ। অমবোমদসু পাৎ অসি ঈশিং মৌখৎপদা কংফালগী শকক, পাৎ মযাইদা লৈবিবা চীংগী মপান্দা ফুমদিশিং অসি চংশিল্লকই।

শজি মখল অসি মণিপুবদা, সঙাই হায়না খংনৈ। ইং ১৮৪২ দা মেক ক্লেলান্দনা সঙাই অসি Cervus Eldı Eldı হাযবা মখল অদুনি হাযনা পুথোকখি। মসি লোক্তাক পাৎকী খা-নোংচুপ থংবা শকক্তা লৈ। মসিগী মখল অসি যাম্না তাংবা মখলগী শজিনি, মসি যোকখৎপা হাযবসি যাম্না মক ওইবনি। শজি অসিনা হৈনবা অমদি চুশিন্নবা অসি খংবা যাম্না দবকাব ওই। ইন্টবনেসনেল ইউনিযন ফোব দি কন্সাবভেসন ওফ নেচব, ইন্দিয়ান বোর্দ ফোব ব্রাইল্ড লাইফনসু শজি মখল অসি হিংহন্নবা কননা হোৎনবগী মথৌ তাবদু মতমদুদগী হৌনা খন্নখি।

বর্ম্মাদসু অসিগুম্বা মখলগী শজি ফংই মদুগী সব-স্পেসিসনা Cervus eldı thamın (Thomas) 1918 মখল অসি অপ্পব অমদি লব্রাব বর্ম্মাগী মফম খবদা ফংই। থাইলেন্দগী মফম অমদসু ফংবগী খুদম লৈ। মসি বর্ম্মাদা *থামীন* নৎত্রগা *থামেঙ* হাযনসু কৌনৈ।

থাইলেন্দগী শজি মখল অসিনা Cervus eldı sıamensıs (Lydekker ১৯১৫) মসি থাইলেন্দগা লোন্নবা ভেটনাম কম্বোদিযা লাউস ভৈট মিন অমসুং হাযনাদ লৈ। শজি অসি থাইলেন্দনা *লা-মাঙ* হাযনা খংনৈ। মণিপুবগী সঙাই অসিনা অতৈ মখল অসিদগী তোপ তোপ্পী। মতু য়াম্না চোমদে, অকনবা মচি, ফুমদি মথক্তা কোযচেন চেন্দুনা শান্নবা ঙম্মী। বর্ম্মা অমদি থাইলেন্দগী মখল অসিনা অকংবা কংফালদা লৈ। মতু চোম্বসু হেল্লি।

মণিপুবগী সঙাই অসি ইং ১৯৩৪ দা মণিপুব ষ্টেট দববাবনা ঙাকথোক

শেন্দোক্লবা লাওথোকখি। মণিপুব সবকাবনা অমুক হন্ননা ইং ১৯৫৪ দা লাওথোকখি। লেফঃ কোলঃ ঐচ এস ব্রুদনা ইং ১৮৯১ দগী ১৮৯৮ ফাওবা মণিপুবদা লৈদুনা শজি অসি ফাননবা অমদি হাৎনবা তান্নবা অদু য়েংখি। অতাউবা ফুম অসিদা অতোপ্পা শা মখল অমত্তা লৈবা উদে। হাৎনবা নৎত্রগা ফানবা তান্নবদা সঙাইনা তৌবিবা মওং অদু তোপ তোপ্পা অমনি। মমাং থংবা মখোং অদু থাংবগী মহুত্তা খুদুং অদু থাংজিল্লকলগা, খুমাং অমদি খুদুং অদু চপ মান্ননা চোংখৎলকই। মদুনা সঙাইগী মশা অদু চপ য়ুংনা চোংখৎ চোংখৎতুনা চেল্লি৷ মদুগী মওংদু উবগা শঙাইবু *জগোই শাবি শজি* হায়নসু খংনৈ। অদুনা কনাগুম্বনা শজি অসিবু নোংমৈনা কাপকে হায়না খনবা তাববদি ঙানু কাপ্পা হান্ননা তম্বা তাবনি। ঙানুনা মখাদগী পাইখৎলকপা অদুগুমনা সঙাইনা চেনবদা চোংখৎ চোংখৎতুনা চেল্লি। মদুগী বিদম অদুদা এম তৌদ্রবদি কাপ্পা ব্রাগনি। মসি মখোযগী পীথোবকপা অমনি।

মফম খবদা ফুমদি অতাউবা অসি চপ চানা লৈতে। মফম অমদগী অমদা কোযচৎ চৎলি। অদুগা অকপ্পা ফুমদি মবক্তা ঈশিং কম্বোং মবাং কাযনা হৌই। অকপ্পা ফুমদি অসি সেঙ্কচুযাবি অসিদা চাদা মঙাগী চাংদা লৈ। ঈশিং কম্বোংশিং অসি সঙাই অমদি যুমদা যোকপা শা ঙাশিংগী মচিঞ্জাকনি। ঈশিং কম্বোংশিং অসি মৈতৈশিংনা চহি হৌবা চৈবাওবদা লাইদা কৎতুনা য়াম্না থাজনা থম্মী। চহি অমগী অনৌ অপেনশিংগী মনুং চল্লি। সেঙ্কচুয়াবি অসিদা টৌ, শিংঙুৎ, খোইমুম, ঈশিং কম্বোং, পুল্লে, শিংনাং অমদি অতোপ্পা মখলগী মনা মশিং মবাং কায়না হৌই। সেঙ্কচুযাবিগী মফম অসিদদি ঈশিংদা হৌবা পাম্বী, লিলি ফেমীলি অমত্তা হৌদে। ঈশিং মপান্দা খবা হৌবদি উই। চহি অমগী ওক্তোববগী অদুব্রাইদা ফুট ২ দগী অহুম ফাওবগী চাংদা লৈ। মদুদগী পত্থবসু যাওই। ঈকং থাদদি মফম অদুগী যুমদা যোকপা শা মযাম থাদোবক্তুনা পাৎ অসিগী খা নোংচুপতা লৈবিবা চীংদুম মচা মচাদা হৌবিবা মনা মশিং মযাম অসি চাথোকই। ঈশিংনা ইমায চোনবা মতমদদি ফুমদিশিং অসিদা লমহুইগুম্বা শাহিং চাবা শাশিং ফুম মথক্তা চংবা ঙমদে।

সেঙ্কচুয়াবি অসিগী মখা অমদি নোংচুপ থংবা ঙমখৈগী শককশিংদা লৌমীশিংনা, ইবোই অমদি শা, ষন শিজিন্নদুনা লৌউ শিংউগী থবক পাক্তব্লনা চত্থবি। অতাউবা ফুমদি মথক্তা শা ষনশিংনা চংবা ঙমদে। মনাক নকপদা খুন্দাবিবশিংনা সেঙ্কচুযাবিগী লম খোপচিন্দুনা হেক্তব ২৪/২৫ বোমদি

লৌউশিংউগী মফম, মতমদুদা কন্দুনা লৈবে। অপাবা ফুমদি মবক্তা সেক্কচুযাবিগী মনুং চননা ককথৎতুনা ঙা ফাবা, অমদি মনা মশিং থিনবা লম্বেল শেমলি।

কৈবুল লমজা ও সেক্কচুযাবি অসিগী অৱাং নোংচুপ থংবদা অমদি খাবোমদা লৈবিবা খুলশিং অসি থাঙ্গা, কৈবুল, কুম্বী অমদি অতোপ্পা খুলশিংনি। মফম অসিদা খুন্দাবিবা মীওইশিং অসি শা ঙা চাদবা মীওইশিংনি মতম অদুদা/ অদুবু হৌজিক্তি শা ঙাদি লায়বদুনা মখোং মবিবু পাল্লবা কাংথোল ফাওবা চাবে। অদুবু মতমদুদা সঙাই ফানবা অমদি হাৎনবা তান্নবিবসি উচিৱা, মযাং ইম্ফাল, তুবেল অহনবী অমসুং শামুশঙদা লৈবিবা পাঙলশিং অসিনি হাযনা বিপোর্ট অদুদা পল্লি।

সেক্কচুযাবিগী জগাদা ঙা ফাবা অসি চহি খুদিংগী নিলাম তৌই। অদুগা মফম অসিদগী শিংউৎ শিঙনাং ককপা অসিসু পৈশা লৌবম্মী। শিংউৎ শিংনাং ককপা অসি নিংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা মফম অসিদা লৈবা মীওইশিংনা ককতুনা লৈত লাইবগী মতেং পাংনবম্মী।

লোক্তাক পাৎকী মপান্দা মোইবাং লৈবি। লমদম অসিনা যাম্না শিংথানিঙাই ওইববা নুংশি নুংঙোল *খম্বা-থোইবীগী* ৱাবি লিবি । পুৱাবিগী মমাংদগী লোযনবল্লবা ইবুধৌ থাঙজিংগী খুভম লৈবি। মোইবাং, মাগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমা লৈজে। হিষ্টোবি হৌবকপদগী, লৈঙাকলোন, চৎনলোনচৎ, শেনমীৎলোন অমদি হিষ্ট্রি তোঙাননা লৈ। প্রী হিষ্টোবিক মতমদগী হৌনা মাগী লৈঙাক শাসন লৈজে। লোক্তাক পাৎনা লমদম অসিগী শেল থুমগী মাযকৈদা অচৌবা শাফু অমা পী। লোক্তাক পাৎ অসিদা মফম মফমগী মমীং তোঙান তোঙাননা থোল্লি। মফমশিং অসিদা মাগী মাগী জগা থমনদুনা ফুমদিনা কোয়শিল্লগা ঙা ফানবা শিল্লি। পাৎ অসিদা ফংলিবা ঙা অসি তোঙান তোঙানবা মখল যাঙখৈ হুমদোইবোম ফংই। মখলশিং অসিগী মনুংদা কুনতবেৎতি য়াম্না মবাং কাযনা ফংই। খবা অমদি ফংদবা য়াওবে। মসি ইথাই পন অসিনা তুবেল মবিলদা হায়গৎলকপা ঙাশিং অদু থৎখিবদগী ওইগনি।

ইং কুমজা ১৯৯৯ দা লোক্তাক পাৎতা লৈবা ঙা অসি মেট্রিকটন ১৬৮৫.০৩ বোমনি হাযনা পান্নে। অদুগা ঙা ফাদুনা লৈবিবা মীগী মশিংনা

৮৭০০ বোমনি। মসিদগী ফাবকপা ঙানা মণিপুব পুন্নদা চান্নবি। লোক্তাক পাৎ অসি মণিপুবগী হিংনবগী মচাক অমনি। মসিনা লৈবাক লৈহাও চেলহন্দুনা লমদমসিগীশেল থুমগী অমদি কলচবদা মকওইবা থৌদাং লৌবি।

# তুরেল মপালগী ঙা অফুৎপা

লোক্তাক পাৎতগী চিথবকপা ঈশিং অসি ইম্ফাল তুবেলদা খোবদাক ইচিলদা থেংনবে। লোক্তাক্তগী চেম্ত্থোবকপা ঈশিং অসি ইথাই পলনা থখৎতুনা থম্বদগী লমদমসিগী লৌমীশিংদা অমাংবা কযা থোক্লি। ইথাই পলনা লাকত্রিঙৈ, ইম্ফাল তুবেলদা অচৌ অচৌবা ঙা, ঙাবেন, শবেং ঙানাল কয়া ফাবম্মী। ঙাতোল পেংবা ফাদুনা হিংনবগী মচাক পীবম্মী। নিংথম থাগী মতমদা ঈশিং কংবা মতমদা তুবেল খোকনুংদা কুমলগা অঙাংশিং ফাওবা শান্নবম্মী। হৌজিক্তি ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা ঙায়দুনা লোক্তাক খবা শাবে, চৎথোক চৎশিন ফাওবা হি যাওদ্রবদি য়াদ্রে। ইথাই পলনা থকৎপদগী ইম্ফাল তুবেলগী ঈশিং অসি, লফুপাৎ টেবা শেকমাইজিং ময়াং ইম্ফাল মফমশিং অসি তুবেল অসি অযাম্বা মতমদা মবুক থননা লৈ। ইথাই পলগী মতুংদগীদি ঈশিংগী শকক অসি লিক্লা লৈবি।

সুগুনু যৌবকপা মতমদদি চকপী তুবেলগা শমব্রে। তুবেল অসিদগী ঈশিংদা হৌবা পাম্বী *নুঙশম* হাযনা খংনবদু মবাং কাযনা ফংই। লমদম অসিগী মীওইশিংনা তুবেল অসিগী খুদোংচাবা লৌবগা মী কুংনা তাই। শুগনুগী মথংদা মী কুংনা তাবা মফম অসি শেবৌনি। শেবৌ, জাতি শুনা লৈবা মফমনি।মফম অসিদগী চংশিনখ্রবদি মৈতৈগী খুল লৈত্রে। শেবৌ কৈথেলদা মনুং হঞ্জিলনা লৈবা খুলগী মীওইশিংনা মণিপুব তুবেল লাম্থোবক্লগা পোৎ-চৈ লৈবা শনগাবি নৎত্রগা ইবোই কাংপোৎ পুদুনা কৈথেল কাবকই। অযুক্তা লাকপা অদু নুমীদাং

ৱাইবমদা হন্নৈ। হান্নদি শেবৌদা চেল্লিবা মণিপুৰ তুবেলগী মথক্তা থোং শাবমদে। তুবেল লাল্লগা চৎনবম্মী।

শেবৌগী হেক মথংদা কুকি খুল অমা লৈ। খুল অসি যাম্না নান্না চিক্না লৈ। যুমলৈ কৈবৈ অসি সুমাং মাঙ্গোল নাইনা ফজনা অমগা অমগা হায়ফেৎ মান্না লৈ। খুল অসি এম খাউকোন কৌই, যুম ১০০ বোম খুল্লিংদুনা লৈ। খুলসিদা লৈবা অঙাংশিং অসি শেবৌ নৎত্রগা সুগনু তাননা মখোংনা লাইবিক তন্না চৎলি। এম খাউকোন্দগী চংশিল্লকপনা চীংখোং অমদা কৈথেল মানবী' কৌবা মফম অমা থেংনখি। কৈথেল মানবী হায়বা মফম অসি খোংজাইনা নমনা তাবা চীংখোং চীংযাদা লৈগলি। লম্বী কোইলাস থাদ্রবসু পাক চাউনা শেমদুনা থম্মী। নোংজু নুংশানা লম্বী অদুগী মযাই অমদি মতাইদা কোম শানা কোৎথোকপসু যাওবি। মফম অসিদা লৈবা মীওইশিং অসি সুবা নোম্বা কনবগী মমী তাই। লবুক লমহাং শংনা লৈ। তুবেল ফংনবা ঐখোয় খুল অমগী মথংদা খুল অমা ফাওদুনা লাকখি। জৌ জাতিনা খুন্দাবা ফুদাপ হাযবা অচৌবা খুল অমা থেংনখি। খুল অসি চর্চ, স্কুল, শান্নবুং ফজনা শেমদুনা লৈ। মীওইশিং মাগী মাগী মথৌদা পুক্নিং চংই। খুল অসি সবকাবগী মতেং ফংবা মাল্লি। মতেং ফংলবসু শেমগৎ শাগৎপীদ্রবা, থৱাই যাওদ্রবদি কবিসু কান্নবা ফংলোই। খুল অসিগী চীফ অসি লৌবা অমদি শেমগৎপা শাগৎপা পাম্বা মীওই শোযদনা ওইবমগনি।

শক্তিমান গাবিদুনা থৌজিনবা যাবা থৌজিল্লে। শক্তিমান্দা তোংবদগীদি তুবেল মবিলদা অমুক খোং লম্বীদা অমুক থৌ, মখোং অমত্তা খংদ্রে। লম্বীদা খুল মচা মচা খবসু থেংনবকখি। শক্তিমান ওপন্দা তোংবগী নুংঙাইবসিদি কবি হাযকনি থবো থবো ওল্লিবনি। ওস্থস্ত্রবদি লোয়বে। মণিপুৰ তুবেলগী মবিলদা অবোইবা খুল খাওকোল হাযবা অমা যৌবে। খুল অসিনা মী তাবা লোয়বে হায। খুল অসিদা যুম ১০/১১ বোম লৈ। মসি ফাওবদি উ চিংবা, নুঙ চিংবা, ঙা ফাবা লাকনৈ। অদুনা মফমসিদা তপনা তপনা খুল তাবা হৌবকপনি। নোংচুপ থংবা মাযকৈদা হাযগৎখ্রিবা চীংশাং পবেং অসিনা চুবাচান্দপুৰগী ঙমখৈ ওইখ্রি।

মণিপুৰ তুবেল অসিদা, ভৌৱা, ঙাহৌ, ঙানোই মবাং কাযনা ফংই। বোম কাপ্পা অমদি লাং থাক্কুনা ফাই। তুবেলগী ঈশিংদি মবাং কাযনা লৈবে।

তুবেলসু তোববান অমগা অমগা যান্না লাপনা লৈবে। ঐখোযগী স্নাইদদি ৱাংমা ৱাংমা লাওনবদা ফজনা তান্নে। মফমসিদদি কননা লাউনদ্রবদি তান্নদ্রে। অহিং অমা মফম অসিদা লেকথোক্লগা খোংনা চংবা যাবা মফম খবা চংলগা যেংলসি হাযদুনা লেপ্রবে।

খাউকোলগী খুল্লাকপগী মযুমদা চংশিল্লে। খুল্লাকপদু যান্না অহল নত্তে। নহানি। মানা মফম অসিদা ইহান হাননা যুম শাদুনা লৈবকপদগী অমমম, অনি লাকপদগী মী য়ামখৎলকখি। খুলদু মানা হৌদোবকদগী খুল্লাকপা ওইখিবনি হায।

*নখোয কবি তৌবা লাকপনো? কদাইদগীনো?*

খুল্লাকপনা হংলকখি।

*মখোয ইম্ফালদগীনি, মণিপুব তুবেল যেংগনি হাযনা লাকপনি।*
শক্তিমান দ্রাইভবদুনা খুমখি।

*হযেং মী অমা পীযু, তুবেলগী মবিল চংনবা*

*হোয, যাই ঐ শিনবীগে।* খুল্লাকপনা ঙাইহাক খল্লগা খুম্লকখি।

নুমীদাং অদু ঐখোয ঙৌৱা থোংবা চাখি। হাওবুদি হাওই হাযববু খুৎ থোং অদু থাউসু যাওদে, মচুসু যাওদে ঈশিং অশাবদা ফুৎপনি। ঙাদুগী মপোপ কাযদে, থাউ মচু যাওদ্রবসু শিঙ মবোই ফনজা থাক্লগা ফুৎপদু মহাও অমনি। ঐদি চাববু য়াববা অদুম কৎশিল্লে, কবিবু তৌকগবনো? বেষ্টোবেন্টতা চংলগা চান থক্লবা পুথোবক্লগা চাবা লোযববা কান্দা ঐখোযনা থোংবনা হেননা হাওবমগদবনি হাযবুদ ঐদি নত্তে। মফম মফমগী, অফং অফংবা কৎশিল্লি।

*তুবেল মবিল অসিদা কদায ফাওবা চৎপা যাগনি।*

*যান্না চংশিনবা যাবোইদা*

খবা চংশিল্লগা নুঙপাক অপাকপা মযাম লৈবমগনি। মদুনা তুবেলগী ঈশিং অসি থকৎতুনা লৈবনা মফম অসি ঈশিং লৈবিবসিনি। মদুদগী খবা চংশিনখ্রবদি চীং অনিগী মবক্তা মণিপুব তুবেল চংশিনখ্রে। অচৌ অচৌবা কোনবা থুংদবা উজাউশিংনা নাক যেত্তা কুংনা হৌখ্রে। মদুনা চংবা ঙমনদ্রে হাযনা খুল্লাকপনা পাউদমখি।

জঙ্গলশিং অসি লমলক্কী শা ঙা মবাং কাযনা লৈ। মসি ফানবা অমদি হাৎনবা বর্ম্মাবোমদগী ফাওবা লাকই। জঙ্গল মনুংদা শা কাপ্পশিং লেক্রুবা পবাউ অমদগী পবাউ অমদা শঙ খল্লা খল্লগা থমলি। কবিগুল্বা মফমদনা উথক্তা সগাই শাদুনা লেকফম চাফম থম্বসু যাওই। মণিপুব তুবেলনা চীংলক ফাওদুনা চংশিনখ্রিবা মফম অদুদি কনাসু চংলুদ্রি। অঙম্বা অসুকপা চীং অনিগী কাবক্তা চেনশিনখিবনি। মনিং থংবা মায়কৈদা লৈবিবা চীং অসিনা চুবাচান্দপুবগী ঙমখৈনি। মমাং থংবদা লৈবিবসিনা চান্দেল জিলাগীনি।

নোংঙাল্লে, ঙনতানা চাক খবা খবা চাশিল্লে। অযুক ঙননা চৎকনি হাযবদুদা খুল্লাকপগী নুপীনা ঙনতা হৌগৎলগা থোংলম্বনি। শক্তিমান ড্রাইভব অদুনে খুল্লাকপনে ঐখোয তকক যেংলুসি হাযদুনা থোকমীন্নবকখি। শক্তিমান ড্রাইভব অদু শেবৌদগী মৈতৈনি। মফম অসিদা হঙ্গৎহন্দা চৎতুনা খুল অমদগী অমদা পোৎ পুথোক পুশিন তৌদুনা লৈবনি। হঙ্গৎ হন্দা চৎপনা মফম অসিগী লম্মীৎ তুম্মীৎ খবদি খংলে। অদুবু ঐখোযনা চৎকদৌবিবা মফম অসি মাসু অমুক্তা উদবনিনা চৎনিংবা মাল্লি।

মণিপুবগী তুবেল মফম অসিব্রাইদা ঈশিং ফজনা লৈ। অদুনা তুবেলগী মতাই মতাইদা চৎপদা, অৱাবগী মশক্তি। নোংজু থাগী মতমদা তুবেলগী ঈমাইনা ৱাংখৎলকপা মতমদা লৈবাইগী লৈবাকশিং চেন্থখিদুনা নুঙজাউ মযাম খিন খিন্দুনা লৈবি। অদুদা অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌদুনা চৎপা অদুদি হাযকদুনা কান্নদে।

নোংজু থাগী মতমদদি তুবেল অসি অচৌবা ঈপাক অমগা লোযননা লাউ খোংদুনা চেল্লি। খবা চংশিল্লগা তুবেলগী মযাইদা অথৌ অথৌবা মযা পানবা নুঙশিং থননা লৈ। নুঙশিং অসি তোঙান তোঙাননা লৈবা নত্তে। মহৌশা খুৎ শেমদা যাওবক্লবা অপাকপা, তুবেল খোকনুং থন্না লৈবিবনি। তুবেলগী ঈশিংনা অথোৎপা অমদি লৈবাকশিং চামথোকখিবনা ময়া পাল্লি। নুঙশিং অদু মশা নাননা মুশিন মুনা লৈ। নুঙশিং অসিনা তুবেল মযাইদা লৈবনা ঈচেল অদু থাকৎপদগী মথক থংবা শকক্তা ঈশিংগী ইমায ৱাংনা লৈ। মখা থংবা শকক্তদি চীংদগী চেন্থবকপা ঈচেল মচা মচানা যেৎ ওইদগী লেপতনা চেন্থবক্তুনা মণিপুব তুবেলদা তিনখি। মফম অসি যৌবদগীদি মণিপুব তুবেলগী নাক যেৎসি চীংগী হাযথবকপা

নাপোমশিংনা তোববান ওইখ্রে। কোনবা থুংদ্রবা অচৌ অচৌবা উজাউশিংনা নাক য়েত্তা কুংনা হৌবনা অসুকপা উমং ওইখ্রে। চীংদগী চেম্থ্রবকপা ঈচেল মচা মচা অমদি চহি চুপ্পদা ঈশিং পীবিবা উমং ব্রামংশিং অদুগী ঈশিংনা চীং অনিগী কাবক অদুদা মণিপুব তুবেল চেম্থখ্রি। মসিবু মণিপুবিশিংনা চীংনুং হুৎ হায়না খংনৈ।

চীংনুংহুৎ লৈবিবা মফম অসি সুগুনুদগী কিলোমীটব ১২০ বোম চংশিল্লগা লৈ হায়না দি ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযাব ওফ ইন্দিযা (অব বি পেম্বরটননা) ইবম্বাদুদা থেংনৈ। ইম্ফাল তুবেলগী নাক যেত্তা লৈবিবা চীংশাংশিংদগী চেম্থ্রবকপা মশিং থিঙমদ্রবা ঈচেল মচা মচশিংদু তুবেলগী ঈচেলদা যাওশিনখি । মদুনা অকনবা খোংজেল অমগা লোযননা অঙম্বা চীং অনিগী কাবক্তা চেম্থখ্রি। ঈচেল অসিনা চেম্থখিদুনা বর্ম্মাদা তাখি। চীং ফাওদোক্তুনা চেম্থখি হায়বগীদমক্তা মসিবু চীংনুংহুৎ হায়না খংনৈ। মফম অসি চৎতুনা যেংলুবা অমদি মতৌ কবম্না লৈবগে হাযবদুদি খংদ্রি। বর্ম্মাগী মাযকৈবোমদসু মফম অসি অব্রাংবা চীংলোন কযাগী মবক্তা তুবেল অসি লৈখিবা অমদি মনাক্তা লম্বী লৈত্তবনা উবা ফংখিদে।

মফম অসিব্রাইসিদি মহৌশাগী খুৎশেমদা অহোংবা অমত্তা লৈতে। মীওইবগী খুৎ যাওদ্রিবা মফমনি হাযবা যাই। মফম অসিদা হৌবিবা উ-ব্রা মযাম অসি কববাবব্রালাশিংনা মীৎযেং চংলবদি মীৎনা কুপ্পদা লোয়খিগনি। অদুবু লম্বী থোংগী খুদোং চাদবা মযাম অসিনা মফমসি খুৎ থাবা ঙমদবসু ওইবম্বা যাই।

# বর্ম্মাগী মথেল

চহি অনিমুক হৌখ্রে। ঐগী তুবেলগী ৱাবিসি মতৌ কবম্না লোযশিনগনি। মণিপুব তুবেলদি বর্ম্মাগী *চিন্দৱীন* (নিংথি) তুবেলদা তিনখি হাযনা মৈতৈশিংনা থাজনৈ। ইং ১৯৯৯ গী জুলাই থাদা কালেমীযোদা চৎপা মতমদা বর্ম্মাগী লমজিং লমতাকপা অমনা মণিপুব তুবেলদি *মীট থা* তুবেলদা তাবগা চীন্দৱীন্দা তিল্লবনি হাযখি। মসি কদায ফাওবা চুম্বগে হাযবদুমদি খংদোকনিংখি। মসি খংবা তাববদি ঐ বর্ম্মাদা চৎপা তাবনি। বর্ম্মা চৎপা, মতৌ কবম্না চৎকনি। ঐ তবেৎ তবা থোক্লা খনখি। ভাবনা লাম্না ঙমখিদে। বর্ম্মা মনুংদা চেল্লিবা মণিপুব তুবেল যেংনিংবগী ৱাখলদি মাংদ্রি। ভাবনা, মোন্দ্রং মযাম অমা মণিপুব তুবেলগী মতাংদা শাগৎখি। বর্ম্মাগী মাযকৈদা চৎপদা মকপ মপাং অমা অনি হেক্তা হৌনবগা গ্রোং চৎপা যাবা মফমসু নত্তে। বর্ম্মাগী অতৈ মফমদা চৎলবসু চিন ষ্টেট অসিদি শোকলুদ্রি। খল্লুদ্রি। মণিপুব তুবেল চেল্লি হাযবসিদা চৎনিংবনা খ্রো খ্রো খোৎপা হাযবদু থোকখি। অঙাং ওইবিঙৈদা ফুঙ্গাদা ৱাই খোৎলগা থাগনু, খ্রো খ্রো খোৎলি হাযবদু নিংশিংলকখি। চৎলুদ্রে মণিপুব তুবেল মণিপুবদা তৎলে। চৎলে কনাগা চৎকনি।

থাবল ফববা হিযাঙ্গেগী নুমীদাংনি। বর্ম্মাদা কবমনা চৎকনি। অদুসু চিন ষ্টেটতা, ইতোমতা হংজবা ইতোমতা খুমজবা পাউখুমনি। পেক অমা অনিংগী মতুংদদি মঙাল অমা ফাওবকখি। বর্ম্মা চত্তবা যাদ্রে। বর্ম্মা চৎলগা ঐগী মকপ চোচো কাইন উন্নবগা থবক থোক্লগনি।

নুমীৎ নিনিগী মতুংদা মোবেগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। ইম্ফাল মোবে কিলোমিটব ১১০ গী চীংগী থেকোই নাকাই তৌবা লম্বীদা চৎপা লম্বীনি। লম্বী অসিদা বর্ম্মাবোমদগী মীওইশিং ফাওজিলক্কদ্রা? মণিপুবলোমদগী হুবানপোৎ পুবক্কদ্রা হায়বগী মীকুপ নাহুমশিংনা সেক্যুবিতিশিংনা যেংদুনা লৈ। অচৎ অওক্তা ঙাইহাক লেতনা চেক তৌই। অমবোমদসু ঙমখৈগী টাউন মোবেদা নোংমদা ইন্দিয়াগী শেল লুপা ক্রোব ১০/২০ গী মথক্তা পোৎ লৈথোক লৈশিন তৌনৈ। ইন্দিযাগী নোংপোক্তা য়েংবা থবক থৌবমগী মপুংওইবা লম্বী অমসু ওইগদৌবিবনি। ট্রান্স এসিযান হাযৱে ইন্দিয়া অমসুং খা নোংপোক এসিয়া অমদি ফাব ইষ্টকা শন্নহনগদৌবিবনি। ললোন ইতিক্কী থবক অসি হৌনবা ইন্দিযা অমদি ম্যান্মা লৈবাক অনিগী ওফিসিযেলশিংনা ৱাবি শান্নবা ইং ১৯৯৪ দা হৌখি। মসিগী মখা চত্থবকপদগী ইং ১৯৯৫ গী এপ্রিল ১২ দগী ইন্দো ম্যান্মাগী ললোন ইতিক হৌবে হায়না নিযম চুম্না লাওথোকখি। মসিদা ইন্দিযা সবকাবগী হান্নগী কর্ম্মস মীনিষ্টব পি চিদম্ববম অমদি ম্যা্ম্মাগী মাযকৈদগী লেফ জেনবেল অমনা হাংদোকখি। ইন্দিযাগী মাযকৈদগী তমুদগী কালিমীযো যৌবা ফাওবা এক্সপোর্ট ক্বালিতিদা বোর্দব বোদ ওর্গেনাইজেসননা লম্বী শেমখি।

মণিপুবগী মাযকৈদা ইম্ফালদগী মোবে তাবা লম্বী অসি হাযবন্দুনা কান্নদে। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী তৌদবা যাদবা কাব বেল্লি, ভি আই পি চৎথোক চৎশিন্দা পাউদব থাবগা শেম্বনি।

ইং ২০১১ গী নবেম্বব ১৬ ইবাই নুমীৎনি। মোবে থোইদোক্লা ইংদ্রি। ফুবিৎ অপাবা অমগা চৎপদা হুমাং শিন্থবি। অযুক্কী পুং ১১ অদুৱাইদা মোবেদা থুংলে। নুমীদাং তুমফম চাফমগী হোতেলগী কা অমা লৌশিল্লবা মতুংদা মোবেগা তমুগা তায়নবিবা ঙমখৈগী থোঙ্গাল অনিশুবদা হাযজিল্লে। ঙমখৈগী থোঙ্গাল, মণিপুব লোম থংবা শকক্তা ফজনা শেমগৎ শাগৎলে। চংখিবগা থোবকপগা তোঙান তোঙাননা খাযদোক্কুনা অসাম বাইফলস, মণিপুব পুলিস অমদি কষ্টমসনা নিংথিনা ঙাক শেল্লি। বর্ম্মবোম থংবা শকক্তি, হান্নগী হাননা হামু হামুনি। শেমগৎ শাগৎত্রি। উগী শঙ অদু শিজিন্নবি। বর্ম্মাগীদি হাযকদনা কান্নদে। নুমীৎ যুংবী চুমনা ঈশিং নুংশিৎকী মতুংইন্না মচু ওনবদৌনা নোংঙাল্লকপদা হোংবা ঙম্মী। তমু তাউনগী লম্বীশিং অসি ইম্ফালগী লৈবিবা লম্বী থোং কৈথেলগী মওং অসিদগী

পাকপা চাউবা হেল্লি। লম্বী নিযম ঙাক্লা চৎলি। মখোযগী পুলিস নৎত্রগা তাউন অদু ঙাক শেল্লিবা অদুনা হাযবা চপ চানা ইল্লি। লমজাউ শবক্তা ফত্ত হাওদি, চে মচেৎ অমা ফাওবা হুন্দোক্লদে হায়বা যাই। সিফাইগী লৈঙাক্কীসু কান্নবা লৈ। মথোং মবম খংদবা মীদি সমাজ অসিগী চৎনবী খংনবা শাজে থাবা মথৌ তাই। দেমোক্রেসিদা মাগী মাগী অপাম্বা মওংদা তৌগনি হাযদুনা লৈনবদগী অশোযবা কযা অমা লৈবিবসি শেমদোক্তনা লৈববদি মাংনবগী মশক্লি। পাকিষ্টান সিফাইগী লৈঙাকপা জেনেবেল জিযা উল হকনা হাযবম্বা, *অফবা দেমোক্রেসি অমগীদমক শাথিবা দিক্তেটব অমা মথৌ তাই* ।

*নমফালোংদা লৈবা চোচো কাইনগী চান থক্লবা য়োনবা হোতেলদা* চংদুনা হংখি। মাদি তমুদা লৈ। সিদা লাক্তে। তমুদা মাগী মফমদু কদাযদনো হংবদা লোল লি ফাওনদবগী অব্রাবা অমদি ওই। নেপালি নুপী অমদা ঐনা খংনিংলিবদে হিন্দি লোন্দা হাযবে। নেপালিদুগা রাবি শাননা হল্লে।

ঐগী মকপ চোচো কাইনগী তমুদা লৈবা মযুমদা চংশিল্লি। নুপী অমা থোবকলগা,

*খামীযা বাসনৈ ধালে*

কবি হাযবিবনো মথোং খংদে। ঐনা খুদক্তা

*চো চো কাইন?*

*কালিমীযো*

অশম্বী ঙাক্তনি ঙাংনবিবা, অদুবু লোযনা জ্ঞান তান্নৈ। জ্ঞান ফোল্লিং হাযবদুনি।

*খামীযা নানমে বেল্লো খোবাদালে?*

কবি হাযববনো খংদে, মচানুপী চহি ১০ বোমগী লেঙ্গা ওইগদবা মাল্লি। মৈতৈ লোল ফজনা ঙাংদ্রবসু খংবা যানবা হায়বা ঙম্মী। মহাক থোবক্লগা

*বাবাদি কালিমীযোদা চংখি ঙসি লাক্কনি।*

হোয়নে লোল ফাওনবা অমা থোবকপদা কয়াদা নুংঙাইবিবা। মচানুপীদুগা রাবি ঙাইহাক শান্নবে। মাগী নুপী অদুদি ইমুং চংখিবদগী থোবকতবে।

ঐনা নুপী মচাদুদা

*ঐ ইম্ফালদগী লাকপনি 'হেমন্ত' কৌই হযেং লাক্লে, নংগী বাবাদা (চো কাইনাদ) খবা হাযয়ু,* হাযদুনা নুপী মচাদুদা হাযখি।

চৎলগে তৌবা তঞ্জাদুদা চো কাইনগী নুপীদু ইমুংদগী মখুত্তা চা গ্লাস অমা পাযবগা থোবকখি।

*থাইবা, খামীযা, চা পেবা* হাযবকখি।

মসি ফাওবদি হাযফেৎ খংই।

*ফম্মো, চা থকখো* হায়বনি।

মাগী কাংথক হাদুনা শাবিবা পীকতক তৌবা যুম অদুগী মাঙ্গোলদা থাবিবা চৌক্রিদুদা ফথমখি। হাননা অমুক অনিবক চো কাইনগী নুপীগা উন্নখ্রে। মদুনা খংবোই লাকপোই অদুবু লোল ফাওনদবনা অচৌবা খুদোংচাদবা অমদি মাযোকনহল্লে।

চা থকতোক্লে, ঐনা হৈজবা কবো মবোল খাবা ঙাংবোই ঙংবোই থৎচিনখি।

*তৌকৌ লামেলৌ পীযোলাইপা*

মোবেদা হল্লকখি।

বর্ম্মা মবোল অসি চাইনিজ অমদি থাই লোলদৌনা ইবগা হাযবগা মান্নদে। লোল অসি *তোনাল* লোনগী মনুং চল্লি। মখোযগী উচাবোন অসি ইংলিস অলফাবেটকী খোম্লোক্লা মান্নদে। ব্রাহে খবা পুনশিল্লগা অমা ওইনা থোকই। খুদম ওইনা বর্ম্মগী শেল অসি *চাট* হাযনা খংনৈ। ইবা মতমদদি ইংলিসকী ব্রাহে কে ব্রাই এ টি হাযনা ই। কেগা ব্রাইগা পুনশিল্লগা 'চ' গী উচাবোন ওই। তমু, কালেমীওই লৈবিবা অসি জগাইন দিভিজনগী মনুং চল্লি। জগাইন অসি ইংলিসতা ইবা মতমদা Sagain হাযনা ই। বর্ম্মনা 'থ' হাযবা অসি ইংলিসতা ইবা মতমদা ঐচ টি, 'শ' না ঐচ এস। লোল অসি খংনবা হোৎনবদা অব্রাবা অমদি ইচেন্দা চেন্নে। মখোয়না ঙাংলিবা অদুগী মতৌ তমদুনা অমগা অমগা ফাওনবা হোৎনবা তাই।

মতম অমদা মৈতৈ অহলশিং বর্ম্মাদা লৈত লাইব থিবা চৎনবম্মী। মফমদুদা লৈশিনবদা, মবা তাশিনবদি য়াবমদে। কবিগুম্না মবা তাশিনগে হায়ববদি, ব্রাগী কনম, ব্রাথৌদা নানথবক্কেবা নৎত্রগা নপ কেগাম অমা থক্কেবা হায়বা ফাওবা হায়নবম্মী হায়বগী ব্রাবি লিনবম্মী।

মৈতৈগী মীওইশিংনা কবোদা থবক সুবগা শেল তানবা চৎনবম্মী মদু চৎপদা, নোংমা শেলসু লৈশিলক্তবা, চান থক্লবা পোৎ-চৈসু অমত্তা লৈতবা তঞ্জানি। চৎমীন্নবিবশিংদুগী মবক্তা অমনা চাক থোংহৌবগা অমনা কবিনো অফংবা মনা মশিং খবা থীনবা থোবকখি। নুপাদুনা কোইচৎ চৎপদা, লম্বীগী উখোংদা পুন খিল্লগা ঈশিং থমদুনা অচৎ অওকশিং পীথক্লবা থমলিবা অদুগী মখোংদা ঈশিং থক্লুনা ঙাইহাক ফমলগা ব্রাখল তৌখি। শেলসু যাওদে, যেঞ্জাং নাপী হৌবসু উদে কবি তৌগনি। অসব্রাই ফাওবদং যেংখিগে হায়দুনা খোং থাংদোবকখি। খোংকাপ মঙা তবা চৎলগা, হঙ্গাম ফজনা হৌবা ইংখোল অমা থেংনখি। মদুদা চংশিল্লগা নুপাদুনা যুমদুগী মী অমদা,

*হঙ্গামসি মকা খবা হেক্কে*

*মকাবু* -বর্ম্মাগী মীদুনা খুমলকখি।

মৈতৈ নুপা অদুনা মকাবু হায়বদি মকা অমমমতং হেকউ হায়বনি হায়না লৌদুনা, চংশিল্লগা মকা অমমতং হেকপা হৌখি।

*মকাবু* হায়বদি বর্ম্মা লোন্দা *যাদে, তৌগনু. হেক্কনু* হায়বনি।

মদুদা বর্ম্মাগী নুপাদুনা ময়াম কৌথোক্লগা নুপাদু ফুখি।

চাক থোংদুনা লৈহৌবিবা নুপা অদুনা; কবিনো নুপাদুবু হল্লকমন্দেদা হায়দুনা থিবা থোবকখি। ময়াম ওমশিন্দুনা লাংনদুনা লৈবা মফমদুদা চংশিল্লগা যেংবদা যেঞ্জাং থিবা থোকখিবা মৈতৈ নুপাদু ময়াম ওশিন্দুনা ফুবম্না থেংনখি। মাংলে মাংলে হায়দুনা নুপাদুনা চংশিন্দুনা কনখি।

যেঞ্জাং থিবা থোকখিবা নুপাদুনা মাগী মকুপ অদু উবদা, মৈতৈদি মচা নুপা নৎত্রগা নুপী অহলদুগী মমীং লৌবগা মমা নৎত্রগা মপাদুদা মমীংদু তপলগা কৌনৈ । নুপাদুগী মচানুপী অহলগী মমীং জাতি কৌবদা মমীংদু তপ্লগা



মথক- বর্ম্মাগী নুপীমচাশিংনা ফম্না দুকান
মখা - বর্ম্মাগী হোতেল।





*মথক- বর্ম্মাগী লক্ষ্মীদা চেল্লিবা মী পুবা গাবি*

*মখা - বর্ম্মাগী লক্ষ্মীদা হৈবা যোনবা*



*জাতিপা ঙসি থোক্লিবা থৌদোকসি শাগুম মানি*

ঝাহৈ অসি তাবদা বর্ম্মাগী মীওইশিং অদুনা মখোযসি চানিংঙাই থকনিংঙাই অমত্তা লৈত্রবা মীওইনি হায়দুনা চেং চাক থাউ থুম যেঞ্জাং পীবগা থাদোবকখি হায়বগী ঝাবি লিনবম্মী।

নুমীদাং অদু তুন্না যাখিদে। বর্ম্মাগী চিন ষ্টেটকী খোংচৎ অসি মতৌ কবম্না তৌগনি। অহানবা ওইবগা, অমুক্তা থেংনদ্রিবা ওইবগা মখল মখল খনখি। নুমীদাং পুং ১০ তাবদা হোতেল অদুসু মৈ মুৎখ্রে। অমুক্তা থেংনদ্রিবা, উদ্রিবা মফম অদু চৎপগী ঝাখল মযাম অমা পবেং খনখিবা অদুনা তুন্না য়াদবসু ওইবম্না য়াই। কযামকুইনা তুমখিবনো খংদে। অযুক্কী উচেক খোংবগী মখোল তাখি। চাউবাক্লা পুং তক্কমুক তাবে। অযুক্কী থবক থৌবম লোযশিল্লবা মতুংদা বর্ম্মাদা হায়জিল্লকখি। ইতোমতা চৎপগী নুংঙাইবসু লৈ। অমা অনি খোংবু চৎমীন্নবগী নুংঙাইবনা অমনি। ইতোমতদি চৎনিংবা মতমদা ফুক হৌগৎলগা চৎপা যাই। খোংবু যাওবসিদি মঙম ইশান শান্দে। ঐনা চোচো কাইন্দগী মযুমদা চংবদা মাসু হৌগৎলম্বদা ঙাইবম্মী। মপান্দা মমায় মমীৎ তাদুনা লৈবম্মী। মহাক মণিপুবি ফজনা ঙাংবা ঙমদে। বম্মীজ মণিপুবি ইংলিস যান্নবগা ঙাংই। মহাক কালিমীযো কলেজদা টুযেলভ ষ্টেন্দবদ ফাওবা তমহৌবা ছাত্রনি। বর্ম্মীজ খোম্থোক্তা ইংলিস ঙাংবনিনা লৌশিনবদা ঝাই।

*ঐ উবদা চোচো কাইননা -*

*প্লিজ কম, ঙবাং লাকপ্রা?*

*যেস*

*এনি প্রাবলেম?* চোচোনা হংলকখি।

উপাক্কী মাঙ্গোলদা থাবিবা চৌক্রিদা ফমনবা হায়বকখি। ঐনা হেক ফমথবগা চা মনা তিংবা ঈশিং অশাবা অদু পুথোবকখি। বর্ম্মাদদি হোতেলদা খংদে যুমদা খংদে মসিমদি শোযদ্রে। অশাবা মফমদদি অশাবনা লোকউ হায়বদুনি। মপান থোংদা শাবা ফাওবিবা অদুগা হকচাং মনুংগী শাবিবদুগা মান্নববদি খাংবা ঙম্মী। অমবোমদসু মপান থোংদা ইংলবদি হকচাং শাগৎহনবা মথৌ তাই।

চোচো সু মফি মবোল শেৎচিল্লগা থোবক্লে। শঙ্গোম য়াওবা চা অনি, বেকবিগী চানবা খবগা লোয়ননা পুথোবকখি। চেচো ইবানি চা থক্লা থক্লা ব্লাবি শান্নখি।

*চিন ষ্টেট, চত্তবা যাদ্রে। মফমদুদা চৎলগা মণিপুব তুবেল চেল্লিবদু যেংনিংই।* ঐনা চো চোদা হায়খি।

*এ চিন ষ্টেটতি ঐ অমুক্তা চৎত্রি, ঐদি খংদে।*

*চিন ষ্টেটকী খংনবা মী লৈত্রা?* ঐনা হংখি।

*এ! চুম্মী, হৌজিক চৎলুসি চা থকচিল্লো?* চোচোনা অথুবদা হায়বকখি।

চা থকপা লোযবগা, চোচোগী মোতোব সাইকল অদুদা তোংলগা ইবানি থৌদোবকখি। ইবানি ইমীগ্রেসন ওফিস, মণিপুবগা বর্ম্মগা তায়নবদা লৈবিবা অদুগী ক্বাটব অমদা থৌজিনখি। চোচো, হান্না ইমীগ্রেসন ওফিসাব (তমু) ওইবম্বা অমগী মনাওনুপাগী মচানি। অদুনা বর্ম্মাগী তমুদা লৈবা ইমীগ্রেসনগী মীওইশিংনা মাবু খংই। ক্বাটবদু মীগী মখোল তাদে। মনিংলোমদা লৈব্রা খংদে । চোচোনা থোং থিল্লগা বর্ম্মা লোন্দা কবিগুম্বা খবা হাযখি । মীনিট অনি অহুমগী মতুংদা নুপী অমা থোবক্তুনা চোচোগা ব্লাবি শান্নখি ।

*থাইবা, খামীযা*

চোচো ইবানি ক্বাটবগী মাঙ্গোলদা থাবিবা চৌক্রি অদুদা ফম্লে । মখোযগী ক্বাটব অসিসু উনা শাই ফম্পাক হাবগা শাবনি। তৌবগীদি উ-ব্রা মবাং কাযনা ফংবনা, য়ুযসু উনা শাই। মথক কুপ্পাসু উপাক মচা মচা শেমদুনা ফজনা কুপ্পী। অশাবা লমনি, ক্বাটব অদুগী অকোযবদা চীংসু পান্নী, য়াঙৌ, কুংনা থাই । মদুগী মবক্তা লম্বী ফজনা শেমদুনা থম্মী। উ-ব্রা মবাং কায়না হৌবনা মহৌশাগী অইং অশাগী খল ফজনা ঙাক্লা থম্মী। ক্বাটব অমদি ওফিস লৈবিবা অদুগী অব্রাং থংবদা লোকচাও তুবেল চেল্লি। লোকচাউ তুবেলনা মণিপুব অমদি বর্ম্মাগী ঙমখৈ খাযদোক্লি। তুবেল অসিগী মথক্তা বৃটিসনা শাবম্বা য়োংকী থোং অসিগী অব্রাং থংবা শরুক্কী তংখায অমনা অঙৌবা মচু, খা থংবা মাযকৈনা অঙাংব তৈদুনা মাগী মাগী জগা খাযদোক্লি।

ইমীগ্রেসন্দা থবক তৌবিবা ওফিসাব অদু থোবকপগা লোযননা মাগী নুপীনা চা পুথোবক্লগা থোবকখি। ওফিসাবদু ঐগা হান্না থেংনখ্রে। ঐ হেক উবদা মানা নোক্লদুনা খুৎ শোকলকখি ।

*সো লোঙ, হাউ অব ইউ ?* যাম্না থকৎপা অমগা লোযননা হাযবকখি।

*ফাইন, ওকে* - ঐগী পাউখুমনি।

মহাক্কী মমীং ঙুনচে কৌই। মাদি ঐগী মীং ফজনা খংলমলি। ঙুনচেনা মাগী নুপীদা ফোতো মযাম অমা পুথোবক্লগা যেংহনখি। ঐখোয পুননা কালিমীযে কালেন্না, মন্দলে অমদি ইনলে পাৎ চৎখিবগী ফোতো মযাম অমা পুথোবক্লগা উৎখি । মতমদুগী যৌদোকশিংদু মাংদা চোংথোবকপগুম খনখি ।

ঙুনচে ইংলিস খংই ঙাংবা ঙম্মী। মহাক চিন ষ্টেটকী ফালামদগীনি। চোচো কাইননা ব্রাবি পুম্না লিবে। মাসু যানিংবগী মওংদি উৎলকখি। ঐ যাওগনি হাযবদুদা মঙোন্দা খবা চীংনবপ তৌবা মাল্লি। মদু উবদা ঐনা চিন ষ্টেট চৎনিংবগী মওংদু সুগাযনা তমলে । মকুওইনা মণিপুব তুবেল যেংনিংবগী খৌবাংবদু মঙোন্দা খংহল্লে। মসু খল্লি। অমবোমদা চিন ষ্টেট চৎপা অদু হযেং হংচিৎ খুদক্তা হেক্তা চৎকদৌবা মানবা জাৎনি। মানা হায, মথং চহিগী ফেব্রুৱাবি থাদা চৎসি। মদু চৎপা যানবা ঐ শিল্লমলগে । মতমদুদা ঐসু সুতি ফংগনি। হৌজিক নবেম্বব, থা অহুম মবিদা ঙাযবে। মতমদু ঙাইববসু যাইনা । ঐখোযগী ব্রাসি তুপথোক্রবে। মানসু ঐ ইথন্তা লাকউ অতোপ্পা লোয়নবক্কনু হায়বকখি । অসুম্না ঙাইহাক ফম্মীন্নবগা ব্রাবি শান্নববা মতুংদা চোচো ইবানি থোবকখি ।

চোচোনা *কোযকখিসি, ঙসি তমুদা লেকথোকখ্রো ?*

*ঐ ঙাইহাক খঞ্জানখি । থোকওবা অমা লাক্লগনি ।*

*কোযকবসি, যাই হাযখি ।*

চোচোনা তমুগী মনুং হঞ্জিননা লৈবা মফম অমদা মাগী মোটোব সাইকলদু থৌজিল্লকখি। কোইলাস থাদবা লম্বী অমদা হাযফেৎ শাংনা থৌজিল্লকলবা তুংদা যুম মঙা তবাবোম তাবা মফম অমদা খাল্লে। মফম অসি ইম্নানা পোকপদগী অমুক্তা উদ্রি, অহানবনি । যুমদু হাযফেৎ চাউই। ঐখোযগী লেপ অনিবোম ব্রাংগনি,

মদুগী মথক্তা ফম্পাক হাবগা যুম্নগী কা কা মঙা তক্কলোম লৈ । কাশিং অদুগী ময়াইদা কৈবাক কাখৎলকপগী মচিন্দা লি-ফক্লা পাক্লা থাদুনা লৈ । মদুদা মীওই অহুম মবি ফমদুনা লৈবম্মী। মীওইশিং অদু মখ্বাংদা থৌবি অমমম পুল্লগা কবো থাং অশাংবা অমমম যাল্লি । মখোয় থবক ব্লানা শুবা মীওইনি। চহি য়ামদ্রবসু থবক সুবা অমদি নুংশাগী মৈশানা যাম্না লৈশিনবা মাল্লি। মখোয়শিংদুগী মবক্তগী অমনা,

*কব্রাবা খাম্যা* (লাও চংলকউ) হায়না মানা ফমলম্বদু খবা থৈজিনখি ।

*থাইবা খাম্যা* (ফম্মু) হায়দুনা লিফক অদু ফি অমনা তৈথোকখি।

মখোয়দু চোচোগা হান্না খংনবা মাল্লি, অদুনবু মফম অসিদা চংলিবনি।

হান্না লৈবমলিবা মখোয় মবিদু গঞ্জাবা, কানিবা কবিগুম্না খবা থপকা মাল্লি। ঐখোয়না হেক ফমথবগা বম্মগী ইশিং অশাবদা তিংবা চা মনাগী মহি অদু লানশিল্লকখি। চিনা ক্রেগী তেংকোট মচাদু চাম্ববা, চামদববা খংদে। মীওই কয়ানা চুপলুববনো খংদে । মদু লানশিল্লকখি । ঐনা হায়ফেৎ যেংবদা নুপা অমনা, চা মনাগী মহি অশাবদুনা তেংকোট মচাদু তেংথোকখি । মীনা তৌবিবা মওংদুদা ঐসু খব হৈবগা থকচিল্লে । চোচোনা মখোয়দা ঐগী ইমান্নবনি *কতেনি* হায়কবদুদা মখোয়না হায়বকখি, মফমসিদগী খবা চৎলগা কতে খুল লৈ । যুম যামদে। মখোয় থবক সুবগা ইংখোল কোইবগা হিংবনি।

চোচোদা ঐনা ইন্দিয়াগী লুপা ১০০ চৎপী অমা পীবগা মফম অসিগী যু অমদি চানবা খবা লৌনবা হায়খি। চোচোনা মী অমদা হায়খি। যু লৌবা চৎখ্রিঙৈদা লৈবমলিবা মীওইশিং অদুনা গঞ্জা ঙাম্বুক অমা লানশিল্লকখি । চোচো, নিশাদা বন লেতবা মীনি , যু, গঞ্জা শিজিন্নৈ। ঐসু গঞ্জাদু অনিবক অহুমলক চিংশিল্লি । শোয়দ্রে ঙসিদি *দবল ফেজ* পুনবা !

ঐখোয়না ফমলিবা যুমজাউদুগী অকোয়বদা, মীৎযেংফম থম্নবা পোৎচৈ ময়াম অমা যান্দুনা থম্বী। কবোথাং, ব্লাক কাক্কী তুপী, কোনা মনাগী ফুবিৎ অমদি স্কার্ট, ঙা ফানবা লোংউপ অচৌবা মখল মখলনি। মদুদা শা মখল খবগী মউল, লিল মকু থেৎতুনা থম্মী। অতৈ যাল্লিবশিংদু কবিসু খল্লুদে। কোনা মনা অকুপ্পীগী ফুবিৎ অমদি স্কার্ট অদুনি।

*মসি কবন্থা মতমদা শিজিন্নে। ঐনা খুদেম্বী থিল্লগা খংনিংনা হংখি।*

*চোচোনা ফমলিবশিং অদুদা হংবদা মখোয়না হাযবকখি ।*

*মসি কৈ, কবোকৈ ফাবদা শিজিন্নবা ফুবিৎ অমদি স্কার্টনি।*

কোনাগী জোন জোন লাওবা ঙক্তগী খ্বাঙ ফাওবদা অদু লিশিল্লগা, খ্বাংদা স্কর্ট অদু শেৎশিল্লগা কবোকৈনা চোংশিল্লকলবসু কোনা মনাশিং অদুনা খন্দোকখিবনা খুজিলনা খোৎপা ঙমদে। মতমদুদা কবোকৈগা মাযোক্লবিবা নুপা অদুনা কৈগী খ্নিমাংদা কবো থাংশাংদুনা হায়বদা পাল্লোইদবগী ৱা লৈতে । তৌবগীদি বর্ম্মা অসি অচৌবা জঙ্গল লৈবনা শা, ঙা, তিল-কাং সুনা লৈ। অহল লমনশিংনা কবোকৈ হায়নবমলিবা অসি মফম অসিদা যাম্না লৈবা জানি অদুবু জঙ্গলদা চৎপদা খ্বাইদগী চেকশিনগদবদি অচৌবা শা নত্তে, মচা মগুশিং অসিনি মদুদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনগদবনি হাযবদু নিংশিংলকখি ।

বর্ম্মাদা চাদবা পোৎ লৈতে । জঙ্গলদগী ফাবকপা তিল, কাং, লিল, হঙোই, খৈবোই অমত্তা হেক চিংখদে। ঐনা চোচোদা ফাগী তৌই,।

*কাঙ মেৎপা অমত্তা চাসিদনা ?*

ঙাইহাক ঙকচানৈ, অদুগা নোকলদুনা অদুদি ফংলোইদা ।

মখোয় কাংথোল ফাওবা চাব্রা খংদে । কাংথক হাবা যুমশিংদা কাংথোল থাদে। কাববেপৎ মথক্তা নত্রগা লিফক্তা ফি থাবগা তুমনবসু যাওই ।

ঙাইহাক ময়ামদুগা ৱাবি ৱাতাই শাববা মতুংদা ঐখোয় থোবক্লে। অযুক্কী পুং ১১ বোম তাগদৌবে। চোচোনা অতোপ্পা মফম অমদা অমুক পুবগা চৎখি। পুংখায় অমবোমগী চাংথৌববা মতুংদা লন্বীগী নাক যেত্তা যুম পবেং তাবা মফম অমা লৈবম্মী। লন্বী অদু কোইলাস থাদে । মোটোব সাইকলনা চৎপদা উফুল ৱা-ৱা হৌই। বর্ম্মাগী খুলশিংগী ফজবা অমদি লৈ। মসি মফম খুদিংমক্তা উবা ফংই। লন্বীগী মতাইদা যুম পবেং। মনিংসু লন্বী অমা যুম পবেং । মসি মফম খুদিংমক্তা উই। মন্দলে সহবসু লন্বীশিং অদুনা চুমদ্রিং চুমদ্রিং লৈবগা ৱোক ৱোক শেমদুনা যুম অমদি দুকানশিং লৈ । মদুগী মওং অদুগুম্না খুঙ্গাং অমদি টাউনশিংদসু শেমন্নে ।

চীংশু পাম্বীদগী পিক্রা পীক্রা খাযদোক্লগা খাবা শম্বল, গেট ইস্থোক ইনশিন পানবা যুম অমগী সুমাংদা থৌজিনখি ।ঐদি যুম ওইবগুম খল্লুই । চান থকনবা অমদি বাব ওইবা মফমনি। যুমদুগী মখাদু ইহাং হাংনা বেস্টোবেন্টকী মওংদা থমলগা মথক্তা মী লৈনবা কা শেমলগা লৈ । যুমদু চাউই মবাক মযুং ফুট ৩০/৩০ গী চাং ওইগনি। মী যাম্না ফমলম্মী। বেস্টোবেন্টকী মযাইদুদা স্নুকব অমা থমলগা মযাম শেল থান্নদুনা শান্নবম্মী। মফম অসি কববাব ব্রালশিংগী পোৎ পুথোক পুশিন তৌবগী গাবি লেপফম জঙ্কসনগুম্বা মফমনি। মফম অসিদগী অতোপ অতোপ্পা মফমদা চৎনবা পোৎ চৈ থন্না হাপলবা গাবি ময়াম অমা মনিং থংবা লম্বী অদুদা থাদুনা লৈবি।

বর্ম্মা সংসাব অমনি থকনিংবা, চানিংবা, ঙাওনিংবা অথিংবা লৈতে। তৌবতবু কাবন তাবদি যাদে। অদুগা মখোযদা থবক সুনিংবা নোমনিংবগী হৈনবী অমদি লৈ । থবক সুদ্রবা চবা হেল্লে। ইন্দিযাগী লুপা ১০০গা চাট ২০০০ গা মান্নবিবনি। অদুনা পোৎ লৈবা মতমদা মখোযদা পৈশা তাউ হাযবসি খ্বাইদগী তাথিবনি।

চোচো ইবানি অহাংবা টেবল অমা যেংলগা ফমথবে। তেবল মথক্তা চামনা অতিংবা অদুদি শোযদ্রে। মসিদি শেল তিংদে। থকনিংবা থকপা যাই। টেবলদা থমলিবা চুকট, চানবা থমলিবশিং অদুদি শোক্লুবা যাবা নত্তে । শেল ঙাক্তনি মখোযনা মশিং থিদোক্লগা থম্বনি। চোচোনা বীযাব জব অমগা ঙা ফুল ফ্রাই অমা কৌখি । জব অমদা বীয়াব বোটল মবিবোম চল্লম্বা য়াই । ঙা ফুল ফ্রাইদু পুথোবকপদা, *কৈশামথোং থোইবীদা* কৈবাও বাজেননা

> *ঐগী ইচানুপীগী হৈজিংপোৎতা, বৌ কিলো অমমম লুম্বদু ৫০০ মুক পুমতাউ পুমতাউ তাউবগা পুবকউ।* হাযবদু খংনিংনিংশিংলকখি ।

চাক্তা চানবা মথেলদা পুথোবক্লিবদুনা মবোল অমা শাগী মথেল, খৈবোই অঙৌবা ফাওবা যাওবে। মদু লোয়না পুশিনহনম্রে। চানিংবা অমতা যাওদে, মনা মশিং থোংবা, থব্রাই অমদি ওক থোংবা খক্তং লৌবে। ঐনা চোচো নংগী অপাম্বা হংখি। মখোযগী মথেল অসিদা সুপ অমদি শোযদ্রে। সুপকী তেংকোৎতু হাযফেৎ চাউই। সুপকী তেংকোৎতু টেবলদুদা ফম্মীন্নবিবশিং পুম্নমক সিয়াব

তৌনৈ। মখোয়গী য়েঞ্চাং পুম্নমক ঙাবি মনম লোয়না নম্মী। ঙাবি অসি বর্ম্মানা *ঙাপী* হায়না খংনৈ। মোবোক শাবা, মোবোক য়াওদবা, উশোযগী মথেলসু কুমহৈ অমনি । উশোয় অফুৎপা উশোয় থোংবা উশোয় কংহৌ, মখোয়গী লোকেলগী চান থক্লবা ময়াম অসি উবদা হাযফম খংদে।

চাবা থকপা ময়ামদু লোয়শিল্লকপদা নুংথিলগী পুং অনিবোম তাবে। ইবানিনা চাবিবা থকলিবা মযামদু পুন্না চাট লিশিং ১২ বোম তাবমখি। বেষ্টোবেন্ট অদুনা তৌবিবা মওং অসি হোলিউদ ফিলমদা, লম্বী লমহাংদা গাবি থৌবা মযাম্না খামলগা চাবা থকপা তৌবিবদুগী মওংনি। য়াম্না নুংঙাইবা সিন অমনি। শ্লুকব শান্নবশিং অদুসু যাম্না নুংঙাইনা মোন্দা নুংঙাইনা শেল থান্নবি। চাবা থকপা লোযববনিনা ঐখোয়দি মপান্দা থোবকলগা ঙাইহাক পোত্থানবা থাবিবা ফাল অশাংবদুদা লোংনা হিপথখি।

বর্ম্মগী মীশিং অসি নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা হোতেলদা ফমদুনা যু থক্নুনা লৈবা য়াওই। অদুবু লম্বী শবক্তা যু ঙাওবগা চৎপা অমত্তা উদে।

চোচোনা বর্ম্মগী ঙমখৈগী টাউন অসিদা লেকথোকলসি হাযবসি, ঐঙোন্দাসু লেকথোকনিংবা অমা ফাওবকখি। মসিগী পুন্সি অসিসু মখল অমনি। ঐনা চোচোদা হাযখি,

*নংগী যুম নত্তবা অতোপ্পা খুঙ্গংগুম্বদা লেকফম লৈগদ্রা ?*

*লৈনে ইনেগীদা চৎসি, মাগীদা নুংঙাইগনি।*

লোললি খংবা লমদমসিগী মীওই অমা য়াওবিবনিনা ঐসু কীদে। বর্ম্মগীদি ঙাকথোক শেন্দোকপীনবা লৈববদি ব্রা ঙাংনদে। শেলদি তিংবা তাই ।

মাগী যুমদা চংলগা *ঐখোয ইনেগীদা চৎলে, নুমীদাং মফমদুদা লেক্কনি*, হায়না মাগী নুপীদা হায়বমখি। ইনেগী যুমদু য়ৌনবা নোংপোক পাংনা হায়গৎলকখি। লম্বীদা লবুক লমহাং কযা থেংনখি। লবুকশিং অদুনা ঐনা ভাবনা শাবদা *পীনোকিযোগী* লাইবিক্তা যাওবা সনাগী শেল মযেক থাবা মফমদুবা হাযনা খনখি। লবুক্কী মবক থায়বগা অচৌবা সনগবি অনি থৈনবা চনবা লম্বী অমা লৈবম্মী। লম্বীদুগী নাক যেত্তা শম্বলগী মওংদা, শা ষননাসু কানবা ঙমলোইদৌবা

মওংদা অচৌ অচৌবা উশিং, উগী কাচি কাবোংশিংগী মথক্তা থাঙ্গৎতুনা থম্মী। উশিংদু মীওই অনি অহুমনা ইনবা ঙম্বা জাৎ নত্তে । মদুবু কনানা থাঙ্গৎলিবনো খংদে। লম্বীদুগী মতুং ইননা খবা খৌজিল্লকলগা খুল, মচা অমা থেংনখি । খুলদুদা মাগী মনেগী যুম লৈবম্মী। মনেগী যুমদু চিংসু উ ফুট অনি অহুমলোম্না কোনবা মতুম তাবা উশিংদুনা মখোং ওই, মখাদি পুমহাং হাংই। ফুট তবাবোমগী মথক্তা ফম্পাক হাবগা মী লৈনবা শেম্মী। মখাদুদা শিংঙ, মৈতাল, পোৎলম কয়া পৈদুনা থম্মী। মদু মফম অদুদা লৈবা মীশিংনা লৈগে হাযববদি যোল্লি। মহাক্কী কাদু মঙাবোম কোযনা উপাক্লা খাবগা লৈ। ময়াইদা ময়াম লাক্লগা ফম্নবা চৌক্রি টেবল থাদুনা নাননা থম্মী। ফকলাংদা বর্ম্মাগী ফিলম স্টাব থেট থেট মোমোগী ফোতো থেৎলি । যুমদুগী নোংপোক থংবা শকক্তা খবা চৎলগা তুবেল অমা চেল্লি। মদু মণিপুবলোমদগী চেম্ববকপা মাকলং তুবেলনি হায়। ঐখোযনা লৈবিবা যুমদুদগী ফজনা উবা ফংই ।

খুল অসি নুমীদাংদদি চিকই। নুপীশিংনা নুমীদাংদা ফৌ সুবগী মখোল, ফিশাবগী অমদি খুলগী শা-ঙাশিংনা খোংবগী মখোলদি তাখি। বেদিওদা শকলকপা বর্ম্মাগী ঈশৈ নুমীদাংগী মতমদা তাবা ফংখি। ইলেকত্রিক সপলাই লৈতবনা, নুমীদাংদা কেন্দল অমদি বেটবিদগী লৌবা মৈনা নিত্তন লাইটিশিং থা দুনা অমম্বাদু থুগাইখি। চাক থোংনবগীদি মৈতাল অমদি শিং শিজিনৈ।

যুম মনুংদা বুধগী লাইশাং মচা অমা থবাকমুক ব্রাংবা মফমদা থম্মী। লাইশং অসি বুধিস্ট লাইনিং লাযশোন্দা থাজবা মীওইশিংগী যুমদা থম্মী। মখোযগী চৎনবীগা ঐখোযগা খবা লাপনৈ। অদুবু শক্তা চুদা মান্নবনিনা নকশিন্নৈ। নুংশিনবগী ইহুল অমদি ফাওনবা মাল্লি ।

# নুঙগী মমল

মতমনা কনাবুসু ঙাইবীদে। বর্ম্মদা চৎলুবদু ঙবাংদা ওইবগুম খনখি। নোংমা অযুক অমা চোচো যুমদা লাকখি। মা উবদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমদি হবাওবা ফাওখি। *ঐ ঙবাং লাকপনি, উবিপোক্তো লেকই। নংগী যুম হংলগা লাকপনি।* চা গ্লাস অমমম থক্লগা ফম্মীন্নদুনা ৱাবি শান্নখি মানদি ঙসি চৎখ্রসি ভুনচেসু ঙাইদুনা লৈহৌববনি।

*ঐখোয চৎকনি হাযবদু ফেব্রুৱাবি যৌশিল্লকলবনি। ঐগা ভুনচেগা উন্নবক্লে মা ফেবযুৱাবি ১০দগী সুতি ফংলে হায ।*

মাগী পাউদু তাবদা ঐ হাযফম তৌফম খংদবা অমা ফাওবকখি।

বর্ম্মা চৎপগী খল্লুববদি যাম্না লুই খংন চান্নবা লৈববদি কবিসু থোযনা লুদে। চৎমীন্নবিবা মকপশিং অদুনা শিন্দোক শিঞ্জিন অদুম তৌখি। যাম্না চেকশিনবা মফমদা কোমথোকপা অহোবসু অদুম য়াওই।

*ঐ তাং ৮ দা লাক্লগে, নঙ ঙসি চৎলম্মো, ভুনচেগা উন্নবগা শোযদনবা হোৎনবম্মো হাযদুনা চোচো থাদোকখি।*

ফেব্রুৱাবি ৮ গী অযুক পুং ১০ বোম তাবদা মোবেদা থুংলে। খাউ অমদা টৱেল, মোজাফুবিৎ, অযুক্কী শিজিন্নবা পোৎ-চৈ খবগা, ইযাং যাংনা চৎপনি। লম চৎপদা পোৎ য়ামদবগী নুংঙাইবসু লৈ । অযুক্কী পুং ১০ ৩০ বোম তাবদা চোচোগী

ময়ুমদা চংলে । মহাক লৈবমদে। মাগী নুপীনা *ফস্মো মা লাক্লগনি* হায়বকখি। ঙাইহাক ফমলিঙৈদা মহাক লাকখি।

*যাম্না ফবে নং লাকপা।* চোচোনা হায়বকখি।

*ঙুনচেনা তাং ৯ দা চৎথ্রসি।* হায়না হায়বকপনি।

*নোংমা নিনি ঙনখৎনা লাকত্রবদি থেংনদবা যাই খন্দুনা ঙসি লাকলিবসিনি।*

*নংগী পোৎচৈদি শিনা লোয়বব্রা ?* ঐগী খাউদুদা য়েংলগা হায়বকখি ।

*শি খক্তনি।*

*থনম্মো, ঙুনচে উন্নকসি।* ইবানি মোটেব সাইকল তোংদুনা লাকখি।

ঙুনচে মাগী নুপীগা, মাগী ক্বাটবদা লৈবম্মী। অঙাংশিং অদুদি মখুবগা মন্দোমচাগা লাকপদা হাননা চংহনখ্রে। ফেব্রুৱারি তাং ১০ দা মন্দোমচাগী মচাগী লুহোংবা লৈ মদু নংনবা চৎনিংবনা ঙুনচেনা ঙসি নুংথিল পুং অনিদা চৎথ্রসি হায়বকখি। তশেংবদি মানা ঐখোয়বু ঙাইবম্বনি।

*এ, নংগী ইমীগ্রেসনগী ফি লুপা ৩০০ খক ওফিসতা পীবম্মো। নুমিৎ তবেৎনিগী পাস অমা শাবনি।* ঙুনচেনা নোকলগা হায়বকখি।

ফবেদা চীংনবা যাওদনা চৎলগনি, অমবোমদসু লোললি ফাওনবা মীনা য়োমশিন্দুনা চৎলগা কনাবু কীগদৌবিবনো ?

তমুদগী কালিমীয়ে য়ৌবা ফাওবসি কিলোমটিব ১৪০ বোমখক্তনি। লম্বী ফবা, লমদিং ওইববসু তপনা তপনা ৱাবি শান্ন শান্নদুনা লাকপনা পুং অহুমলোমগী ময়া চংই।

মোতোব সাইকল তোংদুনা কবো তম্পাক্কী মফমশিং ফাওদুনা লাকপদা কয়াদা পুক্লিং হুবিবা। লম্বী লমখাংদা লৈবম্বা পুম্নিনা ফাওবা ঐখোয়দা হননা য়েংলক্তে। ঐসু লোংগ্রীগা শাউনগী জেকেট তুপী উপ্পদুদা বর্ম্মা মাল্লবাজাৎনি। শাউন জেকেৎ অদুনা মোটোব সাইকল থৌবকপদা ফুবকপা নুংশিৎশিংদু ঙাকথোক্তুনা হকচাংদা অইংবা ফাওখিদে ।

ঙসিদগী চহি ১০ বোমগী মমাংদা, তমু কালিমীবো কালেৱা চংপদা চাউব চাউববা উ কয়া হৌবম্মী। উ কয়াসু কক কক্তুনা লম্বী নাকন্দা পৈ পৈদুনা লৈহৌই । অদুবু

ঙসিদি উমাং কয়া পুংকোক কোক্কুনা খুল মচা মচা ময়াম অমা চোংথোকলম্লে। খুলশিং অসি সবকাবনা থওইনা শেমগৎপনি হায়না চোচোনা হায়খি।

বর্ম্মগী লালহৌবশিংনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা খুলশিং অসিনা সবকাবদা পাউ পীথোক পীশিন তৌনবা, সবকাবগী অযাবা যাওবগা শেমগৎহনবনি হায।

নুংথিল পুং ৫ বোম তাবদা কালিমীয়োদা থুংখি। কালিমীয়ো বজাবগী ময়াইদা মণিপুব চহি তবেৎ খুন্তাকপদা লুচিংখিবা বর্ম্মগী জেনেবেল মহা বন্দুলাগী শগোল তোংবা মুর্তি অমা খিন্দুনা থম্মী। অলোং ফযাগী মতমদা জেনেবেল অসি যাম্না থৌনা ফবা অমদি ইচং থৌবগীদমক মমীং চৎলি। মাগী মতমদা বর্ম্মনা থংনবা লৈবাক কয়া জয় তৌবা ঙমখি। অদুনা জেনেবেল অসিগী মুর্তি খিন্দুনা থম্বনি। কালিমীয়ো, জগাইন দিজিনগী মনুংদা ললোন ইতিকী অচৌবা মফম অমনি।

ঐখোয ঙুনচেগী খুবাগী যুমদা চংলে। যুমদু উনা শাবগা ফকলাংনা চেক্লা খাই। সুমাং মঙ্গোল ফজনা লৈ। সুমাংগী অকোযবদা লৈসু মবাং কাযনা থাই। সুমাংদুগী নাকন্দা গুহা অমা অকোযবদু সিমেন কাংক্ চনশিন্দুনা নাননা শেম্মী। নাকন্দা ইকুজফম লৈ। খুবাগী যুমদু মৈতৈগী লাইখন তাবী যুমজাউগী মওংনি । যুমদু ইবাং লাংই। খুবগী মচানুপা অহল মাউঙ চা ঊ লুহোংনবগী শেম শাবর্ম্মী। মসিননি ঙুনচেনা ঙননা চৎনিংলিবদু । নুমিৎ নিনিদি মফম অসিদা লৈবা তাবে। বর্ম্মাগী লুহোংবা যাওবা তাবেদনা।

গুহাদগী ঈশিং শোককৎলগা ঐখোয ইকুজথোক্লে। লম্বীদা লাকপদা নুংশাগী মৈশাদুগা, অইংবা নুংশিনা যৈবদা চনপনবম্না হকচাংদু শেংদোক্লে। ঐনা লোংগ্রি শেৎলগা চংবদা খুবগী মচাশিংদুনা যেংলগা নোকলকখি। ঐঙোন্দনি খংই। ঐনা শেৎলিবা লোংগ্রি অদুদি ভাবটকী মওংদনি। মখোযগীগা খেন্নে।

বর্ম্মগী লুহোংবা যাওবা তাবেদনা ! শিবু শিদ্রবা মখল মখলনি। ঐসু ইমুং অদুগী মীওই অমগুম্না ময়াম মবক্কুদা যাওশিলি। বর্ম্মা মবোল পংলোন্দা লোনশিল্লকলবসু ঐ খুমদ্রে। মীযাই চল্লবা নুপা অমনা ঐঙোন্দা ব্রাবি শান্ননিংবগী মওংদা চংশিল্লকই। চোচোনা কটেনি হায়না থাদোকখি। কালিমীয়োদা লৈবা মযাং বীহাবি নেপালি ময়ামসু লুহোংবদুদা লাকখি। লুহোংবগী থৌবম অসি

অযুক্তগী হৌবে। লাক্লিবা খুদিংমক পীজ পীথক তৌনবা থোং থাক্তুনা শেম শাবা হৌখ্রে। মখোযগী খাংদু মতম অমদা হিংচাবনা মী ফাবগা খাংদা ভৌই হাযবদুবা খংদে চাউই। খাবে অদসু হি হোন্নবগী নৌ লেপমুক ৱাংবা অদুনা মবেংবান্দা থাঙ্গৎলগা ওৎলি। চৌ চৌ ফুৎলিবা পাত্র অদুসু মী অহুম কুমলগা অমুক্তদা ইকজবা যাগনি। ফিজেৎ লৈতেং মখোযগী চৎনবীদা শেম শাদুনা অযৌবীদা কেনবে। লাক্লিবা খুদিংমক পীজ পীথক তৌদুনা মাগী মাগী ফমফম চানা ফমহলি। লাক্লিবশিং অদুনা ববগী মরুপ মপাং ওইবগনা খুদোল পোৎ, শেলনচিংবা পীবগী চৎনবী লৈ। অযুক্তগী লৈবিবা মীওইশিং অদু লুহোংবগী মাংওইননা শিল্লিবা চাকলেন অদু চাবগা নুমীদাংৱাইবম ফাওবা লুহোংবা লোযদ্রিবা ফাওবা লৈগনি। নুংথিলগী মতমদা বুধিষ্ট লম্বোইবশিংনা মত্র থিদুনা লুহোংবদু মপুং ফানা পাংথোকই।

অমবোমদনা বব কৈণ্য অদুনা নুংগী মমলনি হাযদুনা লৈকাযগী নহাবোলশিংদা শেল চাউনা পী। নুঙগী মমল হাযবদি বুধিষ্টশিংনা সেক্স অসি পাপনি হাযনা লৌনৈ। অদুনা লুহোংদ্রিবা নহাশিংনা লুহোংলিবা বব কৈণ্য লৈবিবা যুম অদুদা নুমীদাংদা নুংনা থাদুনা তুম্বা থুগাইবগী চৎনবী অমা লৈ । মদুদা থাবক্কদৌবিবা নুঙ অদু বব কৈণ্যনা লৈবগী মওংদা নহাবোলশিং অদুদা শেল পী । শেল পীদুনা নুঙ লৈখ্রবনা, যুমদা নুঙনা থাবকত্রে। শেল অদুনা নহাবোলশিং চাকচা হৈজানদুনা নুংঙাইথোকই। মদুবু নুঙগী মমল হাযনা খংনৈ ।

বর্ম্মগী নুপীশিংগী মাযদা তৈবিবা মাযথোংগী মেককপ অদুনা অমুক্কহেন্না যেংনিংবা ফাওহল্লি। মখোযনা তৌবিবা অসি অতোপ্পা কোসমেটিক নত্তে। *থানাখাব* পাম্বীগী মশা অমদি মউ অদু নুংমপাক অমদা ঈশিংগা লোযননা তকলগা পেস শেম্মী। পেস অদু নুপীশিংগী মাযথোংদা তৈশিল্লি। *থানাখাব* পাম্বী অসি মশাগী নুংশিবা মনম যাওজে। বর্ম্মাগী নুপীশিংদা ফজবা মাযথোং অনানবা উনশা, উবিং থুংদ্রিবসি *থানাখাব* তৈবননি হাযনৈ । মসিনা নুংশাগী মৈশাদগী মাযথোংগী উনশা অমদি পাম্বোমনচিংববু ঙাকথোকহল্লি, ইংহল্লি। মবেক কাহন্দে। মসি বর্ম্মাগী মহৌশাগী ওইবা তোপ্প তোপ্পা মাইতৈ হিদাক্লি।

নুপীশিংনা অমুবা মশমদু নিংদুযৈনা থাদৈ। লৈশাবীশিংদি মশম তেল্লি। অমাবোমদা *থানাখাব* অদু খজাইদা কোযনা তৈদুনা মুববা শমলাং অদু থাদোক্তুনা

চৎলি। মৈতৈ অহল লমনশিংনা অৱা নুপীগী ফজবা থাবকপদা ঈথাংনা ঙৌববা কুচু, নিংদু য়েববা শমলাং, শাংতক তৌবা ঙকশমদুদা ঈশিং থকপগী চেহ্নবকপদু ফাওবা উগদবা মাল্লি হায়নৈ। মৌশিংনা তুংগী শম্বুল পুল্লবদি মালিকাগী পবেংনা শম্বুল অদু যোমশিল্লি। মখোযদা ফি ইনবা কযা চৎনদে।

কালিমীয়োদা, বিহাবি, নেপাল্লি, মফম অসিগী সিতিজন ওইনা লৈ। কালিমীযো বজাবগী মতাই ওইবপন্য লৈবিবা খুবগী যুম অদুগী মনিং থংবদা শবক অমা চৎলি। শবক অদুগী মনিংথংবা শকক্তা, চা হোতেল, সাইকল কাবখনা, ঈশিং চিংনবা পম্প শেমফম কযা লৈবি। ঐগা চোচোগা চা হোতেল অদুদা থোক্লগা চা থক্কুনা অচৎ অওক যেংখি। ইবানিনা ঙাংনবদু, চা হোতেলদা থবক যাওবা অঙাং অমনা মুন্না তাবগা,

*মণিপুবি* ঐনা মুননা যেংলগা

বীহাবি!

মদুদগী মানা হিন্দি ঙাংবা হৌবকখি। হিন্দিদি ঐখোযসু সুধ হিন্দিদা খপলিবনি। বীহাবি মচাদু মাগী মমা মপা কালিমীযোগী মফম অমদা লৈ। চাগী হোতেল অসি মখোযগী ইমুংনা চলাইবনি হায। বীহাবি মচা অসি উদয প্রটাপ কৌই। বর্ম্মদা লৈবদগী বর্ম্মগী মমীং অমা কৌই। বর্ম্মা মবোল ফজনা ঙাংবা ঙম্মী। অদুবু মযুমদা হিন্দি ঙাংনবনিনা মামলোল কউদ্রি। বীহাবি বাবুদুনা

*কৈদৌবা লাকপনো? কদাযদা চৎকদৌবিবনো?* হংলকখি।

*কোয়বা লাকপনি,*

মাদি মফমসিগী মীনি, অশেংবদু তাকখিদে। অশেংবা হায়বগা কৈদৌকনি, ঙাইহাক লৈবসিদা। তশেংনা ময়াংশিং অসি হোৎনবা কনবা, হিংবা ঙমনবা হোৎনবা ফুরুপ ওইবমগনি। মণিপুবদসু মযাংনা ৱাই চাইবে। মখোয় যাওদ্রবদি ঐখোয হিংবা ঙমদবগুস্বনি। মণিপুবগা হেক যুমলোননন্য লৈবিবা মফম অসি ফাওবদা মৈতৈ অমত্তা উদে, লৈবম্বা তাববসু কুফাদা চংদুনা লৈবানা কনামত্তা উদে। ঐখোযগী জাতি অসি হোৎনবা ৱাৎপা সুনিংদবা হায়বা লাইদু চংলমানে?

লুহোংবা নোংঙানবগী অযুক্তি, ঙুনচেনা থোংখিল্লকখি। পুং তকক তবে,

*হেমন্ত, চা বেদি।*

চোচো ইবানি হৌগৎলে, অযুক্কী থবক থৌবম লোয়ববা মতুংদা দ্রোইং কমদা ময়াম ফস্মীন্নদুনা ব্রেক ফাষ্ট লৌমীন্নখি। লুহোংবগী লাংবা অমদি থবক থৌবম ময়াম অদুনা যুমগী মযামসু অমত্তা উন্নবা ফংখিদে। লুহোংবগী মযাম চাবা থকপা অদুদা য়াওশিনবনা মানা মানা থোকপা তৌনখিবনি। মীওই তকক লৈবা খুবগী যুমনি। খুবা, ইন্দোমচা, মচানুপা অনি, নুপী অনিনি। মদুদা ঐখোয মবি, অঙাং অনি, চাউববা ইমং অমনি ঙাইহাক্কী ওইনা।

ঙুনচেনা, খুবা উ টিন সুদা শক তাকখি।

*হেমন্ত, মণিপুবি কতে, ইম্ফাল। চোচো কাইন তমু।* খুবা ইংলিস ঙাংবা ঙম্মী। মানা ঐঙোন্দা হাযবখি,

*নখোয কদাযদা চৎকদৌবিবনো?*

*চিন ষ্টেটতা চৎকদবনি।*

*কবি অকবা লৈ?* খুবাগী ব্রাহংনি।

*মণিপুব তুবেলগী মবিলদু যেংনিংবগীনি, অঙ্কল।*

মণিপুব তুবেল অসি চিন ষ্টেটতদি ঈচেল খ্বাইদগী কনবা তুবেলনি। হৌজিক্তি তুবেল অসি থকৎতুনা ইলেক্ট্রিসিতি লৌনবা পৱাব প্রোজেক্ত পাযখৎলবনি। অদুগা অচৌবা দাম অমসু *মণিপুব বিভব মল্টি পবপজ প্রোজেক্ত* শানবা থৌবাং তৌবিবনি। দাম অদুনা খুল কযা শোকহল্লগনি হাযদুনা চিনগী মীওইশিংনা ইবাং হৌবনি।

*প্রোজেক্ত অদুদি মফম কদাযদনো, ঐখোয উবা ফংগদ্রা?*

*নখোযনা মদু উবা ফংলবোই। মদু ফলাম টাউন্দগী খবা মনুং চংশিল্লগা লৈ* হায়। ঐসু উদ্রি। ফলামদা ঙুনচেগী যুম লৈবনি। মখোযগী যুমদি কালেদসু লৈবনি। অদু কনাসু লৈতবনি। চিন ষ্টেটতি যাম্না ইংবনি হাযনা খুবানা পাউদমখি।

নৌনা লুহোংলকপী নুপী অদুনা ঐখোয লাপনা চৎখিগদৌবনি হাযনা খনবগীবা ব্রেক ফাষ্ট অদু *থমেনজো* (চাক অঙৌবা) অদু অচৌবা বোল অনিদা থননা হাপলগা পুথোবকখি। থর্মো ফ্লাকস অদুদা চা পুথোবকখি। থমেনজোগা

চানবা পুথোবক্লিবা অদুনা কোলিহৱাই নংনা থোংবনি। বর্ম্মদা কোলিহৱাই মবাং কাযনা ফংই। যুমথোং খুদিংমক্তা কোলিহৱাইগী মথেল অমদি শোয়দ্রে। চাক অঙৌবা অদু যেন কুপনা কুপনা শেংলগা অমদি গাজব কুপনা ককলগা ঙৌবদা হাপচিল্লি। চবামদাইদা বুধিষ্ট মন্ত্র অমা পালি লোন্দা খুবানা থিখি। মদু ঐখোযগী খোংচংতা অশোয অপন থোক্তনবা অমদি পুন্সি নুংশাংনবনি হায। মসি খৃষ্টিয়ানশিংসু তৌনে। ঐখোয মৈতৈদা ওইবমানে তৌদ্রিবসি। চাকচা হৈজানবা উসোবনচিংবদদি জয মহাপ্রসাদি হাযনা লাওবগা কৎনৈ। খবা অমনা মপুগী লুক্লেন ফংলসি । মখল মখলনি ।

*মহাওলৈ, চানবা শিল্লিবদু, মৌদু নাকন্দা লেপতুনা ঐখোয মযাম্না চাবিবদু যেংদুনা লৈ ।*

ঐনা চোচোদা চাবিবসি হাওই হাযবসি, বর্ম্মা লোন্দা কবি হাযবগে হাযনা হংখি । চোচোনা *কানো টাকে হসিকুবাদে* লোননা হাযবকখি । ঐনা মযাম তানবা অমুক *কানো টাকে হসিকুবাদে* হাযনা হাযখি।

মযামদু ৱা লাওনা নোকলকখি।

*মসি পুম্নমক মশক ফজবী মৌনা শেম্বনি।* - অঙ্কলনা হাযবকখি ।

চাবা থকপা লোযবে ঐখোয চংননবা শেম শাবে। পোৎচৈ অমত্তা য়াওদবনিনা ইশা ঙাক্তনি। অযুক্কী পুং তবেৎমুক তাবা অদুৱাইদা হ্মুংগী মী পুম্নমক থোবক্তুনা ঐখোযবু সুমাংদা থিন্দোবকখি। ঐখোযগী মোতোব সাইকলদু কাখৎত্রিঙৈদা খুশোক্লবে।

*অঙ্কল মসি নংগী নচানুপা নমৌনুপীগী মঙ্গল ওইনবনি। ঐ ঙবাং পীবা নংহৌদ্রে। হাযদুনা লুপা ৫০০ চংপী অমা পীখি।* মহাক্না লৌ হাযবা যেখিদে।

*নখোযগী চংকদৌবা ৱাংলি, মদু কান্নবক্কনি।* হাযদুনা মানা যাখিদে।

*নুংঙাইনা চংলু*, অঙ্কলগী গ্রীটিংসনি।

*নাউটাখা লাওইনমে অমুক উন্নখিসি।* হাযবমলগা ঐখোয থৌদোবকখি।

কলিমীযোদগী খবা হাযদোবক্লগা, কালেৱাগী লম্বীগী মতাইদা চেল্লিবা মীট থাতুবেগী তোববান্দা নুমিৎলৈ পাম্বীনা পাক শননা তামলবা চীংযা ফাওবা

শন্দোকখ্রি। নুমিৎলৈ শাৎপা অদুনা ফীবাংজি ফীদা থাবদৌনা পাক্লা তামনা লৈখ্রি। নুংশিৎনা হুমলকপদা নুমিৎলৈশিং অদুনা লেংলকপদা কনাগুম্বা মীওইশিংনা লেংবগুম খল্লি। নুমিৎলৈশিং অসি ঐখোযনা মোবে মক হায়না চান্নবদু শেম্বা ওইবমগনি।

মীট থা তুবেল অসি মগু ই দিভিজন্দগী চেল্লকপনি। তুবেল অসিদা মণিপুব তুবেল অসি মগুইগা জগাইন দিভিজনগী লোন্নবা মফম অমদা পুল্লি। অদুগা কালেৱা তমনা চেন্থ বকপনি। মীটথা তুবেল অসি কালেৱা যৌবমদাই অদুদি চীং অনিগী মবক্তা চেনবনা যাম্না লুথখ্রে। তুবেল খোকনুং অদুদা মাগী মাগী হিংনবা কবি কবিনো মযাম অমা তৌনবি । তুবেন্দুগী মতুং ইন্দুনা থৌজিল্লকপনা ঐখোয অুক্কী পুং ১০ ৩০ অদুৱাইদা কালেৱাদা থুংখি।

কালেৱা চীন্দৱীন (নিংথি) তুবেলগা মিটথা তুবেলগা শনফম ওইবা অচৌবা ঈবোং অমনি। ঈশিং ইচাউগী মতমদদি তোববান অমগা অমগা উন্নবা ফংবা নত্তে। ইকং থা ওইবনা তুবেলগী ঈমাযদু ঈশিংসু যাওদ্রে। ঈশিং লৈত্রবনিনা ঈশিংগী লম্বী তোক্লে। কংফালগী লম্বীদা চৎনবি। মফম অসি অচৌবা জঙ্কসন অমনি। তুবেল মপানগী টাউ অমা ওইজববসু মীযাম্না পুল্লি। তুবেলদগী পুবকপা অমদি গাবিনা পুবকপা পোৎ চৈগী গোদাউনা চাউনা চাউনা লৈ। শংশাব অমনি। মফম অসি ঐ অমুক অনিবক চৎলবনি। অদুবু তোযনা চৎপা মফম নত্তবনিনা লম্মীৎ তুম্মীৎ ফাবা ঙমদে।

শবক মযাদা লৈবা বেষ্টোবেন্ট অমগী মমাংদা ঐখোযগী মোটোব সাইকলশিংদু থাম্মে। বেষ্টোবেন্ট অদু চীংগী নাপোমদা লৈবনা শবক্তগী খবা ৱাংখৎলি। মদুদা ফমলগদি মায়কৈ অনিগী লমজাউ শবক উবা ফংই। মখাবোমদা চৎলিবা শবক অসিনা ঐখোয়না চৎকদৌবিবা কালে টাউনগী লম্বীনি। নোংপোকলোমদা লৈবিবসিনা ঐখোয়না কালেমীযোদগী লাকপনি। বেষ্টোবেন্ট অদু নালল্লি। টেবলদু চাওবাক্লা কাগুপ ৩০ বোম থাবমগনি। মী থননা লৈ । মানা মানা চানিংবা চান্নবি। ঐখোযসু কদোমদা মী হাংলিবগে হাযদুনা যেংবদা অৱাংলোম থংবা কাচিন্দা তেবল অমা হাংবদুদা চংশিল্লে। ঐ, চোচো, ঙুনচে মাগী নুপী ঐখোয মবি ফমথখি ।

*বীযা, ঙা জো, চেউজো* ঙুনচেনা হাযখি।

বেষ্টোবেন্ট দুদা চংলকপদা কাউন্টবদা লৈহৌবা অমা ঐনা য়াম্না চানিংবা ফাওখি। ঐনা ঙুনচে কৌবগা য়েংহনখি ।

*মশিবা নংনা পামলিবশি ?*

*যেস*

ঙুনচেনা পীবকনবা হাযখি।

মদু বুজিয়া ব্রাতিনগী মওংদা মচা মচা ফজনা শেৎলগা গ্রেম গ্রেম লাউনা হাওগদৌবা মাননা কাময়খৎলি। টেবলদা য়ৌবকপা মতমদা ঐসু খবা লৌবগা চাশিল্লি। মদু গ্রেম গ্রেম লাওবগী মহুত্তা উই উই লাওবদুনা শাগী ফাইবব ওইবন্মী। শেমলিবা মওংদুদদি কযাদা হাওগদবা মল্লিবা ।

*হুঙ, কবিনো সিদি ?*

মখোয় অহুমনা নোকলগা চপ মান্ননা *গৌ গৌ* হাযবকখি । ঐ মখোয়না হাযবিবদু কবিনো হাযবা খঙ্গানখি।

*গৌ-গৌ ও, দোক, হুই ।*

*হুইশানা অসুমনা শেন্নবনে ?* ঐনা হংখি ।

*মানি*

বীযাবদি পুথোবক্তে, কৈদৌবজাৎনো ?

*যু অব লকি টুদে।* ঙুনচেনা হাযবকখি ।

*কবিগীনো ?*

বেষ্টোবেন্ট অদুগী মমাংদ টাইগব বীযাবগী গাবি অমা খামদুনা লৈ । বীয়াব মযাম অমা বেষ্টোবেন্ট অসিগী থাগদৌবিবনি। মদুদা এদভবটাইজ ওইনা মশক মতৌ ফজবী স্কট শেৎপী, নুপী অহুমনা বেষ্টোবেন্ট অদুদা ফমলিবশিংদা, বীযাব সার্ভ তৌখি। মদুদা ফ্রিদা বীযাব গ্লাস অনি ত্রে অমদা হাপ্পী। ত্রে অদুদা বোটল অহুম। ঐখোযগীদি ত্রে অনি লৌবে। হৈবা খোৎপা নুপীশিংদুনা তৌবমখি। শিবু শিদ্রবদি জাৎ জাৎ থেংনবকখিনি!

বর্ম্মীজশিংনা *ব* গী উচবোন অসি সুকয়াও য়াওদে। ঐখোয়না মীযানমাব হায়বদু মখোযনা *মীযানমা*, বীয়াব হাযবনা *বিযা* হায। অদুনা মখোযনা ইংলিস ঙাংলকপদসু লৌশিনবা ব্রাই। অদুবু হৈন হৈনবা, পাং শানবা হোৎনবা তাবনি।

বর্ম্মা অওনবা অহোংবা কযা লৈবল্লে। অর্ম্মীগী লৈঙাক শাসন লৈবম্বদগী, মীখল তৌদুনা মীযামগী লৈঙাক শাসন লৈবকপদগী লমদম অসিদা লমকোইবা মশিং য়াম্না লাক্লে। লমকোযবশিং লাকপদা নুংঙাইনবা অমদি চৎথোক চৎশিন নুংঙাইনবা শেমগৎ শাগৎপা লেপত্রি। লম কোইবশিংনা পামলিবদি, অনৌবা মফম অনৌবা মাযওননি। বর্ম্মনা লমকোযবশিংগী লমথুংফম অমা ওইবকপদগী টুবিষ্টশিং চংবা হেনগৎলকখি। টুবিষ্টশিং অসি সবকাবনা অযাবা পীবা হোটেল নত্তনা অতে মফমদা লৈবা যাদে। চৎথোক চৎশিন খুদিংমক পাষ্ট পোর্ট নম্বব অদু মফম মফম যৌবদা বিপোর্ট তৌহল্লি। মদুনা লমকোযবা অদু কদাযদা লৈবগে হাযবা খংবা ঙম্মী। ঐ ইম্ফাল মন্দলে, ইনলে লেক, বগান, ইং ১৯৯৮, ২০০২ অমদি ২০০৫দা চৎলুবগা হৌজিক্কা যাম্না খেন্নবে। অহোংবা যাম্না লৈবে। অহোংবা হাযবসি মহৌশাগী লোনচৎতা যাওবকলবনি। অহোংবা যাওদ্রবদি চাউখৎপা লৈবোই হাযবা সোসিযোলোজিগী সবজেক্তা যাওবদু নিংশিংলকখি। মীগী লমদদি অওনবা অহোংবসি যাম্না থুই, ঐখোযগীদদি যৈখাযবা থিনগাইবদি থুবা, শেমগৎ শাগৎপদি মনিং হনবগী চৎনবী অমা লৈ।

চাবা থকপা লোযবে। ঐখোয কালেগীদমক কালেব্রা থাদোক্লবা শেম শাবে। চাউবক্লা মতমদু পুং ১২ তাগদৌবা খজিত্তা ঙাযবে।

*চৎসি, কালে টাউন্দা পুং অনিগী মমাংদা থুংহৌসি অদু নত্রবদি, ঙসি লেকলগনি।* ঙুনচেনা হাযবকখি।

ঐখোযসু মোটোব সাইকলদা কাখৎলে। হন্দক্তি ঐ যৌগে হাযদুনা চোচা মনিংদা ফমহলি। ঙুনচেগী মতুং ইন্দুনা যেৎলোমদা থৌবকখি। বর্ম্মাগী ট্রাফিক অসি ঐখোযগা খেন্নে। মখোযগীদি যেৎলোমদা চৎলি। ওষ্কোক্লা হৈনদবা অমা ফাওখি। ঐগী মওংদু উবদা চোচোনা,

*ঐ, যৌগে থেংলগনি।* হাযবকখি

চাউবক্লা নুমীৎযুংবা মতুং পুং অমা মখাযবোম খবা হেন্না অদুব্রাইদা কালে

টাউন্দা থুংখি। ঙুনচেগী য়ুম অসি কালে টাউনগী খবা মতাই ওইবপনা লৈ। টিক্কী উপাক মচা মচা খাযদোক্লগা য়ুমদুগী কমপাউন্দ শম্বাল খাই। মখোয়গীদি য়ুম অমা গুহা অমদি শোযদ্রে। ঙুনচেনা মনেগী মচানুপা ব্রোন কো কৌথোক্লগা কবিগুন্না খবা হাযখি। কবি হাযবিবনো খংবা নত্তে। সুম সুম লুবা হেঞ্জিলকই। লোল ফাওন্দবসিসু লাযনা অমনি। তিঙক তিঙক যেংদুনা লৈবা তাবনি। ঐখোয পুং ৩ ৩০ অদুৱাইদা ফলাম তাননা থৌখ্রসি, মদুগী গাবিদু থিবীযু হাযবনি।

ঐখোযনা চা থক্লিঙৈদা নুপামচাদু জিপ অমা তোংলগা থৌজিল্লকখি। গাবিদু মশা নাললি । জপানগী মীসুবীসি কম্পনিনা ৱিলিজ জিপক মওং মান্ননা শাবনি। নাকন্দা বীবচান্দ, মমাংদা গযন্তি, মনিংদা লিটব ২০ চনবা জেবিকেন, চীং চৎপগী চপ চাবা গাবিনি। চোবফোন মচুগী লংত্রিক লংবা জিপ অদু উবদা থম্মোইদা নুংঙাইবা ফাওখি। হ্দ অদুসু নাকন ইহাং হাংলগা মথক অমদি মনিং খক্তাদা কুপ্পী।

*নুমীৎ মঙানিগী লাখ অনি, গাবি অৱাইমল,*

*স্বাই লাওই, লুপা লাখ অনি। চাট লাখ অনি,* ঐগী মওংদু খংলদুনা চোচোনা হাযবকখি।

*ও, চাট, লুপা লিশিং ১০ নোংমদা লিশিং অনি, অনি যাইদা* মণিপুবদসু গাবি অৱাইমল অসি যাম্না তাংলে। অদুবু সিদদি হোংবু হোঙইনে। নুমীদাং লেকপসু যাওগদৌবিবনি ।

ঐনা ঙুনচেদা লুপা লাখ অম মখাযদা যানবা হাযনহনখি। দ্রাইভবদুনা যানিংদে। ১,৮০০০০ পীনবা হাযবকখি। ঐনা লাখ অমা লিশিং হুমফুতা পীশিনখি।

*খবা হাপ্পু, কোননা হাপলগে,* ঙুনচেনা দ্রাইভবদুগী মনঙ্গন্দা পোপ ফুবগা থেমখি। মীগী বোদি লেঙ্গুযেজ হাযবসিসু লুখ্রবা জাৎনি । গাবি দ্রাইভব অদুনা যাবকপদা যাম্না নোক্লিংবা ৱাবি অমা খংনিং নিংশিলকখি ।

নোংমা নুপা অমনা দুকান অমদগী পোৎ লৈবা লাকখি। নুপাদুনা পামলিবা পোৎ অদু পাযখৎলগা মমল কযানো ? দুকান ফমলিবা অদুনা হাযবকপা মমলদগী

মানা তানবা ঙাংনখি। দুকান্দাবদুনা খবা তাবকখি। পোৎ লৈবিবা নুপাদুনা মাগীসি খবা কননা ঙাংনববদি খবগসু তাবকপা যাবি হাযদুনা অমুক্কা তান্নবা কন্না হাযনখি। পোৎ যোল্লিবা নুপা অদুনা খোযদৌ শাওগৎপদগী, লেম্না লৌগেবা লৌখ্রো চৎলো হাযবকখি ।

লৈবিবা নুপা অদুনা লেম্না পীগদবা ওইববদি অনি পীযু। মদুগী মওংদু নিংশিংলকখি। লাখ অনিদা হাযনবগা লাখ অমগা হুম্ফুতবাদা যাবকপা অদু খবা কননা ঙাংনববদি লেম্না তোংলো হাযবকপসু যাইনা, ব্রাবিদু চোচোগা ড্রুনচেগদা লিবদা মবানিসু নোকলকখি ।

কালেদগী ফলাম যৌবসি মাই ৮০ নি । বর্ম্মাদদি লমগী অবাপ্পা অসি মাইলদা লেপনবি। কিলোমীটিবদা ওইববদি ১২৮ বোম ওইগনি। ড্রুনচেগী নুপী মনেগী যুমদা লৈহৌবে। ঐখোয মবি দ্রাইভবগা লোযননা ফলামগীদমক নুংথিলগী পুং ৩ ৩০ দা খোংশানবা হৌবকখি। জিপ দ্রাইভবদু নহানি। চীংলম্বীদা যৌবদা যাম্না হৈথোই শিংথোইবা মীশকনি। লমকোযবা মীওইশিং পুবগা চিন ষ্টেটা তোযনা চৎলবা হৈশিংলবা দ্রাইভবনি।

*ঐখোযনা ফালাম যৌবদা পুং মঙাবোমদি চংগনি। শোযদ ঙমদ্রবদি । নুমীদাং পুং ৯ নত্রগা ১০ দদি থুংগনি। হযেং অযুক্তগী চিন ষ্টেটকী ফজবা পুক্রিং হুববা মহৌশাগী শক্তম অমদি মণিপুব তুবেল যেংলগা চৎশি। হাযনা ড্রুনচেনা হাযবকখি ।*




1 = Chikha (Border town with
Churachandpur
2 = Ton Zang
3 – Tidden
4 – Thane-Ngain
6 - Kale (Sagain Division)
7 = Kalewa
8 = Falam
9 = Hakha (Capital of Chin State)

R1 = Manipur River
R2 = Chindwin River
R3 = Myit Tha River

A = To India, Imphal
b – To Tamu

# মণিপুর তুরেল

পুং খবগী মনুংদা চিন ষ্টেটকী মনুং চংশিলকখি । চীংগী অঙম্বসু কাখৎলকখি। ইংবসু হৌবকখি। কযাদা খেন্নবিবনো, তম্পাক্কী লমদদি হুমাং শৌবনা ইশাদা ফি থোংনিংদ্রবনি। চীং অমসুং তম্পাক্কী খেন্নবদু ফজনা খংবা ঙম্মী। ঐখোযগী যুবিৎ অথাবা শাউনগী জেকেট অদুনা অইংবদু ঙাকথোকখি। ইহাং হাংদোকপা জিপনিনা নুংশিৎকী মবমদা থৌবনা কা হেন্না শিৎচিল্লকপোই নিংখি। অইংবা নুংশিৎ অদু ঐখোযগী শরুক ওইবমানে ।

*থাইনে ঙিন* হাযবা খুল অমা লম্বীদা থেংনখি। মতমদু নুংথিলগী পুং ৭ খবা হেল্লে, মম্লে । খুল অসি ফালাম অমদি টিদিম চৎখিবগী লমলোং ফাংবদা লৈ। মমাংলোমদা চৎখিবদুনা টিদিম তাবা, মনিংলোমদা চৎখিবসিনা ফলাম তাবনি। মফম অসিদা চাক চাথোকখ্রসি, ফালাম য়ৌবদা নুমিদাংগী পুং ১০ বোম তাবগনি। থেংলবদি ফবক তাবগনি হাযনা ঙুনচেনা হাযবকখি। গাবি দ্রাইভবদুনা মানা তোযনা চংবা চাক ঈশিং ফংবা যুম অমদা পুশিনখি। ঐখোযগী খোংচৎ অসি যাম্না নুংঙাইবা খোংচৎ অমনি । ঐখোয মবিখক্তা চৎপনা পন্নিংবা মফমদা পনবা, যেংনিংবা মফমদা যেংবা যাই। মীযাম হুপনা চৎপদদি মানা মানা তৌনিংবা তৌনবদা মথোং মবম অমত্তা খংনদে। চীংগী নাপোমদা হাইথবগা শাবা যুম অদু মমাংদনা যুম্বী মখোং চাউনা যুংলগা মনিংনা চীংগী হাযথবকপদুদা নুংনা খাবগা ব্রাংনা শাই। নাকন্দা কাফম লৈ। অচৌবা যুমনি। যেৎলোম থংবা নাকন্দা ফুট ২০

মুক পাকপা ৩০ বোম শাংবা যাং নাইবা যুম অমা লৈ । মদুদা ঐখোয়বু ড্রাইভব অদুনা পুশিনখি। যুমদুগী ময়াইদা মৈ হৌদুনা থম্মী । মৈ হৌবিবা মফমদুদা ফি খাত্তন হাযগৎপা নুপা চহি খবা লৈশিল্লপ তৌবা মবিখক উগী ফান অমমদা ফমলগা লৈবম্মী। মৈথক অদুদা যোৎসুবী অমগী মথক্তা টেকশি মুশিন মুবা ঈশিং যাওবা অমা থাঙ্গৎলগা লৈবি। মৈনাক্তা কোযনা ফমলিবা মীওই মবিদু মখুত্তা চীনাগী এনামেল কপ অচৌবা অমমম পাযদুনা ৱাবি শাদুনা ফমল্মী। ঐখোযনা হেক চংশিনবদা খোইকম খোযকম তৌদুনা যেংখৎলকই। নাকন্দা লোনখৎনদুনা থমলিবা উগী ফাল অদুদগী অমমম লৌবগা ঐখোযসু মৈনাক্তা ফমথখি। ড্রাইভব অদুনা মনিংথংবা মাযকৈদা লৈবীবা চাকশং পান্নবিবা নুপীদুদা ড্রাইভবদুনা কবিনো খবা হাযখি। নুপীদু মীযাই চল্লে। মখোযগী নাৎকী চৎনবী ফিজোল শেৎলি। মমাযদা অমুব মচুনা মবি মবি যেকই। মহাক্লা পুক্কক চাউবা পুন অমা পুথোবকখি। পুন অদু লিগী ফৈজা অমদা থাঙ্গৎলি অদুগা কাযদনবা পুন অদু লিনা লননা লোল্লি।

*মসি খাউঙ-যাই কৌই* । ঙনচেনা ইংলিসনা হাযবকপদু না হান্না ফমলম্বা মীওইশিংদু মমীৎতু ফল্লপ ফল্লপ ঐখোযদা যেংখৎলকখি। শক্তা চুদা মান্নববসু লোল মান্নদবদুদা কবম্বা ফমদগী লাকপনো হাযনা খনবা মাল্লি। *খাউঙ-যাই* অসি চনান্দগী সুংবনি, মফম অশিগী যুনি । নুপীদুনা প্লেট অমদা শা অফুৎপা খবগা পীবকখি। শাদু মতুম চাউবপ চাউবপ তৌই। ষণ শাগী মওংনি। চোচোনা *নানাউক* নি হাযবকখি। ঐনা বফেলো হংবদা *নত্তে* নানাউক কবিনো হাযনা ঙাইহাক খঞ্জানখি। ঙুনচেনা ফকলাংদা থেৎলিবা মকোকশিং অদু খুদোম্বী থিল্লগা তাকখি।

*ও সন্দং, মীথুন,* - ঙুনচেনা মঙক নোমলকখি, চিন স্টেটতদি সন্দং অসি মখোযগী খ্বাইদগী পাম্বা শানি। কবিগুম্বা চাকচা হৈজনবা থৌবমদা সন্দংগা খাউঙযাই হাযবিবা যু অসিগা যাওদবা যাদে । ঐখোযনা ঙসি তৌবিবা অসিসু ফেষ্টিভেল অমনিনে? ঙুনচেনা নোকলকখি। চাক খবা চাশিল্লে। খাউঙ-যাইগী নিশা অদুসু লুম্বু লুম্বু লাকই । ঐখোযগীদা হাযবগা ৱাযুগুম্বা মওংনি ।

মপান থোবকপদদি খংই ইংখি । পুবা নিংথমথানি মাবকবিগী লেবেল অদু জিবোগী মযাদা লৈবমগদবা মাল্লি। যুমসি খুলসিগী হেদমেনগী মযুমনি। নুমীদাং



মথক ঃ  চিন ষ্টৈটকী থাউণ্ড-যাই
মথা ঃ- ষন্দাং মকোক (নাওযোক)





টিদম টাউনগী ক্লোক টরাব



চিন স্টেটতা মণিপুর তুরেল



মথক ঃ- চিন ষ্টেটকী চীংথাক্তা লৈবা যুম

মখা ঃ চিন ষ্টেটকী অযুক্কী চীংথাক্তা শক্তম



মফমসিদা লেকথোকলবসু যাবনি। অদুবু ঐখোয় ফালাম যৌনবা চৎলসি। নোংঙাল্লগা মথং মথং চৎলসি হায়ন্দুনা ইংলবসু ইংনা গাবি থৌবকখি । মল্লে, ফজনা মল্লে। নাকন্দা লৈবা পোৎশক খংদ্রে। গাবিগী হেদলাইটনা থাবিবা মফম অদু নত্তনা অতোপ্পা অমত্তা উদ্রে । অইংবা নুংশিৎনা ফুবদা খাউঙ-য়াই মাংখ্রে , ইংবদুম হেঞ্জিল্লকই। ঐখোয়গী জিপ অদু যাম্না য়াংনা থৌদ্রবসু নুংশিৎকী শাফু অদুগা থেংনবদা চিক চিক লাউই। কদায়দা কবি লৈহৌবনো খংদনা নুমীদাংগী পুং ১০ বোম তাবদা ফালাম যৌবে। ফালাম, হখাগী (চিন ষ্টেটকী কেপীতেল) মথংদা খ্বাইদগী চাউবা টাউন অমনি। ললোন ইতিক্কী মফম, য়ুম য়াম্না তাবা টাউননি। মফমসি যৌবকপদা ইলেত্রিক্কী মঙাল ফংলে, অকোয়বদা লৈবিবা ফমশিং উবা ফংখি ।

টাউন মযায়দগী খবা হায়দোবক্লগা ভুনচেগী য়ুম য়ৌবে। মাগী থোঙগল মপদা খামলগা থোং থিল্লগা মনাওনুপাগী মমীং হোঙ, হোঙ হাযদুনা কৌখি ।

মাঙ্গোলগী মৈদু থাঙ্গৎলক্লগা থোবকখি । হোঙনা গেটতু হাংদোক্লগা গাবিদু থৌজিল্লকখি।

চোচো, দ্রাইভবদা খাউঙ-য়াইদু শ্বাইদা ফংগদ্রা হংহনখি, ইংবসিদা খবা পাযববদি তুম্বা নুংঙাইগনিদা। চোচোনা দ্রাইভবদা হায়খি।

- 'দ্রাইভবদু, নাকন্দা লৈবিব ঈশিং তেঙ্কি কোঞ্জিল পানবা অদুদা মখুৎ মশা, মায মীৎ তাথোক্লগা থোকখি। ঈশিং অদুদি উন মহিগা চপ মান্নখি ।

- ঐগী মরুপ, বর্ম্মগী ৮।৮।৮৮গী ইহৌদা চেঙ্খোবকপা অমা ইম্ফালদা কুইনা লৈবর্ম্মী। মাগা নোংমা ইবানি হোটেলদা চা থকপা ফর্ম্মীনবিঙৈদা, নুপা অমা চংশিল্লকলগা ঐখোযগী ৱাবিদা যাওশিল্লকখি ।

ঐনদি কনানোনে মসিবু ওম্থোক্লা ফবক তাব্রেদা ?

- 'নং বর্ম্মীজবা, নংগী ৱাঙাং শঙাং অদুদা বর্ম্মীজ শোয়দনা ওইগনি।'

মসিবু ইন্টেলিজেন্সকী মীবনে খনখি। মাগী ফিজেৎ চাকশেৎ অদুদা ইন্টেলিজেন্সকীদি মান্দে, নহানি। অমবোমদা ঐনা প্রেককী থবক তৌবকপনিনা পুলিস অমদি সি আইদিগী মী অযাম্বা মশক খংই।

- খংহৌদনা বুসিনা, 'নং গাবিগী মীবা ?'

মদুদা মা লোৎপা য়াদবদগী 'মানি' ঐ মোবে বর্ম্মা চৎপা মীনি হায়বকখি ।

- গাবিগী মীদি য়াম্না শিংবনি। মখোযদি মী য়াম্না থেংনবকপগী কনানা কনানো, কবি মফমদা কবি লৈ, কবি ফংই হায়বা লোয়না খংবনি হাযখি ।

মদুগী ফোবমুলা অদু পানশিল্লগা ঐনা ড্রাইভবদু থাখিবনি। মাসু ইংবদুদা পামলমগনি, হায়বা ঐ খংই । অমবোমদসু গাবি থৌবা লেপলগা পোত্থাবগদৌবিবনি।

য়ুমদু অচৌবা য়ুমনি । হোঙ-ঙাইগা মাগী নুপীগা মচানুপা অমগা লৈ । অতৈদি তম্পাক্কী লমদা চৎখ্রি। চেক্কী সিবি-থাক্তু তক্ককলোম কাখৎলগা উপাক্লা ফম্পাক হাবগা শাবা য়ুমনি। মাঙ্গোদু বেল্লিং খাবগা নাকন্দা চৌক্রি থাবগা নাননা থম্মী। নাকন্দা লৈ কযাসু থাবি। ফজবা, নানবা হাযবসি তশেংনা যেংবদা নুংঙাইবা ফাওই। মী লাক্লগা ফম্ফম থুংফম ফজনা নাননা থম্মী । মখোযনা য়ুম শাবদা গেষ্ট লাক্লগা থুংফম চাফম থমলিবসিগী মবম অমদি লৈ । অথাপ অথাপ্পদা লৈবা মাগী মাগী মবি-মতাশিংদু লাকলগা লৈফম চাফম পীদবা যাদে । মণিপুবদদি, নোংমগী মনুংদা থুংনা কোযবা যাবা ঙাক্তনিনা মকওইনা মৈতৈগীদি থমনদে । চীংগীদি, চীং অমদগী অমদা চৎনবনিনা চৎথোক চৎশিনগী খুদোং চাদবা লৈবনা য়ুমদা লেকফম চাফম থমনৈ।

ঙাইহাক্কী মনুংদা ঐখোযগী ড্রাইভব অদু থুংলবে। ঙশাইগী অদুগা মান্নৈ পুন অমনি। মদু চাউবক্লা লিটব মঙাবোমদি চল্লমগনি। মাঙ্গোন্দা থাবিবা চৌক্রি অদু ঐখোয় অহুম ফমথবে। ঙুনচেনা মনুংদগী শিদা লাকউ হায়দুনা কৌশিল্লকখি। ঐখোযগী মওংদু মা হাযফেৎ শামীন ফংবা জাৎনি। হোঙনা চানবা খবা প্লেত্তা হাপলগা পুথোবকখি। মাগী নুপীনা বাউল অচৌবা অমদা চাক খবা হাপলগা প্লেট মবিগা পুথোবকখি। ঐখোয চাবক্লে হাযবা য়াদে। তৌববুদি খাউঙ-যাইনা থনগৎখিদনা থাইনেঙ্গীন্দা যাম্নাদি চাবকখিদে । চাবা থকপগী ব্রাদি ঐদি কৈদৌঙৈদসু লৎনদে। যেঞ্চাংদি সন্দং অযাইবা থোংবা অদুগা মোবোক মেৎপা অমগা পুথোবকখি। হোঙনা পুথোবকপা প্লেট অদুদি খুদোষ্নীমুক চাউবা, শাংবা মকক মকক পুমতাউ পুমতাউ খবা পুথোবকখি । মদু ঐ কবিনে হায়বা হংলুদ্রে ।

হংলুবগা ঐনা হৈনদবা ওইবমলবদি নুংঙাইববোই খন্দুনা মখোযনসু হায়বকত্রে। তৌববুদি মদু শানি । খবা চাশিন, খবা থকচিন, লোযবে ।

*খাউঙ-যাই সি পুন্দা হাপলিবসি কবিগীনো ?*

খাউঙ-যাই, চনাল ফুৎলগা কেমীকেল খবা হাপচিল্লগা নুমীৎ মবি-মঙানি তিংলগা থম্মী। মদুগী মহিদু পুন অসিদা চিথোক্লগা থম্মী। চিথোক্লবা পুন অসিদা মনম নুংশিনবা চিন ষ্টেটতা হৌবা পাশ্বী মখল অমগী মনা থাদবগা থম্মী। মদুনা হকচাংদা কবিসু শোকপা নত্তে। পুন্দা হাপলিবসি চনাল তিংখিবগী মকুম অদু ফমথহন্নদা মতেং পাংই। পুন্দা হাপ্পসিনা যু অসি ইংই অমদি চিংবদা নুংঙাই ।

মণিপুবদসু মতম অমদদি পুন্দা ঈশিং যোক্লগা থম্লবম্মী। অযোকপা ঈশিং অসি কালেনগীমতমদা থকপদা ইংই হাওই হায়নবম্মীবনি। হৌজিক্তি পুনগী ঈশিং উখিদ্রে। প্লাষ্টিক বোটলদা হাপ্পা বিফ্রিজিবেটবগী ঈশিং ফংনবে ।

থেংল থেংলগা ইংবা হেঞ্জিলকই, ঐখোযনা লাকপদা লৈচিন খবা থাহৌবনি। ঐনা ফালামগী নুমীদাং অসি অমুক্তা যেংগে হাযদুনা থোংজাউদু হাংদোকপদা তাউবা হুইজাউদু মাঙ্গোলদা কুল্লগা লৈবম্মী। তাউবা উবদা কিদুনা চংশিল্লে। ঙুনচেনা কবি তৌবে ? হুই- মানা থোবকলগা হুইদু তানশিনখি। অতিযাদা থোক্লিবা কুফেৎ কাফেৎ তৌবা থব্রান মীচাকশিং কুংনা থাজিল্লবা লৈচিলশিংদুনা উবা ফংখিদে । ঙাইহাক যেংলমলগা ইংবা হেঞ্জিলকপদগী তুমলসি হযেং ঙননা হৌগৎকদৌবিবনি হাযদুনা চংনবকখি ।

মথংগী অযুক্তি । চোচে দ্রাইভব ঐ ঙন্তানা হৌগৎলে। ফলামদা অযুক্কী নুমীৎ থোবকপদু কননা যেংনিংখি । অযুক্কী মঙালদি লৈবে, লৈচিন কুংনা থাবনা নুমিৎকী মঙালদি ফাওজিল্লকত্রি। নুমিৎকী মঙালনা ফাওজিল্লকপগা লোযননা লৈচিল অদুসু তপনা তপনা মাংখিদুনা মফমদুগী ফজবদু লিখৎলকখি । ঐখোয অহুম চীংদগী লিখৎলকপা মঙাল অদু য়েংনবা লম্বীদা থোবকখি। অযুক্কী পুং ঙাবোম তাবে। লম্বীদা মীওই অমা অনি চৎপা নত্তনা কনাসু চৎপা উদে। অযুক অঙনবগী চা হোতেল অমদা মীওই খবা পুন্দুনা লৈবম্মী। মখোযশিং অদু অযুক অঙনবগী বস নত্রগা জিপ ফাদুনা অতৈ অতৈ মফমদা মাগী মাগী মথৌ চৎখিনবা শেম শান্নবি। ঐখোয অহুমসু চা হোতেলদুদা চংশিল্লগা চা অহুম পীযু হাযবদুদা

ময়ামদু ঐখোয়দা য়েংখৎলকখি । শকত্তা চুদা মান্নবগা চিন মবোল ঙাংদবদুদা ওইবম্মা য়াই।

ঐখোয মাংখ্রে হাযদুনা ঙুনচেনা খিবা থোবকখি। চা হোতেল অদুদা ফমদুনা লৈবম্বদু উবদা, নখোয়দি কমাইনা চৎলিবা ? মানা ঙকলদুনা হাযবকখি ।

ঐনা ফাগী ওইনা *টুরিষ্ট* রা লাউনা নোকমীন্নখি। মসু চা অমা লৌবগা থকম্মীন্নবে। চা থক্না থক্না চৎকদৌবিবা অদুগী মতাংদা ৱাবি শান্নখি। মনাক নক্না ফমলম্বা অমনা ঐখোযগী নাক্তা নকশিল্লকখি।

*নখোয টিদিম চৎকদৌবিত্রা ?* নুপাদুনা ইংলিসনা হংলকখি ।

*মানি*

*নঙ কদাযদগীনো, মণিপুবদগীবা ?*

*ঐসু চুবা চান্দপুবদগীনি, নঙ কবি তৌবা লাকপনো ?*

*কোযবা লাকপনি।*

ইথা থাজদনা মীবম অসিদা, জাৎ মান্নদ্রবসু লোললি তিন্নবা মণিপুবদগী মী থেংনবা অসিদা কযাদা নুংঙাইখিবা । অদুবু ঐগী খোংবু অসি নত্তনা মখোযগা লোযনব্বা যাবা জাৎ নত্তে ।

*চৎলস থেংলনি* ঙুনচেনা হাযবকখি ।

ঐখোয়সু ফুক হৌগৎলগা নুপাদুদা চৎলগে হাযদুনা খুৎ শোক্লবগা কাযনবল্লে।

অযুক্কী পুং ৭ তাগদৌবে । মথংগী খোংচৎকীদমক্তা ঐখোয গাবিদা কাখৎলে। ঙুনচে, মমাংগী সিতা ড্রাইভবগা ফমহল্লে । চোচো ইবানিনা মমাং ওন্না থাবিবা মনিংগী সিতা ফল্লে । ফালামদগী খবা হায়গৎলকলগা মণিপুব তুবেলগী মথক্তা শাবিবা ভাব থোং লাল্লকখি । থোং মনাক্তা লৈবিবা পুলিসকী গেট অদুদগী হিগোক মচুগী ইউনিফোম শেৎপা অমা থোবক্লগা ড্রাইভবদা কবিনো খবা হংখি । মাগী লাইসেন্দ চে চাংনচিংবা যেংখি । ঙুনচেনা মখোযগী মবোলদা ৱা খবা হাযবদা যাবে চৎলো হাযনা থাদোবকখি । থোং অসি ঙবাং নুমীদাংদি মমবনা মতেং ওইবগা উবা ফংলক্তবনি। পুলিসসু থোবক্তে।

*ঐখোযনা থাইনে উীনদা অহিং লেক্রেন্বা তাববদি মণিপুব তুবেলগী মথক্তা শাবিবা থোং অমদি তুবেল উবা ফংলমলোই।* ভুনচেনা নোক্লগা হায়বকখি।

*জ্ঞন ফোল্লিং;* ফাগি ওইনা হায়খি।

থোংদু লাম্বোক্লগা মণিপুব তুবেলনা চেম্বুবক্লিদু যেংখি।

মণিপুব তুবেল অসি চিনগী মীওইশিংনা *কনভানত্রগা কন*হায়বগসু খংনৈ। অদুবু মণিপুব তুবেল হাযবগনা খংনবা হেল্লি। তুবেল অসিগী মথক্তা শাবিবা থোঙ অসিনা ভাব থোং হাযনা খংনৈ । অদুগা ইলেত্রিক হায়দ্রো পব্রাব ষ্টেসন অমা লৈবিবা, মণিপুব তুবেলগী ঈশিংদগী ইলেত্রিকসিতি লৌবিবা অসিনা ‘ওাসিক ভাব হায়না কৌই। মসিনা ফালাম টাউনসিপতা অমদি টিদিমদা ইলেত্রিক্কী খুদোংচাবা ফংহল্লি। ফালামগী চীংথক অমদি তুবেলগী হায়থম্রিবা লোইবোই লোইবোই লৈবিবা শবক্তা লৌবিবা মচা মচা শেমদুনা লৌ উনবা মফম শেল্লি। মণিপুব তুবেলগী চিন্দবীন তুবেলগী অনিগী মবক্তা লৈবিবা চীংশাং পবেং অসি য়াউন য়াউন কালান টাউঙ হায়না খংনৈ। মসিনা মণিপুব তুবেল অসি থৎতুনা চীন্দবীন্দা তাহন্দে। মণিপুব তুবেলগী নোংচুপ থংবদা লৈবিবা চীংশাং পবেং অসি নিযেনজাযা হায়না খংনৈ । চীংশাং পবেং অসি অবাফানগী চীংশাংশিংগা শমনখি। মসি ষ্টেট অসিগী খ্বাইদগী ৱাংবা অনিসুবা চীংশাংনি। ভুনচেনা মখুৎথিল্লদুনা তাকখি ।

চীংদোলশিংদা হৌবিবা লৈ শাৎপা উশিং অসি টাউঙ্গালাট হায়না খংনৈ। ইংলিসতা বোদোদেনদ্রোন হায়। ঐনা মণিপুবিদা ‘চিংথ্রাউ’ হায়না কৌনৈ হায়না মবক থৎখি।

উ মখল অসিদা মচু মচুগী লৈ শাৎলি। টাউঙ্গালেট অসি অৱাংবা মফমদা হৌই। লৈ শাৎপা মতমদা উচেক লাংমৈদোংনা পাইবক্লগা মাগী মপালশিং অসি চাই। ষ্টেট অসি লৈসুগী ফজববা মফম অমনি। মখল মখলগী উবৈ কয়াসু লমলকসিদা হৌবগা পোমখৎলকপা যাওই ।

পুক্লিং খনখি । বসন্তা হায়বদু য়ৌবকলমানে। অদুবু ষ্টেট অসিদা ফেব্রুৱাবি থা ফাওবদা নিংথমথাগী অইংবা কোকত্রি। ইংবনা মবম ওইদুনা লৈসু শাৎকাইবগী মতম থেংথবি । কালিমীযো কালেৱাদদি লৈসু ফজনা শাৎকাইহৌবে।

ঙবাং নুমীদাং চাক চাবকপা মফম থিয়ানে ঙীন লৈহৌবে। মণিপুব তুবেলসু উখিদ্রে। টিদিম তাবা লম্বীবোম থোজিল্লকপদুদদি উফুল ব্রং ব্রং চহি চুপ্পা শিজিন্নবা যাদবা লম্বী থেংনখি। চীংগী নাপোমদা ফকলগা শেম্বনিনা নোংজুথাগী মতমদদি য়াম্না খুদোংথিনিংঙাইনি। জিবি লম্বীদগী হেন্না শাথিবা মফমনি অনিসুবা লাঞ্জাওদা বৃটিসনা শেমলম্বা অদুদগী খুৎ থাদ্রিবা মাল্লি। জেকেট মাই মীৎ উফুলনা লোযবে। টুপী উপ্পনা কোকতি পক্তে। ফনবু নুংঙাই, মখল অমনি। লম্বীদা ঙাইহাক খাম্বদা ঐখোয মশেল য়েংনবগা তৌবিবা মওংদুদা নোকনৈ।

টিদিম, ঐখোয মণিপুবগী লম্বীদা, ইম্ফালদগী চুবাচান্দপুব চৎলিবা লম্বী অসি টিদিম লম্বী হাযনাা খংনৈ। লম্বী অসিগী মমীং থোল্লিবা মফম অসি বর্ম্মাগী চিন ষ্টেটতা মণিপুব তুবেলগী মপান্দা লৈবা অচৌবা টাউন অমনি। টিদিম তাউন অসিগী মমীং লৌবগা ইম্ফাল যৌবা লম্বী অসি টিদিম লম্বী হাযনা বৃটিসশিংনা থোল্লম্বদগী ঙসি ফাওবা কৌনবি।

যটিদিম য়ৌমদাইদাইদা লম্বী অনি ফাংবা অমা থেংনখি। নোংপোক পাংনা চৎপা অমগা অৱাং পাংনা চৎপা অমগনি। নোংপোক পাংবা অদুদি মী থোইনা চৎনবগী মমী উদে। লম্বী অদোমদা ওক মযাম শেল্লগা পুবকপা নুপা অমা লাকখি। অদোমদা দ্রাইভব অদুনা থৌজিলকখি। লম্বী অদু মতম কুইনা শেম্বীদবদগী মথক থংবা শরুক অদু ফ্রোং ফোং কাযবে। অদুবু গাবিনচিংবা চৎতবগী মওংদা গাবি লিকলম অমত্তা উদে। ঙুনচেনা লম্বী অসি লাল্লে অৱাংলোমদা চৎকদবনি হাযখি।

- 'হোই, হোই, মফম অমা লৈ মদু যেংঙু। মদুগী ৱাবি অমা লৈ। হাযনা দ্রাইভবদুনা হাযবকখি।

ঙুনচেসু মফম অসিগী লম্মীৎ তুম্মৎ ফজনা খংবা মীনি। অদুবু দ্রাইভব অদুনা তোযনা চৎপা, লমকোযবা মযাম পুদুনা চৎপনা মাগী খংজবসু লৈ।

দ্রাইভব অদুনা চীংগী লৈতেম মান্নবা অপাকপা মফম অমদা খামখি। মনিং থংবা অদুনা চীংদুম অমনা ঙাকই মমাং থংবা শরুক অদুদি মাযকৈ মবি কোইবা উবা ফংই। মফমদুগী যেংবদা টিদিম টাউন ফজনা উবা ফংই। মফম অসি কোঁট হৱাইট হাযনসু খংনৈ হাযনা দ্রাইভবদুনা হাযবকখি।

কোর্ট হৱাইট হাযবদুদা, ঐসু খংনিংনিংশিংলকখি । 'টল বাই জপানিজ সোলজব' হাযবা কাজৌ তামাযাইমা অমসুং জোন লুনেলিনা ইবা লাইবিক্তা যাওবদু খংনিং নিংশিংলকখি। জপানিজশিংগী বর্ম্মা কেমপেন্দা কোর্ট হৱাইট অসি তাঙ্গোই তানা থুগাইখিবনি।

'ফোর্ট হৱাইট' বৃটিস অর্ম্মীগী ফিলদ মাবসেল , সাব জর্জ ষ্টাউট হৱাইটকী লমজিং মখাদা ইং ১৮৮৯ দা চিন হিলস এক্সপীদিসন্দা শাখিবনি। মসিগী চীংশাং পবেংশি লেথা হাযনা খংনৈ । মসিগী লানবন অসি সিফাইশংগী ট্রানসিট ওফিস অমদি টেলিগ্রাফ ওফিসনি। যাম্না নুংঙাইবা উ-ৱা মবাং কাযনা হৌবা মফম ওইবর্ম্মী। হৌজিক্তি অৱাংবা চীংদোল মী চংবা য়াদবা মফম নত্তনা উ-ৱা লৈশিলক্রে। মসিগী অচৌবা মবমদি লমদম অসিগী মীওইশিং অসি শিংনা মৈ থাবগা থোংবা থাকপা অমদি মৈ তিকনবা শিজিন্নৈ। গাস নত্রগা ইলেক্ট্রিক ফজনা ফংদে । মসিনা জঙ্গল কোকথোবকপগী মবম অমনি। ঙুনচেনা ফাংদোবকখি।

লানবন অসি মফম অসিদা লৈবর্ম্মী হাযবগী ৱানি। অনিসুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা জপানিজশিং বোম অমদি শেল শিজিন্নদুনা উফুল তানা থুগাইখ্রবনি। মাংদা লৈবিবা লম্বী অসিসু শিজিনদ্রে। অনৌবা লম্বী অমা শেমখ্রে । ঙুনচেনা মখুৎ থিল্লদুনা মাংদা লৈবিবা লম্বী অসি চৎলগা আদা উবিবা খুল অসি তাগদৌবিবনি। খুল অসি টিদিম হাযবিবদুনি। টিদিম যৌগদবা ৱাৎত্রে ।

মীনা চৎনবিবা লম্বীদা চৎলসি হাযনা চহি ১০০ মুক্কী মমাংগী লম্বীদা চৎলগা যাবমদ্রবদি মদুনা খুদোংথিবা হেন্না নংগনি। মদুনা ফবে মীনা চৎনবা লম্বীদা চৎলসি হাযদুনা থৌদোবকখি ।' খুল নকনা লৈবনা, চীংশং পবেং অসিদা হৌবিবা উ-ৱা কয়া য়াম্থুৎতনা চীংশিং মক কোকপা যাওবে। টিদিম তাউন যৌদ্রিঙৈদগী হৌনা খুল মচা মচা তাবা হৌবে।

- 'টিদিমগী অকোযবদা খুল মচা মচা মযাম লৈবিবসিগী চিফ অমমম লৈ। খুলশিং অসি মীকুপ খুদিংগী চোংথোবকই। খুলশিং অসিনা উমং কয়া কোকথোবকপগী মচাক অমনি। অমবোমদনা খুলশিং অসিদা নৌনা খুল শেমলকলিবসি মণিপুবগী চুবা চান্দপুবলোমদগী হাযজিল্লকপনি। চংশিংলক্লিবা মীওইশিং অসিনা মণিপুবগা তাযনবদা লৈবিবা চিখা, টিদিম অমদি ফালামদা

*লাকই। মদুনা মীকুপ কাংদনা খুল মশিং হেনগৎলকপনি। টিদিমদা চুবাচান্দপুবদগী লাকপা মীনা চলাইবা হোতেল লৈ মদুদা চংসি, মদুদা খংগনি। ঙুনচেনা মখা তাবকই।*

টিদিম টাউন ফজনা শেমগৎ শাগৎলে। বৃটিসকী মতমদগী মমীং লৈবা মফমনি। টাউনগী মযাইদা ঘবি থেৎপা টৱাব অমা লৈ । মসিনা মীপুম খুদিং মতম ঙাক্না চৎহল্লি। টাউনগী মতাইৱাইদা জোমী বেপটিস কনভেন্সনগী চর্চ অমা লৈ । মদুগী মনাক্তা হোটেল অমা লৈবিবদুগী মমাংদা খামখি ।

- *'নং চাক পীযু, চাক চাগে হায়্'* হায়না ঙুনচেনা হাযবকখি।

হোতেলদুদা মীওই মবি মঙা চাক চাদুনা ফমলম্মী। মখোযশিং অদু অতোপ্পা মফমদা চৎখিগদবা ঙাক্তনি ।

ঐখোযসু চংশিল্লে । অহাংবা টেবল অদুদা ফমথবে।

- *'চাক চাগে, চাক পীযু।'* ঐনা হাযখি।

- *'বীযাব পেবা'* ঙনচেনা লাওখি। পেবা হাযবসি (পীযু নত্রগা পীবকউ হাযবনি)

- বিযাব বোটল মবি পুথোবকপা নুপীদুনা হংলকখি।

- *'নখোয মণিপুবদগীবা ? কবি তৌবা লাকপনো'?* উনবা খুদিংগী মসি হেক্তা হংই।

- *কোযবকপনিদা'* - ঐগী অতেনবা পাউখমনি ।

হোতেলগী নুপীদুগী নুপা অদুসু থোবক্লগা ঐখোযগী ৱাবি যাওবকখি। মাকী মমীং কামৈথাং জৌ কৌই। টিদিমদা লৈবকপা চহি ১০বোম ফাজিল্লক্লে হায। মাগী মচাশিংদি ইম্ফালদা থবক তৌবা, অমদি দিল্লিদা লাইবিক তম্বা যাওই হায। কমৈথাং মীযাই চল্লে। ঐখোযদগী মানা খবা লৈশিল্লপ তৌবে। লোল তিন্নবা নুপা অমা থেংনবদা কযাদা নুংঙাইখিবা। মঙোন্দগী কবিগুম্বা খবদি খংবা ঙমগনি হাযনা খনখি ।

- 'ঐখোয মণিপুব তুবেল চেল্লিবসি যেংবা লাকপনি। মণিপুব তুবেলনা বৰ্ম্মাদা তাবকপা মফমদু যেংবা ফংগদ্রা ? ঐনা হংখি ।

– 'এ, কদাযদগী মফম অদুদি অৱাংবা চীংশাং পবেংশিংগী আ মখাদা চেনবনি। মদুদা অসুকপা জঙ্গল কয়ানা যোমশিন্দুনা লৈবনি। মফমদু কনানসু চংনদ্রি। মদু উবা ফংলোই। কামৈথাংগী পাউখুমনি ।

চীন ষ্টেট অসি যাম্না ৱাবা মফম অমনি। চীংগী লমদম ওইবনা সবকাবনসু যেংশিনবীদে' ঐনা খল্লি । কামৈথাং অসি ওন্থোক্লা থুনা বর্ম্মা ওনখিদা। মফম অসিদা লৈবিবা বর্ম্মাগী পোৎ অমদি চিনা থাইলেন্দগী পোৎচৈশিং অসি ইন্দি দযাবোমদা থাজিল্লি। ইন্দিযাগী পোৎনা মফমসিদা পুশিল্লকই। মণিপুবগা তাইনবিবা চিখা চিন ষ্টেট ফাওবা জিপনা চৎলি। লম্বেলদি যাম্না ফত্তে, চীংগী নাপোমদা ক্কলগা শেম্বনি। যাম্না খুদোংথিনিংঙাই ওই। মদুদা হেক শোযবদা মীটব ১০০/২০০ গী অকব্বদা তাখিগদৌবিবনি।

চিন ষ্টেটকী শরুক অযাম্বা অৱাংবা চীংগী শরুক্লা অযাম্বনি। অৱাং চীংদোলশিং অসি সমুদ্র ইমাযদগী মীটব ১৫০০ দগী ২৭০০ ফাওবা ৱাংই। ৱাংলবা চীংদোলশিং অসিদা চীংসু, লৈহাও অমদি চীংথ্রাউ পাম্বীনা কনাসু কীদনা মখোযগী তৌবা ঙস্বা ফজববা মশক মতৌ অদু উৎথোক্লি। অৱাংবা অঙম্বা চীং ওইবনা চাউব চাউববা উশিং অদুগী মনাক নকলুবা ঙমদে। মখাবোমদনা মীটব ১০০/২০০গী মখাদা হৌবিবা উশিংদু ককলগা কনানা পুখৎলুগনি। অসিগুম্বা কযা অসিদগী চিন ষ্টেট ঈশিং নুংশিৎকী অহোংবা লৈতে হাযবা যাই । ঐখোয়না চৎলিবা চীং লম্বী অদুদগী যেংথখিবদা লাপনা তামনা মণিপুব তুবেল চেল্লি। তুবেল অসিগী নাক যেত্তা উজাউশিংনা কুংনা হৌবি। মদুনসু তুবেলগী ঈচেল অসি কংদবা ওইবমগনি।

কামৈথাংনা মখা চত্থবকখি, মণিপুবগী তুবেলগী ঈশিং অসি ইচেল কনবা অমদি ঙাওবনা 'তাকু পনি ' হাযবগসু খংনৈ । তুবেল অসিনা তোনজাঙ, টিদিম ফালাম ফাওবগা চেম্থখিদুনা মগুই দিভিজন্দা চেল্লিবা মীটথা তুবেলদা তিনখি। মীটথা তুবেলনা কলেৱাদা চিন্দৱিন তুবেলগী ঈশিং অসি চহি চুপ্পা কংদনা থম্বা ঙম্মী। মণিপুবদদি তুবেলশিংগী মক অমদি মপান্দা হৌবিবা উ-ৱাব পাক্তকননা য়ানথৎখিবদগী ঈকং থাদা পুংকং পংবা ঈপান থাদনাইমায় ৱাংখৎতুনা খুদোংথিবা কযা থোক্লি । মসি উ-ৱা যানথৎখিবনা ঙাকলৌ লৈতবদগী থোকপনি মসি ঐখোয ইশানা থোকহঙ্গবনি। কনাদসু তাইনবা যাবোই।

মণিপুব তুবেলগী মথক্তা অচৌবা থোং অহাইবী ফিট ৩২০ বোম শাংবা ফুট মঙাবোম পাকপা অমা লৈ । থোং অসিনা বজান খুল অমদি কাউদা খুলগা শমনহল্লি। থোং অসিদগী যেংথখিবদা, মণিপুব তুবেল পীশক পীক্লা উবা ফংই। য়াম্না লুথনা লৈখিবনা হকচাংসি চিংথবগুম তৌই। 'মোকান্স গোল' হায়বা ব্রেষ্টযবন এদভেনটব ফিলমদা কোলোবেদো (ওমব সবিফ ) না মেকানা (গেগোবিপেক) ফাবগা শগোল মথক্তা হাপলগা পুবকপদা থোং অহাইবী অমা লাল্লকগী স্বাই স্বাই লাওবদু নিংশিংলকই ।

চিন ষ্টেটা মণিপুব তুবেল উগদৌবিবসি ফালামদগী টিদিম অমদি টোনজাংদনি। টিদিমদগী চৌনাজাং হাযবিবা মফম অসি মাইল ৩০ বোমগী অবাপ্পনি। টোনজাংদগী, চিখা হাযবিবা মণিপুবগা তাযনবদা লৈবিবা খুল অসি মাসল ৩০ বোমগী অবাপ্পনি। মফম অসিদা লাক্লগা মদু ফাত্তবদি চংলুবা যাইনা । লশ্বীবু খবা ফত্তবে। জিপতি অদুম চংবা যাবনি।

চিন ষ্টেটকী মীওইশিং অসি সন্দংনা খ্বাইদগী পামজবা মথেলনি। উচেক লাংমৈদোংনা যাম্না নুংশিনা অমদি ইজৎকা লোযননা থম্মী। চিন ষ্টেটকী উচেক লাংমৈদোং অসি অচৌবা মখলগী উচেক্লি হাযনৈ। মানা পাইবকপগী মশা খপ্পদু মখোল অমগা লোযননা তায হাযনা কামৈথাং জৌনা ফোংদোবকখি ।

মণিপুবদসু উচেক লাংমৈদোং অসি, মীদগী ওনখিবনি হাযদুনা লুনা তৌনবম্মী। মতম অমদদি উচেক অসি মণিপুব তম্পাক্তা পাইবক্লম্বগী ৱাবি অহলশিংনা তৌনবম্মী। অদুবু উচেক ৱাযশিং অসি মীবক্তা লৈবা যাদবনিদা অসুকপা উমং, মখোযনা লৈবদা নুংঙাইগদবা মফমদা চৎনখি । ঐ চিন হিলসতা উচেক লাংমৈদোংদি উবক্তে। অদুবু লমদম অসিগী মীওইশিংনা উচেক লাংমৈদোং অসি লুনা তৌই । উচেক লাংমৈদোংনা তোংবা উ, 'টাঙজালট' (চিংথ্রাঙ) অসিগী মমীং লৌদুনা হোতেল ফাওবা মন্দলে অমদি কালিমীযোদা 'হেটেল টাঙজলাট' হাযনা চীন ষ্টেটকী মীওইশিংনা চলাইবি ।

উচেক লাংমৈদোং অসি বর্ম্মাগী নাগা হিলসতসু লৈ । মখোয নাইতোম তাগন্দে। অনি অনি পন্না পাযীমন্নে। উমং মবাং কাযনা লৈবা নাগা হিলসতগী চিন ষ্টেট তান্না পাযবকপদা মণিপুব তম্পাক ফাওনা পাযবকপদা মণিপুবগী মীনা

মতমদুদা উবন্নসু যাই, মদুনা মণিপুবিশিংনা 'উচেক লাংমৈদোং' হায়না খংনবম্মী। অমাবোমদসু মমা পোক্তবীনা, মচানুপীবু তাথি তাওইনা তৌবদগী উচেক লাংমৈদোংগী মতুং অমমম খোমজিল্লগা পাইখিবদগী উচেক অমীনা ওনখিবনি হায়বগী মৈতৈ ফুঙ্গা ব্রাবি অমসু লিনবম্মী।

চিন ষ্টেটতসু ত্রাইব গ্রুপ মচা মচা মযাম অমা পুল্লগা লৈ। চাউবক্লা গ্রুপশিং অসি ৪১ বোম সুবমগনি। মখোযশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা লোল চৎনবী লৈজে। ত্রাইবশিং অসিগী মনুংদা অসো, লাইজো, 'জীঔ', লাইমী, মীজো, জোমী অমদি কুকি কাংলুপ অসিনি। চুবাচান্দপুব এবিয়াদা লৈবিবা, লুসাই, পাইটে, মাব, থাদৌ, জৌ, শিমতেনচিংবশিং অসি মাগী মাগী লোল তোঙান তোঙান ঙাংনবসু পুন্নমক খংনবগুম্না চিন ষ্টেটতসু পাউ ফাওনৈ। অসোনা মাগী তোঙানবা লোল অমা ঙাংলবসু, লাইমীনা খংবা ঙম্মী। লাইমীগী লোল অদু লাইজোনা খংবা ঙম্মী।

কামৈথোং জৌগী হোতেল অসি লমদাং চাবা মফম অমনি। ঐখোযনা চাক চানবা ফমলিঙৈদা, লমকোযবা ইউবোপীযান খবসু চংলকখি। মখোযসু চাক চানবা হাযখি । ইউবোপীযানশিং অসিগী টুবিষ্ট দেষ্টিনেসন অসি অচৌ অচৌবা স্কাই লাইন বিলদিং লৈবা মফমদা ওইদ্রে । মহৌশাগা শাগোন্নদুনা লৈবিবা মফমশিংদা মখোযগী মীৎযেং থন্নি ।

চাক চাবা লোযবে। চাকচা মমাংগী ব্রিস্কি গ্লাস অদুনা হকচাংসি লুম্বু লুম্বু শাগৎলকখি। নুংশাগী মৈশা অদুদি মঙাল থোকই হাযবগী ব্রাদনি। মঙোন্দা মৈশা যাওদে। পুবা নিংথমথানি। কবিগুম্বা ঐগী সউনগী জেকেট অসি যাওবমদ্রবা খাংবা ঙমলমলোই। ব্রাস্কি গ্লাস অদুগী মথৌ ফজনা পাংথোকখি । . নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা পীৎ পীৎ থকপশিং অদুদি কমদৌবমগনি। মদুদি হুক হুক লৈদুনা লৈবমগদৌবা মাল্লি। লমশাং চৎকদবা অমদি চীংলম্বী ওইবনা গাবি থৌবদসু চেকশিন্দবদি যাদে ।

অযুক্কী পুং ১১ তাবে । তোনজাঙ অমদি চিখা যৌবা ঙমব্রা যেংশি হাযদুনা থৌদোবকখি । হন্দক্তি, ঐ দ্রাইভবগা ফম্মীন্নবে। জিপ অদুনা থৌজিল্লকপনা অপীকপা খুলশিং অমদি লম্বীগা নপনা চীংগী হাইথবকপদা শাবা যুমশিং ফাও

ফাওদুনা লাকখি। কবিগুম্বা মফমদা শান্নফম ফুটবোল গ্রাউন্দ, স্কুল শঙশিং লৈবম্বা থেংনখি ।

অঙম্বা অব্রাং চীংগী লম্বীনিনা হুক হুক লৈবগা চৎপা অমদি লম্বী ফত্তবনা নুংঙাইহন্দে। অব্রাংবা চীংদোল অমদি অঙম্বা লোকচপশিংদা চাউব চাউববা মী অহুম মবিনা কোনবা থুংলোইদবা ঈশং কাববা উ কয়া হৌবি। মসিনসু মফম অসিগী ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম অসি চাং অমদা থম্বা ঙম্বা ওইবম্বা যাই । ঐখোযগী মণিপুবদদি চহি খুদিংগী মীকুপ খুদিংগী প্রোগ্রাম ময়াম অমা তৌই । মদুগী চপ চাবা থবক্তি অমত্তা পাইখৎপা উদে ।

গাবিদু লেপতনা থৌজিল্লকপনা উচিন নাচিননা নুমিৎ যুংবা মতুং পুং ১ তাফাৎত্রিঙৈদা তোনজাঙ থুংলে । ফুবীৎ ফিবোল উফুলনা লোযবে। টাউন অসি মনুং হঞ্জিননা লৈববসু টাউন অমগী লৈফম থোকপা কযাৎ অমদি লৈ । স্কুল শঙ, শান্নবুং ওফিস, কৈথেল সুনা লৈ । কৈথেল ময়াদা লৈবা চা হোতেল অমদা ফম্লগা ঐখোয মবি ব্রা খন্নখি।

ড্রাইভবদুনা হাযবকখি, চীখা টাউন য়ৌবগা হল্লকপদি নংগনি, ঐখোয তোনজাঙদা লেকপা তাবনি। ঙমখৈ তাউন্দা লেকপা অসি খুদোংথিনিংঙাইগী মশক্নি। ঙমখৈনিনা হুবান চিঙ্খি, লুৎপাৎ অমদি ইন্টেলিজেন্সকী থবক থৌবম কনবা মফমনি। মসি লৈবাক অমগা অমগা তাইনবা মফমদা লোইনা তৌই। ঙমখৈদা লৈবা মীওইশিং অসি চলাক ফজনা লৈবা, তৌবা ঙম্বসু ওই । অমগা অমগা পংশমদা শম্নবা, পুম্নমক নিংথৌ ওইবা ঙাক্তনি।

অনৌবা মফম, অনৌবা মীওইশিং থেংবা অসিসু মখল অমনি। অনৌবা বিজন অসিদা চৎলিবসি নোংচুপলোমগী জঙ্গল এদভেনচব ফিলমগী মওংনি । চীংলম্বী অসিদা খবা কনা গাড়ি থৌবদা ব্রেক ফাবদা নুংজেং উফুল অদুদা ফুটমুকী চাংদি শিৎচিল্লি। নোংজুথাদনা অমুক হেন্না ব্রাবমগনি। চীংগী নাপোমদা লৈ লৈদুনা চৎপা, দিমাপুব লম্বীগী শেম্বাং পাইবী হায়বদুদগী হেনবা জাৎনি। বৃটিস কোলোনিযেল মতমদা শেমলম্বদুদগী হেন্না শেমজিন্দ্রি। মফম অসিগী মীওইশিং মকওইনা হান্নদগী লৈবক্রবা মীওইশিংনা তোনজাঙদগী চিখা ফাওবা মখোংনা চৎলগা পোৎ চৈ যোম্লোক যোনশিন তৌই । মখোযনা অশাংবা অকা অকুম

হোকোই নাকোই তৌবা চীংলম্বীদা শা-ষণদা পোৎচৈ হাপচিন্দুনা য়োন্নবা পুই, ওক, হুই অমদি য়েন্নচিংবসু প্লোলাংদা য়োমলগা পুনবসু য়াওই। কনাগুম্বনা লৈগে হায়ববদি পুবিবা শা-ষণ পুম্নমক য়োম্বোকলমলগা মশা ঙাক্তা পুমকোক কোকনা হুল্লকপসু যাওই।

তোনজাঙদগী ঐখোয নুংথিলগী পুং অনিবোম তাবদা চীখাগী থাদোবকখি। খবা চৎলবা তুংদা বৃটিসনা মণিপুব তুবেল মথক্তা শাবন্বা বেল্লি বৃজ অমা লানখি। মসিগী ময়াইদা ঐখোয়গী গানি অসি খামদুনা য়েংখি। মণিপুব তুবেল নোংপোক থংবা শক্কলোমদগী ইংনা চেন্থবক্লি। তুবেলগী ঈশিং উবসি মফম অসিদদি ফজ্জনা উবে । চীংগী মখোং মখোংদা নুংজাউ কযানা নাক য়েৎতা লৈবি। ঈশিং চাউখৎলকপা মতমদা চেন্থবা ঙমদবা নুংগী শক্কশিং অদুদি খিন খিন্দুনা লৈবি। জুবাসিক পাক ফিলমদা দাইনোসর্চস মচা মচা মযাম চেম্বোবকপা মফমদু কযাদা মাল্লিবা। য়েংনিংবগী পেন্দবা, ফজবা,অকিবা কানা পীকথল্লি। অসিগুম্বা লমদম অসিদা লৈবমগদবশিং অদু ....।

মসিদগীদি মণিপুব তুবেল নোংপোক পাংনা চেনশিনখ্রে । উবা ফংদ্রে। মণিপুবগী ঙমখৈগা শমনবিবা অদুদি উবা ফংলবোই। ঐ ইশাদা নুংঙাইতবা ফাওজখি । চাউবক্লা পুং অহুমলোমগী চাং যৌববা তুংদা ঙমখৈগী তাউন চিখা যৌখি। অঙানবগা অমম্বগা শিন্নবা মতমদু য়ৌবে। উচেক ব্রাযা, শা ঙাশিং ঙম্ন মক মযুম মযুমদা চংনখ্রে। কৈথেল অদুসু মী অমত্তা লৈত্রে। মসিদা ঙসি লেকশিন্বা অসি ঐঙোন্দা নিংজিং মাংজিংনবা ফাওখি। মফম অসি ইন্টেলিজেন্সকী নেট ব্রার্ক কল্লমগনি। মণিপুববোমগী মাযকৈদসু অসাম বাইফলসনা ঙাক শেন্দুনালৈবিবনি। কুকি লালহৌবা, জেদ অব এ অমদি অতৈ কয়াসু লাম্বোক লানশিন তৌবনিনা চেকশিন্দবা যাদে। অমবোমদসু ঙমখৈগী তাউনশিং অসি মাযকৈ অনিমক্লা চেকশিন্নে।

এদি, মফম অসি লেকপসি কয়া খোযদাদে। হন্দোকখ্রসি তোনজাঙ যৌদ্রবসু লম্বীদা লৈহৌবা খুল অমদা হেক্তো লেকলসি হাযনা তকশিনখি । ভুনচেসু মদু যানিংখি। কবিগুম্বা মওং চাদবা অমা থোকপদা মাসু চেন্নগদৌবিবনি। চিখা টাউনগী মওং মতৌ ঙাইহাক য়েংলমলগা, ইন্দিয়না শাবা ব্রিস্কি বোটল অমা

*লৈবগা ঐখোয় থৌদোবক্লে। চীংগী লমদদি নুমিৎ হেক লৈথখিবগা মমশিল্লকই।* ঐখোয়গী গাবিদু থৌদোবকপা উবদা মীওই অনিনা তোনজাঙ চৎকদবা ওইববদি য়াওগে হায়না তান্নবকখি। দ্রাইভবনা য়দবদগী মখো থনল্লে। তৌববুদি মথোং মবম খংদবা মীওই তোংহল্লকপা হায়বসি খুদোংথিনিংঙাইনি। ঐখোয় ঙাক্তা থৌবকপা অসিনা হেন্না ফৈদা। ঐখোযদি অমত্তনিনা খামনিংবা মফমদা, লেকনিংবা মফমদা লেক্কদৌবিবনি। মখোয অমুক যাওবকলবদি ।

মমলে হায়ফেৎ মম্মী। নুমীদাংগী পুং ৬.৩০ বোম তাবে। মম্বগা, লৈচিল থাবগনাগাবিদু যাংনা থৌবসু যাদে । লম্বী মওং অদুগা ঐখোয খন্নবে মফম চাবা অমা যেংলগা লেকথোকলসি হায়দুনা দ্রাইভবদু থৌৱা শাদে। কদাযদা, কবম্বা মফমদা লেকলগা নুংঙাইগদগে হাযবদু মা খংই। ঐখোযগী দ্রাইভব অসি চিন ষ্টেটতা তোয়না চৎপা মীওইনি। মফম অসিগী লম্মীৎ তুমীৎ ফজনা খংই । ভুগোলদা ফাউবগা চৎপা মীওইনি। ঐখোয়না হাযবদা মানা কমেন্ট অমত্তা পীদে । ঐখোযগী অপাম্বনি মানা তৌবিবসি। তশেংনমক মান তৌবিবসি মাগী তৌফম থোকপা মথৌ অদুনি ।

লম্বীগী নাকন্দা, য়ুম পবেং শাবা মফম অমা থেংনখি। মীসু খব লৈবামফম অসিদা লেকপনা ফগনি খল্লি। দ্রাইভবদুনা লম্বী নাকন্দা লৈবিবা লৈবকুম্বা অদুদা থৌজিল্লকলগা কাংথক হাদুনা শাবা য়ুম অমগী মখাদা থৌজিল্লকখি । ঐখোযনা গাবি থৌজিল্লকপদুনা হুইজাও অনিনা খোংলকখি । ঐনা খ্বাইদগী হৈনদবা য়ুমদা য়োকপা শাশিংগী মনুংদা হুই অসিসু অমনি। হুই খোংলকপদুদা য়ুমগী অহল অমনা নোংমৈ অসুবী অমা পায়বগা মপান্দা থোকববকখি ।

-'সলাই' দ্রাইভবদুনা কৌখি ।

ৱা ঙাংনবদুদা হুই অদুসু খোংবা লেপখি । ঐখোয় নুপাদুগী মতুং ইন্দুনা কাংথক হাদুনা শাবিবা য়ুমদুগী মনিংদা লৈবিবা য়ুমজাউ অমদা চংলকখি । য়ুমজাউদুগী মযাইদা মৈ হৌদুনা লৈবম্মী। ননিল অসিনা ইমুংদু লুম্বু লুম্বু শাগৎহল্লি। মৈ হৌবিবা অদুগী মথক্তা সগাই অমা যাল্লগা লৈ । ঐনা মদু উবদা 'গপলেং' হাযবদুদা নুপী অদুনা যেংখৎলকখি। মৈহৌবিবদুগী মযাইদা যাম্না মওং তাবা নুংজাউ অহুমসু লৈ । মদুদা চফু উযাননচিংবা থাংগৎতুনা থোং থাকপা

অমদি ঈশিং লুম্বগী থবক চথবি। মখাদামৈ হৌবদুদা সগাই মথক্তা লৈবিবা পোৎশং অদু তেঙ্গালি কাবদুনা খবক খবক কংলে। সগাই মথক অদুদা শা, মোবোক অতৈ অতোপ্পা পোৎলম কয়ামকম থাঙ্গৎতুনা থন্নি ।

*ঐখোয চংলকপদুদা সগাই মথক্তা থন্নিবা শা অযাইবদু খবা লৌথবগা মৈদা* লৌশিনখি । ঙাইহাক লৈবগা শাদু লৌথোক্লগা উতুপ অমনা বোপ বোপ ফুবগা মথক থংবা তেঙ্গালি কাবিবদু লৌথোকখি । হান্না কবিনো খবা মৈথক্তা থাঙ্গৎলগা ফুৎলিবাঅদু মচেৎ মচেৎ শেৎলগা থাদখি । চাবা থকপগীদি ঐ থোইদোক্লা খল্লুদে । নোংমগী অফংবা অমা পুক থন্নবা চাশিন্বা ঙম্মী।

মৈ হৌবিবা অদুগী অকোযবদা, ফুট অমামখায়বোম ব্রাংবা উকক লৈবিবদুদা ঐখোয কোযনা ফম্মীন্নদুনা লোল অমত্তা ফাওন্দনা ব্রাবি শান্নবি। লোল ফাওন্দবগী ব্রাবি অমসুং নুংঙাইবা মখল অমনি । খুৎ শাগী মওং মতৌ, কবিগুম্বা পোৎ অমা যেংলগা হাযনবিবা মওং অদুদগী খবা মখৈদি খংবা ঙম্মী। ব্রাবি শান শান ঙাইহাক ফমলিঁঙেদা নুপী মচা অমনা খ্বাঙ যাই মক অমমমগা সন্দং অযাইবা হাপ্পা লাতোন অমগা পীবকখি। যুম্বু অহল ঐখোয লাকপদা নোংমৈ অসুবী পাইবগা থোবকপদুসু ঐখোযগা ফম্মীন্নবি। দ্রাইভবদুনা অব্রা মবোলদা অহল অদু শক তাকখি । চোচো কাইননা, ঐঙোন্দা হায়বকখি। নুপা অসি খুল অসিগী চিফনি। মাগী মীং চো লুঙ কৌই। থোংবা থাকপা তৌবিবনা চিফকী নুপীনি। মাগী মচা মঙা লৈ নুপা অহুম নুপী অনিনি। নুপা অহুমগা নুপী অমগদি তম্পাক লমদা লৈখ্রে। অদুনা যুম অসি মখোয অহুমখক্তা ঙাযবে। খ্বাঙ যাইমকতুনদি কান্নবোই । অইংবা মফমসিদা নুমিদাং তুম্বসু যাবাহৈ হাযদুনা ঐখোযনা চিখাদগী লৈবকপা ভাবটকী ব্রিস্কি অদু ... । দ্রাইভবদুনা মপান থোকখ্রগা গাবিদগী লৌশিল্লকখি ।

বোটলদু উবা ঐনা খনখি, ইতাউ উমোবোক্লা হাযখিবদো 'অঙম্বদা হৈথবনি, অপনবা যাবউদনা চেস্তুজখিনি হাযবদু নিংশিংলকখি । মদু থকচিল্লুবদগী ঐখোয ফম্মীন্নবিবশিংদু ফিভম হোংলকখি । পোৎতুগী মথৌ মঙম ফজনা পাংথোকলকখি। ঐখোযগী তুমফম কা অদু ফাংথক হাদুনা শাবিবা যুম অদুগী কা অমদা শেম্বীবমখি ।

মণিপুরদসু ঐখোযনা ট্রাইবেল স্কুলদা, খংনবা চান্নবা লৈত্রবসু খুলগী চিফকীদাচংলবদি লেকফম চাফম ফজনা পী। মসি মফম খুদিমক্তা চপ মান্না লৈ। চীংদা লৈবনিনা লম্বীথোংগী খুদোং চাদবা, খোংনা চৎপনিনা যৌগদবামফম যৌবা ঙমদবনিনা চিফকী মযুমদালৈকফম চাফম থমদুনা লৈ । মসি চীংদা লৈবা মীওইশিংনা মানা মানা নোংমদা চৎপা ঙমগদবগী চাং অদু য়েংলগা পবাউ অমদগী পবাউ অমা ফাওবগী অবাপ্পা অদু ওস্থোক্লগা থম্বা মাল্লি ।

মপান্দদি ফজনা ইংলে । নুমিদাংগী পুং ৮ খবা হেনবদা ঙাইরি, মীচিক মীবাউখোল তাদ্রে। মবক মবক্তা হুই খোংবগী মখোল তাখি । তুমদ্রিঙৈগী মমাংদা ঙুননচেনা, মখোযগী হিদাকমনা অচপ্পদু ৱাগী মখোক অমদা কাংচুপ (পাইপ)কী মওংদা শাবাঅদুদা হাপলগা থক্লদুনা ৱাবি লিবকখি। মখোযগী ৱাবিশিং অসি ঐঙোন্দদি মমল যাম্লবা ঙাক্তেনি।

'সলাই' হাযবা ৱাহৈ অমা চিনগী মীওইশিংনা শিজিন্নবিবা অসি নুপা অদুবু থকসি খাসি উৎপনি । নুপীদনা 'মাই' হাযনা মীংগী মমাংদা হাপনৈ ।

ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা চীং অমসুং চীংদা লৈবিবা তম্পাকশিং অসি ইবাৎ থৌনি এপ্রিল থাগী হৌগৎলকপা মতমদা পাংথোক্লে। মসি, মহৌশা লাইবেশ্বীনা পীবন্নবা চীং অমসুং চীংগী তম্পাক মচা মচাশিং অসিদা ঐখোযগী লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী থৱাই লৈ হাযনা থাজনৈ। অদুনা মতম অসিদা ইৱাৎ পুজা তৌনৈ। অহল লমনশিংনা তৌনবগী ৱানি। নহাশিংদি মথৌ চিনবনা তৌনদ্রে। অমাবোমদসু নহাশিংদি তম্পাক লমদা কুমথখিদুনা ললোন ইতিক্কী থবক্তা মায ওনশিন্নদুনা লৈনখ্রে।

চীং অমসুং চীংগী তম্পাক খুকুম্বা অসিনা, অতোপ্পশিংনা লান্দাবক্লবসু অৱাংবা চীং কাখৎলকপদা মখোযদা খুদোংথিবা কযা নংহল্লি হাযবগী থাজবা লৈ ।

মবক মবক্তা, 'নং তুমলব্রা?' হাযনা হেক হেক হংলকই। 'তুমদে' যাম্না ইংই অদুনা তুম্বা য়াদ্রে। ঐনা খুমখি। চেচোগা দ্রাইভর অদুগদি তুমখ্রব্রা, তুমদ্রিববা । ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংলকখিদ্রে।

উপাক্কী ফকলাং অদুদগী ফাওজিল্লকপা টেনজৈগুম্না থৌববা অইংবা নুংশিৎ

অদুনা চিক চিক লাওনা শক ফংনা ইংই ।

ঙুনচেগী পাইপত ঐনা হিদাক মনা অচপ্পা অদু খবা নমশিল্লগা চিংবা হৌই। মৈখুদু ফনা ফজনা যাকই। অহান্বা চীংবা অদুদা কোকসি খবা হুব হুব লৈবকই। ঐনা মৈখু শিজিন্নদবা অদুনসু ওইবম্বা য়াই। অদুবু অইংবা অদু ঙাকথোক্লবা উপায জাৎ জাৎ য়েংলিবনি।

ৱাবি হৌবকখি । মণিপুব তুবেল অসি চীন ষ্টেটকী মীওইশিংনা 'কন ভা' হাযবগসু খংনৈ। তুবেল অসি অৱাংবা চীংজাউ অনিগী মবক্তা চেল্লি । নোংজু থাগী মতমদদি অকনবা ঈচেলনি। মণিপুবদগী চেল্লক্লুনা চিন ষ্টেট ফাওজিল্লক্লুনা তোংজাং, টিদিম,ফলাম অমদি তম্পাক্কী লম মণ্ডুই দিভিজন্দা চেনখ্রি । মণ্ডুই দিভিজন্দগী চেল্লকপা 'মীট থাই' তুবেলগা শমনখি। মীট থাই তুবেলগা শমন্দুনা চেম্বুবক্লবা তুংদা ফলেৱাদা চীন্দৱীন তুবেলগী হিথাংফম অমা ওইদুনা চীন্দৱীন তুবেলনা চেল্লিবা মাযকৈ খুদিংমক্তা ঈশিং লম্বী ওইখ্রি ।

মথংগী অযুক্কি । নিংথমথাগী মতৌগুম্না ইংঙি । ৱা ঙাংবদা যাদগী মনিল ৱাৱা পাইথোবকই । ঐখোয হনবগী শকক্তা ঙাইবাবনিনা, অযুক্কী চাক চাবগা পুং ১০ অদুৱাইদা চৎলসি হায়দুনা ঐখোয লেপনবে। মতমসু ঙাইহাক লৈবিবনিনা মফমসিগী অকোইবগী ফিভম ঙাইহাক যেংশি হাযদুনা ঐখোয মবি খুলদা চংলকখি। খুলদুদা যুমথোং ১০০ বোম লৈ। যুমলৈ কৈবৈ নাললি। মাগী মাগী মফম খংনবা ৱাচেংনা লোনবা শম্বলনা খা খাদুদা থম্মী। ইংখোল খুদিংমক্তা লৈশু ফজনা থাদুনা নাননা লৈ। যুমগী নুপীশিংনা সুম্বলদা ফৌ হাপতুনা শুবগী থবক তৌবি। ফৌ সুবগী থবক অসি মণিপুবদসু যুমথোং খুদিংগী তৌনবম্মী। হৌজিক খুঙ্গং ফাওবা ফৌসুবা থবক অসি তোকখিদুনা ফৌ তকফম মীলদা মথৌ পাংথোকনখ্রে। অসিগুম্বা থবক অসি তৌদবদগী নুপীশিংগী শাজেল লেপখিবদগী মশা মউ ফত্রে হাযনা ঙাংনবা কয়া য়াওবি । অদুবু ঙসিগী মীবোলনদি ফৌ সুনবা সুম্বল সুক, চক্রি হাযবদু মশক খংখিদ্রে ।

খুল অদু মথং মথং চংশিন্দুনা ঐখোযনা লৌবি অমগী মথংদা অমা চংশিল্লকপনা খুন্দোল অদু যৌবকখি। মতোলদুদা লেপলগা মায়কৈ থুংনা যেংবদা লৈচিল নোংফাই মবকক্লুদা ফজখ্রবা মীংফম হোংবা য়াদবা মণিপুব তুবেলগী

খোক্নুং যাম্না নকনা লৈবা উখি। তুবেলগী খোকনুং অদু অচৌ অচৌবা নুঙজাউ কয়ানা পাক্তননা লৈবি। নুঙজাউশিং অদুগী মবক্তা ইচেল যাওদ্রবা ঈশিং অদুনা থৈব-থৈবগা মাগী মায়কৈদা চেহ্মবি। তুবেল খোকনুং যৌনা কুমথবিবা লম্বী অদুগী নাক য়েৎতা লৌফম মচা মচা অমদি যুমশিং লৈবি। লম্বী অদু লিকলাগী মনিনা নালল্লি। মবক মবক্তা নুঙজাউ কয়াসু লৈবি। ঐনা খনখিবদি মণিপুব তুবেলগী খোক্নুং অসি যৌবগা, তুবেল অসিগী লাইজ ঈশিং অসি কোকথক্তা অমুক্তং হাপকেসিনি। য়ৌগদবদি ব্রাৎলি। ঐখোয়গী মকুপ মপাং মযাম চৎমীন্নবা ওইববদি *'যৌশিল্লসি'* হায়গদবনি। অদুবু ঐগী খোংবু ওইমীন্নবিবশিনা কবি খল্লমগদবা মখোয়গী য়াকা য়েংলগা তৌবা তাবনি। খনবগা তৌবগা, ড্রাইভবদুনা হল্লসি হায়বকখি। ঐসু ইতোমতদি কদায়দগী আ-মখা কুমলুগনি। ফবেদা হাযদুনা মণিপুব তুবেলদু নিঙহন্না হন্না য়েংলগা কাখৎলকখি। খবা কাখৎলগা যুম মঙা তককমুক লৈবা অদুদা ড্রাইভবদুনা চংশিনখি। ঐখোযদি ব্রাবনা মপান্দা লৈবিবা, নুঙশিংদুগী মথক্তা ফমখি। মানা কবি তৌবিবনো ঐখোয খংদে । ইমুংদুগী নুপা অমনা ফুট অনিবোম ব্রাংবা ফাল অনিখক পুদুনা থোবকখি। ফালশিংদু ফজনা নান্না শেম্বা নত্তে। থাংজৌনা ইৎলগা শেম্বনি। ঙাইহাক লৈবগা টেবল ফুট অহুমলোম ব্রাংবা অমসুং থাংদোবকখি। নুংশাগী মঙালনা লুম্বু লুম্বু ফুবগী নুংঙাইবকপা অইংবা কোকখিবা অমদি অকা অকুম চৎলুবগী পোত্থাদুনা নুংঙাইবা মতমনি। ঐখোযগী ড্রাইভব অ্রদুনা মনিল বংবং কাবা টেঙ্কি অমা লানা চপলগা পায়দুনা পুথোবকখি। চা অঙাংবনি। বর্ম্মাদদি মীচং মীথোক অসি য়াম্না তবাম তবামনা তৌই। মদুগী চৎনবীদু চিন ষ্টেট অসিদসু মমী তাই। ড্রাইভবদুনা মফম অসিদা চাক চাথোকখ্রসি, ঐনা শিল্লম্লবনি হাযখি। চীংগীদি চাক ঙননা ঙননা চাবগা থবক ইনখাং চৎখিবা, হল্লকলগসু ঙনতানা চাবগা তুম্বা অসি নত্তনা চীংগী পুক্সিদা লৈতে । মসিগী চৎনবী অসি চীংগী মফম খুদিংমক্তা তৌই ।

মণিপুবদসু চীংদা লৈবা পুক্সি অসি চাকঙন চাবগা, নত্রগা চযোম পুবগা চীংগী পামলৌ উবা, তুবেলদা ঙা ফাবা, জঙ্গলদা শিং অমদি অতৈ পোৎলম থিবনি। নুংথিল হল্লকলগা যুমদা পোত্থাদুনা ঙনতানা চাবগা পোত্থানখিবা ঙাক্তনি। সহব অমদি তাউনগী মতৌদৌনা নুমীদাং অথেংবা ফাওবা ফমদুনা ব্রাবি ব্রাতাই তৌবগী হৈনবী খবা ব্রাৎলি। নুমিৎ হেক তাখিবগা ইমুং মনুংগী মী

নত্তনা কন্নাসু উন্নদুনা ব্রাবি ব্রাতাই তৌদে। মসিনি চীংগী পুন্সি ।

ওসি অয়ুক্কী মথেল অসিদি চাক অশাবগা, ওকশাগা পুল্লপ মনা মশিং থাক্লগা থোংবনি। নহালহঙেগা মান্নদ্রে। মসিনা মহাও অমনি। ওকসি ঐদি তশেংনা পামদে। অদুবু চাদবা য়াদবনা চাশিলল্লে, ফনবু হাওই। ঐঙোন্দা হাওতবা অমত্তা লৈতে চানিংদ্রবা মদুমা তংলুদ্রে, শোকলুদ্রে ।

মণিপুব তুবেল অসি অনিশুবা পৃথিবীগী লাণ্ড্রাওদা জপানিজগী বর্ম্মা কেমপেন্দা মণিপুব চংলকনবগী মকওইবা লম্বী অমনি। জপানিজশিংনা নুমীদাংদা ববৱগী হি শিজিন্নদুনা, মখোয়গী খোংমী লাম্মী কয়া তুবেল মবিলদা হোনগৎলকখি। বৃটিস লাম্মীশিংনা জপানিজ লাম্মীশিং চংশিলক্লে হায়বা পাউ ফংবদগী অয়ুক নুংথিলদা প্লেন পাযদুনা থিখি। অদুবু তুবেল অসি চীংগী অকৃবা মফমদা লৈখিবা অমদি অসুকপা উমং কয়া অদুনা জপানিজশিংনা খুদোংচাবা লৌখিবগী ব্রাবি কযা ঐখোয়না থেংনখি। জপানিজ লাম্মীশিংনা টিদিম যৌবা ফাওবদি তুবেল মবিল অসিদা হাযগৎলকখি। তুবেল অসিগী কান্নবসি হৌজিক ফাওবা চিনগী মীওইশিংনা লৌবি ।

চাউবক্লা অয়ুক্কী পুং ১০ বোম তাগদৌবে। অয়ুক্কী অইংবসু কোকস্ত্রে। নুংশাসু শাবক্লে। ঐখোয়সু চিফকী মযুমদা খামলমলিবা গাবিদু লৌবগা চৎখ্রসি হাযদুনা থোবকখি। য়ুমশিং অসি মশা নাললি। য়ুম অয়াম্বনা কাংথক হাবগা শাবনা অযাম্বনি। ঐখোযনা লাকপদুদা য়ুমশিং অদুগী মাঙ্গোলদা অঙাংশিংনা য়েংলগা মখুৎ হাযদুনা লৈহৌই ।

চিন ষ্টেটকী নহাবোল অযাম্বা থাইলেন্দ, বেঙ্গুন অমদি দিল্লিনচিংবা মফমদা লাইবিক লাইসু তম্বা থবক তৌদুনা লৈ । বর্ম্মাগী মফম অতৈদসু ললোন ইতিক তৌদুনা লৈবসু য়াওবি । মখোযশিং অসি লাইবিক লাইসু হৈবগা সুফম নোমফম লৈতবদগী মপান লৈবাশিংদা চৎখিবনি।

চিন ষ্টেটা লৈবিবশিং অসি খৃষ্টিয়া লাইনিং লাযশোন্দা লাইমী লৌবনা অযাম্বনি। অদুবু অহল লমনশিংদি মখোয়গী থাইনগী মপা-মপুনা নিংলম্ব চৎনবী অদুদা লৈবসু যাওবি। মফম অসি চীংগী খুদোংথিবা হায়না খংনৈ । লমদম অসিগী মীওইশিং অসি সুবা নোম্বা কন্দবা যাদে। নোংঙানবদগী নুমীৎতাবা ফাওবা পামদা

চৎলগা নত্রগা মাগী মাগী ইংখোলদা মনা মশিং থাবা, চীংদা চৎলগা শিণ্ড থিবা চৎনৈ। অদু নত্রবদি নোংমগী কবিগুম্বা খবা ব্রাৎকদৌবিবনি। ঐখোযনা নোংমা ফাদোক লাকলগা মহম অসিগী লম্মীৎ তুমীৎ ফজবা মফম খবা যেংলগা নুংঙাইবা অদু নত্তে। হিংনবা হোৎনবদা থেংনবিবা অব্রাব অদুদি কনাসু খন্নদে ।

ঐখোযগী থবক লোয়ববনিনা, মফম অসিদা ঙাইহাক ফাওবা পম্থনিংদে। চৎনিংবনা স্ত্রো স্ত্রো খোৎলি। মসি মীপুম খুদিংমক্তসু ফাওবমগদ্রা? চিন ষ্টেট থাদোক্লবগী অবোইবা খোংচৎগী গাবি থৌদোবক্লে । চৎখিবগা থোবকপগা থেবকপ্পা থুই হাযনবদুনি। ফালাম যৌবে। ফালামদা নুমীদাং অদু লেকলগা অয়ুক ঙন্না কালে তম্পাক তান্না থৌদোবকখি । ঐখোয়না চৎলুবিবা খোংচৎ অসি নুমিৎ মবিনি খক্তনি। ঙাংনখিবা নুমীৎতি মঙানিনি। নুমীৎ মঙানদা চাট লাখ অনি, ঐখোযনা লাখ ১ ৭০ দা ঙাংনখিবনি। নোংমা অমদি ইমাংদা মাংজৈ। দ্রাইভবদুদদি তোংজৈ । শেল হন্দোবকউ হাযবসু য়াদবগুম, ঐখোযদা নোংমা মাংজবগী শেলফমদি মানা লৌখ্রে। মতাং অসিদা লাইশ্রম শমবেন্দ্রগী *'চীংদা মান্দা'* হাযবা ব্রাবেংদা হান্না পোৎ পুবকপী মমল ঙাংনবদা যান্নদনা চৎখ্রগা, ঙাংনখিবা মমলদা লৌবে। হাযনা পীথোকলম্বদা, ওইজবে হাযদুনা লৌশিল্লগা কোননা থিদুনা য়েংলুবদা মশিং ব্রাৎনা লৈবম্বদুদা শমবেন্দ্রনা খনখিবা ব্রাখল অদুগুম্ননা দ্রাইভবদুনা ফজনা হোৎলগা হিসাবতা শেল লৌখিবদু নিংশিংলকই। অদুবু মতম কুইনা খল্লম্বা ঐগী তুবেলগী ব্রাবিসি মণিনুবদা তৎলমগদ্রা হাযনা খল্লম্বা অদু মাগী ঈচেলনা চেম্থবিবা অদু ফাওবদি যৌবা ঙম্বা অসি কযাদা নুংঙাইজবা হে লোইনাইদ্রবা ঈচেল নংনা ঐখোযগী ব্রাবিসু পৃথিবী পুম্বদা লিখো ।

# কাওজরোই

*লাইবিক অমা ওইনবা হোৎনবা হাযবসি, অবাযবা অমদি নাত্তে। ওইনবা হোৎনবদা খাংবা কৎনবা অমদি মরুপ মপীজা কযাগী মতেং অমদি থোগৎপীবা মথো তাই । মীওইবা হাযবসি থাগৎলগা হরাউদবা মী নৈতে । কনাগুম্বনদি, 'এ থাগৎপা পামজদে হাযবা যাওই । এদি থাগৎপা পামদবা মী নাত্তে। থাগৎপীরকপা অদুনা এগী তোগদোবিবা থবক কযাদা মাযপাক্না চংশিনবা ঙম্বগী থোনা অমা পী হাযনা খঞ্জে।*

*'তুবেলগী বাবি' হাযনা মীংথোনবা লাইরিক অসি ঙসিদি মীযামগী মফমদা খুদোল তম্বা ঙমজরিবসি, মরুপ মপাং কযানা ইনশিনবীবকপা অমদি থোনা হাপ্পীবদুনা পুথোকপা ঙমজবনি। লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা অমদি তুরেল মরুদগীনা মতোল ফাওবদা চৎমীন্নখিবা ইমান্নবা, মরুপ মপিজা কযাবু মতম পুম্বগী ওইনা নিংশিংদুনা লৈবগনি। 'তুবেলগী বাবি' অসি লোযদ্রিঙদা খংহোদনা লৈখিদ্রবা ইতাউ প্রীতম, লাইবিক অসিদনা উমোবোক হাযনা খংনবা, মাবু নিংশিংদুনা, কাউদনা লৈনবা হাযদুনা 'উ মোবোক' হাযবা তাঙ্কক অমসু থমজবি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা ফোটোগ্রাফশিং অসিনা অপাবাশিংদা অমুক্কা হেন্না মথো হাপলিবা - অসেম ভক্তা, চোচো কাইন, 'ফোটো গ্রাফ অমনা বাহি লিশিং অমা হেন্না ফোংদোকই হাযবদু মখোযনা প্রমান তোবি ।*

*পুন্নমক অসিগী মথক্তা লাইবিক অসি ফোংবীনবগী থোবাং পুন্নমক তোবীখিবা বশিশ্রবেখা ববা (গুৱাহাতি) অমদি ইবাহল ক্ষেত্রিমযুম (শিল্লং) মখোয অনিনা তকশিল্লকপদগী তুমফম চাফম খংদনা হোৎনখিবা কযা অদুনা ঙসিদি লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপা ঙমজবনি। লাইবিক অসি থবাই হাপ্পীখিবদি এগী মরুপ অনি, পাউনম বোবার্ট অমদি এলাংবম সাবজিৎনি। লাইবিক অসিগী মওং মাতো শেমদোক শেমজিনা মরুপ অনিনা তোবীবদগী মযামদা থম্বা ঙবমজবনি।*

মরুপ মপাং কয়াগা লোয়ননা চৎমীন্নবা অমদি তকশিনবীবকপা কয়া লৈরগসু মবক মবক্ত লাইবিক্কী মতেং লৌদবা যারক্তবা মতাং লাকখি। মদু এনা তান্নজখিবা লাইরিকশিংদি, সাহিত্য ইতিহাস, লম্মীংলোন, মাই এক্সপিরিয়েন্স ইন মণিপুর এন্দ নাগা হিলস- সার জেমস জোনষ্টোন, দি ইষ্টেরন ফন্টিয়ার ওফ ইন্দিয়া- পেম্বরটন, মৈতৈ - হদসন, গেজেটির ওফ মণিপুর - ই. দবলিউ দুন, ইম্ফাল- লেপ জেনেরেল সার জিওফ্রি ইভান্স, এন্টোনি ব্রেট জেমস, মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, তৌবারোল লম্বুবা- দি নোর্ট ইষ্ট ফ্রন্টিয়ার ওফ ইন্দিয়া - অকালেজন্দর মেকেঞ্জি, হিষ্ট্রি ওফ মণিপুর- ইবোহল, মণিপুর জিওগ্রাফি - লাইবা, নুপীলাল- কবাম মনিমোহন, এখোয়গী ইরৈপাক, লুপতিন বিকলি মেগাজিন, এখোয়গী পম্বুং, টেল বাই জপনিজ সোলজরস, রিপোর্ট ওন দি স্টেটস ওফ দি রো এন্টলর দিয়ার ওফ মণিপুর (ইন্দিয়া) (ওক্তোবর-নোবেম্বর ১৯৫৯ অমসুং মার্চ১৯৬০) - ই.পি জি।

লাইবিকশিং অসিনসু আতোপ্পা অনৌবা বাখল্লোন অমা পিখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা এগী মরুপ মাইমোম হোমেশ্বরনা তুরেল মবির্গী খোংচৎ অসিদা চাউনা মতেং পাংবীবকখিবা অদুনা অমুক্তা হেন্না থোনা অমা হাপ্পীদুনা মপুং ফাবা লাইবিক অমা হায়বদু ওইহনবা ঙমজবনি। মরুপ অসিগী তৌবীমল, পুক্নিং থৌগৎপীবকপা কয়া অসি পুন্সি চুপ্পগী কাউজারোই।

# মীকোন থাগোনবা

তুবেলগী ৱাবি, লাইবিক অসি ইবকপা মতমদা অৱাবা কয়া থেংনখি। মণিপুবগী মতাংদা অমদি মণিপুব তুবেলগী মতাংদা চপ চাবা বিফবেঙ্গ ওইনা পুথোকপা যাবা লাইবিক থিবদা ওস্থোক্লা ৱাখ্রে। থেংসু থেংনদে, থেংনবা খবদসু মপুং ফানা যাওবমদবা কযা অমনি। ৱাবিদা শিংবুন্দা ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা শেমজিন শাজিনবা কয়াবুদি অথং অহৈশিংনা লিবিখি। মদু লৈত্ৰা হেক হাযকবদা হাযবিবসিনি, থোকপ্রিবনি হায়না নিংশিংবীবকপা কোংগাইনি। পুয়াদা য়াওই, পুয়াদা য়াওই হায়বিবশিং অসি পুযা পাবা ঙম্বা অখংবা কাংবুনা ইথোকপীদুনা বিফবেঙ্গকী লাইবিক ওইনা থম্বীববদি খংনিংলিবা, থিজিননিংলিবা কয়াদা সুকশোই শোযদনা কান্নগনি। মৈতৈগী নত্রগা মণিপুবগী বিফবেঙ্গ ওইনা অবিবা লাইবিকশিং অসি বৃটিসশিংনা ইবম্বা লাইবিকশিংনা অশেংবা অচুম্বা ওইনা শিজিন্নবি। মসিগী মথক্তা ঐখোয়গী ওইবা লাইবিক পুয়া মযামসু মতমগা চুন্না পুথোকপা মথৌ তাবে। মতম অমদা ইবম্বা 'চৈথাবোল কুম্পাবা' মসি উকবদা হিষ্টোবিযানশিংনা শিংথানবিবনি। অদুনা মৈতৈগী অবিবা লাইবিক কযা লোৎতুনা থম্বগী মহুত্তা মীয়াম খংনা পুথোকপীদুনা অশেংবা লন ওইনা থমহৌসি ।

মণিপুব তুবেলগী মতাংদা, চীংনুং হুৎতা ঈশিং চেষ্থখি হায়। চীংনুং হুৎ অসি হন্দিুগী লাইনিং লিচৎতা পুশিনবা য়ানবা মহাদেবগী ত্রিসুলনা হুৎলি হায়বগী ৱাবি অমসু শন্দোক্লি।

হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন অসিগা মৈতৈগী লাইনিং লাইশোন অসিগা চৎমীন্নবা

য়ানবা য়ানশিন্নখি। মৈতৈগী ওইজবা থৌবম কয়া হিন্দুগী মীংদা পুশিল্লকখি। সেটেম্বর থাদা পাংথোকপা হৈক্রু হিদোংববু জল যাত্রা হায়না থোনবা, অয়াঙ য়োইবন ইকপ্লাবুনা স্নান হায়না কৌখিবা, ফাইবেন থাদা পাংথোকপা ব্রাইবা টেনকাপ ফেষ্টিভেলবু বামগী ক্রিটন হায়না পুশিনখিবা, লমদা থাদা পাংথোকপা পোইবৈ অপাকানবু লোইপাম ফেষ্টিভেল হায়না ওষ্পোকখিবা, শাজিবু থাদা মৈতৈশিংনা অচৌবা সিবমনি অমা ওইনা পাংথোক্লিবা কোংবা নৈথোং ফাৎপগী থৌবমবু বিষ্ণু সঙ্ক্রান্তি, ইঙেল থাদা পাংথোকপা অহোঙ খোংচিংবুনা বথ জত্রা, লাংবন থা মৈতৈশিংনা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংদা ইবাৎ থৌনি থৌববু তর্পন হায়না ওষ্পোকখিবা, ব্রাকমবুঙচীঙনুং নোঙগোষ্ঠী হায়না খংনবম্বনা দুর্গা পুজা, চনৌ হুই চিনতম (অনৌবা ফৌবোক) পুনা গববধন পুজা হায়না ওষ্পোক ওনশিন তৌদুনা কাংখোং চাইহল্লি। মসি তাশিন খোমজিন্দুনা মণিপুবগী ওইবা অমা খংনবা হোৎনবা মতম ওইবে। ইশিলহৌবা অমদি লিদুনা থমহৌবা অসিনা তুংগী মীবোলশিংদা কান্নবা কয়া পীগনি। ইশানা ইশাবু মশক খংবা হাযবদু ওইগনি।

মণিপুবদা মমিং পনবা যাবা তুবেল কুনলোম লৈ। তুবেলশিং অসি নোংপোক নোংচুপ অমদি মখা পাংনা চেষ্থে। মখা পাংনা চেষ্পবা তুবেশিংনি, ইম্ফাল তুবেল (মণিপুব) ইবিল, নম্বুল, থৌবাল, খুগা, সেকমাই অমদি চকপী তুবেলনি। নোংপোখ পাংনা চেষ্পবা তুবেলনা, যু, লোকচাউ, তুয়ুংবী, তবেৎ অমদি ইথমলোকনি। নোংচুপ পাংনা চেষ্পবা তুবেলশিংনা ববাক ইবং, মকু, লৈমতাক অমদি তুইবাইনি। তুবেলশিং অসিগী মনুংদা ইম্ফাল তুবেলনা খ্বাইদগী মকওইবা তুবেলনি। তুবেল অসনা মণিপুব তম্পাক্কী মযাই চবুক ফাওদুনা মখা পাংনা চেষ্পখিদুনা অহেনবা ঈশিংগী শককশিং চিথখি। দি ইষ্টবন ফ্রন্টিযাব ওফ ইন্দিযা (অববি পেমবর্টন) গী লাইবিক্তা তুবেল অসিনা লৈবিবা চীংশিংদগী থিবকপা ঈশিং অসি ঈচেল অসিদা তিন্দুনা পুথখি। শুগনুগী মখা থংবা মায়কৈদা মণিপুব তম্পাক থাদোক্তুনা অব্রাংবা চীংশাং পবেং অসুকপা উমংগী মবক্তা চেনশিনখ্রি। মসিগী শকক অসি পুথোকপা ঙমদ্রি। অদুবু তুবেল অসিগী ঈচেল অসি অকনবা শাফু অমদি খোংজেলগা লোয়ননা চীং ফাওদুনা চেষ্পখি। চীংগী কাবক্তা শাফু কননা চেনশিনখিবা অসি চীংনুংহুৎ হাযনা খংনৈ হায়না পাল্লি। মবিপুব তুবেলনা বর্ম্মাগী তম্পাক লমদা চেল্লিবা তুবেলদা তাখিবা অসি ফুট ২০০০ গী মথক্তা ওইগনি অদুনা বর্ম্মাগী চিন ষ্টেটতা ঈমাই থল্লবা মতমদা শাফু কনবা, অঙাউবা ঈচেল ওইবিবনি।

মৈতৈগী অহল লমনশিংগী মনাক্তা ফমলগা ৱাবি শান্নবদি চীংনুংহুৎ অসি মহাদেবগী ত্রিসুনা হুৎলি হায়বসিমদি শিবগেনা য়াদ্রে । ঐসু য়ানিংদে। অদুবু মণিপুব লৈশেমলোনগী ৱাবি তৌবকপদা ঈশিংনা পুংথুম থুমদুনা লৈবম্বদগী মখা মায়কৈবোমনা খবা কুৎলি হায়দুনা 'হুত্তঙা' থাজিন্দুনা হুৎহনখি হায়বগী ৱাবি লিবকখি। মদুগী ইশিনবা লাইবিক বেকোর্দ ওইবদি ঙসি ফাওবা থেংনজদ্রি । ঐনা শোনবনবা অদুদি খংজদ্রে । ঐগী লাইবিক 'তুবেলগী ৱাবি' অসি মপুং ফাবে, খংলে হায়দুনা পুথোকচবা নচ্চদে । ময়ামগী ৱাখল লৌশিং ওইবা য়াবা য়াওববদি লৌশিনবীয়ু । অৱাৎপা যাওববসু তাকপীয়ু । মথংগী খুৎনমদা শেমদোক শেমজিন তৌবগা ফোংনবা হোৎনজগে। ঐদি বিসার্চ তৌবা মীসু নত্তে, ঐগী ৱাখল পুক্লিংদা লৈবা, লাইবিক্তা থেংনকবা অমদি মফম মফমশিংদা চৎলুবদুগী ইশিলহৌবা কয়াদু মীযামদা খুদোল তমজবনি।

লোৎতুনা লৈবিবা লৌশিংগী পুক্কৈশিং অদু পুথোক্তুনা ঐখোয়গী মশক উৎথোকপগী তাঞ্জা লাক্লে । অওনবা অহোংবা হায়বসি মীওইবা সমাজগা থাদোক্লবা যাদ্রবা লোনচৎ অমনি ।

*A revolution is not a dinner party, or writing an essay or painting a picture or doing embroidary, it cannot be so refined, so leisurely and gentle, so temperate, kind, courteous, restrained and magnanimous A revolution is an insurrection, an act of violence by which one class overthrows another* - ***Mao Tsetung, 1927.***

তুবেলগী বারি, পুন্সিগী বারিনি। মীনোক-মীকপ তুবেলগীত্ত লৈ।

ঈকংথাদা তুমিন্না কপলি ময়াং কংলবা তুরেল।

নোংজুথাদনা অমুক হরাও তয়ামনা নোকলি।

মীয়ামগী পেনদবা বাকংগু তুরেলগী পোৎলুমনি, নমথাক্কী

তমখিবা লমচৎ-শাজৎ অশোনবগী তেংথাঃ পুন্সিগী বারিবু থাগোন্দুনা, চীঙ-তম

শমননা চেলিবা

তুরেল অমগী বাবি - "তুরেলগী বারি"।

